# এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স



য়ননা মণিপুরীদা হন্দোকচবা

ব এস রাজকুমার

# এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স

(শৈরেংগী কলা)

মণিপুরীদা
বি. এস. রাজকুমার



রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ
নম্বোল, মণিপুর—৭৯৫ ১৩৪

***Aristotle's Poetics or The Art of Poetry***
Translated into Manipuri with annotations
by B S Rajkumar based chiefly on
H S Butcher's English translation





অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৭

অনীশুবা ফোঙবা ঃ ২০০০





ফোঙবা ঃ রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল

মণিপুর— ৭৯৫১৩৪ গীদমক্তা

অবাম্বম চনু বঞ্জনা শীজনা ফোঙবা

মমল ঃ লুপা ৬০/




লাইবিক অসিগী অহানবা খুৎনম অমসুং অতৈ খুৎনম

খুদীংমক হন্দোক্লিবগী হক কল্লবনি।


নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# হন্দোকপগী ৱাহৈ খরদং

এরিষ্টোটলগী **পোয়টিক্স** (শৈরেংগী কলা) হায়বা লাইরিক অসিবু মণিপুরীদা ওঙ্খোকপা হায়বসি থাংগৎপদা ৱানা থোক্লবা পোৎলুম অমনি। অরিবা লোলশিংগী মনুংদা থোইদোক্না শীংথাবা য়ারবা লোল অহুম, হায়বদি সংস্কৃত, গ্রীক অমসুং ল্যাটিন তম্বগী খুদোংচাবা অসি মী খুদীংমক্না কোন্না ফংনদে। সংস্কৃতকীদি হায়না হায়না অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি ফন্না নীংথীজনবু লৈরে। তৌইগুম্বসুং গ্রীক অমসুং ল্যাটিনগীদি লৈত্রি। অমারোমদা সংস্কৃত লোন্দা লৈবগুম লোল অনীসিদসু মালেমসিগী শক্লায়রবা, অখন্নরবা অচৌবা লাইবিক কয়া অমা লৈখ্রে। মখোয়বু হান্নগী ইরল্লিবা লোল অদু নত্তনা ইংলিসকুম্বা লোল অমগী খুথাংদা পাবা তারকই। হায়রিবা লোল অসিদা ইথোরকপা তারবসু, মদুগী খুদোংচাবদু লৌবা ঙমজদবা, পাদবদি যাদবা মীওইশিং অদুগীদি কমদৌবা তাবা? মতমদুদা হৌরকফম লোলদগী হন্দোকপা হন্দোক্তবা থিবা য়ারক্তে। মদুমক্কি **পোয়টিক্স** অসিবু মণিপুরীদা পুথোক্লবা লমজীং ওইখিবা ৱাখলসু।

সাহিত্যবু হীরম অমা ওইনা লৌদুনা তম্লিবা অমসুং নৈনরিবা মীওই খুদীংমক্কী ওইনদি **পোয়টিক্স** হায়বা লাইরিক অসি পাদবা অমসুং নৈনদবা য়াদ্রবা পোৎশক অমা ওইববনি। মরুওইনা আলোচনাগী মায়কৈদগী য়েংবা মতমদা ৱাফম অসি হেন্না মকওইরকই। মরমদি ঙসিদগী চাউরাক্না চহী লীশীং অনীমুক্কী মতমদা মাগী মহৈরোয়শিংদা লাইবিক তম্বিখিবা মতমদা লেকচর পীনবগীদমক্তা মরুওইবা ৱাফমশিং খোৎচীল্লম্বা ওইনা তৌবা এরিষ্টোটলগী খুৎই অসি আলোচনাগী তাইবংদদি, অহানবা ময়াম্না মশক খঙলবা আলোচনাদা কখোক্লবা খুৎইনি। মসিগী মমাঙদা লৈরম্বা খরদুদি মচোই-মচোই ওইনা তৌবা, অতোপ্পা খুৎইদা মরী লৈননা মতাং-মতাংগী য়াওজরকপা ওইনা তৌখি। মসিগী মতাংদা খরা কুপথবা ৱারোল লাইরিক অসিদা য়াওরিবা নৈনবগী শরুক্তা খেংনবিগনি। এরিষ্টোটলগী **পোয়টিক্সকী** মরুওইবদি পাউখুম পীবদা ঙাক নত্তে — মরী লৈনবা, পুন্নমক্না হংগদবা ৱাহংশিং হান্না হংলম্বা অসিনি। ট্রেজডী করিনো? মসিনা পীবা নুংঙাইবনা করিনো? শৈরেং করিদগী থোরকই? খ্বাইদগী ফবা ট্রেজডীগী মখল করিনো? এপিক্কা ট্রেজডীগা করম্বনা হেন্না থাক বাংই? কমেডী কমদৌনা হৌরকখি? অকিবা অমসুং মিনুংশি হায়বা পুক্নীং ঈহৌশিং অসিনা ট্রেজডীদা করি মফম লৌরি? — অসিনচিংবা ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম হৌজিকসু পীনবা থিরি, পীনরকখিনি। মসিনি এরিষ্টোটলগী মগুণ।

মসিদসু নত্তনা, **পোয়টিক্স** হায়বা লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না এরিষ্টোটলগী ৱাখল,

মীৎয়েং অমসুং থিজিনবদা কুপশীনবগী শক্তমশিং তরং-তরং উবা ফংই। মহাক্না অনৌবা নিয়ম হৌদোক্লম্বা তৌখিদে। মহাক্না পীরম্বা নিয়ম্নি হাইদুনা কোন্না লৌনরকখিবশিংদুদি অতোপ্পা পণ্ডিতশিংগী, মরুওইনা রিনাসাঁ মতমগী মীওইশিংগী মতমদা তোঙান্না পুখোরকখিবনি হায়বা য়াই। এরিষ্টোটলনা পুথোক্লম্বদি, মহাক্কী মতমগী পোৎশকশিং হায়বদি লিলাশিং অদুবু য়েংঙুরে হায়রগা, মদুদা শীজিন্নরিবা খুৎহৎ (technique) শিং অদুবু নৈনদুনা থম্বনি। মহাক্না লিলা হায়বদুদি সুমদৌনা ইগদবনি হায়বা নিয়ম থনমদে, সুমহায়না ইনৈ অমসুং মদুগী মতুংইন্না সীগুম্বা মওংদা ইরবদি খ্বাইদগী অফবা মখলগী ত্রেজডী ওইগনি হায়বা ৱাফমশিং থনম্মী। খুৎই অসিদা খ্বাইদগী চম্খোন্না মমি তারিবদি মহাক্কী ৱাংউরোয় অমা ওইবগী থৌরবা, মনুং হুঞ্জিন্‌বা মীৎয়েং অদুনি। মশানা পরম নাইজবা কাঙলোনগী (Scientist) মীশক অমা ওইনা, মহাক্না পায়খৎলিবা হীরমশিংবু মচা খায়না, মথং-মনাউ নাইনা মশীং খায়দোক্তুনা থম্বা হায়বসি এরিষ্টোটলগী হৈনবীনি। মদুমক **পোয়টিক্স**তগী ঐখোয়না উবা ফংই। মসিদসু নত্তনা মহাক্না হান্না ইখিবা লাইরিকশিং **নিকোমাকিয়ন এথিক্স** অমসুং **রেটরিক** অনীগী মরী অদু লোন্দা-পুদা (diction), লমচৎ-শাজৎ (morality) গী মতাংদা নৈনবদা অমুক হন্না পুশিল্লকই। অদুনা, **পোয়টিক্স** অসিসু মহাক্কী ৱাখল্লোনগী ঈচেলদা অমা ওইরিবা, নাইতোম তোখাইনা লৈবা নত্তবা পোৎশক অমনি হায়বসি মশানা তাকচৈ।

হৌজিক, **পোয়টিক্স** মশামক্কী ৱাপী (text) অসিখক্তং থম্বা মতমদা অপাবশিংগী খুদোংচাদবা খরা লৈগনি হায়বসি য়ান্না ময়েক শেংলবা ৱাফম্নি। মরম অসিনা খরা কুপথনা নৈনবগী শরুক অমা য়ান্না দরকার ওইবনি। অদুবু, লাইরিক অসিনা করিগুম্বা মরম অমদগী অথুবা মতমদা পুথোক্তবা য়াদবগী ফীবম অমা লৈখিবদগী মদুমক্কী চাং অদু য়ৌনা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। অদুমকপু, খরা হেন্না তঙাযফদবনি হায়না খনবা শরুকশিং খরা খনগৎলগা নৈনবগী তাঞ্জা অমা লৌজরী। ঐহাক্না মথংদা হোরস্‌কী **শৈরেংগী কলা** (On the Art of Poetry) অমসুং লঞ্জাইনস্‌কী **সব্লাইম** (On The Sublime) অনীগী অপুনবা লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনজরি, মসিদা খরা হেন্না মপুং ফাহন্নবা হোৎনজগনি।

এরিষ্টোটলগী **পোয়টিক্স** হায়বা খুৎই অসিবু গ্রীক লোলদগী ইংলিসতা হন্দোকপা অসি মীওই কয়ানা পাওথোকখ্রবনি। মদুদসু করিগুম্বা মতমদা খজীক-খরাক খেন্নবা লৈতবা নত্তে। অদুবু হৌজিক ফাওবদা ময়ান্না য়ানরবা হন্দোক্লবা **পোয়টিক্স** খরদি S.H. Butcher অমসুং Ingram Bywater অনীগী অসিনি। ঐহাক্না পোয়টিক্সপু মণিপুরীদা হন্দোকচবা মতমদা মপুং ওইনা Butcher গী ৱাপী (text) দা য়ুম্ফম ওইজখি। মহাক্কী অসিদসু নত্তনা Ingram Bywater, Leon Golden অমসুং T.S. Dorsch হায়রিবা মীওইশিং অসিনা হন্দোকপা **পোয়টিক্স**শিংগী মতেংসু লৌজখী। T.S. Dorsch কী **পোয়টিক্স** অসি মরুওইনা

মীচম্না লায়না খঙবা য়াবা খুৎহন্দোক ওইনা তৌই। অদুগা ব্যৎচরনা ৱাহৈ পরেং থুগাইবা মতমদা পাবদা মরী-মরী শম্ননবা মওংদা অরুবা ৱাহৈ পরেং (Complex sentences) শীজিন্নগন্নী। গোল্ডনগী অসিনা অনৌবা মীরোলগী পণ্ডিত অমগী খুৎহন্দোক্নী। বাইৱাটরগীদা গ্রীক ৱাপী অমসুং ৱাহৈগী মশক্তা য়ান্না চঙশীনবা অদু ব্যৎচরগীদা খরগী মখৈ য়াওরবসু, হেন্না মপুংফাবা শক্তম অমা পীবা ঙম্মী হায়না ঐঙোন্দা ফাওজবদগী মহাক্নী ৱাপী অসি লৌখৎচখিবনি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা গ্রীক ৱাপীদা হোরস্বা নত্ত্রগা মুৎলম্বা মতাংমখৈ ব্যৎচরনা ময়েক শেংনা '< >' অমসুং '*' খুদমশিং অসি শীজিন্নদুনা তাকই; অদুগা কোন্না অতোপ্পনা হাপচীনবা ওইরমগনি হায়না খনবা লোন্দা-পুদাগী মতাংদু (২০ শুবা পন্দুপ) ব্যৎচরনা [ ] খুদম অসিনা উৎলী। ঐহাক্না মদুমদি হাপচদ্রে। অমরোমদা অমুক, মখোয় মরি অসিনা মোৎ খেন্নরম্বা মতাংশিং অদু য়ান্না হেন্না মরুওইবনি হায়না খনবা তারবদি 'খঙহনবা' হায়বা মনীংদা হাপ্পিবা শরুক অসিদা পীজে। খজিক-খরাক্নী ওইবদুদি পীজদ্রে। ৱাপীগী ৱাহন্দোক্তু য়ারিবমখৈ মণিপুরীদা পারিবা মীওইনা মনুংগী ভাবকা কোন্ননা লৌশীনবা ঙম্নবগী মায়কৈদা ওইনা চংশীনজখী।

মতাং অসিদা ঐহাক্না পলহৌদবা য়াদ্রবা ৱাফম অমদি লোনশেম শীজিন্নবগী মতাং অসিনি। এরিষ্টোটল মশামক্নী **মেটফিজিক্স** অসিদা তঙায়ফদনা অনৌবা ৱাহৈ কয়া শেমগত্তুনা শীজিন্নবা তাখি। ঐখোয়গী মণিপুরীদা হৌজিক মিঙ্গৌ ৱাহৈ (terminology) গী অৱাৎপা য়ান্না লৈরি হায়বসি ময়াম্না খঙনরবা অমসুং য়ানরবা ৱাফম্নী। মতম খরগী মমাঙদা সংস্থান অমনা শীনবা মিঙ্গৌ ৱাহৈ শেম্বগী ***ৱর্কশোপ*** অমখক য়াওবা ফংজখী। মদুদা যানদুনা শের্মখিবা ৱাহৈশিংদু অয়াম্বা ঙাক্না ইঞ্জরী — খুদম ওইনা — ৱাপী text; লোন্দা-পুদা - diction; থৌদোক-খুৎশেম - Plot; মীশক, চরিত্র - Character অসিনচিংবা। হায়রিবা মিঙ্গৌশিং অসি থুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোরকপা য়ানা লৈ। মসিগীসু মথক্তা, ইশাগী ওইবা মিঙ্গৌ ৱাহৈ খরসু পুথোক্তুনা শীজিন্নে। চৎনরকপা য়াই, মাঙখিবসু য়াই, লোনশের্মশিং অসি নুংঙাইত্রগসু ইংলিস, বাংলা, হিন্দী, সংস্কৃত, উর্দু — শীজিন্নবদা নুংঙাইগদবা ৱাহৈ লৌশীন্দুনা শীজিন্নবিয়ু হায়জরি। তৌবদবু ইশাগীসু খরা-খরা শেনগৎপদি ফৈ হায়না খঞ্জবগী ৱাফম্নি। ঐহাক্না ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নবদা লাইরিক অসিগী মনুংদদি অমুক শীজিন্নখিবা ৱাহৈ অদু য়ারিবমখৈ হোংদোক্তনা থমজৈ। মীওইবগী অশোনবদগী মরক্তা অশোয়বা য়াওরম্নবসু ঙাকপীগনি অমসুং মতুংদা শেমদোক্লনবগী তাঞ্জা পীবিগনি হায়না আশা তৌজরী।

মথংদা ঐহাক্না রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলবু মতমচানা শেঙ্গুং খরা পীবিদুনা লাইরিক অসি অকক্নবা মতম অমগী মনুংদা ফোঙবা ঙমহনবিখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মসিগা লোয়ননা চানবা ৱাহৈগী খুংদা ঙাওদুনা লৈখিবা তাঞ্জাদা অনৌবা পোমীৎ কয়া কাঙবীখিবা ঐগী পাবুংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরী। সীদসু নত্তনা মমল য়াম্নবা

পাউতাক কয়া পীবিখিবা ওজা অনী ডাঃ এলাংবম দীনমনি অমসুং ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী অনীগী লমন তোল্লবনি। ঐঙোন্দা পুক্নীং থৌগৎপিখিবা মরূপ-মপাং কয়া, মফম অসিদা মিংগা কোন্ননা লোইনমক পঞ্জদ্রবসু থম্মোয়দা মখোয় পুন্নমক্না মফম চাউনা কন্দুনা লৈখরে। অমুকসু পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচিন-ইনাওশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা করম্না ফোঙদোক্তনা তোক্কনি! ইনাওশিং মেনেজর সনাজাওবা, ইরাবত, কম্পোজ তৌবিখিবা অজিৎ, রাজেশ্বর অমসুং দেবান লোয়ননা বাইন্দিং সেক্সনগী রোশন অমসুং তাদা কুবেরনা চিল্লবা অমসুং তেল্লবা মতমদা লাইরিক অসিবু পুথোকপা ঙমহনবিখিবগীদমক্তা মখোয় পুন্নমক্কী মফমদা হন্না-হন্না থাগৎচরী।

মাইবম চীংমাঙ
২৩ আগষ্ট ১৯৯৭

বি এস রাজকুমার

# অনীশুবা খূৎনমদা ৱাহৈ খরদং

পোযটিক্স নৎত্রগা শৈবেংগী কলা অসিনা পৃথিবীগী ওইনা সমালোচনা সাহিত্যগী হীবমদা মৃৎপা নাইদ্রবা মৈবা অমগুম ঐখোযগী মাঙদা লশ্বী তাক্কুনা লাক্লি। মসিবু হন্দোকপগী, নৈনবগী থবক যুগ, মীবোল কযাদা লেপ্পা লৈতনা চৎথবকই। মণিপুবী সাহিত্যদা মফম অমতং কলহনবা ঙম্নবগী পান্দমগা লোযননা হন্দোকচখিবা লাইবিক অসিগী অনীশুবা খূৎনম পুথোকপা ঙমজবদা অপাবশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবী।

তশেংবদি লাইবিক অসিদা শীজিন্নবিবা লোনপু, লোনশেম কযা অসিনা অপাবশিংদা খবদি অবাবা পীবমগনি হযবাসি যাজে। হন্দোকপগী থবক্তা থেংনবিবা অবাবদি হন্দোকপগী থবক তৌবা হন্দোকলোযশিংতনা মযেক শেংনা খঙগনি। মণিপুবী লোল যাম্না চাওখৎলে অদুবু বাখলগা মবা নৈনবা অমসুং সাহিত্য, সমালোচনাগা মবী নৈনবা মিঙ্গৌশিংগী মতাংদদি চানবা ৱাহৈ পুথোকপা ওহ্নেক্লা অবাবগী মশক্নি। অতৈ লোলশিংদগী পঙপুদা পূবগা অবাৎপসি মেক্সিবা কবিগী হাযবিবা লোলশিং অদুগীসু অসিগুম্বা বাহৈশিং অসি লাইনা শেম্বিদুনা থম্বিনম্বনি হাযবদি যাবোই। ইমা লৈবাক নুংশিবদা ইবোল যাওই, ইবোল নুংশিবদি মসিবু চাওখৎনবা হোৎনবা তাই। মীগী মবোলগী কাম্থ শুপ্পগা লুম্ননি নীংলবদি ইবোলনা চজাক তাবক্কনি। ইবোল চৈবগা মীবোন্দা খঙবা তান্নবগী মহুত্তা ৱাবক্সু ৱানা খবা খবা হোৎনমিন্নবা পামই। ফজদবা মিঙ্গৌশিং শিখিসনু। চানবা থোকচবক্কনি। খবদি তৌমিন্নসি, ৱামীংসি, শেম্মীন্নসি।

হন্দক্কী খূৎনম অসিদা অপাবশিংগী খুদোংচানবগীদমক্তা হান্না মনীংদা হাপ্লম্বা 'খঙহনবা" (foot note) হাযবা শকক্তু পন্দুপ খুদীংগী অবোইবদা ওইনা পুখৎচবে। মসিদসু নঙনা হাপ্পা ঙমহৌদবা কমেডৌ নৈনবগী পন্দুপ অমসু হাপচিঞ্জবগী খুদোংচাবা লৌজবি। নৈনবগী শককশিং অসি যাম্না মনুংহঞ্জিন্না, মথক মখা ওনবমখৈ নৈনবদি নত্তে — মখোযগী পান্দমদি মকওইবা মচং ওইবা বাফমশিংদু পুথোক্কুনা উৎপনি, মখা তানা নৈনবদা খবা মতেং ওইনবগীদমক্লি।

অবোইবদা, পোযটিক্স অসি যাম্না মচং ঙাক্তা খনগক্কুনা থম্বিবম্বা এবিষ্টোটলগী খূৎহৌন। অমুক পাবদা মবী শন্নদবগুম্না থোক্কল্লি। লমজীংগী দবকাব যাম্না লৈ। অফবা লমজীংবনা থৱায যাওবা অপাবশিংবু নুংশিনা লশ্বী তাকপীগনি নীংজৈ।

মাইবম
২৩ দিসেম্বব, ১৯৯৯

*বি এস বাজকুমাব*

# য়াওরিবশিং

# ৱাহৌদোকঃ এরিষ্টোটলগী পুন্সী অমসুং থবক

মেসীডোনিযা গ্রীসকী অবাংদা লৈবা লৈবাক অমনি। অম্নাং অমসুং নোংপোক্তা থ্রেস্ লৈবাক, খাদা থেসালী অদুগা নোংচুপ্পনা ইলিরিযা। মপূং ওইবিবা গ্রীস লৈবাক্কী লোঞ্চং-শাজত্তা খজিক খবাক খেন্নবা লৈজে। অদুবু গ্রীস লৈবাক্কী চাওখৎপগী খোঙথাংগা খোঙকাপ মান্ননা চৎমীন্ননবা হোৎনবা, সংস্কৃতি অমসুং অতৈ হীবম কযাদা মখোযদগী তমজবগী থবক তৌবকই। মেসীডোনিযনশিং মশামক্তা মশাবু অমসুং গ্রীকশিংনসু মখোযবু খুনুংচৰ্ক্কী মীওই (barbarians) ওইবি হায়না খন্নবমদে। অমবোমদদি গ্রীস লৈবাক্কী মাঙর্জীন থাবদা নত্তনা লৈবাক অদুবু লৌশীন্দুনা মখোযগী খুদুম মখাদা থম্লীংবগী, মহৈবোয অমনা মাগী গুরুদগী হেনগৎনীংবগী অপাম্বা অমা মতম কুইনদগী হৌনা মেসীডোনিযনশিংগী থম্মোযদা ফুমদুনা লৈবক্রম্মী। মঙলান অসি নিংথৌ ফিলিপ (৩৮২ ৩৩৬ খৃঃ মাঃ) অমসুং মালেম্না শকখঙনববা মচানিপা আলেকজেন্দর (৩৫৬-৩২৩ খৃঃ মাঃ) গী মতমদা অশেংবা ওইখি। তশেংনমক ফিলিপনা অহানবা মাযথীবা পাদুনা লৌশীনখিবসু গ্রীস লৈবাকপুনি।

শা লালগী থবক্তা মপূং ওইনা চহীচা তংখাযমক চৎথগদৌবিবা মেসীডোনিযা হাযবা লৈবাক অসিগী ষ্টাগিবা কৌবা মফম অমদা এরিষ্টোটল ৩৮৪ খৃঃ মাঃ গী জুলাইদগী ওক্টোবর থা ফাওবগী মনুংগী নোংজা অমদা পোকখী - ৯৯ শুবা ওলিম্পিযদকী অহৌবা চহীদনি। অপোকপগী মিংনা নিকোমাকস অপোকপীগীনা ফেষ্টিস। মখোয মচানমনাও নিপা অনী নুপী অমা অহুম্নি — এরিষ্টোটল, এরিমনেষ্টস অমসুং মচে — এরিমনেষ্টা। মখোযগী পোক্নফম ষ্টাগিবা মেসীদোনিযাগী খা নোংপোক্তা লৈবা কালসিদিস কৌবা ঈথৎমান (peninsula) অমদা তাবনি। এরিষ্টোটলগী মমা-মপাগী পাবোন-পুবোন্দি অমবোমদা অন্দ্রোস্ কৌবা গ্রীসকী ঈথৎ অমদগী হোংলকখিবনি। মরম অদুনা এরিষ্টোটল মশামক্কী হৌবকফম যেংলুববদি মহাক অশেংবা গ্রীক ঈনি। মহাক্কী পোকফমগী যেংলুবগদি কাচিন ওইনা তৌবা লমদম অমদা পোকপনি। মতৌ কবম্না মহাক্না তাইবংপানগী অরাংবা থাক্কী পুন্সীগা মরী লৈনবকপগে অমসুং খুঙ্গংগী নত্ত্রগা যামদ্রবদা সহব মচা অমগী মীওই ওইনা হিংলমগদবদগী মপালগী তাইবংপান শকখঙলকখিবগী

মরমসু লৈ। এরিষ্টোটলগী মপা নিকোমাকস্ অসি মতম অদুগী অফাওবা ডাক্তরনি।

গ্রীকশিংগী লাইরারা (myth) তুংইন্না, অহানবদা য়ুরানস্ কৌবা ঈশ্বর অমা পাল্লম্মী। মহাক্না গে নত্তুগা গেয়াবু লৌখী। মখোযনা টাইটন হায়না খঙনবা মচা তরানীথোই পোকখী : ওসিয়নস, সীয়স্, ক্রিয়স্, হাইপিরিয়ন, ইয়াপেটস্, থৈয়া, রিয়া, থেমিস্, নেমোসিনী, ফীবী, টেথীস অমসুং ক্রোনোস। ক্রোনোসনা গেগী থৌইনশিনগা লোয়ননা মপাবু নমথখী। মহাক্না রিয়াগা পান্নদুনা মচা তরুক — জিয়স্, পোসাইডোন, হেডিস্, হিরা, ডিমিটর অমসুং হেষ্টিয়া পোকখী। জিয়সনা মপা ক্রোনোসপু নমথদুনা লাইশিংগী নিংথৌ ওইদুনা পান্খি। জিয়সনা সীয়স্ অমসুং ফীবীগী মচানুপী লেটোগা পান্নদুনা অর্টেমিস্ অমসুং অপোলো অনীসি পোকখী। অপোলোনা কোরোনিস্ পান্নদুনা এসক্লিপিয়স পোকখী। অপোলোনা মচানিপাবু কাইরন কৌবা খ্বাইদগী হৈশিংলবা সেন্টোর অমগী মফমদা মহৈ তম্বিনবা শিন্নখি। সেন্টোবশিং অসি মী তঙ্খাই, শা তঙ্খাই ওইবা য়াম্না শক্তি লৈবা লাইগী মচাশিংনি। সেন্টোব কাইরন অসিমক ক্রোনোসকী মচানি। কাইরন্না এসক্লিপিয়সপু অশিবা ফাওবা হিঙ্গৎহনবা ঙম্লে। মসিদা জিয়স্না উশিত্তে হায়না শাউরদুনা নোংমৈ শীংজংনা থাদুনা মহাকপু হাৎখী। হাৎখী হায়বা ৱাহৈসি শিনাইদবা লাইশিং অসিগী মরমদা ইচা চানদে। অদুনা মালেম লৈনুংদা চেল্লিবা টার্টরস্ কৌবা খোঙলেন্দা মীফা ওইনা থমখি হায়বসিনা হেন্না চান্নে। হায়রিবা এসক্লিপিয়স অসিনা এপিয়োনী লৌদুনা মচানিপা অনী — মকাওন অমসুং পোডলিরিয়স্, অদুগা মচানুপী অনী — হায়জিয়া অমসুং পানাসিয়া, পোক্লম্মী। এরিষ্টোটলগী মপা-মপু অসি মকাওনগী শাগৈনি হায়না খঙনৈ। মবম অসিনা মীয়াম্না মখোয়বু, অঙম-অথৌমক নত্তুবসু অৱাংবা থাক্তা থমদুনা ব্যবহার তৌনরম্মী।

এরিষ্টোটলসু হীদাক-লাংথক শেম্বগী, লায়েঙবগী অমসুং মহৌশাগী পোৎশকশিংগী মবমদা কুপ্না থিজিনবগী মরমদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা তমশিনবা হৌরকখী। মহাক্না পোক্নদবা চহী চাম্মমুক্কী মমাঙদা কোস কৌবা ঈথক্তা পোকখিবা হিপোক্রেটিস্ কৌবা গ্রীক অমনা লায়েঙবগী থবক অসিবু থৌ-লাং, উরু-ৱারম্না লায়েঙবগী থাক্তগী কাঙলোন (science) অমা ওইনা, পথাপ নাইবা মওংদা পুখৎপিরম্লে। এরিষ্টোটলগী মতমদদি লেপ্তুনা থিজিল্লকপগা লোয়ননা অমুক্কা হেন্না চাওখৎলে। মহাক লায়েঙবা মীশক অমা ওইনা মপুঙ্গী লেনখিদ্রবসু, মহাক্কী খুৎইদা লায়েঙবগী মহৈগী মমি য়াম্না তাখি। মহাক্কী মপা নিকোমাকস্কী মিংচৎ থাপ্লবা লমদম কয়া শীন্বা থুংনা

শন্দোকখী। মমৈদা মহাকপু শকখঙবীবা ওইনা মেসীডোনিযাগী নিংথৌ অনীশুবা অমিন্টাস্‌কী কোনুংদা মহাকপু ডাক্তর অমা ওইনা থম্লম্মী। মতম অদুদা মেসীডোনিয়াগী কোনুং অসি এগিয়াদা ওইরম্বনি। অদুবু অমিন্টাসকী মচানিপা অনীশুবা ফিলিপনা পাল্লম্বা মতমদা পেলা হায়বা মফমদুদা কোনুং হোংলকখী। নিকোমাকস্‌না লৈখিদর্বসি ৩৭৬ খৃঃ মাঃ দগী ৩৬৭ খৃঃ মাঃ ফাওবসিগী মরক্তা ওইগনি হায়না লৌনৈ। মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংদা এরিষ্টোটলগী ইমুং-মনুং হান্নগী লৈফম ষ্টাগিরাদা অমুক হল্লক্লে। মফম অসিদা মচেম এরিমনেষ্টাগী অনীশুবা মপুরোইবা প্রোক্সেনস্‌না মাবু য়েংশীনবগী থৌদাং পূম্বা লৌবা হৌরকখী। এথেন্সতা প্লেটোগী মনাক্তা এরিষ্টোটলবু পুরকখিবসিসু মহাক্তনি হায়নৈ।

নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা এরিষ্টোটল শক-চুদা থোক্তনা পীথোরকপা হায়বদুদি ওইরকখিদে। মশা-মউ তবা তবাই; মতোংগী শরুক থোইনা য়াওদে। মমিৎ খুবপ তৌই। ৱা ঙাংবা মতমদস্ খরা নৌথনা, চিংলপ তৌনা ঙাংবগী হৈনবী লৈরকই। অমরোমদা নহা ওইনা মহাক অসি কে-মৌবা খরা তেন্না পামজরকখিবা ওইনা তৌই। শমহাৎ মযামগা মান্নদবা মওংদা শেম্মী: অদুগা মমল তাঙবা নুং হৎপা খুদোপকাসু অমুক্তদা মরি মঙা শিবসি মহাক্কী পামজবনি। তুংদা ৱাংউরোয় অমা ওইনা মমিং শেগাক কায়না চৎলগদৌরিবা মীশক অসিগী মথোই কাবপ তৌবা শাজৎ অসি ঙক্না থোকপা যাই। অদুবু মসিগা মহাক্কী অচৌবা থৌদাংশিংগা মরী লৈনহল্লবগী থোইনা কান্নবা লৈতে।

মশাগী চহী ১৭/১৮ শুরকপা ৩৬৭/৬ খৃঃ মাঃ দা এরিষ্টোটল এথেন্সতা থুংলরে। পাউগী লীখুন খরনা হায়বিবনা মফমসিদা লাক্লগা মহাক্না পুজরকপা শেম্মম পূম্বা লোইশিনখিদুনা উপাই লৈরক্তবদগী লাম্মী ওইখি অদুবু মদুদগীসু অমুক তোক্লক্তুনা মতম খরা লায়েঙবগী থবক তৌরম্মী হায়বসু য়াওই। চৈবক অসিদা প্লেটোনা মাগী মহৈরোয়শিংবু মহৈ তম্বিরিবা, সহরগী চিদাইদা লৈবা অচৌকপা মফম পেবিপাট (গ্রীক ঃ পেরিপাটিকোস) অদুদা চঙশীন্দুনা খরা খরা তাবা হৌরকপদগী, মশাগী হান্না লৈজরকপা লৌশিংগা করিগা মপূং ফাবা ৱাংউরোলগী শক্তম অমা শাগৎপা হৌরকখি হায়বসু হায়নৈ। পূন্নমক অসি লোইনমক অচুম্বা ওইনা লৌরুদ্রবসু য়াই। হেক চুন্নিবা ৱাফমদি হৌজিক এরিষ্টোটল প্লেটোগী অকাডমীদা মহৈরোয় অমা ওইনা মিং চল্লরে। মঙোন্দা ডাক্তরগী ইমুংদগী হৌরকপা মীশক অমা ওইনা থবক খুদীংমক্তা কাঙলোনগী ওইবা মীৎয়েং থম্বা অসি মশাগী চেন্নজরক্লবা মগুন্নি। অমুকখক মশা ঙমদদুনা লৈরবদা, ডাক্তরনা চানবা পীররিবা হীদাক্তু মরম হান্না তাক্তবদি চারোয় হায়না খৎনখিবগী ৱারী

থেংনৈ। কনাগুম্বনা এরিস্টোটলবু থাগৎনবা হোৎনবদা মহাক মশাগী চহী ৮ দা ভায়রিঙৈদা এথেম্সতা প্রোক্সেনস্না পুরক্নুনা মহৈ তম্বা হৌখ্রবনি হায়নবসু য়াওই। মসিগী চপচাবা মখা তাবা ওইথোকপা য়াবা প্রমাণ ফংদে। অদুবু মতম খরা মহাক্না মতমদুগী রেটরিক্কী মমিং লৈরবা ওজা আইসোক্রেটিস্ (৪৩৬-৩৩৮ খৃঃ মাঃ) কী মখাদা রেটরিক্কী, হায়বদি বাহৈগী লৈতেং, প্রমাণ-পাস্থে অমদি মীগী পুক্নীং শুমহৎপা ঙম্নবা মওংদা ৱা ঙাংবগী মহৈ তম্নম্মী হাযবসিমদি প্রমানস্ লৈরে,ময়াম্নসু য়ানরে।

মরমদি প্লেটোগী অকাডমীদগী চহী ৫/৬ হান্না ৩৯৩ খৃঃ মাঃ দা লিংখৎখিবা আইসোক্রেটিসগী স্কুল অসি মতমদুদা প্লেটোগীদগীসু হেন্না মমিং চৎলম্মী, মহৈরোয য়াম্বসু হেল্লম্মী। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, এরিস্টোটলগী অখন্ননা ইবা নৈন-খূৎই (treatise) **রেটরিক** হায়বদুদা হীরম অসিদা মহাক্না থিজিল্লুবা অমসুং খঙলকপা ময়াম অদু য়াম্না কুপ্পা শন্দোক্লা ইদুনা তাক্লী। অমুকসু এরিস্টোটলনা মশাগী ওইবা পবেলোনগী থিজিনবা (Theoretical investigation) চৎথবকপা মতাংদস্ রেটরিক্কী মতেং য়াম্না লৌই। সীদসু নত্তনা ***ন্যায় শাস্ত্র*** (logic) গী মতাংদা থিজিনবা মহাক্কী খূৎই **টোপিক্স** (Topics) হায়বদুস্ রেটরিক্কী খূৎইনি হায়না মশানা হায়জরম্মী। এরিস্টোটলনা অকাডমীদা চঙদ্রিঙৈদা রেটরিক হান্না তম্নম্বা য়াবগী ওইথোকপা অমনা আইসোক্রেটিস্ অসিনা নহা ওইরিঙৈদা অৱাং গ্রীসতা লাক্নুনা সোফিষ্ট অমা ওইবতা নত্তনা ওরেটর অমা ওইনসু ফাওববা গোর্জিয়স্ (৪৮৩-৩৮০ খৃঃ মাঃ) গা মতম কুইনা লৈমিন্নরখি। অদুনা রেটরিক তম্সগী অমসুং তস্বিবগী ইরাংসি এরিস্টোটলগী পোক্নফম লমদমগী মায়কৈদস্ লৈরম্মী। মরম অসিদগী মহাক্না প্লেটোগী নাক্তা চঙলক্লিঙৈদগী হৌনা রেটরিক হান্না তম্বা হৌরে হায়বসি মরম চায়।

অকাডমীদা চঙলকপা তাববসু (৩৬৭ খৃঃ মাঃ) এরিস্টোটলগা প্লেটোগা চহী অহুম উনবা ফংখিদে। মবমদি হাযবিবা চহী অহুম অসি প্লেটোদি সিসীলীদা লৈখি। প্লেটোনা সিসীলী চৎপসি অনীরক্নী -- অমুক্না সিৱাক্যুজদা পাল্লিবা নিংথৌ ডাইওনিসিয়স্ ১ অমসুং মাগী মচানিপা ডাইওনিসিযস ২ শুবগী মতমদা। মহাক্কী **রিপব্লিক** কৌবা লাইরিক্তা পীরিবা 'ৱাংউরোযনা নিংথৌ' হায়বা পরেলোন (theory) অদু মপুং ফানা থবক্তা ওস্থোকপগী ৱাখলদা চৎলুবনি। অহান্বা ৩৯০ খৃঃ মাঃ দা চৎলুবা অদুদনা ফাদুনা মীনাই ওইনা য়োস্থোকখী, খুদক্তা মরূপ-মপার্শিংনা মমল পীদুনা হঞ্জিনহৌই। অনীশুবা খোঙচৎনা মাগী মহৈরোয় ডাইওন কৌবা অমনা বার্ত্তন তৌরকপদগী ৩৬৬ খৃঃ মাঃ দা চৎলুবনি।

চহী অনী অহুম লৈরবা তুংদা আশা মপুং ফাবদি লাযবদুনা মথ্‌ৱায মাঙগদবা শম্নাদা লীত্তুনা ৩৬৪ খৃঃ মাঃ দা চেম্লকখী। অসুম্না প্লেটোনা সিসীলীদা লৈখিঁঙৈ মবকসিদা এরিষ্টোটলনা চঙলকখিবনি — মতম অদু অকাডমী অসি নাইদস্ (Cnidos) তগী লাকপা যুডোক্সস্ (৪০৮-৩৫৫ খৃঃ মাঃ) না পুহৌবা মতম্নি। মসিগী মমাঙদা আইসোক্রেটিসতগী বেটবিক্কী মহৈ তম্লকখিবা এরিষ্টোটল অসি মাগী গুরুগা মোং খেন্নবকপদগী থোবকত্ত্রবনি। হৌজিকসু, চাউবাক্লা চহী ১৭ কী মতম প্লেটোগা লোযনবকপা অসিদসু মখোয় অনীগী মবক্তা খেন্নবা কযা তবং-তবংনা থোবক্কদৌবি, লোযননা এরিষ্টোটলনা মশাগী স্কুল লিংখত্তুনা প্লেটোদগী তোখাই তাবকখী।

এরিষ্টোটল অমসুং প্লেটো অনীসি যাম্নসু নকশীন্নবা, অদুগা খেন্নবা কযাসু লৈবা ৱাংউবোয অনীনি। প্লেটো (৪২৯/৭ খৃঃ মাঃ - ৩৪৭ খৃঃ মাঃ) মখোয অনাগী মবক্তা যানদবগী হৌবকফমশি মখাগী মবমশিং অসুম্না পীনৈ।

অহল ওইশিল্লক্রবা, ৱাংউবোযদা লুপচববা প্লেটোনা এরিষ্টোটলগী কেজ মৌজবা, মশম তেন্না কত্তুনা শমহাৎ শেম্বা (মতমদুগীদি শম শাংনা থাকপা চৎনবম্মী), ফিবোলগী মবমদা যাম্না কুপথবা, সনাগী খুদোপ্পচিংবা যাম্না শিবা অসি ওত্থোক্লা পামজখিদে। এলিযন্না (Aelian) ইবম্বা মতুংইন্না, মবম অসিদগী প্লেটোনা এরিষ্টোটলগা কযা লোযনখিদে, জেনোক্রেটিস (Xenocrates), স্প্যুসিপস্ (Speusippus) অমসুং অতৈ মহৈবোযশিংনা অযাম্বা মতমদা লোযনদুনতা লৌখ। এরিষ্টোটল কোন্নখ্রদদি ৱাংউবোয অমগী অচম্বা পুন্সী মবেল লেনখ্রবসু, অকাডমীদা চঙলকপা মতম অসি ফাওবদি নহা ওইবিঙৈ শাজত্তু থাদোকপা ঙমদ্রি। মহাক্কী মবমদা প্লেটোনা হাযবম্না বাহৈশিং অসি ডাইওজিনিস্ ল্যাবটিযস্ কী **অফাওবা ৱাংউবোযশিংগী পুন্সী** (Lives of Eminent Philosophers) হাযবা থাযনগী গ্রীক লাইরিক্তুদা পল্লম্মনি। প্লেটোনা অসুম্না হাযখী হাযনা মহাক্লা ইবি — "মহাক্তি (জেনোক্রেটিসপুনি) মহৌশানা খবা তপচৈ, ৈথোই শিংথোইজদে।" মসিগী মখা তাবদুনা জেনোক্রেটিসকা এরিষ্টোটলগা চাংদম্নবদুনা প্লেটোনা অসুম্না হাযখী হায — "অমনা শগোল শাজৈ দবকাব লৈ। অমসিনা য়াচন দবকাব লৈ।" অমুকসু অসুম্না মোং পীখি — "খচ্চব অমা তম্বিদুনা লৈরে ঐনা, মানা লমজেল তান্নগদৌবিবসিনা শগোল মতা অমনি।" মসিদসু নত্তুনা এরিষ্টোটলনা চহী ৮০ শুজিল্লক্রবা, নীংশিংবগী অমদি ৱাখলগী থৌনা মগেং ৩শিল্লক্রবা প্লেটোদা হন্না হন্না বাহং তৌদুনা, মাযথীবা পীদুনা ফাগী তাহন্‌বা মতাং কযাসু য়াওখী হায। অদুনা এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না

প্লেটোনা এরিষ্টোটলবু শগোল মচানি হায়না মমিং থোক্লম্মী — মরমদি মমাদগী মপুক থন্না মখোম থক্লবা তুংদা খুদুংনা অমুক কাওশীল্লম্বা হায়র্বসি শগোল মচাগী হৈনবীনি; মতাংসিদা মদুমকস্ থোকখী।

এরিষ্টোটলগা য়ানদবা মীওইশিংস্ লৈরম্মী। মতম শাংনা মেগরাগী স্কুলগী ওজা মিলেটস্তগী লাকপা য়ুবুলিডিস্কা এরিষ্টোটলগা ফোংনা অঙম তান্নবগী থবক অমা চংথখী। য়ুসোবিয়স্ হায়বা অমনা হায়রম্বা মতুংইন্না প্লেটোগী শিরমদাই য়ৌরবদা এরিষ্টোটলনা অনাবা হংবা ফাওবা লাকখিদে; মহাক্কী খুৎইশিং ফাওবা মাঙহনখী হায়না ল্যারটিয়াস্তগী খঙবা ঙমই। অমুকসু, প্লেটোগী মমাক স্প্যুসিপস্না নাদুনা লৈরিঙৈ, জেনোক্রেটিসসু এথেন্সতগী থবক চখোকখিঙৈদা, প্লেটোনা লাইরিক তম্বিরিবা মফমদু এরিষ্টোটলনা মুনখি; অদুবু জেনোক্রেটিসনা হল্লক্লগা খুৎ-শা য়াওনা তাম্থোক্লদুনা প্লেটোগী অমুক ওইখি হায়নলসু য়াওই। এরিষ্টোটলনা অহানবদা ফোসিয়াদগী লাকপা মহাক্কী মরূপ নাসো (Mnaso) কৌবা অমগা অতৈ খরগা লোয়নদুনা প্লেটোদা তকখৎলুবদগী অহল ওইরবা প্লেটোদু মাগা মায়নীংদদুনা অমুক হন্না থোবকখিদবনি অসুম্না হায়নৈ। পূম্নমক অসিদা তৈঞ্জিনবা কয়ামুক যাওরম্না তাববস্ প্লেটোগা এরিষ্টোটলগা অনীগী মরকসিদা থাউগা ঈশিংগগী মরী অমাদ লৈরে হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে।

মথক্কী বাফমসিদগী এরিষ্টোটলনা প্লেটোবু করিসু ওইনা লৌখিদ্রবরা হায়বা রাফম অমা থোরক্লনি। মদুদি নত্তে। পূম্নমকসিগী মকদি এরিষ্টোটলগী ফাথবা য়াদবা, হায়ঙম-তৌঙমদবা লমচৎ অমখক যাওরিবা অদননি হাযনা লৌনৈ। অমরোমদা প্লেটোবু মহাক্না কয়ামুক য়াম্না লুনা নীংজবগে হায়বদুসু মার্গী ঙল্লিঙৈ মতমগী, হায়বদি অকাডমীদা লৈরিঙৈ মতমগী রাখল্লোন অমসুং খুৎইনসু তাকই। এরিষ্টোটলনা অকাডমী থাদোকখিবসি প্লেটোনা লৈখিদ্রবা মতুংদা থক্তনি। মরক অসিদা মহাক মশামক তত্তনা ক্লাস লৌখী — মসি প্লেটোগী অযাবা য়াওদনদি করিসু ওইথোক্লোই। এরিষ্টোটলনা প্লেটোগা য়ানদবা ফননমক লৈদুনসু মশামকপু অহৌবদদি প্লেটোনিষ্ঠ অমনি হায়না মতমচুপ্পদা লৌজখী। খুদম ওইনা **মেটফিজিক্স** ইবা মতমদা মশাবু 'ঐ' হায়জবগী মহুত্তা 'ঐখোয়' হাযবা বাহৈসি শীজিন্নদ্না মরম্নাইগী ওইনা থোরকপা মালহন্দবা, প্লেটোগী অকাডমীগী পোখোক অমা ওইনা পুথোক্লবা তৌখি। অদুমকপু এরিষ্টোটলনা অচুম্ববু মরূপ-মপাং, ওজা-গুরুদগী হেন্না রাংনা অমদি লুনা খনখী হায়বসি মহাক্কী **নিকোমাকিয়ন এথিক্স, (১, ৬)** তা ইরিবা অসিনা তাকই — ". . . especially as we are philosophers or lovers

of wisdom; for, while both are dear, piety requires us to honour truth above our friends." অচুম্বনা মরূপ্তুগী লুবা হেল্লী হায়বা ৱাফমসি হৌজিক ফাওবদা হায়নরিবা এরিষ্টোটলগী ৱাহৌশংনি। তৌবদবু মহাক্কী ওইনদি মরূপ হায়রিবসি মহাক্কী গুরু প্লেটোবু অখন্ননা খণ্ডনখিবনি। 'অচুম্বা' হায়বা ৱাহৈসিদা য়াম্না অৱাংবা থাক্কী, তাইবংপান পুম্বগী, মীওইবগী ওইবা নুং খোন্‌বা ৱাহন্দোক অমা চেন্নর্জরি। মহাক্কী পাবা তন্দবা, নীংশিংবা তন্দবা, খন্ন-নৈনবা তন্দবা মতৌ অসি উরগা প্লেটোনা এরিষ্টোটলনা লৈরিবা য়ুম অদুবু লাইরিকশঙ হায়না মমিং থোল্লম্বগী ৱাফম ৫ শুবা চহীচা খৃঃ মাঃ দা লৈরম্বা এম্মোনিয়স্ কৌবা ৱাংউরোয় অদুনা পল্লম্বা মতাংসু লৈরী। সোমদনা প্লেটোগা থাপ্তোক্লরকপা তারবসু, সিসীলীদা প্লেটোবু ডাইওনিসিয়স ২ শুবনা হাৎকনি হায়না কিহল্লক্রবদা মাগী মঙক হান্না ককপীয়ু হায়না চোংথোকখিবা জেনোক্রেটিস্ অদুগা মনুংদা এরিষ্টোটলগা নকশীন্নবা হেল্লকখি। অদুগা প্লেটোগীদমক্তা থৱায় থাগনি হায়না তৌরম্বা জেনোক্রেটিস্ অদু মাগী গুরুনা শিরবা তুংদা এবিষ্টোটলগা পুন্না অকাডমী থাদোকমিন্নখী।

হৌজিক, কমদৌনা করিগীদমক্তা এরিষ্টোটলনা অকাডমী থাদোক্লুনা চৎখ্রিবনো হায়বা ৱাফমসি থোরকই। মহাক্কী নৈন-খৃৎইশিং **অফবা হায়বসিগী মরমদা** (On the Good), **ৱাখল্লোনগী মরমদা** (On the Ideas) হায়বর্শিংসি ৩৫০ খৃঃ মাঃ অদুৱায়গী মতমদা অকাডমীদা লৈনা-লৈনা প্লেটোগী ৱাংউরোলবু শীংনদুনা ইখিবা খৃৎইশিংনি। প্লেটোগী ওইনদি মহাক্কী ৱাংউরোল অদুখক্তা ইন্‌গদবনি হায়বা লৈরমদে। মশা-মশাগী অপাম্বা, অনীংবা অথিংবা লৈতনা ফোঙদোরুবগী খুদোংচাবা পীরম্মী। মসিগী ময়েক লারবা খুদম অমা হায়বা তারবদি কোন্না ***স্কেপ্তিক স্কুল*** (The Sceptics) হৌদোক্লগদৌরিবা আর্সিসিলোস অমসুং কার্ন্যাডিস্ অনীসিমক প্লেটোগী মহৈরোয়শিংনি — মখোয়না প্লেটোগী ৱাংউরোন্দগী হৈ-শিংনা শাগত্তুনা ***স্কেপ্তিসিজম*** গী ৱাংউরোল পুথোকখিবনি। **অদুনদি** এরিষ্টোটলনা তোক্কে হায়রবদি ৩৫৭-৩৫৫ খৃঃ মাঃ স্বাইগী মনুংসিদা তোকখিবা য়ারবনি। প্লেটোগী তুংদা মমাক স্প্যুসিপস্‌না অকাডমী পুহৌরে। অদুবু মহাক্না লৈখিদবা চহী (৩৩৯/৮ খৃঃ মাঃ) অসিদগীদি এরিষ্টোটল অকাডমীদা অমুক হল্লকখিদ্রে।

মহাক্না হল্লক্তবগী মরমদি অয়াম্বনা প্লেটোগা য়ানদবগীনি হায়না লৌনরবসু, মসিদগী হেন্না চানবা মরম অমা লৈরি। এরিষ্টোটল মশা অসি পারী-পুরী য়েংলুরগা অশেংবা গ্রীক অমা ওইজরসু, মশাদি মেসীডোনিয়াগী মীচংদা লৈরম্মী। মহাক্না নিংথৌ ফিলিপ অমদি

মচানিপা আলেকজেন্দরবু তাথীবা মতাং যাওখ্রবসু মেসীডোনিযাবুদি খক তাথীখিদে। হাযবিবা মতম অসি গ্রীসকী বাখল খনবা মীওই কযানসু মেসীডোনিযাদা অপুনবা, মাঙজীন থংবা গ্রীস লৈবাক অমা শেমগৎনবগী লমজীংবা অমা ওইনা আশা যাম্না তৌনবা মতম্নি। মমিং লৈববা ওবেটব, লৈঙাক্লোন তৌবা মী (politician) অমসু ওইখিবা এস্কিনিস (৩৮৯ ৩১৪ খৃঃ মাঃ) মশামকসু গ্রীস মচা অমা ওইনা মেসীডোনিযাবু শৌগত্তুনা লেপর্খী। অদুবু নিংথৌ ফিলিপনা ৩৪৮ খৃঃ মাঃ দা গ্রীসকী ওলিন্থুস্ কৌবা সহব মৈ থাদোকখিবদগী এথেন্সকী মথক্তা পাল্লবিবা মেসীডোনিযাগী নিংথৌ অসিগী মাযোক্তা গ্রীকশিংনা লৈবা হৌবে। মখোযগী মিৎতা এরিষ্টোটলবুসু মেসীডোনিযাদগী লাকপা লম্লানবা অমা ওইনা উবম্মী। মমিং চৎলবা ওবেটব ডিমোস্থিনিসকী মচেগী মচা ডিমোকাবিস হাযবা ওবেটবদুনা ৩০৬ খৃঃ মাঃ দা এথেন্সকী মাযামদা ওলিন্থুস সহব মৈ থাখিবসিগী মাওওইননা বাংউবোয খবনা, মকওইনা এরিষ্টোটলনা সহব অদুগী নিংথৌ ফিলিপ্প যাদবা মীযামশিংগী মাযোক্তা ৱা ঙাংখী হাযনা খঙহনখী। অদুবু হাযবিবা ফিলিপ অসিমক্না ৩৪৯ খৃ মাঃ দা ষ্টাগিবা মৈ থাখিবনি। মসিদসু নত্তনা এরিষ্টোটলগী মমাগী পোক্ফম লমদম যুবীযা (Euboea) ঈথৎকী মীওইশিংদা ইনশীন্দুনা ৩৪৯/৮ খৃঃ মাঃ দা এথেন্সকী মাযোক্তা লাল অমসু ফিলিপনা থোকহনখবনি। হাযবিবা ফীবমসিদা এরিষ্টোটলনা মেসাডোনিযাদা নত্ত্রগা যুবীযাদা চত্নুনা লৈরুবা হাযবসিমা ওইগোক্নে। অদুনা মহাক্না অকাডমীদগী থোবক্লগা চৎলুবিবা মফমসি এসিযা মাইনবগী মনুংচন্না লৈবা অটার্নিযস কৌবা সহবদুগী লৈঙাকপা হর্মিযস্ হাযবা মেসীডোনীযাগী মীচংদা লৈবা হান্না প্লেটোগী মহৈশোয ওইবম্বদুগী মনাক্তনি।

মবম অসিদগী ঐখোযনা এরিষ্টোটলনা অকাডমী থাদোক্লম্বসিগী মবম অসি লৈবা ন্ংঙাইতবদগী তৌবনি হাযবনা হেন্না চুমগদবা ওইনা লৌই। প্লেটোনা হিংলিঙদগী হৌনসু এথেসতা নত্তনা গ্রীস অপুম্বনা মেসীডোনিযাগী মাযোক্তা যানীংদবগী মৈবী চুখৎনবা তৌখ্রবনি। এরিষ্টোটলগী পুন্সীনা লোইগদবা কুইবক্তুবা মতমদা মহাক্না আলেকজেন্দবগী লাঞ্জিংপুবেল অমা ওইরিবা এন্টিপেটবদা - এথেন্সকী নাগবিক্তা পীবা অধিকাবদ অতোপ্পা লমদগী লাকপশিংদা ফঙহন্দবগী মতাংদা চেবোল ইখিবগী বাফমসু লৈরিবনি। অদনা হৌজিক প্লেটোগী তুংদা এরিষ্টোটল অসি ৱাংউবোয় অমা ওইনা অচিকপা থিদুনা, বাখল তৌদুনা লৈগদ্রা, নত্ত্রগা মতমগী ৱাথোক্তা চোংশীন্দুনা যাওগদ্রা হাযবা বাফমসি থোবকখী। পাউখুমদি — এরিষ্টোটল থবক্কী

মীনি ঃ অদুনা ৱাংউবোলবুসু থাদোকখিদে, খুৎশম্নবা মীযামগী পুন্সীগী অকক্বা তান্ফমগসু খুৎশম্নবা চৎমীন্নখী।

হর্মিযসকী মনাক্তা এরিষ্টোটলনা চত্রিৱৈদগী হৌনা প্লেটোগী মহৈরোয অনী এরাষ্টস্ অমসুং কোরিস্কস অনী চৎখ্রনি। মখোযদা হর্মিযস্না আসস্ (Assos) হাযবা লৈবাক মচাদুমা পীবিবদনা পাযখৎনীংবা চাংযেং পাযখৎনবগী তাঞ্জা পীখি। মফমসিদা প্লেটোনা সিসীলীদা পাঙথোক্কে খনখিবা থবকশিংদু এরাষ্টস অমসুং কোরিস্কস অনীমক্তা ফনা নীংথীনা পাযখৎপা ঙমখি। লোযননা অকাডমীগী মশা অমসু মখোযনা মফমসিদা হাংদোকখী। এরিষ্টোটলনা লাক্লগা হর্মিযসকা উনববা তুংদা হাযবিবা মফমসিদা লাক্নুনা অকাডমীদুগী মকোক ওইনা থবক পুবে। মসিদগী মহাক্কী **লাইসিযম** (Lyceum) লিংখৎলক্লবগী মক হুনবা হৌখি। মফম অসিদা কোপিস্কস্‌কী মচানিপা নিলিযস অমসুং মমিং চৎলবা এরিষ্টোটলগী মহৈরোয লেসবোস লৈবাক্কী ইরেসস সহবগী থিওফ্রাষ্টস (৩৬০-২৮৭ খৃঃ মাঃ) থোরককখী। হর্মিযস্না এরিষ্টোটলবু নীংখিবগী খুদমদি মচাশক্তা যোকচবা মমৌ পিথিযস্পু মঙোন্দা থাজখী। পর্সান (Persian) শিংনা হর্মিযস্পু ফাদুনা হাৎখ্রবদা চহী ১৩/১৪ গী মচানুপী পিথিযস্ (মমাগা মমিং মান্নে) পুদনা এথেন্সতা এরিষ্টোটলনা চেল্লকখিবগী বাবী অমা স্ত্রাবো (Strabo) গী খুৎইদগী ফংই। ৩৩০ খৃঃ মাঃ অদুৱাইদা মাগী নুপী লৈখিদ্রবদা, হর্পিলিস কৌবী পিথিযসকী সেবা তৌবম্বী নুপী অমখক পান্নদুনা এরিষ্টোটলনা নিকোমাকস হাযনা মপাগী মমিং লৌদুনা থোন্বা মচানিপা অমগা থম্লম্মী।

মসিগী মমাঙদা আসসতা চহী অহুমগুম্বা লৈবম্লবা মতুংদা ৩৪৩/২ খৃঃ মাঃ দা এরিষ্টোটলনা লেস্‌বোস লৈবাক্তা চত্তুনা মহৈ তম্বিবগী থবক তৌবম্মী। তাল্লক অসিদা নিংথৌ ফিলিপ্পা মচানিপা আলেকজেন্দরবু লাইরিক তম্বিনবা হাযদুনা এরিষ্টোটলবু কৌরবে। এরিষ্টোটলমক্তা আলেকজেন্দরগী অমত্তা ঙাযবরা ওজাবা নত্তববা হাযবসি যাম্না যেৎননীংঙাই ওইবা বাফম অমা ওইবি। প্লুটার্ক (Plutarch) না মহাক্কী মিং পন্ত্রিবৈদা ওজা অনীগী মমিং পল্লি — লিওনিডস অমসুং লাইসিমাকস্। জেনোক্রেটিস্না নিংথৌগী শক্তিগী মরমদা নৈন খুৎই অমা ইনবা শিন্নখিবনিনা মহাকমক্তসু আলেকজেন্দরবু মহৈ-মশিং খবগী মখৈ তম্বিবম্বা যাই। কুইন্টিলিযন (Quintilian) গী মতুংইন্নসু আলেকজেন্দরবু তশেংনা মহৈ-মশিং তম্বিখিবা মীশক্তি মমাইবেম্মা ওলিম্পিযসকী শাগৈসু থোকপা লিওনিডস্ অসিনি হাযবম্মী, লোযননা আলেকজেন্দরগী লমচত্তা অশোযবা

কয়াগী তাইনফমস্ মঙোন্দা ওইহল্লম্মী। অদুবু পূন্নমক অসি থম্নগা, য়াম্না অৱাংবা থাক্তা ওইরবসু নত্রগা হন্থবা পাক্তা ওইরবসু এরিষ্টোটলনা ফিলিপকী কোনুংদা লৈখি হায়বসিমদি শোয়দ্রে। মফমসিদা লৈবদগী ফিলিপ্না মঙোন্দা শেল য়াম্না থাদদুনা পাম্বী কাঙলোন (Botany) অমসুং জীব কাঙলোন (Zoology) য়াওনা অতৈ হীরম কয়াদা খিজিনবা ঙমখি। কোম্না আলেকজেন্দরনা মালেম ঙম্বা চৎলকপা খোঙচত্তসু মাগীদমক্তা লম-লমদগী কাঙলোন্দা কান্নগদবা মচাক কয়া খোমজীন্দুনা থারকখিবগী ৱারী অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্মী। এরিষ্টোটলবু ফিলিপকী কোনুংদা য়াম্না ঈকায়খুম্নরম্মী হায়বসিমদি শোয়দ্রে। ফিলিপ্না গ্রীকশিংবু কেরোনিয়াগী লালফমদা ৩৩৮ খৃঃ মাঃ দা মায়থীবা পীরবা তুংদা মাঙহন্শেন (compensation) তাল্লকপদা এরিষ্টোটলনা গ্রীকশিংগী মতেং য়াম্না পাংখী। এরিষ্টোটলগী মতম অসিদা মনুংদা চেম্নীবা ৱাখলগী ঈচেল অসি করীনো হায়না হংবা য়াই। পার্স্যনশিংনা মকুবোক হর্মিয়সপু হাৎখ্রবা তুংদা, অপূনবা গ্রীক অমনা মালেমদা অমুক্তং পান্দুনা গ্রীকশিংগী নাৎ (culture) অমসুং মহৈ-মশিং শন্দোক্লীংবগী ৱাখল মঙোন্দা হেন্না কনশীন্না লাকপা হৌখ্রবনি। পূনবু পুল্লবদি মসি শোয়দনা ঙমগনি হায়বগী থাজবসু মঙোন্দা লৈরম্মী। নহা ওইরিবা নিংথৌমচা অদুবুসু অসিগুম্বা পারাশিং শোয়দনা তম্বিরমগনি হায়বগী থাজবা লৈ। মহাক্না শোয়খ্রিবদি মেসীডোনীয়াগী নিংথৌগী মখাদা মীয়াম-লৈঙাক পামজবা এথেন্সকুম্বা সহর-লৈবাকশিংনা লৈবা পাম্লম্লোয় হায়বসি কুপ্না খঙহৌদবা অসিনি। এরিষ্টোটলনা মেসীডোনীয়াগী কোনুং পেলাদা চহী ৮ মুক লৈখী।

নিংথৌ ফিলিপ্প ৩৩৬ খৃঃ মাঃ দা হকশেন্বা অমনা মাগী নুপী ওলিম্পিয়াস্কী খুজীন্দগী হাৎখ্রবা তুং, আলেকজেন্দরনা নিংথৌ খুবম ফংলবদা চহী কয়াগী মমাঙদা থাদোক্লম্লবা এথেন্স সহরদা অমুক হন্নিংবগী ৱাখল লাকপা হৌরে। অদুবু মহাক্না হল্লকখিবসি ৩৩৫ নত্রগা ৩৩৪ দা ওইরম্বসু য়াই।

এথেন্স হেক য়ৌবগা এরিষ্টোটলনা অহানবা পায়খৎপা থবকসি মাগী মশাগী মতৈ-তম্ফ ম শঙ অমা লিংখৎপসিনি। মরমদি অকাডমীদা মাগীনি হায়বা মফম অমমুক লৈত্রে। স্প্যুসিপসস্ মশা শোন্বনা মরম ওইদুনা জেনোক্রেটিস্তা থবক পুবিররনবা হায়জরক্লে। জেনোক্রেটিস্ চহী ১০ গী তুংদা পন্দনা এথেন্সতা লাক্তুনা অকাডমীগী থৌদাং লৌরখী, অদুগা চহী ২৫ চুপ্না পুখী। মহাক্না অকাডমী পুরবা মতুং চহী ৪ লৈরগা এরিষ্টোটলনা লাকপা মতমদা মাগী শাগে থোকপা কালিস্থিনিস্পু আলেকজেন্দরগী

রা তানফম (advisor) *সেক্রেটরী* অমসুং কুম্বারোয় (historian) ওইনা হাপ্তুনা থম্লম্মী। হায়রিবা কালিস্থিনিস্ অসি ৩২৭ খৃঃ মাঃ দা লৌতুনবা য়াওরম্মী হায়দুনা আলেকজেন্দরগী য়াথংদগী হাৎখী। মতুং তারকপা ওইনা এরিষ্টোটলগী মমাঙদা তৌদুম তৌগে মতাগুম, আলেকজেন্দবনা জেনোক্রেটিসকী মফমদা পৈশা চাউনা থাদবকখী। মদু মহাক্লা লৌগদবা খরদমক লৌবগা অয়াম্বা শরুক হন্দোকখী।

এরিষ্টোটলনা মাগী মহৈ-তম্ফম শঙ অসি এথেন্সকী অরাং-নোংপোক থংবা শরুক্তা অপোলো লাইসিযস্কী লাইশঙ মনাক্তা লিংখৎখী। লাইশঙ অদুগী মমিং লৌদুনা মফমদুবু হান্নদগী লাইসিযম হাযনা খঙনবম্মী। লাইশঙ অমসুং লাইসিয়ম অনীমক মফমদুদা মীনা নীংশিংবা থোক্তুবা মতমদগী হৌনা লৈবক্লবা মক্তনি। জেনোফোনগী মতুংইন্নদি লাইসিয়ম অসি হান্নদি শগোল তোংফম ওইরম্মী। মফমসিদা জিম্নাসিয়ম অমসু লৈরম্মী। মসি হৌদোকখিবশিংগী মনুংদা পেবিক্লিসসু অমনি। জিম্নাসিযম অসিগী শঙ অদুদি লিকর্গস্না শাবম্বনি হাযনৈ। অদুগা মফমসিদা এরিষ্টোটলনা চঙলক্লিঁৈঙদগী হৌনা লাইসিযমগী শঙ অসি চহী ২০০ মুক্কী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লে। মফমসিদা ৫ শুবা চহীচা খৃঃ মাঃ দা সোফিষ্টশিংনা মফমসিদা লৈদুনা মহৈ তম্বিবা হৌখি। লাইসিয়ম অসি অনীরক থুগাযকবে — ২০০ খৃঃ মাঃ দা ফিলিপ্পা অমুক অদুগা ৪৭ খৃঃ মাঃ দা বোমান লাঞ্জিংপুরেল সুলানা অমুক — প্লেটোগী অকাডমীসু কাযবদা য়াওখী। লাইসিয়ম অসিগী অরাং-নোংচুপ্তা প্লেটোগী অকাডমী অমসুং সিনিক (Cynic) শিংগী মহৈ-তম্ফম শঙ — সাইনোসার্গিস্ হাযবসি লৈরম্মী। এথেন্সতা এবিষ্টোটলবু *মিটেক* (Metek) হাযবদি হোংলকপা মী (migrant) অমা ওইনা লৌবম্মী। অদুনা লাইসিয়ম অসি মাগী মিংদা চৎথববসু মহাক্লা মপু ওইবদি যাহল্লমদে। অদুনা স্কুল অমা ওইনা লৌবা তারবদি ৩৩২ খৃঃ মাঃ দা মাগী মহৈবোয, এথেন্সকী নাগবিক থিওফ্রাষ্টস্না মাগী মমিংদা লৈববা মতম অদুদগীনি হাযবা য়াই। অকাডমীদি হান্নদগী হৌনা প্লেটোগী ওইনা ময়েক শেংনা লৈবকপনি। লাইসিয়ম অমসুং অকাডমী অনীগী খেন্নবা কয়াগী মরক্তা মান্নবা কয়াসু লৈরম্মী। লাইসিয়মদা অপোলো লাইসিয়স্কী লাইশঙ অমা লৈবগুম, অকাডমীদসু এথেনা কৌবী লাইরেম্বীগী মফম অমা, *ম্যুজ*শিংগী মফম অমা, অকাডেমোস্কী মফম অমা অমসুং প্রোমেথিয়সতা কৎথোকপা ওল্টর অমা লৈরম্মী। অনীমক্তা *পেরিপাট* লৈবম্মী। মসিদা কোয়না চত্তুনা মহৈরোয়শিংবু তম্বিরম্মী। পেরিপাটশিং অসি হান্নদি এথেন্সকী ম্যুনিসিপালনা শেমগৎপা সহরগী চিদাইদা লৈবা হৈকোল-লৈকোলশিংনি।

মফমসিদা হকচাং-শাজেল তৌফম, মহৈ তম্ফম জিম্নাসিয়মশিংসু পুন্না শারম্মী। অদুনা থায়নদগী হৌনা রাংউরোয়শিংনা মফমশিং অসিদা রা ঙাংফম অমসুং খন্নফম ওইদুনা লাকখিবনি। মরম অসিনা মফম অসিদা মহৈ তম্বিবগী থবক অসিবু *পেরিপটেটিক* হায়না খঙনৈ। প্লেটোসু এরিষ্টোটলসু *পেরিপটেটিক* মক্তনি। কোন্না অকাডেমীসন অমসুং লাইসিয়স্ কাংবু হায়না অনী থোক্লা লাকখিবনি।

এরিষ্টোটলনা পুরিঙে মতমসিদা চোকথবা নাইদনা থবক তৌখি। অয়ুক্তা অখন্নবা কাংলুপ অমদা মহাক্কী রাংউরোলগী অরুম্বা মতাংসি খন্ন নৈনদুনা তাহল্লম্মী। নুংথিলদনা খরা নৌরিবা মহৈরোয়শিংবু তম্বিবগী থবক তৌই। খরা অরায়বা হীরমদনি, মরুওইনা রেটরিক্কী পারানি। মসিদা মহাক্কী লেটরিক্কী ওজা আইসোক্রেটিস্কা খেন্নবিবনা, অমদুগীনা রেটরিক হায়বসিনা মশামক্তা পান্দমফম ওইনা থম্বা, অদুগা এরিষ্টোটলগী ওইনদি হেন্না অৱাংবা অচুম্বা অমবু থিনবগী পাম্বে ওইনা শীজিন্নবা অসিনি। এরিষ্টোটলনা মাগী লাইসিযমদা মরূপ-মপাংশিং কৌদুনা খন্ন-নৈনবনা মপূং ওইবা চাক্লেন চাং নাইনা শীল্লম্মী। মসিগীসু মহাক্লা 'চাক্লেনগী নিয়ম' হায়বা খূৎই অমা ইদুনা থমখি। মহাক তৌরুম্বা থবক খুদীংমক্তা যাম্না মমুৎ তাবা মীওইনি। লাইসিয়মগী চাউরবা লাইরিক-শঙ অমসু লৈরম্মী। ফিলিপ অমসুং আলেকজেন্দর অনীমক্তগী মতেং ফংদুনা লাকপনি। আলেকজেন্দরনা এরিষ্টোটলদা জীব কাঙলোনগী মতাংদা থিজিন-হূমজীনবা চৎখনবা হায়দুনা *টেলেন্ট* (talent) ৮০০ দগী তাদনা পীরকখী হায় — *টেলেন্ট* অমমম্না মমল য়াম্না লেরিঙে মতম্নি। *টেলেন্ট* হায়বগা পৈশা নত্ত্রগা অরুম্বা অনীমক খঙনৈ। গ্রীক, রোমনশিংগী মরক্তা শীজিন্নরম্বনি।

এবিষ্টোটল রেটরিক অমসুং প্লেটোনিজমগী লৈহাওদগী হৌনকখিবা মতিক-মগুণ লৈরবা সনা খোংনাং পাম্বীনি। অদুগা মহাক্কী রাংউরোলদা প্লেটোগী মচাক শীজিন্নবা, য়ানীংদবা মতাং, অদুগা প্লেটোগী খোম্থাং ওইনা তৌবা রাফমশিং মাগী অবোইনা মিৎকুপ ফাওবদা য়াওখী। এরিষ্টোটলনা অকাডমীদা লাকপা মতমদা প্লেটোদি মাগী মরুওইবা খূৎই অয়াম্বা পুথোকখ্রে, খুদম ওইনা **ফিড্রস, সিম্পোসিয়ম, ফিডো** অমদি **রিপব্লিক**। মহাক্কী **থেয়িটেটস** (Theaetetus) হায়বা পাউসা (dialogue) অদু লৌরবদি, লাই-তীনগী রাফমশিং পূমতোক তোক্তুনা তশেংনা পরৈলোনগী ওইবা (theoretical) অমসুং রানৈরোলগী ওইবা (dialectical) থৌরমগী মায়কৈদা প্লেটোনা এরিষ্টোটলনা অকাডমীদা চঙলক্কদবা চহী ২ মুক রাৎলিঙৈদগী চঙশীনবা হৌরবনি।

মতাং অসিদা প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটল অনীগী বাংউরোলশিংগী মরমদা অপৌবা মশক অমা পীরম্ফম থোকই। অদুগা মসিমসু উৎলম্বা য়ারে — মখোয় অনীগী মরক্তা থোং শাখিবসি নাইডস্‌কী য়ুডোক্সস্‌ননি। প্লেটোগী বাংউরোলদি বাথক্লোন (idea) হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইবনি হায়বসিদি অয়াম্বনা খঙনরবনি। উরিবা পোৎ (thing) অসি *আইডিয়া*গী ময়েক শেংদবা পোখোক্লী হায়না মহাক্না লৌরম্মী। *য়থার্থ* (reality) হায়বদুদি আইডিয়াগী ওইবা তাইবং অদু ওইগদৌরিবনি। অদুবু অরুবা মতাং অমা লাক্লে। পোৎ পুন্নমক হোংদোক-হোংজিন তৌবগী ফীবমদা লৈ। অদুনদি বাংউরোয়না লেঙদবা আইডিযা অমসুং হোংবা-নাইবা পোৎকী ফীবম অসিদা য়ানবা কমদৌনা পুরক্কনি? পোৎ অমবু খঙবা হায়বসি লেঙদবা আইডিয়াগী মপান্না খঙবা ঙমগনি — মসিনা পুখোক্তুনা তাক্কদৌরিবনা অহোংবা য়থার্থগী মশক্নি। লেঙদবা আইডিয়া অমসুং অহোংবা যথার্থ অনীগী মরক্তা চানবা মরম (logical order) অমা পুরক্নবা হোৎনবা তার্বনি। **থেয়িটেটস**কী তুংদা লাকপা প্লেটোগী অতে খুৎইশিং **পার্মেনিডিস্‌, সোফিষ্ট, পোলিটিকস** অমসুং **ফিলেবস্‌** হায়রিবশিংসিদা চানবা মরম অসি থিবগী থবক চথখি। মতাং অসিদা নাইডস্‌কী য়ুডোক্সসকী থিওরী ওব ইগজোসন (Theory of Exhaustion) অসিনা পাউখুম পুবকই। মহাক অসি এসিয়া মাইনরগী নাইডস্‌ (Cnidos) তা পোকখিবা (৪০৮-৩৫৫ খৃ. মা.) প্লেটোগী মহৈরোয় অমসুং এরিষ্টোটলগী মরূপ অমনি। প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটলনা পেলহনবা (pleasure) অসিবু য়ারমদে। য়ুডোক্সস্‌নদি মসিবু অফবনি হায়না লৌখি। বাফমসি এরিষ্টোটলনা **নিকোমাকিয়ন এথিক্স**তা ইরম্বনি। প্লেটোনা খনবগুম য়ুডোক্সসনসু তেংবান্‌বা (cosmos) অসি মতুম তাবা (spherical) মওং ওইনা লৌখী। গ্রীকশিংনা তেংবানবু মওং কয়া কয়াদা লৌনরকই। মহাক্কী মরুওইবদি মসি ঙাক্তস্‌ নাক্তে। এরিষ্টোটলনা মাগী **মেটফিজিক্স**তা প্লেটোগী আইডিয়ানা পোত্তগী তোখাই তাদুনা লৈবা মশক অদুগী ওইবা য়াদবা মতৌ অদুবু শীংনবা হৌখ্রবনি। মসিগী পাউখুম্না য়ুডোক্সসতগী মখা শমথখী। মহাক্কী ইগজোসন মেথড অসিনা প্লেটোগী আইডিয়াগা পোৎকা তোঙান তানবদু অমত্তা ওইনা পুনশীনখী। আইডিযানা তোঙান তাবগী মহুত্তা পোৎতুনা ওইবরুবগী লিচাংবা (principle) অমা ওইরকখী। মমাংঙৈদা সোক্রেটিসনা পোৎশিংগী অপুনবা বাহন্দোক (universalised meaning) অমা পীনবা হোৎনখ্রে। মদুদা প্লেটোনা আইডিয়াগী অমসুং পোৎকী বাহন্দোক পীনবা হোৎনরে। য়ুডোক্সসনা আইডিয়াগা পোৎকা মর্বা লৈনহল্লে। শম্না পীবা তারবদা — প্লেটোনা আইডিয়া খুদীংমকপু ঙমখৈ লৈতনা

খায়দোকপা য়াই হায়বসি পুথোক্লম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা ফম্না নক্কনা লৈরবসু বিন্দু অনীগী মরক্তা অহূমশুবা বিন্দু অমসু লৈ হায়না লৌবা য়াবা অদুগুম্বনি। অদুনদি পোৎ অমগী আইডিয়া হায়বসি অতে করিসু নত্তে; পোৎ অদুনা হোংবগী, ওইরকপগী আইডিয়া অদুনি। ময়ামগী ওইবা হায়বদু অকক্নবা য়াওদনা লৈবা য়াদে; অকক্নবা অদুসু ময়ামগী ওইবা য়াওদনা লৈবা য়াদে। অসুম্না য়ুডোক্সস্না প্লেটোগী অকক্নবা আইডিয়াবু পোৎশিংগী ***এম্পিরিকল*** (empirical) ওইবা মশক্তা ফোঙদোক্লম্মী। এরিষ্টোটলনসু পোৎশিংগী মচেৎ তাবগী লিচীংবা (principle of fragmentation of substance) নত্ত্রগা ***ইগজোষ্টিব মেথড*** অসিবু নিয়ম (law) অমা ওইনা লৌখৎলম্মী। মসিনা মহাক্কী তুংদা লাকখিবা ব্রাংউরোলগী য়ুম্ফম ওইখী।

এরিষ্টোটলনা ইরম্বা খূৎইশিং মশীং য়াম্না য়াম্মী। অয়াম্বনসু মাঙখ্রে। অদুবু চাউরাক্লা পল্লবদা, ঙক্লিঁঙে মতমগী ***ডাইএলোগ*** শিং, এপিষ্টলশিং (epistles), রেটরিক্কী খূৎই, বাইওলজীগী খূৎই, লৈঙাক্লোনগী খূৎই (political treatises), মেটফিজিক্স অমসুং সাহিত্যগী আলোচনাগী খূৎইশিং অসি মরুওইবা ঙাক্তনি। হৌজিক হৌজিক য়াম্না মপুং ওইনা মমিং চৎলিবা লাইরিকশিংদি মাগী **নিকোমাকিয়ন এথিক্স, রেটরিক, পোলিটিক্স, মেটফিজিক্স** অমসুং **পোয়টিক্স** অসিনি। পোয়টিক্সকী ওইনদি মমৈদা নৈনবগী শরুক তোঙাম্না হাপ্লে। লাইরিক অতৈশিং অসিগী ওইনদি থোইদোক্লা মশক তাক্লুদ্রবসু য়ারে। মহাক্লা ইরম্বা মাঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা লৈবাক ১৫৮ গী লৈঙাক-ব্রায়েন লাইবিক (consititution) নৈনবা খূৎই অতাঙবনি। ময়াম অসি থনম্লগা হৌজিক লাইসিয়মদা চখবম্বা ব্রাংউরোলগী থৌওং খবদং লৌখৎপা য়াই। এরিষ্টোটলনা মহাক্কী লাইসিয়মদা কুম্বাখোল (history) কূপ্না থিজিল্লম্মী, অদুগা ব্রাংউরোলগী মরমদা থিজিনবদসু পথাপ নাইনা চখরম্মী। খুদম ওইনা **মেটফিজিক্স** অসি মমাঙদা লৈরম্বা গ্রীক ব্রাংউরোলগী কুম্বাবোল অমা পীরগা, মশাগী ওইবা ব্রাসম পুথোকই। মহাক্কী খূৎই **টোপিক্স** হায়বদুদা নৈনরিবা হীবম অদুতা নত্তনা, মদুগী শুম্ন-তৈনবদা লৈবা হীরম অদুবুসু কূপ্না নৈনদবা য়াদবগী বারোল পী।

এরিষ্টোটলনা লাইসিয়মদা থবক অমসুং ব্রাখল খন্‌বা অনীমকসি থোং মাম্লনা থম্লম্মী। মতাংসিদা মহাক্লা **পোলিটিক্স** তা অসুম্না ইরম্মী : "And it is equally a mistake to place inactivity above action, for happiness is activity and the actions of the just and wise are the realization of much that is noble" (**পোলিটিক্স,** ৭, ৩)।

এরিষ্টোটলনা অচুম্বা ৱাখল (reason) হায়বসিদা থায়না মমাংঙৈগী ৱাংউবোলদগী হৌদুনা নুংঙাইবা লৈতে, মসিদি লেঙদনা, হোংদনা লৈবা পোৎশক অমনি হায়না লৌনদুনা লাকপদু অবানবনি হায়না উৎখী। অচুম্বা ৱাখল হায়বসিদা থবক, পুন্সী অমসুং পেলহনবা যাওই হায়বসি পুথোকখী। মহাক্না অচুম্বা ৱাখল, নুংঙাইবা অমসুং পেলহনবা হায়বসি উৎখী। মসিদসু নত্তনা ৱাংউবোল পুন্নমক অসি ফজবা ঙাক্তনি হায়বসু খঙহনখী। অসুম তৌদুনা এরিষ্টোটলগী লাইসিযমদা অচুম্বা ৱাখলদা নুংঙাইবা ফংবা উৎপদা নত্তনা, খ্বাইদগী ৱাংলবা *এব্‌সত্ৰেক্ত আইডিয়া* পুন্নমক্তগী কুপ্না থিজিনবা অমসুং থবক্কী ওইবা মশক অদু খক তোখাইনা তাহনখিদে। মবম অসিনা ৱাংউবোলগী ৱাখলগী লৈবাক্তগী কাঙলোনগী অকুপ্পা, শন্না মফৈ অমা কান্নহন্দবা থিজিনবগী থবক চত্থবকই। মাগী মহৈরোযশিংনা কাঙলোন ইন্‌বগীদমক্তা চাউথোকচবম্মী। অদুবু মতমদুগী অবিবা লোঞ্চৎ খবা চঙলিবা মীওইশিংনদি মখোযবু যানীংখিদে।

এরিষ্টোটলগী লোইশিল্লকপা পুন্সাদা অচিকপা ফংখিদে। সোমদনা এথেন্সকী মীয়ান্না মাবু মীরৈবাক মচানি হায়না খনবীবিবনি। অসোমদনা আলেকজেন্দবগা মহাক্না যানবক্তবা মতম্নি। মেসীডোনিযাগী মখাদা লৈববা গ্রীক নীংতম্লোয (patriots) শিংনা মহাকপু অবোনবা যেক্লবা অমা ওইনা লৌবম্মী। মখোযনা এরিষ্টোটলবু মশক মুন্না খঙবা ঙম্লমদে। মহাক্তি পোক্লফম ওইব্বগী মেসীডোনিযাগী মিংগা পকশীন্নব্বতনি। গ্রীসকী চৎন নাং (culture) অমসুং গ্রীক অমা ওইবদা মহাক্কী অসুক্কী মতিক থম্মোয লূপথ্রবা মানি — কৈদৌঙৈদসু যেক্লবা অমা ওইযু হায়বা যাববোইদনীন। গ্রীকশিংবু কযামুক বাংনা থাংগৎলম্বগে হায়বদা গ্রীক নত্তবা অতৈ মীওই কাঙলুপ খুদা মকপু বোমানশিং ফাওবা যাওনা মহাক্না খুনুংচক্কী মীওইনি (barbarians) হায়না লৌবনা। অদুনা আলেকজেন্দবদা চেবোল থাবা মতমদা গ্রীকশিংগী মবক্তনা মী ওইনা, খুনুংচক্কী মীওইশিংগী মবক্তনা লাই ওইনা পান্নবা কন্না হায়খী। আলেকজেন্দবদি অমবোমদা অশুপ্পা লৈঙাকপা নিংথৌ অমা ওইজববসু থম্মোয যান্না চাউবা মীশক্তি। এরিষ্টোটলনা মালেমদা গ্রীক লম্বী শন্দোকহন্নীংবদুগী ওন্ন তৈনবদা আলেকজেন্দবনা মানম অসি মীওইবগীনি, অমত্তা ওইনা লৈমিন্নগদৌবনি হায়বা ৱাখলসিদা থাজবা থম্লম্মী। এরিষ্টোটলনা মেসীডোনিযাগী অফবা নিংথৌ অমগী লমজীং মখাদা গ্রীস পৃন্না পুন্সান্দুনা মালেমদা খ্বাইদগী মতিক লৈবা লৈবাক অমা ওইনা পান্দুনা, ৱাংউবোলগী খ্বাইদগী হেন্না অবাংবা লম্বীদা (মাগী ৱাখলদা গ্রীক নত্তবা অতৈদি যাওবমদবসু শাই) চৎলহনবা পাৰ্মখি। সোমদা

আলেকজেন্দরদি নোংমা নোংমগী নোংপোক্কী তৌনিংবতা তৌবা নিংথৌ অমগুম পান্‌বা হৌরক্লম্মী। মাগী ব্রাতাম্নরোয় কালিস্থিনিস্ ফাওবা মঙোন্দা দণ্ডবৎ তাদুনা খুরম্মু য়াদে হায়বগী হাত্তোকহনখি। মতাংসি য়ৌরবা ফাওবদা মপাম্ভোংদদি আলেকজেন্দর অমসুং এরিস্টোটল অনীগী মরী তৎনবমদে। চেরোল তত্তনা চৎনরম্মী। পামজরম্না গ্রীসকী মঙলান ধুগায়বক্লবা আলেকজেন্দরবু এরিস্টোটলনা হূ পীথক্তুনা হাৎখী হায়দুনা অরিবা খুৎইশিংদা ফংলিবসিদসু ওইথোকপা য়াবা মচাক য়াম্না য়াওরী। মহাক মশামক্লা নাইতোম পায়খৎপা থৌরাং নক্লবসু, খরা চেন্নরম্বা য়াবগী ওইথোকপা য়াবা লৈ। অমরোমদা মহাকপু নুংশিদবা কাংবুনা শান্দোকপিবা ওইরম্বসু য়াই।

অদুবু আলেকজেন্দবনা ৩২৩ খৃঃ মাঃ দা শিখ্রবা তুংদদি এরিস্টোটল এথেন্সতা লৈবা য়ারক্তে। গ্রীস লৈবাক এন্টিপেটরগী খুত্তা তাহৌবে — অদুনা এথেন্স মচাশিংনা মাবু যোংনা মবাল শীদুনা হাৎপদি ৬মদে। মরম অসিদগী চহী ২০ গী মমাংদা হর্মিয়স্ শিখিবদা ইখিবা শৈরেং অদুদা মাবু লাই ওল্লহল্লি, অদুনা ধর্ম্ম থুগাইবে হায়দুনা য়ুরিমেডন কৌবা দেলফাইগী লাইনীং পুরেল (priest) অমনা ধর্ম্মগী থোঙদা মরাল শীরক্লে। এরিস্টোটলগী লোন্দাদা হায়বগা "মাগী নুংশিজববা এথেন্স মচাশিংবু অর্নারক হন্না রাংউরোলগী মফমদা লংশীনহন্দনবা" হায়দুনা (সোক্রেটিসপু হূ পীথক্তুনা চৈরাক ওইনা ৩৯৯ খৃঃ মাঃ দা হাৎখ্রবনি) মমাগী মপাম যুনীযা লৈবাক্তা চেন্দনা লৈখি। সোক্রেটিসনা মমাংঙৈদা 'কঞ্জবেল' অমা পীখিবগুম, মহাকসু অইবা কঞ্জরোল (Apology) অমা থাবকখী হায়নৈ। মদুদা মঙোন্দা শীবিবা মবালশিংদুগী য়ুম্ফম য়াওদবা মত্তৌদ নীংথীনা উৎখী হায়না এথেনোস কৌবা গ্রীক অইবা অমনা পল্লি।

এরিস্টোটলগী থৌশীন য়াওনা আলেকজেন্দরবু হূ পীথক্তুনা — একোনাইট (aconite) হায়না তুম্লাংবা পোকহনবা হীদাক মখল অদুনি হায়নৈ — হাৎখী হায়বা রাফমসি বিনাসা মতম ফাওবা মীশিংনা ফজনা থাজনরম্মী। এরিস্টোটল মশামক্কী শিবসু অমম্বদা লৈবিবা রাফম ওইনা তৌরি। মহাক হূ চাদুনা শিখি। বাফম অসি য়াম্না ওইথোক্লীংঙাইনি। নুংশিজবা এথেন্সতা লৈবা য়াদ্রে — মেসীডোনিয়াদসু চঙবা য়াদ্রে। মাগী মতমদা লৈবম্বা এস্কনিস্ মেসীডোনিয়াগী মায়কৈদা লৈরম্বনি, কোম্থংদা এথেন্সকী রা ঙাংলম্বা ডিমোস্থিনিসকী মায়োক্তা রায়েন তৌহল্লুবদা মায় পাক্তবদা তুমীন্না রোড্স ঈথত্তা চেন্দুনা, কনা খঙবীদনা শিখি। আলেকজেন্দর শিখ্রবা তুংদা এথেন্সনা লাল হৌদুনা মতম খরা মায় পাকখী; অদুবু চহী ৭৮ শুরক্লবা এন্টিপেটরনা মায়থীবা পীখি। মতম




অমদা ডিমোস্থিনিস্ হাযবগী মিন্থীল্লা চাউথোকচবস্বা মীশক অমা ওসি মীযামগী যেক্লবা অমুক ওইবে। মহাক কলোরিযা ঈথত্তা লৈবা পোসাইডনগী লাইশঙদা লোত্তুনা ফনা খাঙখী, অদুবু থিবনা হেল্লক্তুনা অকন্নবা হু অমা চাদুনা মত্তোবতা শিজখী। প্লেটো অমসুং আইসোক্রেটিসকী মহৈরোয় হাইপরিডিস্ লানহৌবা যাওরবগী লৈবা যাবক্তবদা মাগী মক্বপ অনী এবিষ্টোনিকস্ অমসুং হিমেবিযস্কা লোযননা ইগিনা ঈথত্তা চেন্দুনা অজাক্সতা কখোকপা ইকস্কী লাইশঙদা লোত্তুনা খাঙখী, অদুবু এন্টিপেটবগী মীনা ফাদুনা শিবগী দন্দী পীখি। হৌজিক অহল ওইবক্লবা, চহী ৬২ শুবক্লবা এবিষ্টোটল শিবা নত্তনা পোখাফম লৈবক্ত্রে। মঙোন্দা চাকখাউ নাবগী লাযনা অমসু লৈ। অদুনা নোংমা একোনাইট খবা হেন্না চাশীনখিবা নুমিৎ অমদা মহাক্কী পুন্সী লোমখি — ৩২২ খৃঃ মাঃ দা। মসিনা খ্বাইদগী চানবা মবম হাযবদু ওইবে। কবিনা হাযববু অহল ওইদুনা, নাদুনা এবিষ্টোটল শিখিবনি হাযবদি থেংনদ্রে। অদুনা যুবীযাদা চেল্লীবা যুবাইপস্ খোংলেন (Euripus channel) দা জোযাব কানিবগী মবম খঙদবদগী নুংঙাইতদুনা ঈবেলবুংদা চোংথদুনা শিখি হাযবা ৱাফমসিমা ওইথোকপা যাদবনি হাযনা লৌবা তাবে।

থবক্তগী খক লাপথোকখিদবা বাংউবোয এবিষ্টোটল তশেংনা মিনুংশি লৈবা, থবক তৌবদা ইঙনা তপ্না, ৱাখল তৌনা পাযখৎপা, তহা তহাদবা মীশক অমনি। মহাক্কী চিববা তান্‌ফমদা থনম্বা মাগী মশাগী অতেন্‌বা উইলনা মসিগী সাখীনি। মহাক্না এন্টিপেটবদা থবক শিন্নববসু, পাঙথোক্কদবা মীদি, হাযবদি মহাক্না পামজবম্বশিংদু থবক্তা ওম্বোক্লবা মীদি মচেগী মচা নিকানোব ওইনা হাপ্লম্মী। উইল অসিদা মাগী মচানুপী পিথিযসপু নিকানোবদা থাজনবগী বাফমসু পল্লি। মহাক্কী অহানবা নুপী পিথিযস্কী উৎ অদু মহাক্কী লোইফমদা পুবক্কদবনি হাযনা ইবম্মী। অদুগা অনীশুবা নুপী হর্পিলিসপু (নহা ওইবিবনি) মতিক চাবা নিপা অমদা মযুম পান্নবগী অমসুং মাগীদমক্তা যুম অমসুং যুমগী পোৎ-চৈ চপ-চানা পীনবগী ৱাফম যাওই। মাগী মীনাযশিংবু চানবা যেং-যেংদুনা মতম পীদুনা মনীং তমহল্লম্মী। মহাক্কী পাক-চাউববা লাইবিক-শঙ অদুনা থিওফ্রাষ্টসতা, লাইসিযমগী মকোক ওইহনবগা লোযননা শিন্নবম্মী। এবিষ্টোটল তশেংনমক থিজিনবা তন্দবা, মাগী মতমগী লৌশিং পুম্বা খোমজীন্নবা হোৎনখিবা, পুম্নমক্না অফবা মবী থম্বা পামখিবা অচঙবা মীওইবা অমনি। ■

# পন্দুপশিংগী মশক তাকপা

১

'মতৌ তম্বা' মাইমীসিস হায়বসি শৈবেং, ঈশৈ-নোংমাই, জগোই, লাইযেকপা, অমসুং মূর্ত্তি শাবা হার্যবিবা কলা পুম্নমক অসিদা যাওবা লিচাংবানি হায়বা উৎপা, কলাশিং অসিনা শীজিন্নবিবা মাধ্যমশিং মতৌ তম্বগী মওংগী মতুংইন্না মশক তাকপা — মতৌ তম্বগী মাধ্যমশিং ঃ ছন্দ, লোল অমসুং তিন্নবা, হাযবিবশিংসি অমমমতনা নত্ত্রগা পূনশীনবনা ওইহল্লী হাযবা তাকই।

২

মতৌ তম্বগী মচাকশিং, অৱাংবা নত্ত্রগা নেমথবা থাক পূম্নমক মতৌ তম্বগী কলানা পুথোকপা, শৈবেংদদি মসিনা ত্রেজডী অমসুং কমেডী অনীগী মশক তারুবগী যুম্ফম ওইবা তাকই।

৩

মতৌ তম্বগী মওং মতৌ, শৈবেংগী মওংদি ড্রামা ওইনা ৱাবী লীবা (পাউতম্বা), শেংনা ৱাবী লীবা (মসিদা লিবিক শৈবেং মনু, চল্লি), নত্ত্রগা শেংনা ড্রামা ওইবা, ড্রামাগী হৌবকফমগী মতাংদা ৱাকোই অমা যাওই।

৪

শৈবেংগী হৌবকফম অমসুং শাবেপ তম্বা (চাউখৎলকপা), পুক্লীং কাঙলোনগী মাযকৈদগী যেংলগা শৈবেংগী হৌবকফম মবম অনীদগী খোঙ্গুল লীবা যাবা — গাওবক্লবা ৱাখল অমসুং তিন্নবা অমদি ছন্দগী ৱাখল কুম্বাবোলগী মাযকৈদগী যেংলগা, ওল্লিঙৈ মতমদগী শৈবেংগী ঈচেল অনী থোক্লা চেম্বকপা ঃ অনী লোওবগী মতৌসি তোমবগী শৈবেংদা যাওই, এজডী অমসুং কমেডীদা তোখাই তাবসি চাওখৎলবা মওংদা থোবকই। ত্রেজডীগী কুম্বাবোলনা মথাঙ মথাঙ লাকপগী মশক শীংথায।

৫

কমেডীগী হৌবকফম অমসুং এপিক্কা ত্রেজডীগা চাংদম্নবা, কমেডীগী শক্তাকৱা অমসুং চাউখৎলকপগী চাউবাকপা শক্তম, এপিক্কা ট্রেজডীগা চাংদম্নবা — মচেং ওইনা তৌবা পন্দুপ।

৬

ত্রেজডী মশক তাকপা, মসিদা যাওবা শরুকশিং ঃ মপাম্ভোংগী অহূম — মিৎকী কূম্মৈ, লিবিক ঈশৈ অমসুং লোন্দা-পুদা, মনুংগী অহূম — থৌদোক-খূৎশেম, মীশক অমসুং বাখল, থৌদোক-খূৎশেম নত্রগা থবকপু উথোকপনা পূন্নমক্তগী মকওই, মীশক অমসুং ব্রাখলনা মথংশিংনা তুংইন্নে।

৭

থৌদোক খূৎশেমদি মপূং ফাবা অমসুং মতিক চাবা শাবান লৈগদবনি।

৮

থৌদোক-খূৎশেমদা অপূনবা মশক যাওগদবা অশেংবা অপূনবগী মশক হায়বদুদি নায়কী অপূনবা মশক্তা লৈতে, থবক্তা পুথোকদবনি।

৯

দ্রামাদা অপূনবা মশক্তি কুম্বাবোলগী অচৎবা নত্তব। শৈবেংগী ওইবা অচম্বনা পুবক্কদবনি, শৈবেংদি অপূনবদা মীৎযেং থাম্ম কুম্বাবোলনা অকরবদা, থৌদোক্তা থোক্কবা যাবা নত্রগা দবকাবগী মতুংইন্না লাকচবগী নিযম, অপূনবা মশক যাওদবা থৌদোক খূৎশেম শবনু যানিংদবা উৎপা, খ্বাইদগী ফবা ত্রেজডীগী মশক পীবদি শোযদনা থোক্লবগদবা অমসুং থাজদনা থোক্লবা অনী। অসি পূনশীন্নবা থোকহল্লী।

১০

অচম্বা অমসুং অকনবা মখলগী থৌদোক খূৎশেমশিং তাকপা।

১১

ফাবম থক-খা ওনবা, খঙলকপা মতা অমসুং অবাবা নংবা। থৌদোক শক্তাকপা অমসুং লেনবা

১২

ত্রেজডীগী মনুংদা যাওবিবা কয়াৎশিং নৈনবা ঃ প্রোলোগ, এপিসোদ, এক্সোডি, কোবিক ঈশৈ, (কোন্না অতোপ্পনা হাপচীনবা ওইবম্বা যাই)।

১৩

ত্রেজডীগী ওইবা 'থবক' কবিনো উৎপা, লাইবক্তা অহোংবা লাকপা অমসুং নায়কী লমচৎ অনীসিনা ফিদম্লীংঙাই ওইবা ত্রেজডীগী তঙাযফত্রবশিংনি, অব্রাবা পোলোইনা হেন্না ত্রেজডীগী মচাক পী, মীযাম্না আশা তৌনবা মমৈদা 'অফবনা মাযপাকপা' হায়বা

মখলগী পোলোইদুদি কমেডীগা হেন্না চানৈ।

১৪

অকিবা অমসুং মিনুংশি অসি থৌদোক-খুৎশেম মশামক্তগী থোকচরক্কদবনি; দৃশ্যনা নত্ত্রগা মিৎকী কূম্মেগী মপান্না মখোয়বু পুথোকপদি ত্রেজডীগী ৱাখলগা ওন্নতৈনবনি; পুক্রীং-ঈহৌ হৌদোকপা ঙম্নবা পান্দমগা লোযননা শেম্নবা থৌদোক-খুৎশেম খরা খুদম পীবা।

১৫

মীশক, ত্রেজডীদা মসিগী মফম; মীশক অদু *নৈতিক উদ্দেশ্য* গা লোয়ননা পুথোকপা ওইগদবনি; লমচৎ-শাজৎকী মায়কৈদা চঙশীনবা মওংদা মীশকপু য়েক্তবা য়াদবা; দরকার লৈবা নত্ত্রগা থোক্লবা যাবগী নিয়ম অসি থৌদোক-খুৎশেমগী মতাংদা তৌবগুম মীশক্তসু পানশিন্‌বা যাবা, *ডিয়স এক্স মেকিনা* (মফম কয়া চানফাত্তনা হাপ্লম্বা পরেং চবুন অমা), মীশক হাযবসিবু ফিদম্লাংঙাই ওইবা মশক্তা করম্না শাগৎপগে তাকপা।

১৬

খঙলকপা মতাং; মসিগী মখলশিং, খুদমগা কোন্ননা তাকপা।

১৭

ত্রেজডী ইরিবা কবিনা ইন্‌গদবা চৎনবী নিযম খবা ঃ (১) ইগদবা দৃশ্যদু মমিৎনা শংশং উবা ঙমগদবা, অদুগা লিলা কুন্নিবা মীশক্কা অমত্তা ওইবা ঙম্নবা ইবিঙৈ মতমদা শাগৎলিবা মীশক অদুমক্কী খনগদবা, (২) থৌদোক ময়াম অমা হাপচান্দ্রিঙৈদা থৌদোক-খুৎশেমগী শক্তম অমা হান্না য়াৎথোক্কদবা, ত্রেজডীগী থৌদোক্কা এপিক্কী থৌদোক্কা অসুম ইথখিবদগী চাংদম্নথোক্লম্বা।

১৮

ত্রেজডী ইরিবা কবিনা ইন্‌গদবা অতৈ চৎনবী নিয়ম খরা অমুক ঃ (১) পরৈ লৈশীক্লকপা অমসুং পবৈ থোকপা নত্ত্রগা *ডেনুমা* গী মতাংদা চেকশীনগদবা, অখন্ননা *ডেনুমা* গী মতাংদা চেকশীনগদবা; (২) কবিগী কবিত্ব গুণ কয়াবু য়ারিবমখৈ খোমজীন্দুনা শীজিন্নগদবা, (৩) ত্রেজডীদা এপিক শৈবেংদা হাপকদবা মচাক ময়াম অমা পংহাপ্তা হাপচীক্লোইদবা; (৪) পাউসানবগুম্না কোবল ওড অদুবুসু ত্রেজডী অদুগী মনুংদা শরুক য়াহন্‌গদবনি।

১৯

ত্রেজডীদা ৱাখল নত্ত্রগা লৌশিংগী ওইবা মচাক অমসুং লোন্দা-পুদা, ৱাখলদি রেটরিক্কী

নিয়ম তুংইন্না লেংশিল্লবা দ্রামাগী ওইবা ৱাঙাংশিংদা উৎথোবকপা ওইগদবনি, লোন্দা-পুদা হায়বসিনা শৈবেংগী ওইবদগী ঙাংথোকপগী থবক্তা হেন্না মথা পোন্বা।

২০

লোন্দা-পুদা, নত্ত্রগা লোলগী মবমদা মীৎয়েং, ৱাঙাংগী শককশিংগী মবমদা অমদি ব্যাকবণগী ওইবা অকুপ্পা ৱাফম খবা উৎপা, (অতোপ্পনা হাপচীনবা ওইগনি হায়না খন্নবা পন্দুপ)।

২১

শৈবেংগী লোন্দা-পুদা, শৈবেংদা শীজিন্নবা যাবা ৱাহৈশিং অমদি বাঙাংগী মশকশিং ঃ মকুওইনা প্রমাণ পাষ্টে, কোন্না অতোপ্পনা হাপচীল্লকপা ওইবমগনি খন্নবা মিং ৱাহৈগী লিঙ্গগী মতাং।

২২

লোন্দা-পুদা মথা চথবা, শৈবেংনা লোলবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপগা লোয়ননা কমদৌনা মযেক শেংনা শীজিন্নবগে তাকপা।

২৩

এপিক শৈবেং, মসিনা থবক্কী অপুন্বা মশক্কী মতাংদা ত্রেজডীগা অমত্তা ওইবা মতাংসিদা কুম্বাবোলগা চাংদম্নবগী মতাং অমা পী।

২৪

এপিক শৈবেং মথা চথবা, ত্রেজডীগা অমত্তা ওইবা মতাংশিং মথা তানা শীংথাবা, খেন্নবা মত্তাংশিংসু খুদমগা লোয়ননা তাকপা — (১) শৈবেংগী অশাংবা (২) ছন্দ (৩) ওইবা যাদবা বাবীদা অশেংবা মালহন্বগী কলা।

২৫

শৈবেংগী মাযোক্তা আলোচনাগী মাযকৈদগী পুখৎলকপা য়ানিংদবশিং, মদুগী মাযোক্তা পাউখুম পীবদা ইনগদবা লিচীংবাশিং, 'শৈবেংগী ওইবা অচুম্বা' হায়বসি কবিনো অখন্ননা তাকপা, অমসুং মসিনা যথার্থগা খেন্নবা মতৌ।

২৬

এপিক শৈবেং অমসুং ত্রেজডী অনীগী মবমদা অথোই অহেন খন্নবা, ত্রেজডীগী অশোয়বা মচাকশিংনি হায়বিবদু মশাদা পোকপদগী হৌনা যাওজবকপা নত্তে হায়বা উৎপা, মসিগী অফবা শকক অতৈশিংনা মহাকাব্যদগী হেন্না বাংনা লৈগনি হায়বা উৎপা।

# এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স

## ১

## ৱাহৌদোক

ঐহাক্না শৈরেং হায়নসিমক কবিনো, মসিগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংদুনা কবিনো, মখোয খুদীংমক্তা চেন্‌গদবা তঙায়ফদনা চঙদবা যাদ্রবা মচাকশিং অদুনা কবি কবিনো হায়বদু শঙদোক্নবা হোৎনগনি। অফবা শৈরেং অমদা চঙদবা যাদ্রবা থৌদোক শৃংশেম[১] হায়নদগী শাওং-শাদাগী[২] মতাংদা যেংশিনগনি। শৈরেং অমা পুথোকপদা[৩] য়াওবিবা শরুকশিংদু শীংথাগনি, মখোযগী মওং-মতৌ অদু থিজিনগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা খিজিনবা যাব্বা মবী লৈনবা কয়া অমসু থিজিনগনি। অদুনদি মহৌশাগী[৪] নিযম তুংইন্না, হায়না ঘোনকপা লিচাংবাশিংদগী[৫] নৈনবা হৌবসি।

## মতৌ তম্বা 'মাইমীসিস্'

এপিক শৈরেং, ট্রেজডী, কমেডীস অদুগা ডিথিরেম্বিক শৈরেংসু, বাঁসী অমদি লায়বনাচিংবো খোংনবা যন্ত্রশিংদগী থোবকপা সঙ্গীত অযাম্বসু, মখোযশিংসিগী পুথোবকপগী মপুং ওইবা মশক অদু হায়বা তাবর্বাদ মতৌ তম্বদগী থোবকপা শক্লোন ঙাক্তনি হায়গনি। মখোযনা অমগা অমগা খেন্নবিবা হায়ববু — মাধ্যম[৬], পান্দম[৭], মতৌ তম্বগী মওং মতৌ নত্তুগা মতৌ কবনা তম্বগে হায়বা বাফম অহূমসিদা মথক্কী মখল খুদীংমক্কী ওইনা তোঙানবা মশক লৈঙ্কবা মবগ্গা খেন্নবা অসিখক্তনি।

## মতৌ তম্বগী মচাকশিং

মনমদি মশানা হোৎনজদুনা শেমগৎচবা কলানা নত্তুগা হৈনবীনা অতৈ পোৎলম কযাবু মচ় অমদি শাওং[৮] শীজিন্নদুনা নত্তুগা খোঞ্জেলগী মতেং লৌদুনা মতৌ তম্বা

---

১। থৌদোক শৃংশেম (লোনশেম) Plot, ২। শাওং শাদা Structure ৩। পুথোকপা- Composed, ৪। মহৌশা – Nature, ৫। লিচাংশা (লোনশেম) Principle, ৬। মাধ্যম – Medium, ৭। পান্দম - Object, ৮। শাওং (লোনশেম) Form

অমসুং পুথোকপা মীওইশিং লৈবননা, পনগ্নিবা কলাশিংসি কবন্না পুথোবকপগে হাযবদু শুপ্লপ্পা য়েংবা মতমদা ছন্দ, লোল অমসুং তিন্নবগী[১] মপান্না মতৌ তমদুনা পুথোবকপনি হাযর্বাস খঙবা ঙম্মী। মখোযনা মতৌ তম্বা মতমদা অহুমসীমক শীজিন্নবসু যাই, অমখক্তং শীজিন্নবগা তম্বা ওইবসু যাই।

হাযবগী অর্থদি বাঁশী খোংবা, লাযব খোংবা মতমদদি তিন্নবা অমসুং ছন্দ খক শীজিন্নে। অতে কলাশিংদসু অদুমঙায। খুদম ওইনা হাযববদা যাউশেন্নহাগী তৌদ্রা হাযবদুসু মথক্কী যন্ত্রশিং অসিগা খবগী মখৈদি মান্নবনিনা খোংবা মতমদ চঙবদু মথক্কীসিগা অমহানি। জগোই শাবদি ঈথক-ইপোম, লয চঙই, তিন্নবা অমুক যাওকদ্রবসু যাই। মবমদি জগোই শাবদা ফাওবা লয নাইবা খোঙচৎকী[২] মপান্না মীশক[৩], পুক্নীং ঈহৌ[৪] অমসুং থবক্কী[৫] মতৌ তমই।

অতোপ্পা কলা অমনদি মতৌ তম্বগী থবকসি লোলগী পাম্বে খক্তনা পাঙথোকই। মদু বাবেং নত্ত্রগা শৈবেংগী মওংদা ওইবা যাই। শৈবেং ওইবগদি, মদুদসু অমুক্তা তোঙান তোঙানবা ছন্দশিং[৬] পূন্না শীজিন্নদুনা ইবা ওইবা যাই। নত্ত্রগা ছন্দ মখল অমথক্তং শীজিন্নবগা ইবা ওইবসু যাই — অদুবু মসিগীদি হৌজিক ফাওবদা মমিং থোন্দ্রি। মবমদি ঐখোযনা সোক্রোন অমসুং জেনার্কস্কী মাইম শিং, অদুগা সোক্রেটিসনা পাউসানবগী[৭] মখলশিং অসিবু অমুক্তদা খঙনবা যাবা মিং অমা পথোক্নীংঙাই লেতে। হার্যবিবশিং অসিবু কনাওম্বনা ট্রাইমিটব[৮] নত্ত্রগা এলিজিযব[৯] ছন্দদা ঙাক্তা পাঙথোক্লবসু যাই - অদুম হাযনা তৌববা ফাওবদা মতৌ তম্বা মখল অসিগী থোনবা যাবা মমিংদি অসুম ফংদ্রি। তৌবা যাবা অমও হাযববু অপাবা মতাবশিংনা মাশক অদনা শীজিন্নগনবা ছন্দ অমথক লৌখৎলগা মহাকপু 'কবি হাযনা কৌনবগা লোযননা এলিজিযক কবিনি[১০], 'এপিক কবিনি[১১] অসুন্না হাযগন্বদা মঙাগরে। মতা অসিদা মীগাম্বা মাত্রা নাইনা ইবিবা খুদীংমকপু কবি নত্ত্রগা মেকব' হাযনা হেক্তা কোনবগী বাফম অমা লেবে। মসিদা মখোযনা কার্উবিবা বাফমদি মতৌ তম্বা হার্বাসনা কবি অমা ওইবগী চঙদবা যাদ্রবা

১। তিন্নবা (লোনশেম) Harmony ২। লয নাইবা খোঙচৎ Rhythmic movement ৩। মীশক Character চরিত্র (শমচা খঙনগী মতৌ সু ... কনি) ৪। পুক্নী ঈহৌ (লোনশেম) Emotion, ৫। থবক - Action ৬। ছন্দ Metre ৭। ... Dialogue (মতৌ ... অনিবদগী শেম্বা) ৮। Trimeter - মাত্রা ... ছন্দ ৯। Elegiac - অবা শেথাব, ১০। Elegiac Poet - অবা শেথাবা কাব, ১১। Epic poet - হেক্সামিটব হায বাদ মাত্রা ... দদা ইবা কবি

মচাক্লি হাযবসিনি। অসুম তৌদুনা হীদাক-লাংথক নত্তুগা মহৌশা-কাঙলোনগী[1] মবমদা ইবা নৈন-খুৎহৈ[2] অদু শৈরেং ওইনা পুথোবক্লবদি, অইবদুবু কবি হাযনা মিংগৌনবসি চৎনবী অমা ওইনা তৌখ্রে। অমবোমদা হোমব অমসুং ইম্পিদোক্লিস অনীগী মতাংদা হাযবা তাববদি মখোয অনীসি মাত্রা নাইনা ইবদা মান্নবা খক নত্তনা অতৈদদি খেন্নবা ঙাক্তনি। মদুনা মবম ওইদুনা অমনুনা কবি কৌবনা হেন্না চানগনি। নিযম অসিগী মখা পোন্না অমুক য়েংলবদি, কনাগুম্বা অইবনা কবিগী ওইবা মতৌ তম্বদা ছন্দ পূন্নমক শীজিন্নববসু কিবিমোন হাযবা অইবদুনা **সেন্টোব**[3] ইবদা মাত্রা মখল মখা অযাম্বা শুনা পূনশীন্দুনা ইখিবা অদুগুম্না, মহাক অদুবুসু ঐখোযনা কবি হাযবা অসুপ্পা মিংথোলসিগী মনুংদা পুশিল্লকপা তাবনি। অসুম্না মশক খঙদোকপগী থবকসি থম্বা যাবে।

কলা মখল খবা অমনসু মথক্তা পনগ্রিবা উপায পূন্নমকসি শীজিন্নে। উপাযশিং অদুদি অমুক্কা হন্না নীংশিংবা তাববদা ছন্দ, মাত্রা অমসুং তিন্নবা হাযবশিংসিনি। ডিথিবেম্বিক অমসুং নোমিক[4] শৈরেংশিংদসু হযবিবসি শীজিন্নে। ত্রেজডী অমসুং কমেডীদসু অদুম্মক শীজিন্নে। খেন্নবিবা হাযববু, অহানবগী অনীসিনা মথক্কী পাম্বৈশিংসি পূন্না শীজিন্নবা, অদুগা অকোনবগীসিদনা শীজিন্নগদবা অমতং খনগৎপা অসিতনি।

অদুনদি মতৌ তম্বগা মবী নৈননা কলাশিংদা নৈবিবা খেন্নবা হাযবদু মখোযসিনা ওইবে।

---

১। মহৌশা কাঙলোন – Natural science, ২। নেন খুৎহৈ (লোনশেম) Treatise ৩। সেন্টোর কিবিমোন কোবা কব্বিা ইবম্বা রেপসডী (rhapsody) অমা, ৪। ডিথিরেম্বিক অমসুং নোমিক – Dithyrambic and Nomic ডিথিরেম্ব হাযবসি হান্নদি ডাইওনিসস্পু খুকম্বদা শক্রবম্বা। কাবল ওড (Choral Ode) অমনি। নোমি নত্তুগা নোমিক (Nome or Nomic) শৈরেং অসিনা মহাকাব্যদগী লৌথোবকপা শৈরে গা শকক্লি। মসি বাঁশী নত্তুগা লাযবনা তু ইন্দুনা অপোলোবু নাংজনা মতমদা শক্লবম্মী।

## ২

## মতৌ তম্বগী পান্দমশিং

কলাকাবশিংনা মতৌ তম্লিবসি থবক তৌবিবা মীওইবগীনি। মীশিং অসি অৱাংবা নত্তুগা অনেম্বা থাক্কী ওইগনি। মবমদি মীওইবগী লমচৎ হাযবসিমক্তবু অসুম্না খাযদোকপগী মনুং চলহনবা তাবনি। অফবা অমসুং ফত্তবা হাযবসিনা লমচত্তা খেন্নবগী মশক তাকই।

মীগী অনেম-অরাং থাক হাযদুনা অনী থোক্লা লৈববনিনা, মখোযগী লমচৎ য়েকপা মতমদা থাঙ্গেশেংনা পুন্সীদা ওইবিবদুদগী হেন্না থাক বাংনা উৎপা অমা, নত্ত্রগা হেন্না ফত্তনা পুথোকপা অমা, অমুক নত্ত্রে হাযবগনা ওইবিবা শক্তম অদু হোংদোক্তনা উৎপা অমা হাযবিবসি তৌবা তাই। পোলিগ্নোটস্না[1] মীগী লমচৎ যেকপদা হেন্না থাক বাংনা যেকখী। পাউসন্‌গী ওইনদি খবগা হেন্না হন্থনা উৎলী। অদুগা ডাইওনিসস্‌না শীংথাবা মতমদদি মশক হোংদনা পুথোকখী।

হৌজিক্তি মথক্তা পনখ্রবা মতৌ তম্বগী তোঙান-তোঙানবা মওংশিং অসিদা হায়বিবা খেন্নবশিংসি উবা ফংগনি হাযবসি মযেক শেংলে। অদুগা মশানা খেন্নদুনা লৈজববা মতৌশিংসিবু অমুক মতৌ তমলুবা মতমদা অদুম্মক তোঙান তোঙানবা মখলগী ওইবক্কনি হাযবসিমসু উবা ফংলে। খেন্নবগী মখলশিংসি জগোই শাবা, বাঁশী খোংবা অমসুং লাযব্ খোংবদসু শোযদনা থেংনববনি। ব্লাবেংদসু থেংনৈ, অদুগা যন্ত্র যাওদনা থীবা শৈবেং মক্তদসু খেন্নবসি থেংনৈ। খুদম ওইনা পল্লবদা, হোমবনা মীওইবগী লমচৎপু হেন্না ফবা শক্তমদা যেকই। ক্লিওফন্না ওইবিবা অশেংবা মতৌদু উৎলী। পেবোডীগী[2] খুৎই হৌদোকপিখিবা থাসীযাগী হেগিমন অমসুং **দেলিযদ** ইবা নিকোকিবীজ অনীনা যেকপা লমচত্তি ওইবিবদুদগী হেন্না ফত্তবা মওংদা শীংথাই। ডিথিবেম্ব অমসু" নোমিক্কী মতাংদসু হাযবিবসি অমত্তনি। মবমদি মসিদসু তোঙান-তোঙানবা মওংদা অইবগী অনীংবদু পাঙথোকপা যাই। মসিগী খুদম হাযববু তিমোথিযস অমসুং ফিলোকজেনস অনীনা সাইক্লোপশিংগী ব্লাবী শৈথাবদা খেন্নখ্রিবদুনি। ত্রেজডীবু কমেডীদগী তোঙান তাহল্লিবসি হায়বিবা খেন্নবা থম্বা অসিননি। মবমদি কমেডীদা মীওইববু ওইবিবা মওংদগী হেন্না ফত্তনা, অদুগা ত্রেজডীদনা হেন্না ফবা মশক্তা পুথোক্লবা তৌই।

১। পোলিগ্নোটস ৫ শুবা চহীচা খৃষ্ট মাঙদা লৈনম্বা সাইযেকপনি পাউসন অমসুং ডাইওনিসস্ হাযবিবা মীশক অনীসিমদি মযেক শেংনা তাক্লমদ্রে ২। পেবোডী Parody— লঙনবা-কাবেন্নবা খুৎইবু পঙনৈ।

### ৩

## মতৌ তম্বগী মওং মতৌ

অহুমশুবা মখলগী খেন্নবা অমখক্কা লৈবি। মদুদি কবিনো হাযবদা কলাকাব অমনা হীবম অমা নত্ত্রগা অমগী মতৌ তম্বদা শীজিন্নবা যাবা ফোঙদোকপগী মওং মতৌ

অদুনি। মরমদি ইগদৌরিবা খুৎইসু মান্নরবা, য়েক্কদৌরিবা খুৎয়েকসু মান্নরবা মতমদুদা কবিনা মতৌ তম্বগী থবক চৎথবা মতমদা ৱারী লীবগী মওংদা চৎথরবসু য়াই — মদু ওইরগনা হোমরনা তৌখিবগুম্না অতোপ্পা অমগী মচীন্দগী লীহনবা য়াই, নত্ত্রগা হোংবা তৌদনা, মশামক্কা লীজবসু য়াই[১] — নত্ত্রে হায়রগনা অইবনা মহাক্কী মীশকশিং অদুবু হৌজিক হৌজিক হিংথলিবা, ইমাঙদা লেঙলি-পাল্লিবা ওইনা পুথোক্রবসু য়াই।

মমাঙদা পনখিবা অদুম্না মতৌ তম্বা হায়বসিবু মওং অহুমসি থোক্লা খায়দোক্কদবনি ঃ মাধ্যম, পান্দম অমসুং মওং মতৌ। অদুনদি মীৎয়েং অমরোমদগীদি সোফোক্লিস অসি হোমরগা চপ মান্নবা মখলগী মতৌ তম্বা কলাকার অমনি। মরমদি অনীমক অসিনা অন্নাংবা থাক্কী মীশক মতৌ তম্নবা হোৎনৈ। অতোপ্পা নাকল অমরোমদগী অমুক য়েংলগনা এরিষ্টোফনিসকা অমুক মান্নে। মরমদি অনীমক্কা অভিনয় তৌরিবা অমসুং থবক তৌরিবা মীওইশিংগী মতৌ তম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা 'ড্রামা'[২] হায়বা মিং অসি থবকপু মহুৎশিনবা উৎপদগী সিগুম্বা শৈরেংশিংদা কৌনবনি হায়না কনাগুম্বনা হায়নৈ। মসিমক্তনা মরম ওইরদুনা ট্রেজডী অমসুং কমেডী অনীগী হৌরকফম্বু ডোবিয়নশিংনা মখোয়গীনি হায়না দাবী তৌবি। কমেডী হৌদোকখিবগী ৱাফমদি মেগবিযন কাংবুনসু মখোয়গীনি হায়। হায়রিবসি মখোয়গী মীয়ামগী লৈঙাক্কী[৩] মখাদা কমেডী পুথোকখিবনি হায়রিবা গ্রীস লৈবাক মনুংগী মেগরিয়ন কাংবু খক্তনা হায়বগী ৱাফম নত্তে। সিসিলীদা তাবা মেগরিয়নশিংনসু দাবী তৌবিবনি। মরমদি কাইওনিদিস অমসুং মেগনিস অনীদগী য়াম্না হান্নবা এপিকার্মস্ কৌবা কবিদু হায়রিবা লৈবাক্তগী মীনি। ট্রেজডীগী হৌরকফমগী মতাংদা পেলোপোনেসি লমদমদা তারিবা ডোবিয়ন কাংবুনসু

১।হন্দোক্লিবা অসি Butcher, Hardy অমসুং Kassel গী মতুংইন্ননি। ৱাংউবোল (Philosophy) অমসুং লোলগী (linguistic) মাযকৈদগী যেংলগা Bywater না মখাগী অসুম্না ৱাপী (text) দা খবা হাপ্তোক হাপচিন তৌদুনা পীবি — "চপ মান্নবা পাম্বৈ অমসুং মতৌ তমগদৌবিবা পোৎশক অদু অমতনি হায়না লৌবগা (ক) হোমরনা তৌবগুম্না মতাং অমদনা ৱাবী লীবগী মওংদা অদুগা মতাং অমদনা মীশক অমগী মহুৎ শিন্দুনা হায়তনবসু যাই, নত্ত্রগা (খ) হোংদোক হোংজিন তৌদনা মওং অমতদা অসুম চৎথবসু য়াই, নত্ত্রগ (গ) তাক্লিবা থবকশিংদু মখোয মশামক্কা হেক পাঙথোকপগুম মতৌ তম্লিবশিংদুনা ড্রামাগী মওংদা ৱাবী মপূম অদু মহুৎ শিন্দুনা উৎথোকপসু যাই।" ২। ড্রামা — ৱাহৈ অসি গ্রীক ৱাহৈ ড্রান্ (থবক তৌবা) হাযবা অদুদগী থোবকপনি। অদুনা 'ড্রামা' হায়বগা কবিগুম্বা থবক অমা তৌবা হায়বা মশাগী অর্থসি থোকই। ১৮ শুবা চহীচাগী তংখায চন্নকপদা ফ্রান্সতা *drame* হাযবা ৱাহৈসি যাইমবা থাক্কী ইমুং-মনুংগী মবমদা লিলা ওইনা উথোকপদা শীজিন্নবা হৌবকখী। হৌজিক্কা ড্রামা হায়বগা অকুবা লিলাবু খীৎ নম্না খঙহন্নী। ৩। মীয়ামগী লৈঙাক — গণতন্ত্র, democracy.

তৌই। দাবী অনীমকসিদা প্রমাণ ওইনা মখোযনা লোলগী যুম্ফম থিন্দুনা তাক্লি। মখোযনা হাযবিবনা অকোযবদা তাবিবা খুঙ্গংগী লমশিংবু মখোম্বনা *কোমাই* কৌই, এথেনিযনশিংনদি ডেমোই কৌই হাযবসিনি ঃ অদুগা মখোযনা অমুক লৌবিবা ব্বাখল অমনা 'কমেডিযন' হাযবা অর্থ পীবা বাহৈসিগী হৌবকফম অসি *কোমাজেইন* 'হবাও-তযাম্বা' হাযবা অর্থ পীবা ৱাহৈসিদগী থোবকপা নত্তে — মখোযবু সহবদা তাথী-তাওইনা তৌবিদুনা চংহন্দবদগী খুঙ্গং খুঙ্গংশিংদা, সহব মচাশিংদা কোযচৎ-চৎপদগী *(কাটা কোমাস)* কৌনবদগীনি হাযবী। মখোযনা মখা তানা অমুকসু 'থবক তৌবা' হাযবা ৱাহৈসি ডোবিয়ন লোলদনা *দ্রান,* অদুগা এথেনিযন্দনা *প্রাত্তেইন* কৌই হাযবী।

মতৌ তম্বগী তোঙান-তোঙানবা মওংশীংগী মশীং অমসুং মওং মতৌগী মবমদা নৈনবা খবা অসিনা যাবে হাযনা লৌবসি।

## ৪

## শৈবেংগী হৌবকফম অমসুং শাবেপ তম্বা

শৈবেং হাযবসিমক্তবু মবম অনীখক্তগী হৌবকপা ওইনা তৌই। মবম অনীমক ঐখোযগী ইহৌশাগী মনুংদা যাম্না চেৎনা লুনা লৈবি। অহানবদা মীওইবদা মতৌ তম্লিংবগী যাওবক্রবা বাখল[১] অসি অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লোযনজবকই। অদুগা মীওইবগা অতৈ শাশিংগা খেন্নবিবনা, মহাক অসিনা থবায পাল্লিবা পুন্নমক্কী মনুংদা খ্বাইদগী মতৌ তমগনবা জ্ঞবনি। অদুনা মতৌ তম্বগী মতেংনা ইহান হেক হানবা পাবা তম্বা হৌবকই। মীওই খুদীংমক্কা তৌনবিবা বাফম্নি হাযবদা নোপ্তবা বাফমদি কবিগুম্বা অমগী মতৌ তম্বদা ফংবা নুংঙাইবসিনি। ব্বাফমসিগী প্রমাণদি পুন্সীদা তশেংনা থোক্লিবসিনা ওইবিবনি। ঐখোযদা থম্মোযদা চৈনাখোল পোকহনবা পোৎশকশিংদু যাম্না কৃপ্না যেংশিনবগা লোযননা মবীক চুম্না পুথোবক্লবদি মদুগী মবমদা নীংশিং-নীংশিং খনবা[২] মতমদা ঐখোযদা নুংঙাইবা, অপেনবা পীনৈ — খুদম ওইনা হাযববদা খ্বাইদগী তুক্কচনববা শাশিংগী মশক-মওং অমসুং থব্বায যাওদ্রবা হকচাংশিং। মসিগী মবম হাযববু কবিগুম্বা অমা খঙবা হাযবসিনা ঐখোযদা মযেক শেংলবা নুংঙাইবা অমা পীবি। হাযবিবসি বাখলদা লুপ্লবা ৱাংউবোয়শিংতগী ৱাফমসু নত্তে, অপুনবা মীওইবগী ওইনসুনি। তৌবদবু *সাধাবন*

১। যাওবক্রবা বাখল (লোনশেম) Instinct ২। নীংশিং-নীংশিং খনবা (লোনশেম) Contemplate

মীয়ামগী ওইনদি খঙলু-উরুবগী চাংদি খরা হৃম্বা মওংদা লৈ। অসুম তৌদুনা মীওইবনা মান্নবা পোৎশক অমা উরুবদা নুংঙাইবা পোক্লিবসিগী মরমদি, মদুগী মতাংদা খম্বরুবদা মশাদা জ্ঞান অমা লাকই। মসিদি মসি ওইগনি হায়বগী বাখল ফংলকই। অদুনা মতাং অদুদা মাগী মচীন্দগী থোক্লক্লমগনি — মসিদি মহাক্লিনা। মরমদি অশেংবা মশক অদুমক করিগুম্বা নহাক্লা উরুদ্রিবা থোক্লবদি, ফংলক্কদৌরিবা নুংঙাইবদু মতৌ তম্বগী নুংঙাইবনি হায়রুবা য়াদ্রে। মদুগী মহুত্তা পোৎথোক অদুবু পুথোক্লিবগী মওং, মচু-মমেন শীজিন্নবগী মতৌ নত্ত্রগা সীগুম্বা মখলগী অতোপ্পা মরম খরা অমদগী নুংঙাইবদু ফংবা ওইরগনি।

অদুনদি মতৌ তম্বা হায়বসি ঐখোয়দা ইহৌশানা লোয়নজরক্রবা য়াওরক্রবা বাখলনি। মথংদা তিন্নবা অমদি ছন্দগী অসিগুম্বা বাখল অসি য়াওজরী। মাত্রা হায়বসিনা তশেং-তশেংনা ছন্দগী শরুক অমনি। অসিগুম্নবা মহৌশাগী খুদোলসিবু ফংদুনা লাক্লবা মীওইশিংদুনা মশাগী অখন্নবা শক্তিসিবু খরা খরা পুখৎলক্লুনা কাবক-কাবক লেংশিন্দুনা পুথোকপগী থবক তৌবম্বা অদুদগী মমৈথংদা মপূং ফারক্লুনা শৈরেং হায়বসি থোরকই।

শৈরেং অসি হৌজিক্তি অইর্বশিংদুগী মী মীগী খেন্নবা তুংইন্না ঈরম অনী ফাংখ্রে। হেন্না লুনা খম্বা মীওইশিংনা অবাংবা থাক্কী থবক্কী অমসুং অফবা মীশিংগী মতৌ তম্লকখি। খরা তয়াং-তশোইবা কাংবুনা হম্বা থাক্কী মীওইশিংগী থবক্কী মতৌ তমদুনা শীদোকপগী[1] শৈরেং ইবা হৌই। সোমদনা অহানবগী কাঙবুনা ঈশ্বরগী মফমদা কৎচবা লাইশোন অমদি মতীক-মগুণ লৈবা মীশকশিংগী মরমচৎ শৈথাবা শৈরোল ইনরিবনি। শীদোকপা শৈরেংগী মখল অসিদি হোমরগী মমাঙদা লৈরম্বা অইবা কনামত্তগী মিংগা কোন্নুনা অপান্ননা পুথোকপদি ঙম্মদে। লৈবদি মরাং-কায়না লৈরম্বা তাই। অদুবু হোমরগী মতমদগী হৌনদি খুদম নীংথীনা পুথোকপা ঙম্লে। অমতং পনসি হায়রবদি মহাক মশামক্কী মার্গাইটস অসিসুনি। অসিগুম্বা মখলগী মান্নবা শৈরেং কয়াসু লৈরি। শৈরেংশিং অসিগা চানবা মাত্রা অদুসু খঙনরে — মী অমনা অতোপ্পা মী অমগী অশোয়বা থিদুনা ইনবা মতমদা শীজিন্নবা মরম্না মাত্রাসিবু ***আইব্রম্বিক***[2] নত্ত্রগা ***লেম্পুন***গী খোঙফম[3]

---

১। শীদোকপা -(লোনশেম) Satire ২। আইএম্বিক - Iambic : Iambus হায়বা বাহৈদগী লাকপনি। মসি গ্রীক বাহৈ iapto হাযবদি 'ঐনা খুৎ থারে' নত্ত্রগা 'চৈ-থাংবা' হাযবসিদগী থোবকপনি। শীদোকপা শৈবেংদা মপূং ওইনা শীজিন্নবা হৌবকখী। খোঙচৎকী মওংদি ⌣/ হাযবদি 'অয়াংবা অরূম্বা' — light stress অসুম্না চৎকনি। ৩। Lampooning measure — লেম্পুন অসিসু শীদোকপা শৈবেংগী মখল অমনি। অয়াংবা অকম্বনা পুনশীন্নগা চাং নাইনা শেম্বা খোল্লুপ (syllable) শিং অসিবু feet নত্ত্রগা measure হায়র্বদি 'খোঙফম' হায়না খঙনৈ।

হায়না হৌজিক ফাওবদা কৌনবি। অসুন্না থায়নগী কবিশিং অসিবু খবা অমনা হিবোইক অদুগা খরা অমনা লেম্পুন শৈবেং ইবা নত্রগা আইএম্বিক কবিশিংনি হায়না কৌনবি।

লুনা-চেকশীন্না ইবগী শৈলী দদি হোমবনা কবিশিংগী মবক্তা অথোইবনি। মুরমুদ্রি মহাক মতোমতনি মতৌ তম্বগী চম্খোনবগা দ্রামাগী শাওংগা পুনশীনখিবুসি। অদুগা মী অমগী মবমদা অপান্ননা শীদোকপদগী খুৎই ইবগী মগুত্তা খন্থুরম্বগা নোক্লীংবা পোকহনবা মচাকশিংদুবু থনগত্নুনা দ্রামা ওন্থোকহল্লকপা মবন্না মহাক্না কমেডীগী মপুং ওইনা শাগৎপদা চঙবা পবীং অদুসু থাবিবম্মী। মহাক্না ইবম্বা **মার্গাইট্স** অসিমক **ইলিয়ড** অমসুং **ওডিসী** অনীনা ত্রেজডীগা মবী লৈনবা অদুগুম কমেডীগা মবী লৈনবি। কোন্না ত্রেজডী অমদি কমেডী হায়না অনী থোক্রবা মতমদসু, কবিগী কাংলুপ অনীসিনা মশাদা যাওজবক্রবা মহৌশাগী খুনাম অদুগী খুদুং লীদুনা অদুম্মক চৎনবকখী ঃ হায়বদি লেম্পুন ইবশিংনা কমেডী ইবকই, এপিক ইবা কবিশিংবু, দ্রামা হায়বসিনা হেন্না পাক চাউবা অমসুং অৱাং বা কলাগী মশক অমা ওইবনিনা, ত্রেজডী ইবশিংনা মহুৎ শিল্লকই।

অদুদি ত্রেজডীবু মশাগী চঙদবা যাদ্রবা মহৌশা অমসুং মীযামগী মমাঙদা পুথোক্নুনা উৎপগী রাফম অসোমদগী যেংশিল্লে হায়বগা, মসিবু চঙগদবা মচাকশিংগা লোয়ননা তশেংনমক মপুং ফানা চাওখৎলববা হায়বসিনা মতাং অমদা খন্নবা তাবে। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা মবী লৈনবিবা বাফমদি ত্রেজডীদি, অমবোমদা কমেডীসুনি — অহানবদা ইচম-চন্না কবিগুম্বা খবা শাগৎপদগী[1] থোবকখিবনি হায়বসিনি। ত্রেজডীনা ডিথিবেম্ব ইবশিংগী মখুত্তগী চোংথোবকখী। অদুগা কমেডীনা লিঙ্গগী শৈথাবোল[2] ইবশিংগী মখুত্তগী ওইবকখিবনি। হায়বিবসি হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয়গী সহব কযাদা মপোপ কায়দনা তৌনবিবনি। ত্রেজডীদি তপ্না তপ্না থাক থাক্তা মপুং ফাবকপনি। নৌনা যংলকপা, থেংনবকপা খুদীংমক হাপচীন্দুনা অমুক হেন্না চাউখৎহন্দুনা মপুং ফাহল্লকখিবনি। অহোংবা কযা লাল্লক্লবা মতুংদা মশাগী ফিবেপ তাবকপনি, অদুগা মদুদদা লেপখিবনি।

ইস্কিলসনা অহানবা ওইনা অনীশুবা এক্তব অমা পুশিল্লকখী। কোবসকী থৌদাং হন্থহল্লকখী, অদুগা মপুং ওইবা শরুক ৱাবী শানবদা (পাউসানবদা) শিন্নবকই। সোফোক্লিসনা এক্তবগী মশীং অনীদগী অহুম শুহল্লকখী। লোয়ননা দৃশ্য যেকপা[3] অসিমসু হাপচীল্লকখী। সীদসু নত্তে, অতেনবা ৱাবী থাদোক্নুনা হেন্না পাকচাউনা কোনবা ৱাবী লৌখৎপা হৌনবকপা

১। ইচম চন্না শাগৎপদগী – improvisation ২। লিঙ্গগী শৈথাবোল – Phallic song ৩। দৃশ্য যেকপা – Scene painting

অমসুং ঙল্লিঙৈ মতমগী শীদোকপা ৱাঙাংগী মওং-মরিন তাদবা মতৌ অদু চিঙ-লেম্নবা ত্রেজডীগী ৱাঙাংনা মহুৎ শিল্লকপা অসিসু পংকুই কুইদ্রিবা মতমগীনি। শৈরেংগী খোঙফমগী মতাংদসু আইএম্বিক্না ট্রোকাইক টেট্রামিটর[১] গী মহুৎ শিল্লকই। হান্নদি কবিশিংসিনা ট্রোকাইক টেট্রামিটব অসিবু মখোয়গী শৈরেংশিংদু শৈরেং ওইনা তৌবা, অদুগা জগোইগসু য়াম্না নকশীন্নবা মরম্না কন্না শীজিন্নরম্বনি। অদুবু পাউসানবা হায়বসি পুশিল্লকপদগীদি মহৌশা মশামক্না মসিগী চানগদবা খোঙফম অদু থিদুনা পুজরক্লে। মবমদি আইএম্বিক হায়বসিনা খোঙফম পুন্নমক্কী মনুংদা ৱারী-ৱাতায় শাবদা শীজিন্নবদা হায়দোকপদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা অমসুং চানবা হায়বদু থোকই ঃ হায়রিবসিমক ঐখোয়না ৱারী শানবদা আইএম্বিক্কী খোঙফম্না, শৈরেং ওইনা ইথোকপদগীদি হেন্না তোয়না য়াওবা থেংনবা অসিনসু লেঙদ্রবা অচুম্বনি হায়বদু তাকচরে। করিগুম্বদা য়াম্না তাঙনা [ডেক্টিলিক] হেক্সামিটরদা চৎপসু য়াওববুদি থেংনৈ। মদুসু চুম্না ৱারী শানবগী ৱাঙাং-ৱাতাদু থাদোক্লবা মতমদনি। মসিদসু নত্তনা 'এপিসোদ' কী নত্ত্রগা 'তাংকক' কী মশীংসু হেনগৎহল্লকখী। চৎনরকপা লীক্লম তুংইন্না ফংবা মচাকশিংগী মথক্তা অমুকসু হাপচীল্লকপা পুন্নমক অসি মথক্তা শীংথাদুনা পনখ্রে হাগনা লৌরগনি। মরমদি মখোয়বু অমুক কুপথনা নৈনব্বা তারবদি কা-হেন্না পাক-চাউথ্রবা থবক অমা ওইরগনি হায়বসিদা করিসু চিংননীংঙাই ওইদে।

---

১। ট্রোকাইক টেট্রামিটব – Trochaic tetrameter · খোঙফম অহুম্না শাবা, ছন্দনা trochee / ⏑ ওইবা – গ্রীক ৱাহৈ trecho অর্থনা 'ঐ চেল্লী' হায়বদুদগী লাকপনি।

## ৫

## কমেডীগী হৌরকফম অমসুং এপিক্কা ত্রেজডীগা চাংদম্নবা

ঐখোয়না হাযখিবা অদুনি, কমেডী হায়বসিদি হন্থবা থাক্কী মীশকশিংগী মতৌ তম্বনি। মসি হায়দুনসু ফত্তবা ঙাক্তনা মপুং ওইনা শাগৎপনি হায়না লৌরব্বসু য়াদে। মরমদি 'অর্থীবা'[১] হায়বদুগী নাকল অমা ওইরিবা 'নোক্নীংঙাই ওইবা'[২] হায়বসিসু মসিগী শরুক অমনি। 'নোক্নীংঙাই ওইবা' হায়রগা ঐখোয়না খঙনরিবসি নুংঙাইতবা ৱাখল

---

১। অর্থীবা – Deformity, ২। নোক্নীংঙাই ওইবা - Ridiculous

নত্ত্রগা থম্মোয়দা চৈনাখোল পীবমক্তি নত্তবা অশোয়বা নত্ত্রগা অথীবগী মতৌ অদুবুনি। তরং-তরংবা খুদম অমা পীবদা তারবদি, কমেডীদা শীজিন্নরিবা মায়খুমসি য়েংবদদি ফজদে, ফীবম-মুত্তী চাদে। অদুবু মদু উপ্পদুনা অয়েংবগী থম্মোয়দা চৈনাখোল পীরি হায়বদি লৈতে।

ট্রেজডীদা মথং মথং লাকখ্রিবা অহোংবশিং, মখোয়দু কনা কনানা পুরকখিবনো হায়বদুদি ফজনা খঙনরে। অদুগা কমেডীগীদি অহানবা হৌরকপদা থোইনা লুনা খন্নরুদবা মরম্না মসিগীনি হায়বা কুম্বারোল[1] লৈরক্তে। কাইনথংদনি কমেডী ইবা কবিশিংদা কোরস্ শীজিন্নবগী অয়াবা আর্কনশিংনা[2] পীখিবসি। মদু ওইরবা ফাওবদা লিলা কুমগদৌরিবা মীশিংদু নৌনা চোংথোরকপা মীওইশিং ঙাক্তা ওইনা তৌখিবনি। কমেডী অসি ময়েক শেংনা মখোয়গী মবমদা মীয়াম্না তানরক্লবা মতম অদুদগীনি 'কোমিক কবি' হায়না কৌনরিবশিং অদুগী মরমদা খরা খরা খঙবা হৌনরকখিবদু। কনা কনানা কমেডীদা মায়খুম উপ্পা, *প্রোলোগ* পীবা হৌদোক্লম্বগে, এক্তরশিংগী মশীং হেনগৎহল্লম্বগে হায়বনচিংবা রাফম কয়ামসু খঙদনা লৈরি। থৌদোক-খৃৎশেম হায়বসিমদি অহানবা ওইনা সিসীলীদগী হৌরকখিবনি। অদুগা এথেন্সকী অইবশিংগী মবক্তদি ক্রেটিস্না ইহান হান্না আইএম্বিক নত্ত্রগা লেম্পুনগী মওং থাদোক্তুনা হীবম[3] অমসুং থৌদোক-খৃৎশেম অনীসি পুনশীন্নদুনা মশক অমা থোকহল্লকখী।

এপিক শৈরেংনা ট্রেজডীগা অমত্তা ওইবগী শক্তম ফংবদি মসিনসু অরাংবা থাক্কী মীশক্কী মতৌবু শৈরেংদা তম্বা অসিদনি। খেন্নরিবনা এপিক শৈবেংদদি মাত্রা মথল অমতমক শীজিন্নে। অদুগা ইবনা রারী লীবগী মওংদা চৎথৈ। অনী অসি শাংবদসু খেন্নে। ট্রেজডীগীনা হেক য়াবিবমখৈ নুমিৎকী খোঙচৎ অমুক্কী মনুংদা নত্ত্রগা মসিদগী খজিক-খরাক লাম্বোক্লবসু হেন্দোক্তনা থম্নবা হোৎনৈ। অমরোমদা এপিক্কী ওইনদি অকক্লবা মতম হায়বা অমা লৈতে। অদুনদি মসিনা অনীশুবা খেন্নবগী রাফম হায়বদু ওইবে। হায়রিবসি অহানবদদি ট্রেজডীদসু এপিক শৈবেংদা তৌবগুম চপ-মান্নবা নীংতম্বসি ফংহল্লুম্বনি।

মখোয়গী মনুংচন্না য়াওবিবা মচাকশিংদুদি খবা অমনা অনীমক্তা য়াওই, খরনা ট্রেজডী খক্তগী মচাক ওইনা তৌই। অফবা নত্ত্রগা ফত্তবা ট্রেজডীনি হায়বদি ট্রেজডী

---

১। কুম্বাবোল - (লোনশেম) ইতিহাস, History, ২। আর্কন – Archon থাযনগী এথেন্সকা মকোক থোংবা রায়েন মপু/মপুশিংবু (chief magistrate) খঙনে, ৩। হীবম – Theme

অমবু নুংঙাই-নুংঙাইতে খঙলিবা মীশক অদু এপিক্কী মতাংদসু মদুমক খঙলবনি। এপিক্তা য়াওরিবা পোৎলম পুম্নমক ত্রেজডীদসু য়াওরী। অদুবু ত্রেজডীদা য়াওবা পোৎলমদি এপিক্তা লোইনা ফংদে।

৬

## ত্রেজডী মশক তাকপা

হেক্সামিটরগী শৈবোলদা মতৌ তম্বা শৈরেং অমসুং কমেডীগী মরমদদী কোন্না হায়রগনি।* হৌজিক ত্রেজডীগী মতাংদা মমাঙদা হায়খিবশিংদুগী মখা তারকপা ওইনা মদুদগী থোবকপা মচং ওইবা ৱাফমশিংদুদগী শক্তাকবা[১] পুথোক্কুনা নৈনরসি।

ত্রেজডীদি লায়না খন্দোক্কে যাদবা, মপুং ফাবা অমসুং চানবা শাবান লৈবা থবক্কী[২] মতৌ তম্বনি। মসিদা শীজিন্নরিবা লোল অদুবু কলাগী ওইবা লৈতেং খুদীংমক্কা ফজবা, মগুণ লৈবা হেনগৎহল্লী। অসিগুম্বা লৈতেংশিংসিগী মখল কয়ামুক লিলা অদুগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংদা য়াওই। অমরোমদা হায়রগা মসি অমুকসু অভিনয়না থবক অমা ওইনা পুথোকপনি, ৱারী লীবা ওইনা চৎথবা নত্তে। মসিনা মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকহন্দুনা অসিগুম্বা পুক্নীং ঈহৌশিং অসিবু শেংদোকহল্লী। 'লোলবু ফজবা, মগুণ লৈবা হেনগৎহল্লী' হায়বগা ঐনা লৌরিবদি ছন্দ, তিন্নবা অমসুং ঈশৈ য়াওরবা লোল অদুবুনি। 'মসিগী মখল কযামুক তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংদা' হায়বসিনা — শরুক খরা অমনা শৈরেং খক্তগী মাধ্যমদা পুথোকপা, অদুগা খরা অমনা ঈশৈগী মতেংনা পুথোকপা অদু ওইনা ঐনা লৌই।

হৌজিক অমুক ত্রেজডীগী ওইবা মতৌ তম্বা হায়বসিদা মীনা লিলা শান্নবগী ৱাফমদু য়াওজরবনিনা, তঙায়ফদনা অহানবমক্তদা চঙবা পোৎচংদি পুক্নীং চিংশিনহনবা মপোৎ-মচৈনা ত্রেজডীগী শরুক অমা ওইগনি হায়বসিনি। মথংদনা ঈশৈ অমসুং লোন্দা-পুদা[৩] হায়বসি চঙই। মবমদি হায়রিবসি মতৌ তম্নবগী মাধ্যমশিংনি। ঐনা 'লোন্দা-পুদা' হায়রগা লৌরিবদি ইচম চম্না ৱাহৈশিংবু মাত্রা চানা লেংশিনবা অদুবুনি। হায়বদি 'ঈশৈ'

* মসি হায়দনা অসুম তোকপ্রে। কমেডীগী মবমদা ইবা এরিষ্টোটলগী খুৎই অমা লৈবম্মী, মদু ৭/৮ শুবা খৃষ্ট তুংগী চহীচাদা মাঙলম্বা যাই হায়না লৌনৈ। ১। শক্তাকবা — (লোনশেম) Definiton, পরিভাষা; ২। থবক — (লোনশেম) Action; ৩। লোন্দা-পুদা — Diction;

হেক্তা মহায়রসি — মসি হায়রগা করিবু খঙনবগে হায়বদু মীপূম তিংনা খঙনরবা ৱাহৈ অমনি ঈশৈ হায়বসি।

অমুক হন্না য়েংলশি, ত্রেজডী হায়বসি থবক্কী মতৌ তম্বনি। থবক হায়বা মতমদা লনাই থবক পাঙথোক্লিবা মীশকশিংগী ভাব অমমুক পুশিল্লকই। হায়রিবা মীশকশিং অসিদা ময়ামগা মান্নদবা, তোঙান্না হেক্তা তারবা লমচৎ অমসুং ৱাখলগী মগুণশিং য়াওই। মরমদি লমচৎ অমসুং ৱাখল হায়বসিনা থবকশিংগী মশক তাক্লিবনি। মরমদি মীওইবগী থবক্কী মশানা তাজরবা হৌরকফম অনী পীয়ু হায়বা তারবদি লমচৎ অমসুং ৱাখলনি হায়বা তাবনি। মখোয় অসিগী মখা পোন্না মায়পাকপা নত্রগা মায়থীবা হায়বসিসু লৈরিবনি। মরম অদুনা ত্রেজডীগী থৌদোক-খৃৎশেম হায়বসি থবক্কী মতৌ তম্বনি হায়গনি।

থৌদোক-খৃৎশেম হায়রগা থৌদোকশিংবু[১] লেংশিনবা অদুবু খঙনগনি। অদুগা লমচৎ হায়রগনা থবক তৌরিবা মীওইশিংদু করম-কবম্না মখলগীনো হায়বদু লেপথোকপা য়াবা মচাক অদুবু খঙনগনি। ৱাখল হায়রগা খঙনগদৌরিবসিনা ৱাফম অমা প্রমাণ তৌবা মতমদা নত্রগা ময়ামনা ইখঙ-খঙনরবা অচুম্বা অমা মচা খায়না তাকপা মতমদা চঙলিবা অমসুং থেংনরিবা অদুবুনি। তঙায়ফদনা ত্রেজডীগী শরুক তরুক লৈবা তাই। শরুকশিং অদুনা ত্রেজডী অদুগী মগুণ লেপকনি। হায়রিবা শরুকশিং অদুদি — থৌদোক-খৃৎশেম, মীশক, লোন্দা-পুদা, ৱাখল, মিৎকী কৃম্মৈ[২], ঈশৈ অসিনি। শরুকশিংসিগী মনুংদগী অনীনা মতৌ তম্নবগী মাধ্যমনি, অমনা মতৌ তম্বগী মওং-মতৌনি, অদুগা অহুম অমনা মতৌ তম্বগী পান্দম অদুনি। হায়রিবশিংসিনা মসিদা চঙগদবদু লোইরে। মচাকশিংসিবু শীজিন্নবা অসি তশেংনা হায়বা তারবদি কবি পূম্বনা তৌনৈ। অশেংবা ৱাফম্নি, লিলা খুদীংমক্তা মিৎকী কৃম্মৈগী মচাকশিংগা লোয়ন-লোয়ননা মীশক, থৌদোক-খৃৎশেম, লোন্দা-পুদা, ঈশৈ অমসুং ৱাখল য়াওরী।

পুম্নমকসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইরিবদি থৌদোকশিংদুবু শাগৎপসিনি। মরমদি ত্রেজডীদা মতৌ তম্বা হায়রগা মী অমগী মতৌ চপ হেক চানা তম্লুগদবা নত্তে, মীওইবগী থবক, পুন্সী, নুংঙাইবা অমদি অৱাবা হায়বশিং অসিগী মতৌ তম্নগদবনি। নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অনীমক থবক্কী মনুং চন্না উবা ফংই। পুন্সীগী পোলোইদি করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোকপদা লৈরিবনি, করিগুম্বা মগুণ অমা উৎথোকপদা

---

১। থৌদোক — incident; ২। মিৎকী কৃম্মৈ — Spectacle.

নত্তে।[১] হৌজিক মখা তানা অমুক যেংশি — লমচৎনা মীগী মগুণ লেপ্পী। অদুবু মখোযনা নুংঙাইবিবা নত্ত্রগা বাবা ফংলিবা অদুদি মখোয়গী থবক্কী মতুং ইন্নমি। মবম অদুনা লিলাদা যাওবিবা থবক হাযবসি মীশক অমগী মতৌ তন্নবা শেমগৎপা নত্তে ঃ মীশক হাযবদু থবক্কী মনুংদা য়াওজবকপনি। অদুনদি থৌদোক অমসুং থৌদোক-খুৎশেম লাঙ্থোকপনা ত্রেজডীগী পান্দমনি। অমরোমদা অমুক থবক যাওদনা ত্রেজডী ওইবা যাদে, মীশক যাওদনদি যাই। ঐখোযগী মতমসিগী অযাম্বা কবিশিংগী ত্রেজডীদা মীশক শেমগত্নুনা লাঙ্থোকপদা শোযবী। ত্রেজডী অমনিদি হাযবগা মীশক্তি ইযাও যাওহনবা ঙমদবগুম তৌবগী অকব্বসি কবি অযাম্বনা থেংনবিবা ঝাফন্নি। লাইযেবপগী মতাংদসু অদুমঙায। অদুনা যুক্সিস অমসুং পোলিগ্নোটস অনীগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবসি মতাং সিবাযদনি। পোলিগ্নোটস্‌না মহাক্না যেকপা লাইশিংদা মীশকপু নীংথীনা শক্তাকই। অদুগা যুক্সিসকী শৈলীদদি মীশক্কী মগুণ উৎপা ঙমদে। অমুকসু কনাগুম্বা অমনা মীশকসু নীংথীনা শাগৎপা, লোন্দা পুদা অমসুং ঝাখলসু মবীব চুন্না ফোঙদোক্লবা ঝাঙাং মযাম অমা মথং মথং লেংশিল্লে হাযনা খল্লশি। মদুনসু ত্রেজডীগী পান্দম অদু ফংবা ঙম্লোই। অমবোমদা হাযবিবশিংসি নীংথী-নুংঙাইনা যাওদ্রবা তৌইগুম্বসুং মতীক-চানা পেন্ননীংঙাই ওইবা থৌদোক-খুৎশেম অমসুং থৌদোক লেংশিনবা যাওবা ত্রেজডী অদুনা থোইনা হেন্না ত্রেজডী অমা ওইবগী পান্দম অদু ফংবা ঙমগনি। মসীদসু নত্তনা ত্রেজডীদা খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল লৈববা পুক্নীং ঈহৌগী মচাকশং ওইবিবা — *পেরিপেটিযা* নত্ত্রগা ফীবম থক-খা ওল্লকপা[২] অমসুং খঙলকপা মতাং উৎপশিং[৩] অসি থৌদোক খুৎশেমগী শরুক ঙাক্তনি। থৌদোক-খুৎশেম হাযবসি অনাযবা নত্তে যাম্না মরুওইখ্রবা পোৎশক্কি হাযবসিগী মতাংদা ঐখোযনা মখা তানা পীবা যাবা খুদম হায়ববু, খুৎথা

১। বপী (text) দা মতাং অসি শেমর্জানবা খবা যাওই হাযনা পণ্ডিতশিং না লৌনি। মফমসিদা হন্দোক্লিবসি Vale না পুথোবকপা মোতপু Bywater অমসুং Hardy না যাদুনা হন্দোকপা অদু Leon Golden না শাজিন্নদুনা হন্দোকপা অদুদগীনি। মতাংসিগী ওইনা Bywater Butcher Golden অমসু Dorsch মকিনা হন্দোকপশিংদু মপাবশিংনা চা দম্নদুনা যে বদা পু ঙাইনবা পীজবী ঃ the end for which we live is a certain kind of activity not a quality — Ingram Bywater and life consists in action and its end is a mode of action not a quality — S H Butcher, and the end of life is some action, not some quality — Leon Golden The purpose of living is an end which is a kind of activity not a quality, — T S Dorch ২। ফীবম থক খা ওল্লকপা — Reversal of the situation ৩। খঙলকপা মতা উৎপশি — Recognition scenes

নৌবিবা কবিশিংনা থৌদোক- খুৎশেম অমা মপুংফানা, মবীক চুন্না শাগত্তুনা পুথোকপদগীদি, লোন্দা পুদা অমসুং মীশক যেকপগী থনক্লা মবীক চুন্না পাযখৎপা হান্না ঙম্নবিবা অসিনি। মসিমক অঙনবা মতমগী অযাম্বা কবিশিংগী ওইনসু অচুম্বনি।

অদুনদি থৌদোক খুৎশেম হাযবসিনা অহানবা লিচীংবানি, অদুগা প্রমাণ ওইনা হাযববদা ত্রেজডীগী থবায হাযবদু ওইরে। মথংদা লৈবিবনা মীশক হাযবসিনি। মসিগী অচুম্বসিমক লাইযেকপগী থবক্তা উবা ফংই। খ্বাইদগী হেন্না ফজববনি হাযবা মচুশিংদ মথোং মবম খঙদনা পঙতে তৈশীল্লবদি, চোক পাযদুনা মওং চুন্না যেকথোকপনা পীবা অপেনবদু যৌনা মদুনা কবিসু পীবা ঙম্লোই। অসুম্না ত্রেজডীদি থবক্কী মতৌ তম্বনি, লোযননা থবক অদুগা মবী লৈনবিবা থবক তৌবিবা মীশকশিং অদুগীসু মতৌ তম্বনি।

মথং মনাও নাইনা অসুম চৎথবকপসিগী অহূমশুবদা লৈবিবসি বাখলনি। হাযবিবসি পীবম্লিবা, ওইবিবা ফীভম অদুগী মতাংদা ওইথোকপা যাবা, মবী লৈনবা বাহৈশিং হায়দোকপা ঙম্বগী শক্তি অদবনি। মসিসু অমুক কবিগা মবী লৈনবগে হাযবদা রাজনীতি অমসুং রেটবিক্কী ওইবা কলাদা[১] যুম্ফম ওইবা ***বক্তৃতা*** অমা নীংথীনা পীবা ঙম্বগী মইহ অদুগা মবী লৈনবিবনি। তশেংবমকসু থাযনগী কবিশিংনা মখোযগী মীশকশিংবু রাজনীতি তৌবা মীওইগী লোন[২] ঙাংহল্লম্মী। ঐখোযগী মতমগী কবিশিংনা মখোযবু রেটবিসন শিংগী লোল ঙাংহল্লী। মীশক হাযবদি *নৈতিক উদ্দেশ্য*[৩] উত্তুনা মীওই অমনা মশাগী ওইবা অপাম পামদ উংথলিবা অদুনি। মবম অসিনা মথক্কী অসিবু তাক্তুনা খঙহনবা ঙমদ্রবা, নত্রগা রা ঙাংলিবা মীশক অদুনা মহাক্কা পাম্বা অমসুং পামদবা ববিনো হাযবদু উৎথোকহনবা ঙমদ্রবা বাঙাংশিং[৪] অদুদি মীশকপু মশক তাকপা ঙমদে। অমবোমদা অমুক বাখল হাযবসি কবিগুম্বা অমা মান্নী নত্তে হাযবা প্রমান তৌবা তাববা নত্রগা মযাম্না ইখঙ খঙনববা বান্নবা বা[৫] অমবু মচা খাযনা তাকপা ওববক্রবদা চঙই।

ত্রেজডীদা চংবা শরুকশিং শী থাবকপসিদা মবিশুবদা লোন্দা পুদা হাযবসি লাকই। ঐনা লোন্দা পুদা হাযবগা, হান্না হাযখিবা অদুগুম্নদুনা, বাহৈশিংগী মনুংদা যাওরিবা অর্থ অদুবু লোলগী মতেংনা ফোঙদোকহনবা অদুবু খঙনগনি। বাফম অসি শৈরেং অমসুং বাবেং অনীমক্তা চপ মান্নবা লৈ।

---

১। রেটবিক্কী কলা  মসি সোফিষ্টশিংগী মতমদা (অথেঙবা ৫ শুবা চহীচা খৃঃ মাঃ) হৌদোক্রম্বনি ২। রাজনীতি তৌবা মীওইগী লোল — the language of civic life *vide* Butcher and statesmen *vide* Leon Golden ৩। নৈতিক উদ্দেশ্য — Moral purpose ৪। বাঙাংশিং Speeches ৫। কান্নবা বা – (লোনশেম) Maxim

লেমহৌরিবা শবর্কশিংগী মনুংদদি ঈশৈনা[1] লোলগী লৈতেং ওইবিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মকোক থোংনা লৈ।

মিৎকী কূম্মৈ হায়বসিমদি তশেংনা হায়রবদা মশাদা পুক্নীং ঈহৌবু চিংশিনবা ওস্বা অমদি য়াওজরে। অদুবু লিলা অমগী মনুংদা হেক লৈবিবা পুন্নমক্তগীদি ***কলাত্মক*** ওইদবা হায়বদুদা মসিনা মবোয়রে। লোয়ননা শেবেংগা খ্বাইদগী লাপ্পা মরী লৈনরিবা পোৎশক্তসু মসিনি। মরমদি ত্রেজডীগী শক্তিদি লিলা ওইনা শান্নদ্রবা অমসুং কলাকারশিংদু য়াওদ্রবা ফাওবদা শাফু পীবা ৬শ্মী হাযর্বাস ঐখোযনা শোয়দবনি হাযনা লৌই। মসিদসু নত্তে, মিৎকী কূম্মৈ পুথোকপগী থবক হাযর্বসিদি ইরিবা কবি অদুদগীদি লিলাগী ***কষ্ট্যূম*** লাঙলাবা মীশক অদুগী কলাগী মখাদুম থোইনা হেন্না পোল্লিবনি।

---

১। ঈশৈনা – song' *vide* Butcher, music' *vide* Dorsch অমসু, 'melody' *vide* Golden

৭

## থৌদোক-খূৎশেমদা মীৎয়েং

লির্টাংস্নাশিং অসি পুথোক্লবা তুংসিদা ঐখোযনা হৌজিক্তি খৌদোক খৎশেম হায়বসিনা ত্রেজডীগী ওইর্নদি খ্বাইদগী মকোক থবা অমসুং মকওইবা গোংশক ওইবনিনা, থৌদোকশিং মথৎ মনাও নাইনা লেংশিনবগী থৌবমদু কবশ, মওংদা পাঙথোকপগে হাযবদু অমুক খন্নবসী।

এখোযগী শক্তোকবাগী মতুংইন্না এেজডী অসি চিঙলেম্বা, মপুং ফাবা অমসুং চপ চানা শাংবা থবক্কী মতৌ ওস্বনি। গাবখ্রে। মরমদি মপুং যাবা হাযবদুদি ওইবগা থবগী মখৈ শাংবা হায়র্বদি চানবা শাবান হায়নসিমদি যাওদবা মতাংসু থোনকপগী ওইথোকপা য়াবদু লৈরির্বানি। মপুং ফাবা হাযর্বাদ অহৌবা, মযায অমসুং অবোইবা লৈবা হাযর্বান। 'অহৌবা' হায়বগা ঐনা খঙনগদৌবিবসিনা, অতোপ্পা অমগী মতুংদা লাক্তবা যাদদুনা লাকপা অদু নওবা, মদুগী মতুংদদি কবিওস্বা থবা নশানা অসুম লৈজববা নত্ত্রগা লাক্কদবা লৈরবা অদুবুনি। অবোইবা হাযবসিনা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা তঙাযফদনা, নত্ত্রগসু নিযম অমা ওইনা মশা মতোমতনা অতে অতোপ্পা অমগী মতুং ইন্নজবকপা, তৌইগুস্বসুং মাগী মতুংদদি অতৈ অমা অমুক ইন্নবক্তনা অদুবুনি। মযায হাযবনা করিগুস্বা অমগী মতুংদা

লাকপা, মদুগী মতুংদসু কবিগুস্বা অমনা অমুক ইন্নখিবা অদুনি। মবীক চুম্না শাগৎলবা থৌদোক-খুৎশেম হায়বদুদি মফম্মবাং খঙহন্দনা হৌবা নত্ত্রগা লোইশিনবা যাদে। পীবিবা লিচীংবাশিংসি ঙাক্না চৎকদবনি।

অমুক য়েংশি — ফজবা হাযবসিনা অহিংবা জীবদা অমসুং শককশিংনা পূনশীন্দুনা শাগৎপা পোৎশক খুদীংমক্তা লৈগে হাযববদি শাগৎপদা যাওবিবা শককশিন্দু মওং চানা লেংশিনবগী ফীবমদা লৈবা খক্তসু নত্তনা হাযবিবা পোৎশক অদুগী থোকউবা মওংদা তাঞ্জানা শাগৎলকপা নত্তনা শাবান[1] অমা লৈজবসু ওইগদবনি। মবম শ্রেসিদগী য়াম্না পীকখ্রবা জীবদু ফজে হাযবা যাদে। মবর্মদি হাযবিবা পোৎশক্তু তেনগ্রবা, খঙহৌদনা হৌখিবা মতমগী মনুংদা উহৌবনিনা, উক্লুবিবদু মযেক শেংনা উহৈন্ট হাযবা যাদে। মসি নত্তবদা অমুক কা অমা হেন্না চাউখিবা পোৎশক অদুবুসু খটে হাযকবা যাদে। মবর্মদি অনুক্তদা পুল্লপ্পা উববা, লৌশীল্লবা ঙমদবনিনা, ডবিবা মী অদুনা পোৎশক অদুগী অপূনবা অর্মদি মপূম ওইবগী শক্তম তদু লাকনীনবা ঙমদে। খুদম ওংনা হাযবন্দা মাইল নীশী, অমা বাং চাউবা জীব অমা থেংনবগদি মদু ফটে হাযব। কবিসু চেপ্নোং। মবম অসিনা থবায পান্বা হকাগং অর্মদি জীবশিংগী ওইনা পাব চাডবা হাযবা অমা দনকাব লৌবিবা মদুসু অমুক্কী মীৎযেংদা কোনশিনবা ঙমা ওইগদবা। অদুগুম থৌদোব খুৎশেমগী মতাংদসু চানব। মওংগী অশাংবা অমা লেগদবনি। হাযবনদ [illegible] [illegible] শেক্তা নীংশিংবা ঙম্না চান্দা শাংগদবনি। দ্রামা আখোই [illegible] অসসু [illegible] কনাম কুইনা [illegible] হাযবগী মতুংইন্না অশাংবগী চাং লেপ্পা শৌবেংগী কলাগা অনী অসি মদী কবিসু লৈনদে। মবর্মদি ক্রেডা চাপ্সু, পুম্না চা তাম্নহনবগী নিযম লৈবা তাববাদ, মদু তানুবে শেনগী[2] মাং না মতম কপা [illegible] তশেংবসু মমাংগেদদি অসুম্না চৈনবম্না হাযরো। অদুব দ্রামা হাযবসিগী মক্তে শাগা ভুংইম্না লেপচবগা ঙমখোদ মসিনা [illegible] থেল্লিবমদা, কোনশিনবগী চাং, হেম্নবক অদুনা মবম ওইনদুনা পোত্তুগী [illegible] হেন্দবনি। তাবদ [illegible] অমা ওইনা মযেক শেংনা চো থোক্তনা লৈবা পোৎশক অর্মদি ওইহনবা তাদে। অদু [illegible]

1। শাবান — Magnitude [illegible] magnitude [illegible] certain length — Lucas) [illegible] অর্মদা [illegible] Magnitude [illegible] importance [illegible] the degree of brightness of a star [illegible] মফমসিদা শীজিন্নবী। [illegible] হাযবসিদ [illegible] 2। [illegible] Water clock

হায়বা তাববদা, চানবা মওংদা খবগী মখে শাংবা হায়বদুমদি থোক্লিবা থৌদোকশিংদু লেংশিনবগী মথং-মনাওদু ওইথোকপা যাবা নত্ত্রগা তঙাযফদবা হায়বদুগী লিচীংব্রা মতুংইন্না, লাইবক থীবম্বদগী লাইবক ফবা ওইবকপা, নত্ত্রগা লাইবক ফবা ওইবম্বদগী লাইবক থীবা ওইবকপা হায়বসিগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা অদু ওইগনি হায়না হায়বসি যাবে।

## ৮

## থৌদোক-খুৎশেমদা অপূনবা মশক ঙাকপগী মতাং

থৌদোক খুৎশেমগী অপূনবা মশক[1] হায়বসি মীওই অমখক্তগী মবমদা ইবনু ওইববদি অসুম্মক ওইবর্বনি হায়না কনাগুম্বশিংনা খন্নগিনদু মদু নত্তে। মবমদি মীওইবা অমগী পুন্সীদা থোকপা থৌদোক বাথোকশিং অসি লোইখম নাইদনা থেন্নখ্রে। মতৌ অসুম্না মী অমখক্তগী মশাদসু থবক কয়ামুক থোক্লিবনি। ময়ামদুবু পুনশীন্দুনা ঐখোয়না থবক অমওদা হেক ওন্থোক্লবস যাবা নত্তে। মবম অসি লৈবদগী **হেবাক্লিড** অমসুং **থেসিড** কুম্বা মখলগী শৈরে শিং ইনম্বা কবিশিং অদুগী অশোয়বা অমা লৈবগুম তৌবম্লিবশিনি। মখোয়না কবি হায়না লৌনম্বগে হায়ববু হেবাক্লিস হায়বগা মিংন্সি কৌনা মী অদতবু খঙনবনিনা হেবাক্লিস্কী বাবীদসু হেক্তা অপূনবা অমা হায়বদু ওইনগনি অসিনি। অদুবু হায়বদগী তৌনা ইাবন খুদা মক্তা অথোইবা ওইনা লাক্লবা হোমবনদি মতাংসিদসু — কলাগী মতে ংনি খঙদে মশাগী লোয়নজনক্লবা প্রতিভাননি খঙদে — অচুম্বা মতৌদু নংঙাইজনগা পায়নংগা পুথোকখিবগুম থাম্বিবম্লে। মহাক্লা **ওডিসী** ইখিবা মতমদা ওডিসীয়সতা থোকখিবা থবক পুম্নমক্ক অমুক্তদা খব ইবমদে। খুদম ওইনা হায়ববদা ওডিসীয়স্ অসি পার্নাসস্তা অশোক অপন নংখী অদুগা অমবোমদা অমুক খুৎলায পায়বশি হায়নবকপা মতমদা অঙাওবা শাজিন্নদুনা লৈখি। থবক অনীমকসি ওডিসীয়সকী মফমদা থোকখিবা ওইজনবসু থৌদোক অনীসিগী মবক্তা তঙাযফদবা মওংদা নত্ত্রগা ওইথোকপা যাবা মওংদা মবী কবিসু লৈনদে। হেম্মবনা ***ওডিসী*** অসিবু ঐখোয়না খঙনবক্লিবা থবক্কী মখল অদুমখক মযাযদা থম্মে হায়বগা মদুগী অকোয়বদা অতৈ মযাম্বু শাগত্তুনা ইখি। হায়বিবসি ***ইলিয়ড*** ইবা মতমদসু তৌখি। অদুনদি মসিদগী

---

১। থৌদোক খুৎশেমগী অপূনবা মশক — Unity of Plot

তঙায়ফদনা বাফম অমা থোবক্লে মদুদি অতৈ মতৌ তম্বগী থবকশিংদসু মতৌ তম্লিবদু পোৎশক অমখক্কী ওইনবগুম, থৌদোক খুৎশেম হায়বসিসু থবক্কী মতৌ তম্বা হাযবদু ওইববনিনা, মতৌ তম্বা মতমদা মপূং ফাবা অমসুং অমখক্তং ওইবা থবক্কী মতৌ তমগদবনি। মসিগীসু মথক্তা থবক অদুবু শাগৎপদা চঙলিবা শককশিং অদুবু পূনশীল্লিবা মতৌ অদুনা কমদৌগদগে হাযবদা, মযামদুদগী অমত্ত, থম্ফম ওন্ননা থম্লববা নত্রগা লৌথোক্লবা তাববদি, মপূং ফাবা মশক অদু মবী মখোঙ শম্নদবা অমসুং মচোই-মচোই তাবা হাযবদু শোযদনা ওইবকহনগদবনি। মবর্মদি মহাক অমা যাওবা নত্রগা যাওদবনা কবিসু খেন্নবা পুবক্তবদি মদু মপূং ফাবা মশক অদুগী শক্‌ক অমা কৈদৌঙৈদসু ওইববোই।

## ৯
## থৌদোক-খূৎশেম
## শৈরেংগী অচুম্বা অমসুং কুম্বারোলগী অচুম্বা

(মসীদসু নত্তে, মথক্তা হায়খ্রিবশিদগী মশানা তাজবকপা বাযর্মদি, কবিগী মথৌদি[১] থোকখিবদুবু তম্বা অদু নত্তে, থোক্লবা যাবা অদুবু তম্বনি। হাযবদি ওইথোকপা যাবা নত্রগা তঙাযফদবগী লিচীংবা অদুগী মতুংইন্না কবি ওইববপা যাবগে হাযবদু তম্বনি লীবনি। কবি অমসুং কুম্বাবোয[২] অনীনা খেন্নবিবসি শৈবেংদা নত্রগা বাবেংদা ইবা অদুনা নত্তে। হিবোডোটস্‌না ইবম্বশিংসি শৈবেংদা ওম্থোক্লবসু যাই। মদু ওইববসু কুম্বাবোল অমা হাযবদ্দি অসুম ওইদুনা লৈগনি। মাত্রা নাইনা ফনা ইদুনাস্ শৈবেং ওইযু হাযবদি মযাববোই। কুম্বাবোলগা শৈবেংগা অর্নাগী মবক্তা অশেংবা খেন্নবা অমা লৈবিবর্সিদি কবিনো হাযবদা কুম্বাবোলনা থোকখিবদু তম্বনি, অদুগা শৈবেংনা থোক্লবা যাবদু তম্বনি। অদুনদি শৈবেং হাযবসি কুম্বাবোলদগী হেন্না বাখল চংবা[৩] অমসুং হেন্না বাংনা লেবা পোৎশক্লি ঃ মবমদি শৈবেংনা মযাম্না যানববা[৪] অদুবু ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। অদুগা কুম্বাবোলদনা অককবা অদুবু ফোঙদোক্লবা লাক্লৈ। মযামগী ওইনা যানববা হাযবগা ঐনা লৌবিবনা তঙাযফদবা নত্রগা ওইথোকপা যাবা হাযবদুগী মতুংইন্না কবম্বা মীওইনা কবি

১। কবিগী মথৌদি – the function of the poet ২। কুম্বাবোয (লোনশেম) ইতিহাসবাব historian ৩। হেন্না বাখল চঙবা – more philosophical ৪। মযাম্না যানববা Universal

হাযবদগে নত্ত্রগা তৌবদগে হাযবদুনি। মখোযগী থবক্কী মতৌ তম্লিবা মীশকশিং অদুগী মমিং অমা থোনবা তাববসু, শৈরেংগী পান্দমদি মসিনি। অকক্নবা হাযনগা খঙনগদবনা খুদম ওইনা হাযববদা - অলসিব্যাডিসনা কবি তৌখিবা নত্ত্রগা কবি অবাবা নংখিবা হাযবা অসিগুম্বনি।

কমেডীগী মতাংদদি বাযম অসি হান্নদগী হৌনা মযেক শেংনা লাক্লবনি। মবমদি মসিদদি কবিনা ওইথোকপা যাবগী পবীংদা থৌদোক খুৎশেম্ব হান্না শাগৎলী। মদুগী ভুংদা চানবা, পকচংদনা মিং থোঞ্জিল্লী। মসিমদি মী মীগী মবমদা অপান্ননা ইবা লেম্পুন করিশি গা খেন্নবনি। ত্রেজডীগী ওইনদি মসিব ইবিবা কবিশিংনা থোকখি হাযনা খন্নবশিং অদুদি শাযনা থাজনগনি হাযবা বাবলসিনা মাওর্জীন থাদুনা থাযনগী অকন-অথৌশিংগী মি ওব শীজিন্নবী। থোকখিদ্রিবদুদি ওইবা যাই হাযনা হেক্তা ঐখোযনা খনবা ঙমদে। মদুব থোকখবা অদুদি মশানা ওইথোকপা যাবা হাযবদু ওইববনি। মদু নত্ত্রবদি থোকপসু থোক্লম্লাই। অদুমকপু মীযান্না খঙনববা মিং অমা অনী হাপ্লগা অতৈনা থোঞ্জিনবা মিং শাগিন্নবা ত্রেজডী অতৈ লৈতবসু নত্তে। অতৈ খবা অমদনা মযান্না খঙনববা মিং অমফাও হাপ্তবসু যাওই মতাংসিদা অগাথোনগী *অস্থিযস* পনবা যাই। মসিদা যাওবিবা থৌদোক বাথোকাশিং অমসুং মীশকশিংগী মমিং ভাবনা শাবা ঙাক্তনি। অদুম্নদি ওইবগা নুংঙাইবদি পী। মবম অদুনা ঐখোযনা ত্রেজডীগী হীবম ওইনবিবা মযান্না খঙনবিবা থাযনগী বাবীশিং অদুতব লৌখৎপগী থবক শুক্তৌ তৌবোইদবনি। তশেংবমকসু মদুম্না তৌবা হাযবসি নাস্ত চাদবা থৌও তাগনি। মবমদি খঙনববনি হাযনিবা হীবমশিং অদুবু খঙলিবা মীসি থোইনা পঙযাম যামদে, অদুবু পূম্নমকপু নুঙাইহনবদি ঙম্মী। মসিনা মযেক শেংনা তাক্লিবদি কবি হাযবদুদি মাত্রা লেঙশিন্দুনা শাগৎপা মীশক অমা ওইবদগীদি থৌদোক খুৎশেম মবীক চূম্না শাগৎপা মীশক অমা হেন্না ওইগদবনি। মতাংসিদা কবি হাযবদি মতৌ তম্বগী থবক তৌবননি। মহাক্না মতৌ তম্লিবদুসু থবক্কীনি। অমবোমদা অমুক কম্বাবোলগী ওইবা হীবম লৌখৎলুবা থোক্লবসু, মহাকপু কবি নত্তে হাযবদি যাবরোই। মবমদি তশেংনা থোকখ্রবা থৌদোকশিংদু থোক্লবা যাবা[১] অমসুং ওইথোক্লীংঙাই ওইবা[২] হাযবা লিচীংবাশিংগী মনুং চন্না চৎপা যাবোইদবগী মবম অমতা লেতে। অদুনা হীবমশিংদুদা চেঞ্জবিবা মগুণশিং অদুমক্না মহাক হৌজিক্তি মদুবু পুথোকপিবিবা কবি নত্ত্রগা 'মেকব' হাযবদু ওইববনি।

১। থোক্লবা যাবা — Probable ২। ওইথোক্লীংঙাই ওইবা — Possible

অচম্বা থৌদোক-খুৎশেম অমসুং থবকশিংগী মরক্তা থৌদোক মতাং নাইবা[1] হায়বা মখলসিনা খ্বাইদগী মফত্রে। ঐনা থৌদোক-খুৎশেম অমবু 'থৌদোক মতাং নাইবা' হায়না কৌরিবসি থৌদোকশিং নত্রগা তাংককশিংদুবু[2] ওইথোকপা য়াবা মরম নত্রগা তঙায়ফদবা করিসু লৈতনা অমগী মথংদা অমা মথং-মনাওনি হায়দুনা হেক্তা লেঙশিল্লগা থম্বা মখল অদুবুনি। হন্থবা থাক্কী কবিশিংনা মসিগুম্বা মখলগী খুৎইশিংসি মশানা পাঙজদবদগী পুথোকই। অৱাংবা থাক্কী কবিশিংনা ইরকপদনা লিলাগী কলাকারশিং অদুবু পেলহন্নবা ওইনা তৌই। মরমদি লিলা চাংয়েংগীদমক্তা থওইনা ইবা মতাংদা থৌদোক-খুৎশেম্বু মশানা পুদুনা চৎচবা ঙম্বা চাংদগী হেন্না চিংথোক্তুনা পুখৎলী। লোয়নননা মশানা অসুম চৎথজফম থোকপা ৱারী পরীং অদুবু নমদুনা কায়হল্লী।

অদুবু অমরোমদগী অমুক য়েংলবদি ত্রেজডীনা মপূং ফাবা থবক খক্তগী মতৌ তমগদবসু নত্তে, অকিবা অমসুং মিনুংশি পোকহনবা থৌদোকশিং অদুগীসু মতৌ তমগদবনি। অকিবা অমসুং মিনুংশিগুম্বগী ৱাখল পোকহল্লকপদি মরম চানা, ইখঙ খঙহৌদনা থৌদোক অমা ইমাঙদা থোকহল্লকপদনা হেল্লি। মদুনা পুক্নীংদা তাহল্লিবা মমি অদুসু মরম লৈবদগী থোরকপা মহৈ[3] ওইনা পুথোকপা ঙল্লবদি অমুক্তা হকচীন্না তাহনবা হেল্লি। মরমদি মতম অদুদা ত্রেজডী অদুনা পীরিবা অঙকপা অদু মতোমদা থোকচরকপা নত্রগা তাঞ্জানা পুরকপা থৌদোক্তা পীগদৌরিবা অঙকপা অদুদগীদি য়াম্না হেনগনি। করিনা হায়বদা তাঞ্জানা পুরকপা থৌদোক অদু ফাওবা খুজীন-থৌরাংগী মমি অমা মদুদা তাহনবা ঙল্লবদি থম্মোয়দা অমুক্তা হেন্না পান্গদৌরিবনি। অর্গোসতা খিল্লম্বা মিটিস্কী মূর্তীনা, মিটিস্ মশামকপু হাৎখিবা মীশক অদুনা কূম্মৈ য়েংলিঙৈদা মথক্তা নম্থরক্তুনা হাৎখিবগী মতাং অদু ঐখোয়না মসিগী খুদম অমা ওইনা লৌখৎপা য়াই। মসিগুম্বা থৌদোকসিদি তাঞ্জা চারুন্দুনা পংথোক-থোকপা মান্দে। অদুনা নিয়মশিংসিগী মখাপোন্না শেমগৎপা থৌদোক-খুৎশেমশিং অদুনা তঙায়ফদনা খ্বাইদগী চঙখোনবসু ওইরবনি।

---

১। থৌদোক মতাং নাইবা — Episodes; (থৌদোক মতাং — Episode); ২। থৌদোকশিং অমসুং তাংককশিং — Episodes and acts ; ৩। মরম লৈবদগী থোরকপা মহৈ — cause and effect.

## ১০

## থৌদোক-খুৎশেম

### অচম্বা অমসুং অরুবা থৌদোক-খুৎশেম[১]

থৌদোক-খুৎশেম হায়বসি অচম্বা ওইবা অমা নত্ত্রগা অরুবা ওইবা অমা তৌগনি। মরমদি থৌদোক-খুৎশেম্না মতৌ তমজরিবা থবকশিং অদুসু মহৌশানা অসিগুম্বা মওং অসিদা লৈবনি। মথক্তা পুথোক্কুনা নৈনখিবা মওং অদুদগী লৌরগা, লেপ্তুনা চৎথরকপা অমসুং অপুনবা শক্তম অমা ঙাক্লকপা থবক অদুগী মনুংচন্না লাইবক্কী অহোংবা অমা লাকপা মতমদা, ফীবম থক-খা ওন্নকপা অমসুং খঙলকপা মতাং য়াওদ্রবদি থবক অদুবু অচম্বা হায়না খঙনগনি। অদুগা লাইবক্কী অহোংবা অমা লাকপা মতমদা ফীবম থক-খা ওন্নকপা নত্ত্রগা খঙলকপা মতাং নত্ত্রগনা অনীমকসি য়াওবা থবক মখল অদুবুনা অরুবা থবক হায়না কৌগনি। অসিগুম্বা থৌদোক-খুৎশেমগী ম্রায়থোংশিং অসি থৌদোক-খুৎশেম অদুবু শাগৎলিবা মওং অদুদগী হকথেংননা অসুম্মক থোকচরকপা ওইগদবনি। মদুনা মরম ওইদুনা তুংদা ওইরগদৌরিবদু মাঙদা থোকখিবা থবক অদুগী তঙায়ফদবা নত্ত্রগা ওইথোকপা য়াবা মহৈ অমা ওইনা লাকহনগদবনি। মরমদি মখোয়শিং অদু থৌদোকশিং অদুনা মরম ওইদুনা থোকহল্লকপরা নত্ত্রে হায়রগা মরীদি লৈনদনা চুম্নত্তগী মতুংদা থোকচরকপরা হায়বগা য়াহৎশিংসিগী পাউখুম্না য়াম্না চাউথ্রবা খেন্নবা অমা পীরি।

---

১। অচম্বা অমসুং অরুবা থৌদোক-খুৎশেম — Simple and complex plots.

## ১১

## থৌদোক-খুৎশেম

### ফীবম থক-খা ওন্‌বা *(পেরিপীটিয়া)* খঙলকপা মতাং *(অনাগ্‌নোর্‌ইসিস্)* অমসুং অবাবা নংবা থৌদোক *(পেথোস্)*

ফীবম থক-খা ওনবা হায়বদি ঐখোয়গী ওইথোকপা য়াবা নত্ত্রগা তঙায়ফদবা হায়বগী নিয়ম অমা লৈত্রিবা অদুবু থাদোকপদি তৌদনা, থবক্লা চৎথরক্রিবা অদুগী ওন্ন-তৈনবরোমদা মমায় লৈশীল্লকপা অদুবুনি। মওং অসিদা ইডিপস্‌তসু, পাউপুবা মী অদু ইডিপস্‌পু মথ্বায় নুংঙাইহন্নবা অমসুং মমাগী মতাংদা মঙোন্দা পাখৎপা, লাঙতক্লবা অমা

লৈরিবদু কোকহন্নবা লাকপনি। অদুবু মহাক অসি কনানো হায়বা অশেংবদু খঙহল্লুবদগী, পাউ পুরকপা মী অদুনা ওন্ন-তৈনবা মহৈ অমা পীররে। অমুকসু লিনসিয়স্ হায়বদুদা লিনসিয়স্পু হাৎনবা হায়দুনা পুরি, অদুগা ডানোস্না মহাকপু হাৎননবা মতুং ইন্নরি। তৌইগুম্বসুং থোক্লিবা থৌদোক্কী তুংইন্নদি ডানোস্ ওইনা শিরে, লিনসিয়স্না হিংহৌরে।

খঙলকপা মতাং হায়বদি রাহৈসিমক্না অসুম তাকচরবগুম, কবিনা পোলোই ফহনগে নত্ত্রগা ফহক্লোই হায়না খন্দোক্লবা মীশকশিং অদুগী মরক্তা অমগা অমগা নুংশিনবা নত্ত্রগা য়েংথীনবা থোকহন্দুনা, অমম্বদা লৈরম্বদগী লৌশিং লাকহনবনি।[১] খঙলকপা মতাং হায়বসিগী খ্বাইদগী ফবা মওংদি, ইডিপস্ হায়বদুদা তৌখিবগুম, ফীবম থক-খা ওনবগা মপা চানহন্বনি। তশেংবদি মসিগী মওং অতৈসু লৈরি। অমরোমদা অমুক খল্লুরবদি খ্বাইদগী চন্নবা মখলগী থরায় পান্দবা পোৎশক ফাওবা খঙলকপা মতাংগী মনুংদা পুশিল্লকপা য়াই। অমুক্তা হন্না হায়রবদা, কনাগুম্বা মীশক অমনা করিগুম্বা অমা তৌখি তৌখিদে হায়বসি ঐখোয়না খঙলকপা নত্ত্রগা থেংনরকপা য়ারিবনি। অদুনা ঐখোয়না হায়খিবা অদুগুম্নদুনা থৌদোক-খুৎশেম অমসুং থবক অনীগা খ্বাইদগী হেন্না নকশীন্ননা মরী লৈনবা মখলগী খঙলকপা মতাং হায়বদুদি মীশিংগী মতাংদা খঙলকপদুনি। খঙলকপা মতাং অসিনা ফীবম থক-খা ওনবগা পুনশীল্লবা মতমদা মিনুংশি নত্ত্রগা অকিবা হায়বসি পোকহনগনি। ঐখোয়না ত্রেজডীবু অসিগুম্বা মখলগী থবর্কাশিংগী মতৌ তম্বনি হায়নসু তাকপ্রবনি। মসিগীসু মথক্তা অরাবা নুংঙাইবা হায়বসি মখল অসিগী ফীভমসিদা উবা ফংগদৌরিবনি। অদুনদি খঙলকপা মতাং হায়বসি মীশিংগী মরমদা ওইরবনিনা, মখল অসিগী খঙলকপা মতাং খরা অমদি মী অমনা মী অমবু ইচম চন্না মশক তাকপা অদুনসু ওইবা য়াই। মসিগী মশক তাকপা অসিদদি মশক তাক্লিবা মী অদুমদি হায়না খঙনরবা মী ওইগনি। নত্ত্রে হায়রগা খঙলকপা মতাং অদু নাকল অনীমক্তগী পুন্না পাঙথোকমিন্নবগী তঙায়ফদবা লৈবসু য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা ইফিজিনাইয়া অসি মহাক্না চিঠী অমা থারকপদগী ওরেষ্টিস্নদি মশক খঙলে। অদুবু ওরেষ্টিস্পুসু মহাক্না অমুক খঙবা অমদি চঙলী।

অদুনদি হৌজিক ফীবম থক-খা ওনবা অমসুং খঙলকপা মতাং হায়বা অঙকপা পোকহনবশিংসিনা থৌদোক-খুৎশেমগী শরুক অনী অদু ওইরে। মসিগী মথক্তা অরাবা নংবা থৌদোক হায়বা অহূমশুবা শরুক অমগসু লৈরি। অহূমসিগী মনুংদা ফীবম থক-খা

---

১। অমম্বদা লৈরম্বদগী লৌশিং লাকহনবনি — from ignorance to knowledge. হায়বদি খঙনদনা লৈরম্বদগী খঙহল্লকপনি।

ওন্নবা অমসুং খঙলকপা মতাং অনীসিদি খন্নবদা য়াওখরে। অন্নাবা নংবগী থৌদোক অসিদি অকায়-অতোই পুরকপা নত্ত্রগা থম্মোয় শোকহনবা থবক্কী মহৈ ওইনা থোরকই। অসিগুম্বা থবকশিং অদুদি খূদম ওইনা হায়রবদা লিলা ফম্বাক্তা শিবা উৎপা, হকচাংদা অন্না-চৈনা ফংহনবা, দাগফম নাইনা শোকহনবা সীগুম্বা মখলগী ঙাক্নী।

## ১২

## ট্রেজডীগী মরুওইবা শরুকশিং[১]

ট্রেজডীবু মপূং ফাবা পোৎশক অমা ওইনা লৌরগা মদুদা চঙগদবা মচাকশিংনি হায়না লৌবা য়াবা শরুকশিংদু মাঙজৌননা পনখ্রে। হৌজিক ঐখোয়না শরুকশিংদুগী কয়াৎশিংদু অমুক লৌখৎলশি — ট্রেজডীবু করম-কবম্বা তোঙানবা কয়াৎশিংদা খায়দোকপগে হায়বদু য়েংলশি — হায়রিবা কয়ার্শিং অদুদি, প্রোলোগ, থৌদোক মতাং, এক্সোডি, কোরিক ঈশৈ[২], অসিনি। অদুগা অকোনবগীসিমদি পরোডে অমসুং ষ্টাসিমোন[৩] হায়দুনা অমুকসু হন্না খায়দোক্লি। মখোয়শিং অসি লিলা পূন্নমক্তা য়াওরিবনি। তোপ-তোপ্না তাবা মওংদা লিলা খরদা লিলা ফম্বাক্তগী অমসুং *কোম্মোই* অনীমক্তগী ঈশৈ শরুবা য়াওবা অদুগীদি মশীং থোইনা য়ামদে।

প্রোলোগ হায়বদি ট্রেজডীদা কোরস্‌কী *পরোডে* গী মমাং মখৈদুনি। থৌদোক-মতাং 'এপিসোড' হায়বনা ট্রেজডীদা মপূং ফাবা কোরিক ঈশৈশিংগী মরক-মরক্তা য়াওরিবা শরুকশিং অদু মখৈনি। *এক্সোডে* হায়বনা ট্রেজডীদা যাওরিবা, মতুংদা কোরিক ঈশৈ অমুক মখা তারক্তুবা শরুক মখৈ অদুনি। *কোরিক্কী* শরুক্কী মনুংদা *পরোডে* অসিনা কোরস্‌কী অহানবা অপূনবা হায়বদি য়েঙ্খোক্লদ্রবা মওংদা ন্না ঙাংলকপা অদুনি।[৪] *ষ্টাসিমোন* হায়বনা *এনাপিষ্ট* নত্ত্রগা *ট্রোকাইক টেট্রামিটর* য়াওদবা কোরিক ওড[৫] অমনি। *কোম্মোস* হায়বসিনা কোরস্ অমসুং লিলাগী কলাকারশিংনা পূন্না অন্না-তেংথামিন্নবা অদুনি। মপূং ফাবা পোৎশক অমগী শরুকশিং অদুদি হান্ননা পনখ্রে। মনুংদা য়াওরিবশিং, হায়বদি ট্রেজডী অমদা য়াওরিবা তোঙান-তোঙানবা কয়াৎশিং অদুনা মফমসিদা থিন্দুনা তাক্লে।

---

১। পন্দুপ অসি অতোপ্পগী খূৎই ওইর্গনি অমসুং কোন্না হাপচীন্নকপনি হায়না Butcher না লৌই;। ২। Prologue, Episode, Exode, Choric song; ৩। Parode and Stasimon; ৪। Undivided utterrance; ৬। Choric Ode

## ১৩

## ট্রেজডীগী ওইবা থবক[১]

মথক্তা নৈনখিবশিং অসিগী মখা তারকপা ওইনা ঐখোয়না হৌজিক কবি অমগী পান্দম করিনা ওইগদগে, লোয়ননা মহাক্কী থৌদোক-খুৎশেম অদু শাগৎপা মতমদা করি করম্বা খুদোংথীবদগী চেকশিনগদবনো অদুগা ট্রেজডীগী চপ চাবা মথৌ হায়বদু পাঙথোকহনবা ঙমগদগে হায়বা ৱাফমশিংসি অমুক নৈনবা তারে।

থোইদোক হেন্দোক্লা ফরবা ট্রেজডী হায়বদুদি মদুদা য়াওরিবা থৌদোক-খুৎশেম অদু অচম্বা ওইদে, অকুবা ওইনা চৎথে হায়বসি ঐখোয়না মথক্তা থেংনদুনা খঙখ্রে। মসিদসু নত্তনা ট্রেজডী হায়বদুদি মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকহনবা থবক্কী মতৌ তমগদবনি। হায়বিবা মখল অসিগী মতৌ তম্বসিনি ট্রেজডীদা অখন্নবা শক্তম অমা ওইনা লৈরিবসি। অহানবমক্তদা মসিদগী ইচম চম্লা থোরক্লিবা ৱাফমদি, লাইবক্তা অহোংবা লাকপগী মতাংদা নুংঙাই য়াইফনা পাঞ্জরম্বা, মীঙোন্দা অকায়বা চৎচদ্রবা পুন্না তৌবা মীওই অমবু নুংঙাইরম্বদগী অৱাবা থক নংহল্লোইদবনি ঃ মবমদি মদুনা মিনুংশি নত্ত্রগা অকিবা করিসু পোকহন্দে। হেক তৌবিবা হায়ববু অয়েংবা ঐখোযদা নুংঙাইতবা ৱাখল পোকহনবা অসিখক্তনি। অমবোমদা অমুক ফত্তবা, পাপকী থবক তৌবা মী অমবু ৱাবম্বদগী নুংঙাইহল্লকপসু হৌনদে। মরমদি মদুমুক ট্রেজডী মাঙ্গদবা ফীভম অমমুক লৈত্রে। করিনা হায়ববু ট্রেজডী অমদা তঙায়ফদনা চঙদবা যাদবা মচাকশিংদু মসি হেক তৌরুবদা অমত্তা য়াওরবোই। মসিনা হৌন-লমচৎকী ওইনা অপেনবা পীবসু ঙমদে। মিনুংশি নত্ত্রগা অকিবা পোকহনবসু তৌদে। অমুকসু, ফত্তবা মীওই অমনা নুংঙাইনা, হাইনা হুন্না পাল্লম্বদগী লৈখা তারকপা, অৱাবা মহৈ ফংলকপা অদুগুম্বসু উৎলোয়দবনি। মরমদি অসিগুম্বা থৌদোক-খুৎশেম অসিনা ফংফম থোকপনি হায়না মীনা নীংনগদৌরিবা অদুবু মপূংদি ফাহল্লবসু, মসিদা তঙায়ফদনা যাওফম থোক্লবা মিনুংশি অমসুং অকিবগী মচাকশিং অদুদি যাওবরোই। মবমদি মিনুংশি হায়বসি কনাগুম্বা অমনা নংফম থোক্তবদা অৱাবা নংলরবা মতমদা পোকই। অদুগা অসিগুম্বা অৱাবা দষা নংলিবা মীওই অসিসু ঐখোযগুম্বা মীওইনি হায়বসি খঙলকপা মতমদা অকিবা পোক্লকই। অদুনদি মথক্কী অসিগুম্বা থৌদোকসিনা মিনুংশি পোকহনবসু তৌরোই, অকিবসু ফাওহল্লোই। হৌজিক মতাই চিদাইদা লৈরিবা অসিগুম্বা ৱাফম

---

১। Tragic action

অনীসিগী[১] মরক্তা লৈরিবা মীশক অদুদি, ফবগীদমক অমসুং অচুম্বা চৎপগীদমক মমিং লৈরবা মীওইমকস্ ওইদবা, অদুম ওইনমক মশোন্দা তাররিবা দথা অদু ফত্তবা শাজৎ চৎপা মী অমা ওইরুবদগী নত্ত্রগা লমচৎ-নাইদবা অমা ওইরুদুনা তারকপদি নত্তবা,করিগুম্বা অমদা শোয়খিবদগী নত্ত্রগা অশোনবা মতাং লৈখিবদগী অৱাবা নংলরিবা মীওই অমা ওইগদবনি। মহাক অদু মমিং চৎপা, মরল-মথুম থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈবা — ইডিপস্, থাএষ্টিস্কুম্বা মীওই, নত্ত্রগা সীগুম্বা ইমুংশিংগী মমিং লৈরবা মীওইশিং ওইগদবনি।

মরম অসিনা নীংথীনা শাগৎলবা থৌদোক-খুৎশেম হায়বদুদি পরীং অমতদা শাগৎকদবনি, কনাগুম্বনা হায়নবা অদুগুম্না অনী থোক্লা লোঙহনবা তৌরোইদবনি। লাইবক্তা অহোংবা লাকপা অদুসু লাইবক থীরম্বদগী অফবা ওইরকপা তৌহল্লোইদবনি। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লাইবক ফবদগী লাইবক থীবরোমদা লাকহনগদবনি। লাক্কদৌরিবা অদুসু ফত্তবা শাজৎ চৎলুবগী মহৈ ওইনা লাকহল্লোইদবনি। ফত্তবা মীশক অমা ওইববুদি অদুক্কী মতীক ফবা হেলহল্লিবমখৈ কায়দবা মীশক অদুগী মফমদা অচৌবা অশোয়বা অমা নত্ত্রগা অশোনবা অমা লৈবদগী থোরকপা ওইহনগদবনি। থিয়েটরদা শান্নরিবা লিলাশিং অসিনসু ঐখোয়গী মীৎয়েং অসিবু শৌগৎলী। হান্নদি কবিশিংনা থেংন-থেংনরুবা থায়নগী ৱারী নত্ত্রগা থাজ-ৱারী[২] অমা হেক্তা পায়খৎনরম্মী। হৌজিক্কী মতম অসিদদি খ্বাইদগী ফবা থাক্কী ত্রেজডীগী মচাকশিং ইমুং খরদংগী ৱারীদগী লৌখৎনরে; খুদম ওইনা পল্লবদা, অল্কমিওন্, ইডিপস্, ওরেষ্টিস্, মেলিয়গর্, থাএষ্টিস্, টেলিফস্[৩] অসিগুম্বগী মরমদা, অদুগা অকিবগী মশক ওইরবা থবক্কী মহৈ চাগদৌরবা নত্ত্রগা অদুগুম্বা থবক অদু পাঙথোক্কদবা লৈরবা মীওই অমগী মরমদা ওইনা পায়খৎনরে। অদুনা ত্রেজডীনা কলাগী নিয়ম মতুংইন্না মপুং ফাবগী থাক য়ৌগে হায়রবদি, মওং অসিদা শাগৎপা থৌদোক-খুৎশেম ইন্বা তাই। মরম অসিনা মহাক্কী ত্রেজডীশিংবু মওংসিদা ইবগীদমক্তা, অদুগা মহাক্কী থৌদোক-খুৎশেম অয়াম্বা লাইবক থীবা, অৱাবা নংবদা হেক হেক লোইশিল্লি হায়বগীদমক য়ুরিপিডিস্পু নিন্দা তৌরিবা আলোচকশিং অদুমকসু ঐখোয়না মথক্তা অশোয়বনি হায়না পনখিবা ৱাফমশিং অদুদা অমুক্কা হন্না শোয়রী। হান্না হায়খিবগুম্নদুনা

১। কা অমা হেল্লবা অনীসিগী — ক। কনাগুম্বনা মরমচাদনা অৱাবা নংবদগী মিনুংশি পোকপগী ৱাফম, খ। মহাক সু ঐখোয়গুম্বনি খল্লুবদা অকিবা পোকপগী ৱাফম; ২। থাজ-ৱারী — (লোনশেম) Legend : 'থাজনবা ৱারী'দগী শমজীনবা। মসি Leon Golden না 'থোকউ-থোকউবা থৌদোক খুৎশেম' — chance plots হায়না হল্লি। ৩। Butcher. Bywater অমসুং Dorsch না 'টেলিফস্' হায়না পী। Golden না 'টেলিফন্' হায়না পী।

মসিনা চপ চাবা চৎথগদবা মওংদুনি। মসিগী খ্বাইদগী ফবা প্রমাণ হায়ববু ফম্বাক্তা শান্নবা মতমদা অমদি লিলা চাংয়েংগী মতমদা, করিগুম্বা চঙখোঃনা শান্নবিরবদি সীগুম্বা মখলগী লিলাশিং অসিনা পুন্নমক্তগী হেন্না ট্রেজডীগী শাফু পীবা ঙম্মী। অদুনা অতৈ অতৈ হীরমদা অশোনবা য়াওজরবসু য়ুরিপিডিস্ অসিবু কবিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ট্রেজিক ওইবা কবিনি হায়না ময়াম্না লৌনরিবসিনি।

অনীশুবা থাক্তা লৈবা থৌদোক-খুৎশেমদদি — মসিবু কনাগুম্বনাদি অহানবা থাক্তা লৈ হায়নবসু য়াওই — ওডিসীদা তৌবগুম, থৌদোক অনী থোক্না শাগৎপা অসি চৎনৈ। মসিদা অফবা অমসুং ফত্তবা মীশক অনীনা মাগী মাগী ফংফম থোকপা মহৈশিং ফংনৈ। মসিবু খ্বাইদগী নুংঙাইবা মখলগীনি হায়নরিবসিদি অয়েংবশিংগী অশোনবননি। মরমদি কবিনা ইবা মতমদা অয়েংবশিংনা পাম্লিবদু মনীং থুংহন্নীংবগী অপাম্বনা লীচীং ওইদুনা ইনরি। অদুমওইনমক মদুদগী ফংলকপা অপেনবা অদুদি অশেংবা ট্রেজডীনা পীবা অপেনবা অদুমক্তি নত্তে। মসিগুম্বা মখলসিদি কমেডীদনা হেন্না চানৈ। মরমদি মসিদদি — ওরেষ্টিস্ অমসুং ইগীস্থস্‌কী বারী হায়রসি খুদম ওইনা — মখোয় অনী লিলা লোইশিন্নকপদা ফম্বাক্তগী মরূপ ওইনা থোকমীন্নখিবা অদুনি, হাৎন-শুনবগী থবক অমত্তসু য়াওদে।

## ১৪

## থৌদোক-খুৎশেম

## অকিবা অমসুং মিনুংশি

অকিবা অমসুং মিনুংশি[১] হায়বসিদি মিৎকী কুম্মৈনা পোকহনবসু য়াই। অদুবু হায়রিবশিংসি লিলা অদুগী নুংদা চেল্লীবা শাগৎপগী মওং অদুদগী থোকচরকপা মহৈ অমা ওইহনবসু য়াই। হেন্না ফবা উপায়সু মদুনি। অদুগা অ... ... ইবনা অবাংবা থাক্কী কবিনি হায়বসু তাকই। মরমদি থৌদোক-খুৎশেম হায়বদুদি মিৎনা উরুবমক নত্ত্রবসু, বারীদু তাবদা তারিবা মী অদুবু অকি-তুজুংবনা থুমহৎহনবা অমসুং থোক্লিবা থৌ...গী মিনুংশি পোকহন্দুনা থম্মোয় পেৎথহনবা মওংদা শাগৎকদবনি খ্বাইদগী ...[২] অসিনি ঐখোয়না ইডিপসকী থৌদোক-খুৎশেমদগী ফংগদৌরিবসি। অ... ... ... অসি

১। মিনুংশি — Pity; ২। ভাব — Impression;

পীনবগীদমক্তা চুম্নগী মিৎকী কৃষ্মেগী মতেং লৌবা হায়বসিদি হন্থবা কলাগী মখলনা শীজিন্নগদবা পাম্বেনি অমসুং লিলা অদুবু উৎথোক্লবগী মপাম্বোংগী ওইবা উপাইশিংগী মখা পোল্লি। পুক্নীংদা অকি-তুজুং পোকহনবগী মহুত্তা হিংচা-য়াইতম্বা শক্তম মালহনবনা কিহনবগী ৱাখল অদুখক পোকহন্নবগীদমক মিৎকী কৃষ্মেগী মপান তাংলিবা মখোয় অদু ট্রেজডীগী পান্দম করিনো হায়বদু মপুক্নীংদা ফাওদ্রবা কাংবুনি। মরমদি ট্রেজডী হায়বসিদগী ঐখোয়না ফংগে নীংগদৌবদি মখল খুদীংমক নত্তে, শুপ্নগী মসিগী ওইফম থোকপা, চপ চানবা অদুতনি। অদুনা কবিনা ফংহনগদৌরিবা নুংঙাইবদুদি মতৌ তম্বগী মতেংনা মিনুংশি অমসুং অকিবদগী লাক্কদবা মরম্না, হায়রিবা মগুণশিং অসি থৌদোকশিং অদুদা ময়েক লানা মমি তাহনগদবনি।

হৌজিক ঐখোয়না পুক্নীংদা অকি-তুজুংবা পোকহনবা নত্ত্রগা মিনুংশি পোকহনবা ফীবমশিংদু করি করিনো খঙদোক্লশি।

সীগুম্বা মখলগী ৱাখল পোকহনবা ঙম্বা থবকশিংদি মরূপ ওইনা নত্ত্রগা য়েক্লবা ওইনা লোয়নরিবা মীওইশিংগী মরক্তা থোকপা অমা, নত্ত্রে হায়রগনা মবী শুকলৈ লৈনদবা মীওইশিংগী মরক্তা থোকপা ওইগদবনি। য়েক্লবা অমনা য়েক্লবা অমবু হাৎপা মতমদা, শিগদৌরিবা অদুগী অৱাবা অদু মিনুংশি পোক্নীংঙাই ওইবা হায়বদুখক নত্তনা, পাঙথোক্লিবা থবক নত্ত্রগা মদু তৌগে হায়না খল্লীবা পুক্নীং অদুদা মিনুংশি পোক্নীংঙাইদি কনিসু যাওদে। তৌইগুম্সসুং থৌদোক্ত কবিগুম্বা নকশীন্নবা নত্ত্রগা লুনা-চান্না তৌনজবা মীওই মশেলগী মরক্তা থোক্লবা — খুদম ওইনা হায়ববদা, করিগুম্বা পোকমীন্নবা মচিন-মনাও মশেল হাণ্ডোক্লরবা, নত্ত্রগা হাৎকে হায়বগী বাখল পুক্নীংদা লৈরবা, মচানিপানা মপাবু, মমানা মচানিপাবু, মচানিপানা মমাবু, নত্ত্রে হায়বগা সীগুম্বা মখলগী থৌওং-থৌদৌ পাঙথোক্লবা — অদুগুম্বা মখলগী ফীবমশিং অদুনি কবিনা থিগদৌরিবসি। খঙনদুনা লৈরবা থাজ-বাবীশিংগী ৱারীগী পরীং অদুদি কবিনা থুগায়রুদবা য়াই — খুদম ওইনা, ক্লিটিমনেস্ট্রাবু ওরেস্টিস্না হাৎখিবনি, অদুগা এরিফাইলীবু অল্কমিওন্না হাৎখিবনি হায়বা লেঙদ্রবা অচুম্বসিদি হোংদোক্লবা য়াদ্রে — অদুবু কবি মশাগী ওইবা অনৌবা মশক পীবা ঙম্বগী শক্তিদি লৈবা তাই, লোয়নননা পাবম্পরাগী ওইবা মচাক অদুবু হৈশিংনা শেমদোক-শেমজীন্দি তৌবা তাই। হৈ-শিংনা শেমদোকপা হায়বসিনা করিনো হায়বদু হেন্না ময়েক শেংনবা শন্দোক্না অমুক হায়রসি।

থায়নগী কবিশিংনা তৌনরম্বগুম থবক অদু তৌবা মতমদা মদুবু পাঙথোক্কদৌরিবা

মীওইশিং অদুনসু মশানা খঙজনা তৌহনবা ওইবসু যাই। অসিগুম্বা মওংসিদনি যুর্বিপিডিস্না মিডিযাবু মচাশিংগী মথ্বায লৌহনখ্রিবদু। অমুক নত্ত্রে হাযবগনা, অকি-তুজুংবনা থল্লবা থবক অদু পাঙথোকপদি পাঙথোকশ্রবা, তৌবদবু খঙনহৌদনা তৌখিবা, অদুগা মবী-মতাগী নত্ত্রগা মরূপ-মপিজা ওইবম্বগী রাফম অদুনা কোন্নথংদা খঙনবকপা ওইনসু যাই। সোফোক্লিস্কী ইডিপস্ অসি মসিগী খুদম্নি। মতাং অসিগী ওইনদি তশেংবদি থৌদোক অদু থৌদোক-খুৎশেম অদুগী মপান্দা লৈগ্রবনি। অদুবু লিলাগী থবক্কী মনুং চন্না থোকপা খুদমশিংসু লৈবি। আস্টিদমাস্কী **অল্কমিওন**[১] নত্ত্রগা **বুন্দেড ওডিসীযস্**তা[২] টেলিগোনস্ অসি খুদম ওইনা পীবা যাই। অমুকসু অহুমশুবা রাফম অমগা লৈবি, — <থবক তৌগদৌবিবা মীওইশিং অদুনা খঙনা খঙনা থবক্তু পাঙথোক্কে তৌবা, অদুগা পায়খত্তনা তোকপা। মবিশুবা বাফমদি>[৩] কনাগুম্বা অমনা অমুক হন্দোকপা যাববোইদবা থবক অমা মহাক্না অকাযবা থোকহনগদৌবিবা মীশক অদুগা মহাক্না মবী অমা লৈনবী হাযবসি খঙদবদগী পাযখৎনবা হোৎনবগা, মদু তৌদ্রিঙৈদা অচুম্বদু খঙনবকপদগী তোকপা অসিনি। হাযবিবশিং অসি মখৈনি ওইথোকপা যাবা মওংশিং হাযববু থবক্তু তৌবা অমা তৌদবা অমা, মদু অমুক খঙনা তৌবা অমা নত্ত্রগা খঙদনা তৌবা অমা সীখত্তনি লৈগদবা। অদুবু থবক খুত্তৌ পুন্নমক অসিগী মনুংদা, মহাক্না শোকহনগদৌরিবা মীওইশিংদু কনা কনানো হাযবসি খঙনা খঙনা থবক্তু তৌনবা হোৎনবগা মমৈদা পাঙথোক্তনা তোকথোকখিবা অসিমুক ফজদবা অতৈ অমা লেত্রে। অমাঙ অতা থোকপগী বাফমদি অমতসু লৈত্রবনিনা, থাজহল্লম্মগা তৌথোবক্তবগী নুংঙাইতবা অমা পীবদু নত্তনা মসিদা *ট্রেজিক* ওইবগী ভাবতুদি য়্যাওদবে। মসিনা মবম ওইদুনা হাযবিগা বাবী মখল অসি শেবেংদা কযা শীজিন্নদে, যাওববসু যান্না তাঙনা থোকই — মসিগী খুদম অমতং পীবা গ্রবনদা **আন্টিগোনী** লিলাদা হীমন্না ক্রিওনবু হাৎকনি হাযনা কিহনবগী মতাং অদুনি। মথংদা মসি নত্তবা, পাযখৎফমসু থোক্লবা, অদুগা হেন্নসু ফবা খোঙথাংদি থবক্তু মপুং ফানা পাঙথোকপা অসিনি। মদুদগীসু অমুক্না হেন্না ফবা অমতং হাযবগনা, তৌবিবা থবক্তু খঙজদনা তৌখিবা

১। আস্টিডমাস্ (Astydamas) ৪ শুবা চহীচা খৃ° মাং দা লৈবম্বা কবিনি, ২। **Wounded Odysseus,** লিলা অসি সোফোক্লিস্কী লিলা ওইনি হাযনা নৌনি ৩। < > শরুক অসি Butcher গানি। Dorsch, Bywater অমসুং Golden না হন্দোকপদদি গপ্তে। Butcher না হাপ্লিবা অসি মখাগী পবেং — 'অদুবু থবক খুত্তৌ পুন্নমক অসিগী মনুংদা মহাক্না শোকহনগদৌবিবা মীওইশিংদু কনা কনানো হাযবসি খঙনা খঙনা থবক্তু তৌনবা হোৎনবগা মমৈদা পাঙথোক্তনা তোকথোকখিবা অসিমুক ফজদবা অতৈ অমমুক লৈত্রে।' অমসুং মখা তাবকপশিং অসিগী মতুং তাবকপা ওইনা পীবমগদবদা চিংথবম্বা ওইবমগনি হাযনা খনবদগী মবী লৈননা মেনশিনবনি।

ওইহনগদবনি, অদুগা অশেংবা মশক অদুনা কোন্না খঙনরকপা ওইহনগদবনি। অদুম হায়না তৌরবদি ঐখোয়দা পেন্দবা-নুংঙাইতবা পীবা তৌররোই; কোন্না অশেংবা খঙনরকপা অদুনা অহোয়নদুম অঙকপা পীনবগী মচাক অমা ওইরগনি। অকোনবগী মওংসিনা খ্বাইদগী ফব্বা মখলদুনি। মসিদা হায়রগা **ক্রেস্ফোন্টিস্** লিলাদা মেরোপীনা মচানিপাবু হাংকে তৌকরগা মশক খঙনরক্লুনা মপুন্সী কনখিবা অদুনি। অসুম হায়না **ইফিজিনাইয়া** লিলাদসু মচেনা মৌপ্পাবু মতম চানা খঙলকখী। **হেলে**[১] লিলাদনা মীখূৎ চলহনগে তৌরুরবা মমাবু মচানিপানা মশক খঙলকখী। অদুননি হান্না হায়খিবা অদুগুন্নদুনা, ইমুং খরতনা ত্রেজডীগী মচাক পী হায়বিবসি। থৌদোক-খূৎশেম পুথোকপা মতমদা ত্রেজডীগী মগুণ হাপকৎনবা কবিশিংনা চানবা হীরম থিবকখিবা অসি নুংঙাইনীংঙাই ওইবা মওংদা তাঞ্জা অমা চারুবদগীনি, কলাগী ৱাফম ঙাক নত্তে। মগুণ অসিগী মমি তাহন্নবা হোৎনরকপদা অসিগুম্বা থম্মোয় শোক্লীংঙাই ওইববা থৌদোক-ৱাথোকশিং থোকত্রবা ইমুংশিং অদুগী কুম্বারোলগী মতেং তঙাযফদনা মখোযনা লৌবা তারকখী।

থৌদোকশিং শাগৎপগী অমসুং চপ-চাবা মখলগী থৌদোক-খূৎশেমগী মতাংদা হায়বা য়াবা হৌজিক হাযবে।

১। **ক্রেস্ফোন্টিস্** অমসুং **ইফিজিনাইয়া** অনীমক য়ুরিপিডিস্না ইনস্বা লিলা ঙাক্লনি। অহানবগীসিদি হৌজিক ফংদবে। হেলে হায়ব' লিলাসিগী মবমদদি কবিমত্তা খঙবা ঙম্মদবে।

## ১৫

## ত্রেজডীদা মীশক

মীশক্কী ৱাফম লাকপদদি পোৎশক মরিখক ফংনবা হোৎনবা তাই। অহানবদা, খ্বাইদগীসু মরুওইরিবা ৱাফমদি, মীশক অদু অফবা ওইগদবনি হায়বসিনি ঃ *নৈতিক উদ্দেশ্য* তাকপা ৱাঙাং নত্তগা থবক খুদীংমক মীশক্কী মবমদা কবিগুম্বা খবদি ফোঙদোক্লনি, তাক্লনি। *উদ্দেশ্য* অদুনা অফবা ওইববদি মীশক অদুসু অফবা ওইগনি। হায়রিবা নিয়ম অসি মাগী মাগী কাঙলুপকী ওইনা লৈজববা ৱাফম্নি। নুপী ফাওবা অফবা ওইবা য়াই; মীনাইনুবী অমগীসু অফবা খরদি য়াওজবী। নুপী হায়বসি নিপাদগীদি হন্থে হায়না ময়াম্না লৌনরিবনি, অদুগা মীনাইনুপী হাযবসিদি অমুক মমল কবিসু লৈত্রবনি। অনীশুবা ওইনা মীশক অমা হায়বদুদি চানবা মগুন চেনগদবনি। কনাগুম্বা মীওই অমা মাগী লমচৎ য়েংলুরগা নুপা

থোকপা লমচৎ চৎলী হায়বা য়াই। অদুবু নুপী অমদা নিপা অমগী থৌনাদু চেলহনবা নত্রগা অফ-ফত্ত য়েংদনা হে-শিংবা উৎলহনবা হাযবদুদি চানদে। অহুমশুবা ওইনা মীশক্তি পুন্সীগা চানগদবনি। মরমদি মসিমদি মফমসিদা হায়খিবা অফবা ওইবা অমসুং চানবা মগুণ চেনবা হায়বা ৱাফমশিং অদুদগী তোপ-তোপ্পা, তোঙান্না লৈজবা পোৎশক অমনি। মবিশুবা ৱাফম্না ফিরেপ হোংদবা হায়বসিনি॥ মরমদি মতৌ তমগদৌবিবা হীরম অদু ফিরেপ লৈতবা মীশক অমগী ওইরবা ফাওবদা — অদুগা অসিগুম্বা শাজৎ অসিনা মহাক্কী লমচৎকী হৌফম ওইদৌরিবনি — দরকাব ওইবিবা ৱাফমদি করিনো হায়বদা মহাক্কী ফিরেপ লৈতবগী লমচৎ অদু হোংদনা অসুম চৎথবা হাযবসিনি। অকক্নবা মরম লৈতনা লমচৎ মাঙথরকপা, কায়থবকপগী খুদম ওইনা **ওরেষ্টিস্** লিলাদা য়েক্লিবা মিনিলোসগী শক্তম ঐখোয়না পনবা য়াই। লেমজদবা অমসুং চানদবা মীশক্কী খুদম্না, **শিলা** হায়বা লিলাদুদা ওডিসীয়স্না তেংথাবা অমসুং মেলানিপীনা ঙাংখিবা ৱাবোল অদুনা ওইবা যাই। ফিবেপ লৈতবা লমচৎকী মতাং ওইরগনা **ইফিজিনাইয়া এট ওলিস্**[১] হায়বা লিলাদু লৌখৎপা য়াই — মবমদি হায়জ-চৎচ তৌবম্লিবা ইফিজিনাইয়া অদুগা তুংদা ওইরকখিবা ইফিজিনাইয়া অদুগা অনীসি য়াম্না খেন্নখরে।

থৌদোক-খূৎশেম শাগৎপগী মতাংদা তৌবগুম, মীশক য়েকপগী মতাংদসু, কবিনা মতম লৈবা খিবিক্তো তঙাযফদবা নত্রগা ওইথোকপা য়াবা অদুবু পান্দম ওইনা থমদুনা ফংনবা শীনগদবনি। অসুম্না শেমগৎলিবা মীশক অদুবু অখন্নবা ৱাফম খবদমক হাযহনবা নত্রগা অখন্নবা থবক খবদমক তৌহনবা তাই। অদুগা তঙায়ফদবা নত্রগা ওইথোকপা য়াবগী মতুংইন্না থৌদোক অমগী মথংদা অমা ইন্নহনবা তাই। অদুনদি থৌদোক-খূৎশেমগী কিশি থোকপা অসিমক থৌদোক-খূৎশেম অদুমক্তদগী থোকচবক্কদবনি, — হায়বদি **মিডিয়া**[২] হাযবা লিলাদা তৌবগুম, নত্রগা **ইলিয়ড** তা গ্রীকশিংনা মমায ওন্দুনা হল্লকপগী মতাং অদুগুম, *ডিয়স্ এক্স মেকিনা* গী[৩] পাম্বেনা হেক্তা ওইহল্লকপগী থবক অসিদি তৌরোইদবনি। *ডিয়স্ এক্স মেকিনা* অসিদি ড্রামাগী ৱাংমদা লৈখ্রবা থৌদোকশিংগী মতাংদদা শীজিন্নগদবনি। থৌদোকশিং অদুদি লিলাগী ৱারী অদুনা হৌদ্রিঙৈদা থোকখিদুনা

১। **Iphiginia At Aulis**; ২। **Medea**; ৩। Deus ex machina— ল্যাটিন ৱাহৈনি, অর্থনা মহিন্দগী থোবকপা লাই হাযবনি, লাইনা ৱায়েন্দুনা অকনা মতাং অমা লোইশিনবা অদুবুসু খঙনৈ। অদুগা অকনা ৱাফম অমা লোইশিন্নবগীদমক্তা নম্ফু গী উপায় অমা হেক্তা শাজিন্নবা অদুসু খঙনৈ। থাযনগী গ্রীক লিলাশিংদা অকনা মতাং য়ৌবক্লবা, থৌদোক-খূৎশেমগী মতুংইন্না কিশি থোকপা ৱাবক্লবদা হংগী লাই অমা পুথোবক্লগা ৱাথোক্তু হেক্তা লোইশিনবগী চৎনবী অমা লৈবম্মা। মদুদগী মথক্কী অসি থোবকপনি হায়নৈ।

লিলাদা যাওরিবা মীওইবশিং অদুনা খঙবা ঙম্নবোইদবা মতাং, নত্ত্রগা তুংদা থোক্কদৌবা থৌদোক, মাঙজৌননা খঙহৌদ্রবদি য়াদ্রবা, অদুগা লাইবাউনা খঙহনবীবকপা নত্ত্রগদি খঙবা ঙম্নবোইদবা মতাং অসিগুম্বদা *ডিয়স্ এক্স মেকিনা* অসি শীজিন্নবা থমগদবনি। মবমদি পুম্নমক খঙবা উবা ঙম্বগী শক্তি লৈ হাযনা ঐখোযনা লৌনবিবসি লাইশিংত্বুনি। অদুনদি থবক অদুগী মনুংদা ওইথোকপা যাদবগী মচাক অমত্তা যাওবা যাদ্রে। করিগুম্বা মসিগুম্বা অসিমক যাওদবা যাদবগী মতাং লাক্লবদি থৌদোক-খুৎশেমগী ৱাংমদা মদুবু থমখিবা তাবে, খুদম ওইনা সোফোক্লিস্না ইডিপস্ লিলাদা তৌখিবা অদুগুম।

অমবোমদা অমুক ত্রেজডীদি অচম্বা থাক্তগী ৱাংখৎনা লৈবা মীওইশিংগী মতৌ তম্বনিনা, মীগী শক্তম যেকপা অহৈবা লাইযেকপশিংগী কবিসিংনা মতৌ তম্বা মথৌ তাই। মখোযনা কনাগুম্বা অমগী শক্তম যেকপা মতমদা মীওই অদুগী তোপ-তোপ্না তাবা শক্তা চুদা অদু পুথোক্তুনা চপ চানা মালহন্নবা হোৎনবগা লোযননা হেন্না চঙ্খোনবা মশক অমা পুথোক্তুনা যেকই। অসুম্না কবিনসু শাউগনবা নত্ত্রগা থৌশা-ৱাশাগন্দবা, নত্ত্রে হাযবগা মখোযগী লমচত্তা অতৈ অশোয়বা লৈবা মীওইশিংগী লমচৎ যেকপা মতমদা অসিগুম্বা মখোযগী মহৌশা অদুবুদি লেঙদনা থম্বিবে হাযবগা, উৎথোকপা মতমদদি মদুমক্তা হেন্না মওণ হেনগৎহনবা ওইনা উৎকদবনি। মওং অসিদনি অগাথোন অমসুং হোমবনা অকিলিস্পু পুথোক্লম্লিবসি।

অদুনদি সাওম্বা নিযমশিংসিনি কবিনা ঙাক্তা চৎকদৌবিবসি। মসিদসু নত্তনা শৈবেংগী কলাগী মশাদা যাওজববা জ্ঞানগী ইন্দ্রিযশিংদা ফাওহন্দুনা অযেংবশিংবু নুংঙাইহল্লিবা মচাকশিং অদুদসু পুক্তা, থিংজিনফম থোকই। অদুবু বাফমসিগী মতাংদদি ঐখোযগী হান্না ফোঙখ্রবা নৈন খুৎইশিংদসু হাযবা যাবা হাযখ্রে।

## ১৬

## থৌদোক-খুৎশেম

## খঙলকপা মতাং *(অনাগ্নোরইসিস্)*[১]

ঐখোযনা হান্নানা 'খঙলকপা মতাং' হাযবসিনা কবিনো হাযবদুদি উৎখ্রে। হৌজিক মসিগী মখল কযা শুবগে শীংথাদুনা যেংলশি।

১। Anagnorisis — Recognition, খঙলকপা মতাং।

অহানবমক্তদা কলাগী পোথোক হাযবদু খ্বাইদগী হেন্না ওইজদবা,লৌশিং শ্ঞান লায়ববদগী ওইবকপা, খ্বাইদগী মপুং ওইনা শীজিন্নগনবা মওং অমদি খুদম-চাংদমদগী খঙলকপা হাযবসিনি। মখোযসিগী মনুংদা খবা অমদি মমা-পুক্কুংদগী যাওজবক্লবনি, — খুদম ওইনা 'তাইবংমী ওইনা পোক্লক্লবশিংনা মহকশাংদা থেৎলিবা টাগী মতোন' সাগুম্বা, নত্ত্রগা কার্সিনস্না মাগী **থাএষ্টিস্** লিলাদা শীজিন্নবম্বা 'থৱাম্মিচাকশিং' অদুগুম্বা। খবা অমনা লায়জৌবগুম্বা হকচাংদা যাওবা খুদমশিংনি। অমুকসু খবা অমনা লিকফাওগুম্বা নত্ত্রগা **টাইরো** হাযবা লিলাদুদা যাওবা উপু-মচা, মদুনা খঙনবকপগী মতাং অমা ওইবকখিবা অসিগুম্বা মীওইবগী হকচাংগী নত্তবা, মপানগী থৱায় পান্দবা পোৎশকশিংনা ওইববসু যাই। হার্যবিবশিং অসি শীজিন্নবা মতমদসু হৈশিংনা শীজিন্নদবগী ৱাফম লৈবিবনি। মতৌ অসুম্না ওডিসীযস্পু মাগী দাগফম্না মবম ওইদুনা খঙলকপা মতাংদা, মাবু মশক তাক্লকপগী থবক্তু মাগী অঙাং ওইবিঁঙেগী য়োকচবীগী মফমদনা মওং অমদা, অদুগা শঞ্জেন্নহাশিংনা খঙলকপনা মওং অমদা ওইনা পুথোকই। কবিগুম্বা অমগী অচুম্বদু প্রমাণ উত্তুনা তাক্লবগাদমক থওইনা পোৎচৈ শীজিন্নবা অসি অদুগা অসিগুম্বা মওংদা প্রমাণ উৎনবা হোৎনবা পুন্নমক অসি তশেং না হাযবা তাববদি, খঙলকপা মতাংগী ওইনদি হস্তবা থাক্কী কলাগা মওংনি। হেন্না ফবা মখল অমা হাযবা তাববদি **ওডিসীদা** যাওবা ইকজবগী মতাং অদুগুম্না, হান্নগী থৌওং অমা অমুক হঞ্জিল্লকপদগী[1] মশা মতোমতনা অসুম লাকচবা ওইনা পুথবব পা অসিনি।

অনৌগুবদা অমুক লেবিবা অসিনা ববিনা মশাগী মপুকথোক্তগী পুথোক্লাংবা মওংদা হেক্তা পুথোবকপা, মদুনা মবম ওইদুনা কলাগা পোথোক অমা ওইনা লৌবিদসু হস্তবা থাক্কী ওইবা মখলগী ওইহল্লবা খঙলকপা মতাং অদুনি। খুদম ওইনা হাযববদা **ইফিজিনাইযাদা** ওরেষ্টিসনা মহাক মশামকশি ওরেষ্টিসনি হাযবসি মচান্না তাবচৈ। ইফিজিনাইযা মশাগী ওইনদি চিঠিগী পাম্বেনা মশাবু খঙহল্লে। অদুগু ওরেষ্টিস মশামক্তা কবিনা পাম্লিবদু ওইনা মচান্না হাযবে থোঁদোক খুৎশেমগী ওইনা চঙদনা যাদনা অদুনি পাঙথোক্তে। মবম অদুনা হার্যবিবসি মথক্তা পনখিবা তশোযবা অদুগা অমঙা ওইবে। হাযবদি ওরেষ্টিস্না মশাবু খঙহন্নবগীদমক্তা শকখঙনবা যাগদবা পোৎচৈ অমা নত্ত্রগা অমা হেক্তা পুবক্লখ্সু যাবনি। মসিগা চাননা খুদম অমা পীবা তাববদি সোফোক্লিসনা লিলা **টেবিযস্** হাযবদুদা যাওরিবা 'পাঙন্দেম মখোল'[2] অদসুনি।

১। হান্নগী থৌওং অমা অমুক হঞ্জিল্লকপদগী — by a turn of incident — Butcher a reversal of action Golden ২। পাঙন্দেম মখোল Voice of the shuttle

অহুমশুবা মখল অসিনা করিগুম্বা পোৎশক অমা উরুবদগী পুক্নীংদা ইথিল[১] অমা ফাওহনবা ঙমহল্লিবা নীংশিংবা হাযবদুগী মখা পোল্লি ঃ ডাইসিওজিনিস্কী **সিপ্রিয়ন্স**[২] হায়বা লিলাদুদা নাযক্না অয়েকপা লাই অদু উরুবদগী মপি তানা কপ্পকখিবা অসি অমনি। অমবোমদা অমুক 'অলসিনস্কী ঈশৈদা' ওডিসীয়স্না ***মিন্স্ট্রেল*** না লাযর্ খোংদুনা ঈশৈ শক্লকপদা মাঙলমচৎকী পুক্নীবু নীংশিংলক্লুনা মমিত্তগী মপি তারকখী। মদুদগী খঙলকপা মতাং হায়বদু থোরকখী।

মবিশুবা মখল অসিদি ***যুক্তি কার্য্য*** দনা[৩] পুরকই। অসুম্না **কিফোরি** লিলাদা হায় ঃ 'ঐহাক্না শকমান্নবা কনাগুম্বা অমা লাক্লে; ঐগা মান্নবদি ওরেষ্টিস্ নত্তনা কনাসু লৈতে — অদুনদি লাক্লিবসি ওরেষ্টিস্নি।' সোফিষ্ট পোলাইডস্কী লিলাদা ইফিজিনাইয়াবু থেংনহনখিবদুসু অসিগুম্না শক্তাক মখল অসিদনি। মবমদি ওরেষ্টিস্কী ওইনদি অসুম্না ঙাংথোকপা হাযবসি মশানা ঙাংফম থোক্লবনি — 'ওল্টব অসিদা ইচেমগুম ঐসু থল্লায থাবা তাবনি।'[৪] অমুক থিওডেক্টিস্কী **টাইডেয়স্** হাযবা লিলাদুদা মপাদুনা হাযবী — 'ইচা ফংনবা থিগে খন্, লাকখিবনি ঐ মফমসিদা। থল্লায় মাঙজগে খন্, লম্নীবু থিবকপা তাবেদো'। অসুম্না **ফিনিডয়্** লিলাদসু, নুপীশিংদুনা মফমদুবু উকব্দা তাবগদৌবিবা দযাদুবু খঙজবদুনা হাযবী – 'থল্লায়দি থাবা তাববনি মফমসিদা, মফমসিমক্তদা নোংমন্ননবা ঐখোয়বু লংশেকপিবম্লবনিনা।' অমুকসু মীশক অমনা ভাবনা লামশিন্দুনা শাগৎপদগী খঙলকপা[৫] মতাংগী, **ওডিসীয়স্ দি ফোল্জ মেসেঞ্জরগী** বাবীদা তৌবিবা অদুগুম্না, মখল অমসু লৈরি। ক-না হায়খী < কনানসু লিরূং অদুবু লীবী থাংবা ঙমখিদ্রে; অদুনা খ-না (শক্রোৎলিবা ওডিসীয়স্না) ক-না >[৬]

১। ইথিল Suggestion ২। **The Cyprians or The Cyprioe;** ৩। যুক্তি কার্য্য — the process of reasoning, খন্থবগী থবক, ৪। মচেম্ব বলি তৌথ্রবনিনা মহাকপুসু ওল্টবদা বলি তৌবগনি হায়বসি ওরেষ্টিসনসু খন্ফম থোকপনি *vide* Golden, ৫। 'a composite kind of recognition' Butcher, 'a composite Discovery' — Bywater, 'a fictitious form of discovery' — Dorsch, ৬। < > অসি হান্না লৈবম্না গ্রীক বাণী (text) দা Butcher না ময়েক শেংহন্নবা হাপচিনবা (conjecture) ওইনা তৌই। মখাদা Bywater না হন্দোক্লিবা অসিগা চাংদম্নদুনা যেংলো য়াই - '**Ulysses the False Messenger** হাযবদু মসিগী খুদম অমনি ঃ মহাক্না লীক্লং অদুবুদি খঙফম থোকই হাযনা মহাক্না হাযখী – মহাক্না মদুবুদি উকত্রিবনি, অদুবু মদুদগী মহাক্না মসিবু অমুক হন্না খঙগনি হাযনা খনবসিদি (মহাক্না মসিবু হান্না অমুক উকব্বগুম) শেবান্নবা খন্থবা হাযবদুনি।' মসিদা যাওবিবা মহাক অর্নাসি অমনা পাউ পুবা মী শাদুনা লাক্লিবা ওডিসীয়স যুর্লিসিস্নি, অমদুনা 'কনানসু লীকং অদুবু লীবী থাংবা ঙমখিদ্রে' হাযবিবা মীশক অদনি। মযেক শেংনবা মসিবু (ক) অমসুং (খ) হাযনা খাযদোকপা ওইগনি।

লীরূং অদুবু খঙলম্মগনি হায়না খনখী। তশেংবদি লীরূং অদুবুদি ক-নদি খক উখিদ্রিবনি। অদুনা উপাই অসিগী মতেংনা খঙহল্লকপা মতাং পুবকপা তারবদি — ক-না লীরূং অদুবু খঙলমগনি হায়না শক্লোংথলিবা ওডিসীয়সনা নীংলুবা অদু ভাবনা লামশিন্দুনা শাগৎপদগী লান্না লৌশীল্লুবা হায়বদু ওইবে।

তৌবদবু খঙলকপা মতাংগী মখল পূন্নমকসিদগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা মখলদি থৌদোকশিং অদুগী তুংইন্না ওইজবকপা খঙপ্রেক খংহন্না শক্তাক্লকপগী থবক অদু মহৌশাগী ওইবা উপাইনা থোকহল্লকপা মখল অদুনি। মওংশিং অসিনি সোফোক্লিস্‌কী ইডিপস্ তা অমসুং ইফিজিনাইয়াদসু অমুক্কা হন্না শীজিন্নবিবদু। মবমদি ইফিজিনাইযাগী ওইনদি চিঠি অমা থানীংবা হায়বসি মশানা তাজববনি। হাযবিবা খঙলকপা মতাংগী মখলশিং অসিদনসু পোৎচৈগী নক্ত্রগা খৃত্তা শিনবা যন্ত্রগী কবিগী খৃৎশেমগী ওইবা উপাইশিং অদু পুশিল্লক্তুবসু যাববনি। মসিগী ঙমথংদা লৈবিবনা *যুক্তি কার্যানা* পুবকপা খঙলকপা মতাং অদুনি।

১৭

## ত্রেজিক কবিনা ইন্‌গদবা চৎনবী নিয়ম খরা

থৌদোক-খৃৎশেম শাগৎপদা অমসুং থৌদোক-খৃৎশেম অদুবু চানবা লোন্দা পৃদাদা ইথোকপা মতমদা কবিনা শেমজগদৌবিবা উৎপা[1] অদুবু হেক যাবিবমথৈ মমিৎনা শংশং উগদবনি। অসুম্না তৌববদি, মশামক থবক অদুবু যেংলিবা মী অমওম্না ওইবক্কদৌবিবা খুদীংমক মযেক তশেং তশেংনা উববা মবম্না, থবক অদুগা চানবশিংদু কবি-কাগনো হাযবদু মহাক্না খঙজবনি, লোযননা চানবোইদবা মচাকশিং খঙহৌদবদগী যাওশীনখিবা হাযবদু থোইনা তৌববোই। নিযম অসি ঙাক্তনগী দোষ অমা কার্সিনস্‌কী লিলাদা যাওবিবা অশোযবা অদুনা উৎলৌ। এম্ফিযাবোস্ অদু লাইশঙদগী লাক্লবনি। অদুবু মনুংগী বাকম অসিবু খঙজ্রদবা কনাগুম্বা অযেংবা অমনদি হার্যাবিবা অচুম্বা রাফমশিবু খঙবা ঙমদ্রে। চেকশীলহৌদবা অদুনা মবম ওইদুনা অযেংবশিংবু খোযদৌ থাৎলহনাখবদগী ফম্বাক্তো শান্নবকপদা যেংবা যাদ্রে।

অনুকসু কবিনা মীশকশিংনা ঙাংগদৌবিবা রাবোলশিংদু ইবা মতমদা লৈতবা শাক্ত

[1] উৎপা — (লোনশেম) Scene 'দৃশ্য' হাযনি।

শীজিন্নদুনা চানবা মফোঙদোক পুশিল্লক্লবা হোৎনগদবনি। মবমদি পুক্লীং ঈহৌ ফাওবিবা মহাক অদুনা মহাক্লা ফাওবিবা অদু শেমগৎলিবা মীশক অদুগী মফমদা ইথিল পীবা ঙম্নবতদা অদুগুম্বা মীশক অদু খ্বাইদগী থাজনীংঙাই ওইবা মীশক অমা ওইগদৌবিবনি। তাইবংদা তৌবগুম পুক্লীং তপথদবা নত্ত্রগা অশাও মৈবী পুথোক্কে খল্লিবা মহাক অদুদি মশামক্লা হাযবিবশিংসি হান্না ফাওবা তাবনি। মবম অসিদগী শৈবেংদা মহৌশাগী ওইবা নুংঙাইবগী খুদোল অমা নত্ত্রগা অঙাওবগী নুংশিৎ অমা চৈঞ্জে। নুংঙাইবগী খুদোল তম্বা ঙম্নিবা মহাক অদুদি যাম্নমক পুক্লীংদা ফাওগল্লবা মীশক্তি — মহাক্তি শেমগৎনীংবা মীশক শেমগৎপা ঙম্লগদবনি। অঙাওবগী নুংশিৎ ইবোযনবিবা মহাক অদুদি লাই তোংলবা মীওই অমা ওইববনি — মশাগী অশেংবা *স্থিত* দগী খবা থাপতোক্লা লৈববনি।

বাবীগী[১] মতাংদদি কবিনা হান্না লৈবম্নবা বাবীবু লৌখৎলবসু নত্ত্রগা নৌনা অমা শাগংপবু ওইববসু — মপাম্তোংগী কযাৎ অমা হান্না তঙাযফদনা শাগৎকদবনি। অদুগা মদু শাগৎলবা মতুংদা থৌদোক মতাং মযাম অমা হাপচীনগদবনি, মচা থাযনবা পাকথোক চাউথোকহনগদবনি। অহানবা থৌবাং পাযখৎপগী মতাং অসিদি **ইফিজিনাইযা** অসিমক্লা খুদম ওইনা নৈনবা যাই। তনৌ তনৌবিবী নুপীমচা অমা বলি তৌবা তারে। অদুদগীদি মফম্মবাং খঙহৌদনা বলি তৌগদৌবিবশিংদুগী মিৎমাঙ মক্কেদগী নুপীমচাদু অংকপা মওংদা উবা ফংখিদবে। মহাক অসিবু অতোপ্পা লৈবাক অমদা, মদুসু কনম্বা লৈবাক্লো হাযবদা হেক থেংনবা মীতোপ মীনৌ মখৈ লাইবেন্থৌদা বলি তৌদুনা কথোকপগী চৎনবী লৈবিবা অদুওম্বা মফম অদুদা থৈখিবা ওইবম্লে। মফমদুদা মহাকপু অমুক লাইবেন্থী অদুগী সেবা তৌনবা মাইবী মকোক ওইনা থমখবে। মতম খবগী তুংদা মহাক্কী মৌপ্পা অদুমক মফমদুদা খুংলবগী তাঞ্জা অমা থোক্লবে। মসিগী মনুংদা **ওবেকল**না কবিনো মবম অমগীদমক মাবু মফম অদু তান্না চৎনবা যাথং পীখিবা অদুমদি, লিলা অসিগী থৌদোক খুৎশেমগী মপাম্তোংগী কযাৎ অদুগী বাংমদা লৈখ্রবা বাফম্নি। অমুক্লা হন্না হাযববদা, মহাক্লা লাকখিবগী মবম অসিদি চৎখফম থোকপা থবক অদুগী বাংমদা লৈখ্রবনি। ফবে, মসিসু ওইবসনু, তৌবদবু মহাক থুংলবে, ফাবে। অদুদগীদি বলি তৌবমদাই মিৎকুপ্পুদা মহাক কনানো হাযবসি শক তাকচথি। খঙলকপা মতাংসিমদি যুবিপিডিস্না পুথোকপা মওং অদুদা ওইববসু যাই, নত্ত্রে হাযবগা পোলাইডস্‌কী মওং অদুদা ওইববসু কাযদে। পোলাইডসকী লিলাদনা মহাক্লা যাম্না হাযফম্মক থোক্লবা বাহৈদা লাউজবকই — "ইচেম ইবেম্মা

১। Story

নহাক্তগী নত্ত্রবোই, নৌপ্পাগী লাইবক্তসু বলিগী মযি চিংবিবল্লবোই" — অসুন্না ৱাহৈ খবসিদগী মহাক্কী থৱায কপ্পহৌবে।

মতুং তাবকপসিদদি মমিং মথামখৈ থোনবা লোইশ্ৰবনিনা, থৌদোক মতাংশিং হাপচীনগদবদা মঙাযবে। হাপচীনগদৌবিবা থৌদোক মতাংশিংদু থবক্কা মৰী লৈনহন্নবা শীনবা তাবনি। খুদম ওইনা হাযববদা ওবেষ্টিস্কী মতাংদদি মাবু ফানবগী মবম ওইখিবা অঙাওবা হৌবগী অমসুং কোকথোক-চামথোকপগী মথৌ-মঙম পাঙথোকপদগী অৱাবা কোকখিবগী ৱাফম অদু লৈবে। দ্ৰামাদদি যাওবিবা থৌদোক মতাংশিংদু তেল্লী। তৌইগুম্বসুং অতেনবা থৌদোক মতাংশিং অসিদগীনি পাকথোক-চাউথোকহল্লগা মহাকাব্য ওইবক্লিবসি। ওডিসীগী ৱাৰীসিবু লৌগে হাযববদি শম্না হেক্তা লীবা যাই। কনাগুম্বা নিপা অমখক চহী মতম শাংনা মযুম কাযনখী। পোসাইডন্ কৌবা লাইনা মাগী ছিদ্র থিদুনা লৈ, লোযননা মহাক নাইতোম তাবগী অৱাবা ফীবমদা লৈবে। তাল্লক অসিদা মহাক্কী মযুমদি কাংখোং চাইবে — মাগী নুপীবু লৌগে তেমশীংৰ্বশিংনা মচাক-মবল মাঙহন তাকহনবিৰী। মদুনসু পেন্দ্ৰদূনা মচানিপাগী মাযোক্তা শবৌ অমুকসু শীল্লী। কাইনথংদা ঈপেলবৃংগী নোংলৈ কয়া মাযোক্লববা তুংদা মযুম যৌবকই। মযুমগী মীওই খবগা মশক তাকথোক-তাকশীন তৌনৈ। মাগী নুপীবু মুন্‌গে লাকপশিংদুগা হকথেংনবা লালফমদা মাযোক যাই, অমসুং মখোযব্ তক খায। মহাক মশা হিংহৌই। থৌদোক-খুৎশেমদা যাওবিবা মচং ওইবা বাফমদি অসিদনি। মখা মখৈদি থৌদোক মতাং ঙাক্তনি।

## ১৮

## ট্ৰেজিক কবিনা ইন্‌গদবা মখা তাবা চৎনৰী নিয়ম খবা

ট্রেজডী খুদীংমকসি শকক অনী থোক্লি — ৱাৰী পবৈ লৈশীম্লকপা, *ডীসিস্* অমসুং ৱাৰী পবৈ হন্দোকপা, *লাইসিস নত্ত্রগা ডেনুমা।*[১] থবক্কী মনুং চন্দবা থৌদোকশিংসু চপ চাবা থবক অদুগী শকক খবগা ৱাৰীগী পবৈ লৈশীনহন্নবগীদমক্তা তত্তনা যানশিন্নে, মদু নত্তবা অতৈ লৈহৌবিবা শককশিং অদুনা ৱাৰীগী পবৈ হন্দোকপা ঙাক্তনি। ঐহাক্না পবৈ লৈশীনবা হাযবিবসি থবক হেক হৌবকপদগী লৌবগা অবাবা কোকপগী নত্ত্রগা অবাবা নংবগী মতাং যৌবমদাইগী তাংকক অদু ফাওবদা লৈবিবা মখৈ অদুনি। পবৈ হন্দোকপা

১। Complication and unravelling, Denouement

হায়বিবর্সিনা অহোংশা লাকপা হৌবকপা মতাং অদুদগী লোইশিনবা ফাওবদা লৈবিবা মখে অদুবুনি। অসুম তৌদুনা থিওডেক্টিসকী লিনসিয়স হায়বদুদা পবৈ লৈশীল্লকপা অসি লিলাদু হৌদ্রিউডে মমাংদা হাম্লনা থোকহল্লবনি হায়না লৌববা থৌদোকশিং অদুগী মনুংদা লৈ। পবৈ লৈশীল্লকপগী থৌদোকশিং অদুদি কবিনো হায়বদা অভাং ফাখিবা, অদুদগী অমুক + * ১ <পবৈ হন্দোকপা>২ হৌবলা মীহাৎপগী মবাল শীবা মতাংদুদগী অবোইবগী শক্তক ফাওবদা লৈবে।

ত্রেজডীগী মখল মবি শুহ। লুশিনবা৩ — মসিনা ফাবম থক-খা ওনবা অমসুং খঙলকপা মতাং হায়বশিংসিগী মখা পুবা পোন্দুনা লৈ, অৱা-নুংশি পোকহনবা৪ (মসিদা লমজীংবা ৱ খল৫ ওইবিবনা অকলনবা পুক্রীং-ইঙ্গ৬ হায়বর্সিনি), — খুদম ওইনা হায়বগনা অজাক্স অমসু ইক্সিয়নগী মবমদা ইবিবা ত্রেজডীশিং, লমচৎ-শাজত্তা চঙশীনবা৭ (মসিদা লমজীংবা ৱাখল ওইবিবনা লমচৎ-শাজৎকী মতাংদা খক্তবর্সিনি), খুদম হায়বগনা থাইওটিডিস্ অমসুং পোলিয়স৮ পাল্লম্বা যাই। মবিশুবা মখলনা মিংকী কুম্মৈগী ত্রেজডী হায়বর্সিনি। খুদম ওইনা হায়বগনা ফোর্বসিডিস প্রোমেথিয়স অমসুং হেডিসকী মফম উৎপা যাওবা লিলাশিং অদ পনবা যাই ৯ কবিনা হেক ঙম্লিবমথৈ শেংবংগী ওইবা মচাক পুম্নমক পুনশীন্নবা হোৎনগদবনি। লোয়নমক ঙমদ্রগসু যাবিবমখে যাম্না অমদি খাহদগী হেন্না মকওইবা মখ অদুবুদি চীথহন্দনা খোমজীনগদবনি। হায়বি বসি মতম অসিগী অশোযবা অমং। পদা। উগদবগী মবা পাখওনা লৈববা আলোচনাগী ফীবম অসিদনা হেন্না ওপাযবদ্রবনি। মবমদি হান্নদি কবিশং অসি মশা মশনা হৈনজবা লৌবম অমমমদা

---

১। গ্রীক পাঠ (text) দ মূললম্ব শবক অদ Butcher না খঙদুনা তাবই। Bywater অমসু Dorsch অনীনা অহংডবা মফম অদু অসুম্না হল্লি — (মদুগী মথংদা) মমা মপাবু ফাখিবা অদুনি ২। Butcher নদি যাওকম খোকই নাযনা খনবা বাইশিংনি। ৩। লশিনবা — Complex ৪। অৱা নুং শি পাকহনব the Pathetic অৱাবা অমসু নুংশি পাকহনবা ৫। লমজীংবা ৱাখল Motive ৬। অকলনবা পুক্রী ইঙ্গ — Passion ৭। লমচৎ শাজত্তা চঙশীনবা Ethical (লমচৎ শাজৎ, moral) ৮। The Phthiotides and The Peleus ৯। মতাং অসিদা Butcher গী ইল্গ্রে। মদগী মতম্রা হেন্না চানবদগী Bywater অমসু Dorsch ব ওইনা লৌশীল্লে মবমদি Butcher না লৌবিবা পাব বাপী (text) ১। *টো ডে টেটাবোন <ঈ আপলো> * * + ওএস + ওইযোন্ আই টে ফোবকিডিস কাই প্রোমেথিযস কাই ওস এন আইডোন* অসুম্না পীবি। মসিগী মনুংদা মযেক মুৎলম্বসু যাওগে অদুগা মহাক্না ওইশনি হায়না খনবা মগুংদা পুথোকপসু যাওবে। মদুগী মহৈ ওইনা Butcher না হন্দোক্লিবনা অসুম্নি মবিশুবা মখলনা অচম্বা (simple) হায়বর্সিনি। < মতাং অসিদা ঐখোযনা > খুদম ওইনা পীববদা ফোর্সিডিস প্রোমেথিয়স অদুগা হেডিসনা মফম ওইবগা উৎলিবা মযেক শেং না মিংকী বুম্মৈ ওইনা তোবা মচাকশিং অদুদি য়াওহন্দে।

ফাওনবম্বনি। হৌজিক্তি মী অমমম্না ফাওনবম্না হীনমশিংদু পুল্লগ। পুনশীল্লে হায়বগা মী অমতনা হীবম শুনা মযাম পুন্নমক্তগী মকোক থোংবা ওইনা লৈগদবনি হায়না আলোচকশিং অসিনা হায়নবক্নী।

ত্রেজডীগী মতাম্দা অমগা অমগা মান্নে নত্রগা খেন্নে হায়বসি পীবা তাবক্লবদি, মদু লেপথোক্লবা খ্বাইদগী ফবা চাংযেংদি থৌদোক খুৎশেম অদুবু লৌখৎপা অসিনি। পবে লৈশীনবা অমসুং পবে হন্দোকপা অনীমক্তা মওং মান্নবা থোক্লবদি ত্রেজডীশিংদ অমগা অমগা মান্নবে। কবি কযা অমদি কিশি চেৎনা কিশিল্লবগা থোক্তোকপদদি বাবা যাওবী। অদুনা তঙাযফদনা কলা অনীমক অসি মমূৎ তানা খঙদবা যাদে।

মসিদস্ নত্তে, যাম্না তোযনা হায়ন্দনতা লাক্লবা বাফম অমসু কবিনা নীংশিংগদবনি হায়বদি এপিক ওইনা শাগৎকদবা অদুবু ত্রেজডী ওইনা শাগৎপা তৌবোইদবনি। ঐনা মহাকাব্যগী শাহৌ[১] হায়বদি থৌদোক খুৎশেম্না চন্থই লোনবা মতৌ অদুবুনি — খুদম পীসি হায়বগনা **ইলিযডকী** বাবী মপূম অদ শীভিন্নদনা ত্রেজডী অমা লেংবা তাবে হায়না খল্লশি, অদগুম্বনি। এপিক্তদি শৈবেংদুনা শার্খিবা মবম্না শকক খুদীংমল্পী চানবা শাবান লৈবকই।[২] দ্রামাদদি মসিনা পীবক্লিবা ফল অদু কবিনা আশা তৌবম্নদগী যাম্না তাযোম্ননা পোবকই। মসিগী প্রমাণ হায়বদু য়ুরিপিডিস্না তৌবওম শকক খবা লৌখৎপগী মহুত্তা, ট্রোই মাযথাখিবগী বাবা শীংবুন অদমক দ্রামা ওইনা ইথোক্লিবা কবিশিং অদুনি। নত্ত্রে হায়বগা অমুকস ইস্কিলস্না নহ ওপীগী বাবীদগী শকক অমা লৌখৎলগা ইখিবা অদম্না থৌদদুনা মাগী বাবীদুবু লোযনমক দ্রামা ওম্নোক্লিবা কাংবুশিংদনি। অসুম্না থৌবদগী লিনা ওইদববা নত্রগা শান্নবকপা মতমদা অযেংবশিংনা খোযাদাদবা লিলা ওইববা অমদি শোযদনা মতৌবে। অগাথোন ফাওবা হায়নিবা অশোযবসিনা মলম ওইদুনা মায পাক্তনা যাওখি হায়বসি খঙনদবনি। অদুমওইনমক মহাল্লা লীবম থক খা ওনবগী মতাং পুথোবকপদদি মীযামগী অপাম্বা মনীং থুংহন্নবা হোৎনবা ওইনসু অঙকপা ফংলবা হৈশিংবা উৎলী - মদুদি কবিনো হায়বদা ***নৈতিক ভাবনা*** বু[৩] পেলহনবা ঙম্বা ত্রেজিক ওইবা শাফু অমা পুথোকপা অসিনি। শাফু অসিদি হৈশিংলবা মীবৈহৎ[৪] অদুবু সিসীফসকী মফমদা তৌখিবগুম্না অপঙবা তাহনবগী, নত্রগা মথৌনা লৈববা ***খলনাযক*** অনবু মাযথীবা পীবগুম্বগী মতাং

---

১। মহাকাব্যগী শাহৌ – Epic structure, ২। চানবা শাবান – Proper magnitude, ৩। নৈতিক ভাবনা – Moral sense লমচৎ শাজ্জৎকী খ্বাথল, ৪। হৈশিংলবা মীবৈহৎ Clever rogue

অদুদা উৎথোবকই। অসিগুম্বা মখলগী থৌদোক অসি অগাথোন্না হায়খিবা বাহৈশিং অসিগী অর্থ অসি লৌবর্বদি ওইথোকপা অদুম যাবী : 'ওইথোকপা যাবা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা লেবা পবক কয়ামুক থোকপসিসু', মহাক্না হায়বী, 'ওইথোকপা যাই।'

কোবস্‌পুসু কলাকাবশিংদুগী মনুং চন্না লৌগদবনি। মসিসু মপুং ফাবা মশক অদুগী শেংন-খায়না যাদ্রবা শকক অমা ওইহনগদবনি। অদুগা য়ুরিপিডিস্‌না তৌখিবদু নত্তবা সোফোক্লিসকী মওং অদুদা পবক্তা শকক যাহনগদবনি। কোন্না লাকপা কবিশিংগী মবমদা হায়বা তাববর্দি, মখোয়গী ***কোবল*** ঈশৈশিংদু[১] অতৈ ট্রেজডীশিংগা যেংনব্বা মতমদা, মখোয়না ইবিবা লিলাদুগী হীবমদুগা মবী লৈনদবা ওইনা তৌই। অদুনা হায়বিবা ঈশৈশিং অসিদি পোখা-ঈশৈ[২] ওইনা লৌবা তাই — শৈশক অসিসু অগাথোন্না হান্না হৌদোকখিবনি। অদুমওইনমক সীওম্বা ***কোবল*** পোখা-ঈশৈশিং অসি পুশিল্লকপগা, লিলাগী পাউসানবা[৩] অমবু, নত্ত্রে হায়বগা তাংকক অমা ফাওবসু পুন্না লিলা অমদগী অমদা থাংদোক-থাংজিন তৌখিবগা অনী অসিগী মবক্তা কবিবু খেন্নবা লৈবিবগে?

১। Choral songs ২। পোখা ঈশৈ – Interlude ৩। পাউসানবা – Dialogue কেইলোন অবিবগী পাউসানবা (*vide* খেলচন্দ্র **অবিবা মণিপুরী লোনগী**) হায়বা অদুদগী লৌখ্রনি। 'অবায অখুম তৌনবা' হায়বগী অর্থ পী। খবা শমদোক শমজীন তৌববা মি থৈ (noun) অমা ওইনা dialogue পু 'পাউস' হায়না খঙনবা ফাওবা যার্বনি খবা নক্রংবা মতাং হায়বগনা লাই ঃবাওবগী লাইবেম্বা লাইবেম্বীগী পাউসাসু লৈবি।

# ১৯

## বাখল *(ডাইয়নোইয়া)* অমসুং লোন্দা-পুদা *(লেক্সিওস্‌)*

ট্রেজডীগী শকক অতৈদি হান্না খন্নখ্রবনিনা লোন্দা-পুদা অমসুং বাখল হায়বসিগী মতাংদা হায়গদবদা মঙাযবে। বাখল হায়বসিগী মতাংদদি **বেটবিক** হায়বা লাইবিক্তুদা হায়খিবা অদু অসুম লৌবা যাবে। মবমদি হীবম অসিমক্তি লাইবিক অদুদা চৎথখিবা থিজিনবগী থৌবম অদুগা হেন্না নকশীন্নৈ। বাখল হায়বসিগী মখাদা ঙাংনবিবা লোলনা হেক থোকহনবা যাবা পুন্নমক কোনসিল্লগদবনি। বাখলনা থোকহনবশিং অসিবু মখাগী অসুন্না থম্বা য়াই — প্রমাণ পীবা অমসুং ককথৎপা,[১] মিনুংশি, কিবা, অশাওবা, অদুগা অসিগুম্বা মখলগী পুক্নীং-ইথিল[২] কযাবু মযাই কাহন্‌বা, মকওইবনি হায়বা তাকপা

১। Proof and refutation, ২। পুক্নীং ইথিল Feeling

নত্ত্রগা মদুগী ওন্ন-তৈনবনি হায়বা তাকপগী ইথিল[1] পীবা। হৌজিক ফংনবা হোৎনগে নীংলিবা পান্দম অদুনা মিনুংশিগী, অকিবগী, মকওইবা তাকপগী নত্ত্রগা ওইথোকপা যাবা হাযবদুগী ভাবনাশিং[2] হৌদোকপা[3] ওইববদি লিলাদা যাওবিবা থৌদোকশিংদা থম্লিবা মীৎযেং অদুসু লিলাগী পাউসানবগী মতাংদা থম্লিবা মীৎযেং অদুগা মান্ননা থমগদবনি হাযবসি মযেক শেংলবনি। খেন্নবিবা অমত্তং হাযববু থৌদোকশিং অদুদি ৱাহৈগী মতেং য়াওদনা ভাবনাশিং অসিবু ফোঙদোকচবা ঙমহনগদবনি। পাউসানবনা ভাবনাশিং অসিবু পুথোকপদি ঙাংলিবা মীশক অদুনা লোলগী মতেংনা মাগী ৱাবোলশিংদু ঙাংবগী মহৈ ওইনা থোবক্কদবনি। মবর্মদি ফোঙদোক্লীংলিবা বাখল অদুবু লোল শীজিন্নদনা ফোঙদোকপা যাববদি ৱা ঙাংলিবা মীদুগী চন্নফম কবি লৈবি?

মথংদা লোন্দা-পুদাগী মতাংদা অমুক যেংলশি। মসিগী মতাংদা চৎথবিবা থিজিনবা অসিগী মসা অমনা ঙাং-শকপগী মওং[4] হাযবসিবু লৌখত্তুনা যেংশিল্লী। অদুবু অসিগুম্বা মহৈগী লম অসিদি ৱাঙাংবগী কলাগী মনুং চল্লি। অদুনা মসিদি কলা অসিগী গুঙা গুকশিংগী হীবল্লি। খুদম ওইনা হাযববদা মসিগী মনুং চল্লিবশিংদি — যাথং পীবা, হাযজবা, ৱাবোল পীবা[5], কিহনবা, ৱাহং, পাউখুম অসিগুম্বা মযাম অসিনি হাযবিবশিংসি খণ্ডুবা নত্ত্রগা খণ্ডদবনা কবি অমগী কলাদা কবিসু থোইদোকপা অকাযবা থোকহন্দে। মবমদি প্রোটেগোবস্না হোমবগী ৱাহৈশিং — শকউনে লাইবেম্মা, অশাং মৈবীদুগী মবমদা' হাযবসিদা কবি অসিনা হাযজবিবনি খন্দুনা ইখিবদু তশে বদি থৌদাবা ওইনা থোকএ, অদুনা ৱাহৈশিং অসি লাম্লবনি হার্যখিবদুবু কন্নানা হেক যাব। ঙমদগে মবমদি প্রোটেগোবসনা হাযবিবনা কন্নাগুম্বা অমদা কবিগুম্বা অমা তৌবিযু নত্ত্রগা তৌবিগন হাযবগী থবকসি থৌদাবা, যাথং পীবা কৌই হাযবসিনি। মবম অসিনা হাযবিবা বাফম অসির্মদি শৈবেংগী মনুং চন্দবা, অতোপ্পা কলা অমগী মনুংদা থিজিনবগী হাবম অমা ওইনা লৌবে হাযবগা ঐখোযনা সুবাযদা অসুম থম্বিবল্লশি।

---

১। ইথিল — Suggestion ২। ভাবনাশিং - Senses ৩। হৌদোকপা - evoke ৪। ঙাং-শকপগী মওং — Mode of utterance, ৫। ৱাবোল পীবা -- Statement

## ২০

## লোলগী ওইবা শক্তাকশ্বা খরা

লোলগী হায়রবসিদা মহৌশানা মখাদা পীরিবা শককশিং অসি যাওই ঃ ময়েক, খোল্লুপ, শম্ন বাহৈ, মিং বাহৈ, থৌ বাহৈ, তুংওন নত্ত্রগা মিংওন, বাহৈ পরেং অমদি বাহৈ চবুন।[১]

ময়েক অসিদি মখা তানা খায়দোকপা য়াদ্রবা খোঞ্জেল অমনি; অদুবু খোঞ্জেল খুদিংমক হেক্তা মসি ওইবদি নত্তে, শুপ্নগী খোঞ্জেল কাংলুপ[২] অমগী শরুক অমা ওইবা য়াবা ফাদতনা ওই। মবর্মদি শা-ঙাদসু মখা তানা খায়দোকপা য়াদ্রবা খোঞ্জেল পুথোকই। মসিবু ঐনা ময়েক অমনি হায়বদি হায়ররোই। ঐনা হায়রিবা মখোল অসি নাইতোম খোঞ্জোক, তংখায়-নাইতোম খোঞ্জোক নত্ত্রগা খোন্মাঙ[৩] ওইবা য়াই। নাইতোম খোঞ্জোক্তি মৈ নত্ত্রগা চীনবান কদায়দসু থেংনরল্লা, য়েশীল্লুবা তৌদনা পুথোকপা ঙম্বা মখোল অদুনি। তংখায় নাইতোম খোঞ্জোক হায়বনা অসুম্না যৈশীন্নরুরগা তাবা ঙম্বা খোঞ্জেল পুথোকপদুনি, স র খদম ওইনা। খোন্মাঙ হায়বনা যৈশীল্লবসু মখোলদি লৈজদবা, অদুবু নাইতোম খোঞ্জোক্কা পূনশীল্লবা মতমদদি তাবা ফংবা অদুনি, গ দ অসুম্না। মখোয়শিং অসিগী খেন্নবদি ঙাংথোকপা মতমদা চীন্না ওইরিবা মওং অমসুং মখোয়বু পুখোবল্লিবা মফম অদুনা তাকই। হায়দোকপদা যাওবরা নত্ত্রগা তিংনা চৎপরা[৪], শাংবরা তেংবা[৫] হায়বদুগীসু মখা পোল্লি। অবাংবা, অনেম্বা নত্ত্রগা মবক্কী ওইবা খোঞ্জোক্তা[৬] লৈবা লৈতবা অদুগী মতুংইন্নসু মশক লেপ্পী। অসিগুম্বা থিজিনবগী মখল অসিদি ছন্দ শাস্ত্রগী মথমদা থিজিনবা কাংবুনা কুপ্না য়েংশিনগদবা হীবম হায়বদু ওইরে।

খোল্লুপ অসিদি খোন্মাঙ অমগা নাইতোম খোঞ্জোক অমগনা শেম্বা মশক নাইদবা খোঞ্জোক[৭] অমনি। হায়বদি 'গ্র' হায়বসি 'আ' য়াওদনসু খোল্লুপ অমনি, অদুগা 'আ' যাওনগসু 'গ্রা' হায়না খোল্লুপ অমা অসুম ওইবি। অদুবু খেন্নবশিংসিগী মরমদা থিজিনবা হায়রিবসিসু ছন্দ শাস্ত্রগা থবক ওইরে।

শম্ন-বাহৈদি মশক নাইদবা খোঞ্জোক্নী, অদুগা মসিনা অতৈ খোঞ্জোক কয়া অমবু

১। ময়েক – Letter, খোল্লুপ – Syllable, শম্ন বাহৈ – Connecting word, মিং বাহৈ – Noun, থৌ বাহৈ – Verb, তুংওন্ নত্ত্রগা মিংওন্ — Inflexion or Case; বাহৈ পরেং নত্ত্রগা বাহৈ চবুন – Sentence or Phrase, ২। A group of sounds, ৩। নাইতোম খোঞ্জোক — Vowel ('লোননবা খোঞ্জোক' হায়বগা Consonant ওইগনি), তংখায়-নাইতোম খোঞ্জোক – Semi-vowel, খোন্মাঙ — Mute, ৪। Aspirated or smooth, ৫। Long or short; ৬। Acute, grave or of an intermediate tone; ৭। a non-significant sound

মশক নাইবা খোঙ্গোক অমা ওইনবা পূনশীন্নহনবসু তৌদে। মসিবু ৱাহৈ পরেংগী অহৌবদা নত্ত্রগা অরোইবদা নত্ত্রগা ময়ায়দা থম্বসু য়াই। নত্ত্রগা নশক নাইদবা খোঙ্গোক অমনা মশক নাইবা তোঙান-তোঙানবা খোঙ্গোক কয়াদগী মশক নাইবা খোঙ্গোক অমা শেম্বসু ঙম্মী — খুদম ওইনা ***এমফি, পেরি*** অসিগুম্বশিং। নত্ত্রে হায়রগা অমুকসু, ৱাহৈ পরেং অমগী অহৌবা, অরোইবা নত্ত্রগা খায়দোকফম তাকপা মশক্লাইদবা খোঙ্গোক অমদি হায়বসু য়াই। তৌবদবু ৱাহৈ পরেংদুগী অহৌবদা মতোমতা চুম্না লেপচবদি ঙমদে — খুদমদি ***মৈন্, এটোই, ডৈ*** অসিগুম্বসিনি।

মিং ৱাহৈ অসিদি মতম তাকপসু তৌদবা, মাগী মনুংচন্না লৈবা শরুক অমনো মশক্লাইবসু তৌদবা, অপূনবা মওংদা লৈবা মশক্লাইবা খোঙ্গোক্লী। মরমদি ৱাহৈ অসি নত্ত্রগা অনীদগী হেনবনা পূনশীল্লগা শেম্বা ৱাহৈশিংদা য়াওনবা তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অদুবু অমমম্না হেক্তা মশক্লাইবা ৱাহৈ ওইনবগুম ঐখোয়না [illegible] তৌদে। মতৌ অসুম্না থিওডোরস্কী ‘লাইনা-পীবা’ হায়বসিদা ***দোরোন*** হায়বদি [illegible] হায়বা ৱাহৈসি মশা মতোমতনদি মশক নাইবা ওইদে।

থৌ ৱাহৈদি মিং ৱাহৈগী মতাংদা তৌখিবগুম মাগী মনুংচন্না লৈবা শরুক [illegible] মশক নাইবা ওইদবা অদুগা মতমদি তাকপা, অপূনবা মওংদা লৈবা মশক নাইবা খোঙ্গোক। মরমদি ‘মী’ নত্ত্রগা ‘অঙৌবা’ হায়বসিনা ‘কবখা মতমদা’ হায়বগী ভাব [illegible] তৌদে। অদুবু ‘মহাক চৎলী’ নত্ত্রগা ‘মহাক চৎলে’ হায়রবদি হৌজিকপু ওইনরবদু [illegible] ওইরবসু মতম অমদি পুথোক্তুনা খঙহল্লী।

তুংওন হায়বসিদি মিং ৱাহৈ অমসুং থৌ ৱাহৈ অনীমক্তা য়াওই। [illegible] সীগুম্বা মখলগী মরী লৈনহনবা ফোংদোকই। নত্ত্রে হায়বগা অমহক্তা [illegible] মশীং তাকপগী থবকসু তৌই, খুদম ওইনা ‘মী’ অমদি ‘মীশিং’। নত্ত্রে হায়বগা [illegible] তশেংনা ৱা ঙাংথোকপা মতমদা [illegible] মওং নত্ত্রগা খোঙ্গোক অদু তাকপগী থবকসু তৌই, খুদম ওইনা ৱাহং হংবদা নত্ত্রগা য়াখং পীবদা। ‘মশাক চৎখীবরা’ নত্ত্রগা [illegible] হায়বসি মখল অসিগী থৌ ৱাহৈগী তংওন্নী।

ৱাহৈ পরেং নত্ত্রগা ৱাহৈ চরুন হায়বদি মাগী মনুংচন্না লৈবা শরুকশিংগী মনুংদা য়ামদ্রবদা থরদি মশক নাইবা ওইজবা অপূনবা মওংদা লৈবা মশক নাইবা [illegible] অদুনি। মরমদি অসিগুম্বা ৱাহৈবু পূনশীনবা খুদিংমক্তা। থৌ ৱাহৈ অমসুং [illegible] য়াওগনি হায়নীংঙাই লৈতে — ‘মীওইগী শক্লোনবা’, খুদম ওইনা [illegible]

থৌ বাহৈ যাওদ্রবা ফাওবদা শাজিন্নবা যাবিবনি। অদুমকপু মশক নাইবা শরুক খবদি অসুম্মক যাওজগনি, খুদম ওইনা 'চৎপা মতমদা' নত্ত্রগা 'ক্রিওনগী মচানিপা ক্রিওন' অসুম্না। বাহৈ পবেং নত্ত্রগা বাহৈ চবুন্না মওং অনী থোক্না অপূনবা মশক পুবকপা যাই — কবিগুম্বা অমবু খণ্ডহনবা ওইনা, নত্তে হাযবগা পুন্না লেংশিল্লবা তোঙান-তোঙানবা শরুক কয়ামুক যাওবা অমা ওইনা। মতো অসুন্না ইলিযডতা লৈবিবা অপূনবা অসি খুদম অমা ওইনা হাযববদা অসুন্না শমজীন্নহনবা অসিদগী থোবকপনি — হাযবদি মী অমনা বাফম অমগী মথুৎ শিন্দুনা খণ্ডহনবা ঙম্বদগী।

## ২১

## শৈরেংগী লোন্দা-পুদা

বাহৈ হাযবসি মখল অনী শুই, অচম্বা অমসুং পূংবা।[১] ঐনা অচম্বা হাযবদি মশক নাইদনা মচাকশিংনা শাগৎপা কাংবু অদুনি খুদম ওইনা *গেযা* 'পৃথিবী' অসিগুম্বা। পূংবা নত্ত্রগা বাহৈপূন[২] হাযবনা মশক নাইবা অমসুং নাইদবা মচাক অমমম্না শাগৎপা অমা, (তৌবদব্ অপূনবা বাহৈ অদুগী মনুংদদি কবিগুম্বা মচাক অমত্তা মশক নাইবা ওইদে) নত্ত্রগনা অনীমক মশক্নাইবা মচাকশিংনা শাগৎপা অমা ওইগদবনি। বাহৈদি অমুকসু ঐখোযগী অশাংবা মিংশিং থোন্নবিবা অসুম্না অঙম্না শাবা, মবিনা শাবা নত্ত্রগা মদুদগীসু তন্না যাওবা মওংগী ওইবসু যাই, খুদম ওইনা হর্মোকাইকোজান্থস্ হাযবা মিংসি পীবা যাই <মসিনা খওইহল্লিবনা, 'ইপাইবুংঙো জিযস্পু খুরুমজবনা মী হাযবনি।>

বাহৈ খুদীংমক অসি শাজিন্নবিবা, নত্ত্রগা নৌনা থোকপা নত্ত্রগা প্রমাণ-পাম্থে, নত্ত্রগা লৈতেং, নত্ত্রগা নৌনা শেম্বা, নত্ত্রগা শাংদোকহনবা, নত্ত্রগা তেনশীনহনবা, নত্ত্রগা ওম্থোক্লবা হাযবিবশিং অসিগী মনুংদা অমদি ওইবে।

শাজিন্নবিবা নত্ত্রগা অশেংবা বাহৈ হাযবগা ঐনা লৌনিবনা কাংলূপ অমগী ওইনা অমগা অমগা শাজিন্নবিবা ঙাংন-শন্নবিবা বাহৈশিং অদুগুনি। নৌনা থোকপা বাহৈ হাযবনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা শাজিন্নবা অদুবুনি। মবম অসিনা বাহৈ হাযবসি অমুক্তদা নৌনা-থোকপা, তানদ্রিবা অমসুং শাজিন্নবিবা অনীমক ওইবা যাই হাযবসি মযেক্না তাবে।

---

১। অচম্বা অমসুং পূংবা - Simple and double ২। পূংবা নত্ত্রগা বাহৈপূন — Double or compound

অদুবু থৌদোক অসি মী কাংলুপ অমখক্কী মফমদদি থোক্লোয। *সিগ্যনোন* 'তাশাং' হায়বসি সিপ্রিযনশিংগীদি শীজিন্নবিবা ৱাহৈনি, অদুবু ঐখোযদদি নৌনা থোকপা বাহৈনি।

প্রমাণ-পাষ্থে[১] হায়বা অসিনা মশাগী নত্তবা মমিং অমা কাংলুপ্তগী শাগৈদা,[২] নত্ত্রগা শাগৈদগী কাংলুপ্তা, নত্ত্রগা শাগৈদগী শাগৈদা পীশিনবনি, নত্ত্রে হাযবগা মান্নবা শরুক যাওবা পোৎ অনীগী চাংদম্নবা, হাযবদি মান্নবগী[৩] ৱাফম্নি। অসুম্না কাংলুপ্তগী শাগৈদা হাযবগা : 'আদা লৈবে ঐগী হিজাউ' — মবমদি মতাং অসিদা হি থাংদুনা লৈবা হাযবসি লৈবা হাযবসিগী শাগে মখল অমনি। শাগৈদগী কাংলুপ্তা অমুক লাকপগী মতাংনা : 'তশেংনমক অফবা থবক লীশীং তবা পাঙথোকত্রবনি ওডিসীযসনা' — মবমদি লীশীং তবা হাযবসি অকরুবা, মশীং যাম্বা শাগে অমনি। অদুবু মফম অসিদদি অকরুবা লৈতনা মশীং যাম্না যাম্বগী ৱাখলদা শীজিন্নবী। অমুক শাগৈদগী শাগৈদা হাযবগনা মতৌ অসুম্না : 'সেঞ্জেং থাঙযানা চিংথোকখী থবায।' মতাংসিদা *অবিসায* 'চিংথোকপা' হাযবসি *তামৈন* 'খাযদৎপা' হাযবগী অর্থদা শীজিন্নবী, অদুগা *তামৈন্* অসিনা *অবসায* হাযবসিগী ভাবতা শীজিন্নবি, অনীমক লৌখিবগী শাগৈ অমমম ওইবা মবম্না। মান্নবোল[৪] নত্তগা চাংমান হাযবদি অনীশুবা মিঙ্গৌনা অহানবগী মফমদা, মরিশুবা মিঙ্গৌনা অহুমশুবদা ওইবগুম ওইববা মতমদুদা থোকই। মতাং অদু যৌবদা ঐখোযনা মরিশুবদুনা অনীশুবা অদুগীদমক, নত্ত্রগা অনীশুবা অদনা মরিশুবা অদুগীদমক শীজিন্নবা যাবে। করিগুম্বা মতমদসু ঐখোযনা প্রমাণ পাষ্থে বাহৈ অমা শাগৎপদা তশেংনা শীজিন্নবিবা বাহৈ বাতাদু শীজিন্নফম থোকপা চপ চানবা বাহৈদুমক নত্ত্রগসু হাযফেৎ মরী লৈনবা বাহৈ ওইনা শীজিন্নবা যাই। মওং অমদা হাযবগা এবিস্কা চুঙ্গোযগা তৎন থানদবা মরী লৈনবা অদুগুম্না ডাইওনিসসকা কপকা অনীসি মরী লৈনৈ। অদুনদি কপ অসিবু 'ডাইওনিসসকী চুঙ্গোয' অসুং চুঙ্গোয অসিবুনা এবিসকী কপ' অসুম হাযনা কৌবা যাবে। অমবোমদা অমুক অহল ওইবকপা হাযবসিনা পুন্সীগা মবা লৈননগুম যাচঙলকপা হাযবসিনা নোংমগী নুমিৎকা মরী লৈনবী। যাচঙবসিবু অদুনদি 'নো' মগী নুমিৎনা অহল ওইশিল্লকপা মতম' অমসুং অহল ওইশিল্লকপবুনা 'পুন্সীগী যাচঙবা মতম' নত্ত্রে হাযবগা ইম্পিডোক্লিসকী ৱাহৈদা হাযনগনা, 'পুন্সীগী তাবমদাই নুমিৎ অসুম্না কৌববসু যাই। চাংমানগী মতাংদা

১। প্রমাণ পাষ্থে — Metaphor ২। কাংলুপ্তগী শাগৈদা – from genus to species ৩। হাযবদি পমাম্নবগী — that is proportion ৪। মান্নবোল নত্তগা চাংমান (লোনশেম) Analo ` r proportion

শীজিন্নবিবা মিঙ্গৌ ৱাহৈশিংগীদি কবিশুম্বা মতমদা ৱাহৈ থিবা ফংদবা ফাওবা য়াওই। অদুমওইনমক মতাং অদুদা মদুগী মহুত্তা প্রমাণ-পাম্বৈবু অদুমক শীজিন্নবা য়াই। খুদম ওইনা, মরু-মরাং চাইথোকপবু হন্বা কৌই : অদুবু নুমিৎনা মঙাল চাইথোকপগী থবক অসিগীদি মমিং লৈতে। অদুমকপু হন্বনা মরুগা লৈনবা মৰী অদুমক থবক অসিগা নুমিৎকা লৈনৰী। মরম অসিদগী 'লাইগী খুৎশেম মঙাল হন্বা' হায়বা কবিগী ৱাহৈসি থোরক্লিবনি। অসিগুম্বা মখলগী প্রমাণ-পাম্বৈ অসিবু শীজিন্নবগী অতোপ্পা মওং অমগা লৈবী। মদুদি কৰিনো হায়বদা পোৎশক অমগী মশক তাকপদা অতোপ্পা মিঙ্গৌ অমা শীজিন্নবা যাই, অদুগা মদু শীজিন্নবে হায়রগা মিঙ্গৌ অদুনা তাক্লিবা মাগী চানবা মগুণ নত্তগা মথৌ অমা মদু নত্তে হায়না ককথৎপা য়াই। কমদৌনা হায়রবদি ঐখোয়না চুঙ্গোযবু 'এবিস্কী কপ' হাযনা কৌদদুনা 'য়ু যাওদ্রবা কপ' হায়না কৌরবা অদুগুম্বা মতাংদনি।

<লৈতেংগী ৱাহৈ . [১]

নৌনা শেম্সা ৱাহৈ হায়বদি লম অমদা লৈরিবা মীশিং অদুনা ফাওবা খক শীজিন্নবক্তিবা, কাঁব মশামক্লা পুথোকচবা ৱাহৈ অদুবুনি। সীগুম্বা ৱাহৈশিং খরা ফংলিবা অদুদি : *এর্নজোস্* 'চাথোকফম' হাযবা *কেরাটা* 'মচী' হাযবগী মহুত্তা অমসুং *অরেটের্* 'লাইশোক্লোয' হায়রবা *ঈএরেয়স্* 'পুরোহিৎ' হায়বগী মহুত্তা, অসিগুম্বা খরা অসিনি।

ৱাহৈ অমবু শাংদোকহনবদি মশাদা য়াওরিবা নাইতোম খোম্বোক অদুবু হেন্না শাংবা অমগা ওম্বোক্লবা, নত্তগা খোম্লূপ অমা হাপচীল্লবা মতমদা ওই। ৱাহৈ অমবু তেনশীনহনবনা মশাদা য়াওবা শরুক খরা লৌথোক্লবা মতমদা ওই। শাংদোকহনবগী খুদম খরা পীবা তারবদি — *পোলেওস্* হায়বা *পোলিয়স্* কী মহুত্তা, অমসুং *পিলিয়াডিও* হায়বা *পিলিডোয়* গী মহুত্তা, অসিনি। তেনশীনহনবগীনা — *ক্রী, ডো* অমসুং *ওক্স* হাযবা ৱাহৈশিংবু *মীআ গিনেটাই আম্ফে টেরোন ওক্স* 'অনীগী মায়থোংনা অমত্তা ওইরে' হাযবা মতাংদা শীজিন্নরিবশিং অসিনি।[২]

ওম্বোক্লবা ৱাহৈ হায়বনা ৱাহৈদুগী হান্নগী মহৌশাগী অচম্বা শরুক খরদি হোংদনা

১। গ্রীক ৱাপীদা যাওজবমদ্রবা শকক্তি। ২। *পোলিস্* 'সহৰ' অমসুং *পেলৈডেস্* 'পেলিযস্‌কী মচানিপা' হাযবসিগী শাংদোকহল্লবা *নোর্মেল জেনিটিব সিংগুলর ফোর্ম* ঙাক্তনি অমসুং *ক্রীঠে* 'চনাল' হায়বদা *ক্রী, ডোমা* 'য়ূম' হাযবদা ডো অমসুং *ওক্সিস্* 'মিৎ, মায হাযবদা *ওক্স* হাযনা তেনশীলহল্লবা ৱাহৈশিংনি। — Dorsch,

পম্বা, অদুগা শরুক অমনা অমুক হন্না শেমদোকপা মখল অদুনি, খুদমদি *ডেক্সিটেরোন্ কাটা মাজোন্* 'যেৎথংবা থবাক্তা' হায়বসিদা *ডেক্সিটেরোন* হায়বিবসি *ডেক্সিওন* হায়বগী মঙ্গত্তা শীজিন্নবিবনি।

মিং বাহৈদি মশা মতোমতগী ওইনদি নিপা, নুপী, নত্রগা ফৈদা[1] হায়বিবশিংসিগী মনুংদা অমা ওইনা লৈগনি। নুপাগী কাওলুপ্তি ন্য (ন), বো (ব) সিগমা (স) অসিনা নত্রগা স খোঙ্গোক্কা পুনশীল্লগা শেম্বা মযেক — মসিগীদি মখল অনী লৈ, সাই অমসুং জাই, খোঙ্গোক্কা স্স অমসুং ক্স অসিনি — হায়বিবশিং অসিনা লোম্বা ওইগদবনি। নুপীগীনা অশাংবা নাইতোম খোঙ্গোক এটা (এ/ঈ) অমসুং ওমেগা (ও) না লোম্বা অমসুং শাংদোকহনবা যাবা নাইতোম খোঙ্গোকশিং — অল্ফা (অ/আ) - হায়বসিগা পুল্লগা শেম্বশিংনা লোম্বা কাংবু অদুনা ওইবি। অসুম তৌদুনা মিং বাহৈশিংদা নিপা অমসুং নুপী জাৎকী ওইনা লোম্বা মযেকশিংগী মশীং অসি মান্নে মবমদি সাই (স্স) অমসুং জাই (ক্স) হায়বা মযেকশিং অসিদি সিগমা (স) না লোম্বগা মান্নজববনি। মিং বাহৈ অমত্তা খোম্মাও নত্রগা মহৌশানা অতেনবা খোঙ্গোক্কী ওইবা[2] নাইতোম খোঙ্গোক্তা লোইবা তৌদে। আইওটা (ই) দা লোম্বনা অহূমখক্কী — *মেলি* 'খোইহী', *কোম্মি* 'গম'[3] অমসুং *পেপেরি 'কালা মির্চ'*, অদুগা মগা অমনা অপসিলোন[4] (য) হায়বা মযেকসিনা লোম্মি। ফৈদা মিং বাহৈ মখোদি হায়বিবা নাইতোম খোঙ্গোকশিং অসিদা লোম্বসু যাই, অদুগা মথক্কী ন, ব, স অসিদসু অসুম লোম্নে।

১। ফৈদা - Neuter, ২। অতেনবা খোঙ্গোক – হ্রস্ব ৩। গম - Gum, ৪। ইংলিসতা অপসিলোন হায়বা গ্রীক মযেক (u) আস y হায়বা মযেকশিনা শিল্লি। অদুগা ফ্রেঞ্চ বাহৈ (u) (তায়) হায়বগী খোঙ্গোকস্দিা শীজিন্নে।

## ২২

## লোন্দা-পুদা অমসুং শৈলী

শৈলীবু[1] মপুং ফাহনগে হায়ববদি চমথোকখিবা তৌহন্দনা মযেক শেংহনগদবনি। খ্বাইদগী হেন্না শেংবা শৈলীগী খুৎইদি চৎনবিবা হায়বদি চান-চানবা বাহৈশিং শীজিন্নদুনা ইবা মখল অদুনি। অদুবু অমবোমদদি মসিদসু অমুক চমথোকপগী দোষ অমা

১। শৈলী -- Style

যাওবিবনি । — মতাং অসিগী ওইনা ক্রেওফোন্ অমসুং স্থেনেলস্ অনীগী শৈবেংশিংদু য়েংশিনবদা উবা ফংগনি। নাকল অমদনা ময়ামগা মান্নদবা ৱাহৈ-ৱাতা[1] ইবা তাববদি লোন্দা-পুদা অদু অৱাংবা থাক্তা লৈবে, তাবদা নুংঙাইহল্লে। ঐনা মযামগা মান্নদবা ৱাহৈ-ৱাতা হায়বদি নৌনা (নত্ত্রগা তাঙনা) থোকপা ৱাহৈশিং, প্রমাণ-পাষ্টেশিং, শাংদোকহল্লবা ৱাহৈশিং — শম্না হাযববদা চুম্না ঙাংনে-শরুবদা শীজিন্নরিবা বাহৈ-ৱাতাদগী খবা থাপ্তোক্লবা অদুগুম্বা ৱাহৈশিং অদুবুনি। মসি হায়দুনসু মখল অসিগী ৱাহৈ-ৱাতাশিং ঙাক্তা শীজিন্নদুনা ইবা মখলগী শৈলী অদুদি পাখোঙ নত্ত্রগা লোম্বুপ[2] হায়বদু তারক্কনি। প্রমাণ-পাষ্টেনা থল্লগনা পাখোঙ, অদুগা অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) ৱাহৈশিংনা হেল্লগনা লোম্বুপ ওইবক্কদৌবিবনি। মবমদি পাখোঙগী মনুংদা লৈরিবা মচং ওইবা ৱাফমদি চুম্লবা, ককপা যাদ্রবা ৱাফম্বু ৱাহৈশিংনা হথা থাজদনা পুনশীন্দুনা ফোঙদোকপনি। হাযবিবা অসিদি অচম্বা ৱাহৈশিংনা লেংশিন্দুনা শেম্বদি যাদ্রে, শেমগে হাযববদি প্রমাণ পাষ্টেগী মতেংনা শেম্বা তাই। মখাদা পীবিবা পাখোঙসি সীগুম্বা মওংসিদা শেম্বনি ঃ — 'মৈনা শেঞ্জেং মীঙোন্দা সৌজিল্লিবা নিপা অমা ঐনা উই',[3] অসিগুম্বা মওংগী অতৈ কযা অমসুনি। অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) ৱাহৈশিংনা শাগৎপা লোন্দা পুদা অদুনা লোম্বুপ অমুকসু ওইহল্লী। অদুনা শৈলীগীদমক্তদি হাযবিবা মচাকশিং অসি খবগী মখৈদি চাং অমদা পুনশীন্নবা অসি তঙাযফদবনি। মবমদি অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) ৱাহৈশিং, প্রমাণ পাষ্টেশিং, লৈতেং বাহৈশিং অমদি মথক্তা পর্নাখ্রবা অতৈ অতোপ্পা মখলশিং পুন্নমক অসিনা শৈলীবু অচম্বা, বস যাওদবা মতৌদগী থাক হেন্না বাংখৎহন্দুনা তাবদা নুংঙাইহনগনি, অমবোমদনা চানবা, মশাগী অতাবীদা লৈজববা বাহৈ কযাবু শীজিন্নবনা মবম ওইদুনা শৈলীদুবু মযেক শেংবা হেনগৎহনগনি। মবেক-মহাও যাওদবা মতৌদগী থাপ্পা লৈবা, ময়েকসু তশেং-তশেংবা লোন্দা-পুদা অমা পুথোক্লবগীদমক্তদি বাহৈশিংবু শাংদোকহনবা, তেনশীনহনবা অমদি ওম্বোক্লবা হাযবিবশিং অসিদগী হেন্না মতেং ওইনীংঙাই ওইবা অমমুক লৈত্রে। মবমদি অখন্নবা মতাং-মতাংদা চুম্না ঙাংনা-শরুবিবা লোন্দাদগী মওং খবা ওম্বোকপনা লোল অদু মশক থোকপা হেনগৎহল্লী। অমবোমদনা অমুক খ্বাইগী চৎনবীদু খবগী মখৈ লৌবনা মবম ওইদুনা লোলগী মযেক শেংবা

---

১। মযামগা মান্নদবা বাহৈ-ৱাতা -- Unusual word ('unfamiliar words' *vide* Dorsch), ২। লোম্বুপ – (লোনশেম) Jargon, ৩। পাখোঙ অসিগী নুংগী বাফমদি অর্সিনি — সেঞ্জেংগী কপ মচা অমা মৈদা শাহল্লগা খজিক্তং লেনখাযববা হকচা গী শকক অমদা নপশীনবদগী শাবম্বদু ইঙথবকপগা লোযননা হকচাংগী ঈসু চিংথোবক্কনি।

হেনগৎহনগনি। মবম অসিনা, সাঁওস্বা লোলগী মওাংদা নাঁংখা তম্বা খবা লৌর্বসিবু যাদে হাযদুনা থিংলিবা, অমদি অইববু নোক্কবিবা আলোচকশিংদুনা তৌবিবদু অবানবনি। হাযবিবা মওং অসিদা খোল্লুম্ল শাংদোকহন্নীংবা মতমদা পংশাং হেক শাংদোকহন্বা য়াববদি কবি ওইবা হাযবসিসু অবাযবা থবক ওইগনি হাযনা যুক্লিডিস্ অহলনা[1] মীযামদা খঙহন্খী। শাংদোকহনবগী চৎনবী অসিবু মহাক্কী লোন্দা-পুদাগী নোম্না অসিদা মশামক্না ইজবা শৈবেং অমদা অসুম্না শেমদোক্লুনা শীদোকখী॥

*এপিক্কাবেন আইডোন মাবাথোনডে বাডিজোনতা*

অসুম্নসু অমুক্কা,

***ওযক আন গ এবামেনোস তোন একৈনোয এল্লেবোবোন***[2] মতৌ মসুম্না নাঁংখা তম্ববু চৈখল চাদনা[3] হেক্তা শীজিন্নবা হাযবসির্মক্কি মথোং কযা চাদে হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। কবিনা হাযববু কবিগী লোন্দা পুদা হাযবদুদি ওইনীংবা মখলসু ওইজসন্, ফাথবা হাযবা অর্মদি তঙাযফদনা চঙদবা যাদ্রবনি। প্রমাণ পাঈ্থ, অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) বাহৈশিং, নত্ত্রে হাযবগা অতে অতৈ ***অলঙ্কাব*** ফাওবা ব্যাবহাব যাওদনা শীজিন্নববা অমসুং থওইনা ফাগী তাহনগে হাযবগীদমক শীজিন্নববদি মথক্কী খুৎই অসিগী মওং অসিমক তাদুনা তোক্কনি। শাংদোকহনবা অসিবু মতাং চানা শাজিন্নবনা কযাগী মতীক খেন্নবা পুবকপগে অর্মদি ফজহনবগে হাযবদু মহাকাব্যগী শৈরেংদা চুম্নগী বাহৈ-বাতা অসিনা মস্তৎ শিঞ্জিন্দুনা যেংলগা খঙবা ঙমগনি। অমুকসু কবিওম্বা ঐখোযনা অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) বাহৈ, প্রমাণ পাঈ্থে, নত্ত্রে হাযবগনা মান্নবা সাঁওস্বা মফোঙদোক অমা লৌথোক্লে হাযবগা চৎনবিবা নত্ত্রগা চান-চানবা বাহৈশিংনা অমুক মস্তৎ শিঞ্জিন্দুনা যেংলর্বদি, ঐখোযনা যেংশিল্লিবা রাফর্মসিগী অচুম্বদু মযেক লাবক্কনি। খুদম ওইনা যেংশি, হীস্কনস্ অমদি যুবিপিডিস্ অনামক্না চপ মান্নবা আইএস্কিক্কা শৈবেং

---

১। Lucleides the Elder ২। মতা সিবাযগী বাপী (text) ওসি মসাক শেদ। ওদুনা হন্দাক্রেথশিং না পীবিবা লৌথোকপা (quotation) অনাস অসুম থম্নে। অদুবু অহানবা। অসিনদি এপিকাবিসনা মাবাথোন তম্না চর্থলিঙৈদা ঐনা উঁখ অসুম্না হন্দোকপ যাই। অসোমদাদি এরিস্টোটলনা হাযনা লিবা বাফমদি মথক্কীসি হন্দোক্তুবসু মখবক শংজবনি। হোমবনসু মবক নবস্তা অনৌবা নাইতোম খোম্থেক অমবু থম্ফম্না হেব হেব শা দোকহন্না। খদম ওইনা ওডিসী ১২ ৮২৩ দা *এপিটৌনোস* হাযনা পীবিবদু পনবা যাই। অতৈ কবিশিংনসু মসিগী থৌওংসি তোযনা তৌবমনি হাযর্বসিদা চিনানা চৈই ওইদে। অতেনবা নাইতোম খোম্থোব কযাবু শা দোকহন্নগা শৈবেংগী মওং দা যোববগা পবে চবুন বথা শেমগত্নুনা যুক্লিডিসনা সাঁওস্বা চৎনবী থৌওং অসিব কবেস্কদুনা শাদোকখী। – Dorsch ৩। চৈখল চাদনা — Obtrusively

ইবম্মী। তৌইগুম্সসুং রাহৈ অমখক্তং যুরিপিডিস্‌না ওনখিবনা, অচম্বা রাহৈদু শীজিন্নবগী মহুত্তা খবা তাঙনা থোকপা 'অমা শীজিন্নকববনা, মদুগী শৈরেং অদুবুনা হেন্না ফজহল্লী; অদুগা অমদুবুনা ইচম চম্নগুম নীংহল্লে। ইস্কিলস্‌না মাগী **ফিলোক্টেটিস্** হায়বা লিলাদুদা অসুন্না হায়:

***ফাজেডাইনা এই মোই সারকাস্ এস্থিঐ পোডোস্।*** [১] যুবিপিডিসনা মসিদা যাওবিবা ***এস্থিঐ*** 'চাবা' হাযবা রাহৈসিগী মহুত্তা ***থোইনাটাই*** 'চাক্রেন ফংলিবা' হাযবা রাহৈসিনা মহুৎ শিন্দোক্তুনা শীজিন্নবী। অমুকসু মখাগী পবেং

***ন্যন ডে মে এওন ওলিগোস্ টে কাই ওটিডানোস কাই আঐকেস্*** [২] হাযবসিদা খ্বাইনা শীজিন্নবা রাহৈশিংসি মখাগী অসুন্না মহুৎ শিঞ্জিল্লবদি মদুদগী থোবকপা খেন্নবদু হেক্তা ভাব তাবা ঙমগনি,

***ন্যন ডে মে এওন মিক্রোস্ টে কাই আস্থোনিকোস্ কাই আঐডেস্***

নত্ত্রে হাযবগা মখাগী পবেং

***ডিফ্রোন্ আঐকেলিওন্ কাটাঠৈস্ মিক্রোন্ টে ট্রাপেজান্*** [৩]

অসিগী মহুত্তা ঐখোযনা মখাগী পবেং অসুন্না

***ডিফ্রোন্ মোক্সথেরোন্ কাটাঠৈস্ মিক্রোন্ টে ট্রাপেজান্*** [৪] নত্ত্রগা ***ঐওনেস বুওসিন্, ঐওনেস্ ক্রাজোইসিন্*** [৫] হাযনা পাবা মতমদসু খেন্নবদু অসুম হেক্তা খঙবা ঙমগনি।

অমবোমদা অমুক, আবিফ্রাডিস্‌না ত্রেজডী ইবশিংবু চুম্নগী ওাংনে শরুবদা কনানসু শীজিন্নবগোইদগা রাহৈ-রাত্তা শীজিন্নে হাযদুনা নোক্নদুনা শীদোকখী। মখোয অদুদি খুদম ওইনা হাযরবদা ***আপো ডোমাটোন্*** 'লাপ্না যুমদগী' হাযবগী মহুত্তা ***ডোমাটোন্ আপো*** 'যুমদগী লাপ্না ',[৬] অদুগা ***সেথেন*** 'অদোমগী', ***এগো ডে নিন*** 'ঐনা [লুহোংখি] মাবু' অসিগুম্বা, অদুগা অমুকসু ***পেরি একিল্লিওস*** 'মবমদা অকিলিসকী'[৭] হাযবগী মহুত্তা

---

১। ঐগী খোংদা শদো চাশল্লিবা লাযজৌবসে ইস্কিলস অমসুং যুবিপিডিস্ অনীগী **ফিলোক্টেটিস** লিলাশি দি ফংদ্রে। ২। ওডিসী ৯, ৫১৫ (মসিদা ***আকিকাইস*** হাযনা রাহৈসি আঐকেস হায়না লান্না ইবে)। মথনা হৌজিক্তি পীকখবা, অফবা হাগবদু যাওদ্রবা, কান্নদ্রবা, [মী অমনা ঐবু মিৎ তাঙহল্লে]' হাযর্নি। এরিস্টোটলনা পীবিনা হস্বা থাক্কী পবেং অসিনা খঙহল্লিবনা, 'হৌজিক্তি পীকখ্রবা শোনখ্রবা, পীথ্রবা মী অমনা ।' অসুন্না হনবা যাই। -- Dorsch, ৩। ওডিসী, ২০, ২৫৯। 'মগুং তাদবা ফম্ফম অমগা, বাযোং চাদবা টেবল অমগা মাগীদমগুা থাবিবদুনা।' ৪। 'ঈবেলবুং মপান্না ঙংলী, ৫। 'ঈবেলবুং মপান্না কপচবী' ৬। মণিপুরীদদি 'লাপ্না যুমদগী' হাযববুদি 'যুমদগী লাপ্না' হাযবসিনা হেন্না চানৈ, ৭। 'মবমদা অকিলিসকী' হাযবসি গ্রীক লোলগী চংনবী মতুংইন্ননি। অদুবু মণিপুরীদদি 'অকিলিস্‌কী মবমদা' হায়বনা চম্মী।

*একিল্লিওস পেরি* হায়বা অমসুং অসিগুম্বা অতৈ কয়া অমসুনি। মখোয়শিং অসিনা শৈলীগী তোপ-তোপ্পা মগুণ, মশক থোকপা মতৌ অমা পীরিবসি তশেংনা হায়রবদা সীগুম্বা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসিনা চৎনরিবা ৱাহৈ-ৱাতাগী মনুং চন্দবা অসিমক্কনি। অদুমওইনমক ৱাফম অসিমদি মহাক্কা উশিল্লমদ্রে।

অসিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা মখলগী মফোঙদোকশিং অসি শীজিন্নবদা মফমগা চানবা ৱাহৈ খনবা হায়বসি মরুওইনা তৌদবা য়াদ্রবা থবক অমনি। অসুম্না ৱাহৈ অমদগী হেনবনা পূনশীল্লগা শেম্বা ৱাহৈ, ৱাহৈপূন,[1] অনৌবা (নত্ত্রগা তাঙনা থোকপা) ৱাহৈশিং, অদুগা অসিগুম্বা কয়া অমা শীজিন্নবা মতাংদসু চপ মান্ননা য়েংশিনগদবনি। অদুবু পূন্নমক্তগী হেন্না অমুক্কা মরুওইবিবা ৱাফমদি প্রমাণ-পাম্বৈ শীজিন্নবগী শক্তি অমা লৈজবা হাযর্বসিনি। হায়রিবসি মীঙোন্দগী তন্নগা হৈরক্কদবদি নত্তে। মসিদি প্রতিভাগী খুদম্নি, মবমদি নীংথীজবা, চঙখোনবা প্রমাণ পাম্বৈ পুথোক্তুনা শীজিন্নবা হায়বগী অর্থদি কাচিন কোয়া য়ৌনা মান্নবগী মশকপু পুখোকপা হায়বনি।

ৱাহৈগী মখল কয়ামুক লৈরিবসিগী মনুংদা ৱাপুন্ হাযবসিনা *ডিথিরেম্ব* শৈরেংগী ওইনা চানৈ, অদুগা প্রমাণ-পাম্বৈ মখেনা *আইএম্বিক* শৈবেংগা চানৈ। তৌবগীবুদি *হিরোইক* শৈবেংদদি হায়রিবা মখল পূন্নমকসি শীজিন্নবা ইয়া হেক য়াই। তৌইগুম্বসুং ঙন্নিবমখৈ নুংতিগী ঙাংনে শক্করিবা লোল শীজিন্নরিবা *আইএম্বিক* শৈবেংগী ওইনা খ্বাইদগী হেন্না চানবা ৱাহৈশিংদি ৱারেংদসু শীজিন্নবা ৱাহৈশিং অদুনি। হায়রিবা ৱাহৈশিং অদুদি চৎনরিবা নত্ত্রগা চানবা ৱাহৈশিং, প্রমাণ পাম্বৈগী ওইনা তৌবা ৱাহৈশিং, ৱাহৈ লৈতেংশিং অদুনি।

থবক্কী পরীংদা লাকপা ত্রেজডী অমসুং মতৌ তম্বগী মতাংদদি খবা অসিনা য়াবে।

---

১। ৱাহৈপুন — (লোনশেম) Compound

## ২৩

## এপিক শৈরেং

ৱারী লীবগী মওংদা চৎথবা, ছন্দসু মখল অমখক্তা শীজিন্নদুনা, কবিনা মতৌ তম্বগী মতাংদদি মদুদা য়াওরিবা থৌদোক-খুৎশেম অদু ত্রেজডীদা তৌবগুম্না মখেক শেংনা দ্রামাগী লিচীংরা তুংইন্না শাগৎফম থোকই। থৌদোক-খুৎশেমগীদি অমত্তা ওইবা অমসুং মপুং ফাবা অহৌবা, ময়ায় অমসুং পোলোই লৈবা থবক অনতনা শানা হীবম অমা

লৈগদবনি। অদু ওইববদি মসি কযাৎ অমত্তা চিগুদ্রবা অহিংবা জীব অমগা মান্নবগনি অমসুং মদুদগী ফংবা যাবা মহাও অদু পীবা ঙমগনি। মসিগা কুম্বাবোলগী খূৎইগা কযাৎ শাগৎপদসু খেন্নগনি। মবর্মদি কুম্বাবোলগী খূৎই হায়বদুদি তঙায ফদবনা মবম ওইদুনা থবক অমখক্কী মহুত্তা অকক্নবা মতম অমবু লাম্থোকপনি, লোযননা হাযবিবা অকক্নবা মতম অদুগী মনুংদা মীওই অমদা নত্ত্রগা কযাদা থোকখিবা পূন্নমক্তু, থোকখিবা থৌদোকশিংদু পূন্না শন্নবা-শন্নদবা থিকদনা হেক্তা লাম্থোকপনি। মবর্মদি খুদম অমতং হাযববদা সলামীস্তা শোক্কখিবা ঈশিংগী লাল অমসুং সিসালীদা কর্থাজিনীযনশিংগা থেংনখিবা লাল হাযবিবশিং অসি মতম অমতদা থোকখিবনিদি হাযবগা, মদুগী অপূনবা মহৈ অমখক পূবকখিবগী বাফমদি লৈখিদবা অদুগুম, মদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মথং মনাও অদুবু যেংলুবা মতমদা - মসি থোকখিবদগী মসি লাকখিবনি হাযবা যাবদি মযাওববস, মদুনা মবম ওইদুনা অনাশুদ্রবা মহে অমা পৃথোববৎ হাযনদি যাওদে। মসিগুম্বা খূৎইসি অযাম্বা কবিনা তৌনবম্মী হাযবা যাই। মত্রা অসিদসু ঐখোযনা হান্নসু উথ্রবা অদুম্না, খঙবনা যৌঙমদ্রবা হোম্মবগী হৈথোই শিংথোইবসি মযেক শেংনা উবা ফংই। ট্রোইগী লানফম্মু হাযবিবা লাল অদুগী অহৌবা অমসুং অবোইবা হাযবা অমা লৈজববসু চিশাংশিংনা মহাক্কী শৈবেংগী হাবম ওইহন্নবা থক হোৎনখিদে। মদুমক তৌকবদা বাবী হানম[1] অদু পাক চাউবা যাম্না হেনগৎখিনি, মাৎযেং অমতগী মথাদা ইকোম কোম্না হেক বোর্নাসিনবা যাবোইদৌবি। অমবোমদা অমুক শবিগুম্বা মহাক্কা তেনশীন্নবা হোৎনবম্বা তাববসু মদুগী মনুংদা যাওবিবা থৌদোকশিংদুনা মথল মখা যাম্মনখিবা মবম্না কাহেন্না খঙল্লু লুশিনখিবা হাযবদু থোক্কমগনি। মসিদগী ঐখোযনা ফংনিবা বাফমদি, মহাক্কা বাবী মপূম অদদগা শকক অমখক্তং লৌথোক্কে হাযবগা হাযবদি শাংগা মপূ ওইবা বাবী অদুদগী শকক অমখক্তং লৌখত্তুনা মদুগী মনুং অদুদা অমুক্কা হিজাওশিংগী শী থাবোনা অনদি মতৈ সীওম্বা অতে মতাং কযা অমসু থোগোকশিং ওইনা হাপচিল্লা অসম্না শেবেং অদুবু মশা মবেং পালহল্লা। মতৈ কবিশিংনি নাবং অমা অবকপা মতম অমা নত্ত্রগা তশেংনা হাযনবদা থৌদোক কযানা মথোল মবো। থানা শাগৎলবা থবক অমখক্কী মবমদা হনবম্মী। সাওম্বা কবিশিংগী মবক্তা **সাইপ্রিযা** অমসুং **দ লিটল ইলিযড** ইনম্না মখোয অদুসু পনবা যাই। অসুম তৌদুনা **ইলিযড** নত্ত্রগা **ওডিসীদগী** থ্রেজডী অমমমং শাগৎপা যাবা মতমদা **সাইপ্রিযাদগীদি** কযামুক শাগৎপা যাবি, অদুগা **দ লিটল ইলিযড**গীনা নিপান হেন্না শাগৎপা যাই — মখোযশিং

[1] বাবী হানম Thime

অদুদি সিনোন্ অমসুং ট্রোজন্ রিমিন্ অনীসি পল্লমদ্রবা ফাওবদা, এরার্ড ওব দ আর্মস, ফিলোক্টেটিস্, নিওটোলিমস্, য়ুরিপাইলস্, ওডিসীয়স্ দ বেগর, লাকোনিয়ন্ রিমিন্, সেক ওব ট্রোয অমসুং ডিপার্চর ওব দি ফ্লীট[১] হাযবা অমমম্সিনি।

---

১। Sinon, Trojan Women, Award of the Arms, Philoctetes, Neoptolemus, Eurypylus, Odysseus the Beggar, Laconian Women, Sack of Troy, Departure of the Fleet;

## ২৪

## এপিক শৈরেং মখা চম্থবা

রাফম অমনা ট্রেজডীদা লৈবিবা মখল অদুক এপিক শৈরেংদস্ লৈগদবনি : অচম্বা নত্ত্রগা অকবা, লমচৎ-শাজৎতা চঙশীনবা নত্ত্রগা অরা-নুংশি পোকহনবা ওইগদবনি। মসিগী মনুংদা যাওবিবা শরুকশিং অসিসু ঈশৈ অমসুং মিৎকী কৃম্মে নত্তনা অতৈদি চপ মান্নে। কবিনা হাযববু মসিদসু ফীবম থক খা ওন্নবা, খঙলকপা মতাং অমসুং অরাবা নংবগী মতাং হাযবিবশিংসি অসুম্মক চঙই। মসিগীসু, মথক্তা রাখল অমসুং লোন্দা-পুদা অদুসু *কলাত্মক* ওইগদবনি। হাযবিবা মবম পুন্নমক অসিদা হোমবনা ঐখোযগী খ্বাইদগী অঙনবা অমসুং মতীক চাববা তমজনফম ওইববা কবি হাযবদু ওইবি। তশেংবনি, মাগী শৈরেং খুদীংমক্তা অনীথোক্লা লৈবা মশক অমা যাওবি। ঈলিযড হেক হাযবকপদা ঐখোযনা অচম্বা অমসুং অবা-নুংশি পোকহনবগী মহাও অমা ফংবা ঙম্মী। অদুগা ওডিসী অসিনা অকবা হাযবদু ওই (মবর্মদি মসিদা খঙলকপা মতাংশি, শীন্থুংনা যাওবী), অদুগা অকবা ওইবদা নত্তনা লমচৎ শাজত্তা চঙশীনবা হাযবদুস্ ওইবি। সীদসু নত্তে, রাখল অমস্ং লোন্দা পুদাগী ওইনা হাযবা তাববস্ মখোয অসিনা খ্বাইদগী মকোক থোংনা লৈবিবনি।

এপিক শৈরেংনা ট্রেজডীদগী খেন্নবিবা মতাং অসিদি এপিক অদুবু শাগৎপগী পাক-চাউবা অমসুং মদুদা শীজিন্নবিবা ছন্দ অদুগী মবমদগীনি। পাক-চাউবা অমসুং শাংবা হাযবসিগী মতাংদদি যাফম থোক্লবা ঙমখৈ অমা ঐখোযনা মাঙজৌননা যাংখবে। মসিদা অহৌবা অমসুং পোলোই অনীদু মীৎযেং অমতগী মখাদা পুশিল্লকপা কোম্না যাহনগদবনি। হাযবিবা ফীবম অসিদি থাযনগী এপিকশিং অসিদগীদি পাক চাউবা খবা

হন্থবা অমসুং শাংবগী মতাংদা হায়রগনা অমুক ফম্বদা লোইনমক তাবা ঙম্বা ত্রেজডীশিংগী অশাংবগী চাং অদুদা লৈবা শৈরেংশিংনা পীবা ঙমগনি।

মসি হায়রবসু য়াদবা ৱাফম অমনা এপিক শৈরেংগীদি অচৌবা, অখন্নবা, মশাগী ঙমখৈ[১] অদুবু হেন্না পাকথোক-চাউথোকহনবা ঙম্বগী শক্তি অমা লৈজে; অদুগা মসিগী মরমদুসু ঐখোয়না হৌজিক উবা ফংলগনি। ত্রেজডীদদি মতম অমত্তদা পুল্লপ ওইনা থবক্কী তোঙান-তোঙানবা পরীংশিংদু ঐখোয়না মতৌ তম্বা ঙমদে। ফম্বাক্তা চত্থরিবা থবক, মদুদা লিলাগী কলাকারশিংদুনা শরুক য়ারিবা অদুগী *পরিকোরদা* অদুম হেন্দোক্তনা লৈবা তাই। তৌইগুম্বসুং এপিক শৈরেংদদি, মশানা ৱারী লীবগী মওংদা চত্থবনিনা, মতম কান্নদনা থোকপা থৌদোক ময়াম অমা হেক্তা লাম্থোকপা য়াই; অদুগা হায়রিবশিং অসিনা হীরম অদুমক্কা মরী লৈনবা শোয়দ্রবদি, শৈরেংগী পাক-চাউবা অমসুং চিঙ-লেম্বা হেনগৎহল্লী। মতাং অসিদদি এপিক্কা হেন্না খুদোংচাবা অমা লৈ অমসুং মসিমক্তা হেন্না মশক থোকপা মপূং ফাবা শক্তম অমা পীবদা, তারিবা মীগী পুক্কীংবু ঙাইহাক চিংশিনবদা অমদি ৱারী অদুদা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক কয়া হাপচীন্দুনা নুংঙাইবা হেনগৎহনবদা য়াম্না মতেং ওই। করিনা হায়বদা থৌদোক অমতবু হঞ্জিন হঞ্জিন উৎপা হায়বসিনা য়েংনীংঙক্তবা, তম্থবা অমা পোকহল্লকই; লোয়ননা ত্রেজডীবু ফম্বাক্তা উৎথোকপা মতমদা মায় পাকহন্দে।

ছন্দগী মতাংদদি *হিরোইক* খোঙফমদা চৎপসিগী চানবদি ফংলকপা লৌশিংনা[২] প্রমাণ তৌরবনি। ৱারী লীবা শৈরেং অমবু মসি নত্তবা ছন্দ অমদা নত্ত্রগা অতৈ ছন্দ কয়া থোক্কা ইরুনবদি মদুমক য়াম্না চানদবা হায়বদু থোকহনগনি। মরমদি ছন্দ পুন্নমক্কী মনুংদা *হিরোইক* অসিনা খ্বাইদগী চিঙ-লেম্বা অমদি লুম্বা হেল্লিবনি। অদুনা মসিনসু মরম ওইদুনা তাঙনা শীজিন্নবা ৱাহৈশিং অমসুং প্রমাণ-পাম্বৈশিংবু চিংনদনা কোম্সিনবা ঙম্মী। মসিমকসু ৱারী লীবগী মওংদা মতৌ তম্বগী মওং অসিনা অতৈদগী তোঙান্না চোংথোক্তুনা লৈবা ৱাফম অমনি। অমরোমদা অমুক *আইএম্বিক* অমসুং *ত্রোকাইক টেত্রামিটর* অসি খোঙফমগী ওইনা য়েংলুরবদি থম্মোয়বু মথুম্মরাং হৌহনবা ঙম্মী হায়বদা চিংননীংঙাই ওইদে। তৌবদবু অকোনবগী অসিনা জগোই শাবগা হেন্না চানজৈ, অদুগা অহানবগীসিনা থবকপু ফোঙদোকপগা হেন্না চানৈ। অমুক্কা হেন্না নাতৈ চাদবা থবক ওইরিবদি কিরিমোন হায়বা কবি অদুনা তৌরম্বা অদুম্না তোঙান-তোঙানবা ছন্দশিংবু য়ানসিন্নদুনা শীজিন্নবা অসিনি।

---

১। মশাগী ঙমখৈ — Dimension: ২। ফংলকপা লৌশিং — (লোনশেম) Experience.

মবম অসিদগী কনানসু *হিরোইক* ছন্দদা নত্তনা য়াম্না পাক-চাউবা থাক্তা শৈবেং ইনদে। ঐখোযনা হায়খিবা অদুগুম্নদুনা মহৌশা মশামক্তা চানবা ছন্দ শীজিন্নবসি তম্বিবিবনি।

হোমর্বদি হীবম খুদীংদা শীংথানীংঙাই ওইবগীসু মথক্তা অমুক্তা মহাক মশানা লৌগদবা শকক অদুবু মশক খঙনা হবাওনা লৌজবা ঙম্বা অমত্তা ঙাযববা কবি অমা হায়বদু ওইবগী অখন্নবা মগুণসু চেল্লী। কবিনা মশামক্কী মাযকৈদগী ওইনা যাব্লিমখৈ যাম্না ঙাংলোযদবনি, মবমদি মশাগী মাযকৈদগী ঙাংবগী থবক তৌবা খক্তনা মহাকপু মতৌ তম্বা অমা হেক্তা ওইহনবা নত্তে। অতৈ কবি কযা অর্মদি মখোযনা যেক্লিবা খুৎযেক, দৃশ্যশিং অদুদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা মশানা থন্না যাওদুনা লৈবা অদুগা মতৌ তম্বগী থবক্তুনা নীংথী-পুংঙাইনা তৌদবা, তৌববসু তাঙনা থোকপা যাওই। হোমবগী ওইনদি, রাগৌদোক ওইনা হাযফম থোকপা রাহে খবা হাযদোকখ্রগা থীম্বদনা নিপা অমা, নুপী অমা নত্ত্রগা অতৈ মীশকর্শিং হেক্তা পুশিল্লকই। হাযবিবা মীশকশিং অদ শক্তাকপা যাবা মগুণশিং চেন্দবা অমতা যাওদে মশা মশাগী মশক অমমম যাওজবকই।

ত্রেজডীদা অঙকপা পোকহনবগী মচাক যাওগদবনি। অঙকপা পোকহন্নবগী মকুওইবা মচাক্কী হৌফম ওইবিবা 'চানবা মবম্না যুম্ফম ওইদবা থবক' হাযর্বসি এপিক শৈবেংদদি মফম চাউনা লৈজে -- মবমদি থবক্তুবু তৌবিবা মীদু ঐখোযনা উবা ফংদে। মতৌ অসুম্না হেক্টববু তান্নবগী দৃশ্যদু ফম্বাক্তা উৎলুবা মতমদদি ফাগী তাগদৌবি। মবমদি গ্রীক কাংবু মখৈদি তুমিন-তুমিন লেপ্তুনা লৈনগদৌবি, তান্নবদু কবিমক্তা য়াওবোইদৌবি। অসোমদা অর্কিলিস্নসু মখোযবু তান্নবদু য়াওবক্তনবা মখুৎনা লাক্কনু হাযনা ইঙ্গিৎ অমসু তৌবমগদৌবির্গনি। অদুবু এপিক শৈবেং অসিদদি অসিগুম্বা মমৈ মকোক শম্নদবা থৌওং অসিবু থোইনা শক্তনফদে। অমুকসু যেংশি অঙকপা পোকহন্নবা হাযবসিদা নুংঙাইবা অমা যাওবী ঃ হাযবিবসি বাবী লীবা মীনা হ্যাবিবা কা বৃনা পাম্বা হাযবসি খঙবদগী বাবী লীবা মতমদা মশানা শেমগৎচবা বাফম খবসু হাপচাল্লী হাযবা চুমদুনা লৈজববা বাফম অসিদগী খঙবা ঙমগনি। অতৈ কবিশিংদা হেশিনো শেমজীন্দুনা ঙাংবগী মহৈ মকুওইনা তম্বিবল্লিবসি অতৈ কনা নত্তে, হোমবননি। মসিগী অবোনর্বদি লান্না লৌবা থাজনবী অমগী মনুংদা লৈ। মবমদি পোৎ অম্না লৈবদগী নত্ত্রগা ওইবকপদগী, অনীশুবা পোৎ অমা লৈবকপনি নত্ত্রগা ওইবকপনি হাযনা লৌবা মতমদা, অনীশুবা অদু লৈবর্বনিনা অহানবগীদুসু মতৌ অদুগুম্না লৈ নত্ত্রগা ওইবকই হাযনা মীওইবনা কল্পনা তৌনৈ। তৌইগুম্বসুং মসিদি লান্না লৌবনি। কবিগী হায়ববু, অহানবগী পোৎ অদুনা

চুমদবা ওইববদি, অনীশুবা পোৎ অদুনা অচুম্বা ওইববসু, অহানবগীদু লৈ নত্ত্রগা ওইবক্রে হাযবা ব্বাফমসি তোপশীনবগী কবিসু কান্নবা লৈতে। মবমদি মতাংসিদা অনীশুবা অদুমদি চুম্মি হাযবসি খঙবা মবম্না, অহানবগীদু চুম্মি হায়না হেক্তা লান্না লৌশীল্লী। মসিগী খুদম অমা ওডিসী অসিমক্তদা পীবিবা ইকজবগী দৃশ্য অদুদা য়াওবী।[১]

মসিগী মতুংইন্না, কবিনা থোক্রবা যাবা ওইথোক্লীংঙাই ওইদবশিংগী মহুত্তা থোক্রবা যাদবা ওইথোক্লীংঙাই ওইবশিংবু[২] হেন্না পাম্ফম থোকই। ত্রেজডীগী থৌদোক-খুৎশেম অসি ওইবা যাবদা যুম্ফম ওইদবা মচাকশিংনা খক শাগৎলোযদবনি। অসিগুম্বা ওইবা যাবদা যুম্ফম ওইদবা খুদীংমক যাববদি লৌথোক্কদবনি। নত্ত্রগা কবিগুম্বা হাপ্তবা যাদদুনা হাপ্লবসু (**ইডিপস্** তা নাযক্না মতৌ কবম্না লাইযস্না শিখিবনো হাযবদু খঙদবগী মতাংদা তৌবা অদুগুম্লদুনা) লিলা অদুগী থবক্কী ব্বাংমদা থমগদবনি। খুদম ওইনা হাযববদা **ইলেক্ট্রা** লিলাদা পিথিযন *গেমস* কী ব্বাবম, পাউপুবা মী অদুনা তম্বা অদুমগুম্লদুনা, মদুবু দ্রামাগী মনুংদা থম্লোইদবনি। নত্রে হাযবগা অমুক, **মাইসিযন্স** লিলাদা তৌবগুম্লদুনা টেগিয়াদগী মাইসিযা ফাওবা লাক্রবা নিপা অদুনা মতম অদু ফাওবদা ব্বা ঙাংথোকপা ঙমদবা মতৌ অদুগুম্না তৌহল্লোইদবনি। অসুম্না তৌদ্রবদি থৌদোক-খুৎশেম অদু লৌখৎপা যাববোই হাযবা মবৈ অসি তাবা যাদবা ব্বানী। অহানবমক্তদা সীগুম্বা থৌদোক-খুৎশেম অসি খক শাগৎলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং ওইবা যাবদা যুম্ফম ওইদবা ব্বাফম অমা অমুক্তংবু পুশিল্লক্তুনা, মদুবু মালহন্নবগী লম্বী অমা যাৎপা হৌখিবা তাববদি, নাতৈ-চানদবা, মকোক মমৈ শন্নদবা কয়া লৈদুনসু ঐখোযনা মদুবু যাবা তাবে। **ওডিসী** মক্তদা যাওবিবা ওইবা যাদবা থৌদোকশিংদু যেংবা যাবিবনি — মদুদি কবিনো হাযবদা মহাক্না লাকমিন্নগে হাযবদি লৈত্রদুনা ওডিসীযসপু মযুম ইঠাকাগী ঈবেলবুং মপান্দা লংশেকপিবল্লিবা অদুনি। অসিগুম্বশিং অসি কযাগী মতীক নুংঙাইতনীংঙাই মচাক ওইবমগদগে হাযবদু অনেম্বা থাক্কী কনাগুম্বা কবিনা হীবম অসি পায়খৎলম্বা

---

১। **ওডিসী** ১৯ ১৬৮ ১৬০। ওডিসীযস্না পিনলোপিদা মহাক অসি ওডিসিযস্না ট্রোয থৌনবা চৎপা খোঙচত্তা নোংলৈনা হুমদোক্লনা লম্বী মাঙনবদা মতম খবা থম্বিখিবা ঐথোন কৌবা ক্রিট লৈবাক্কী মী অমনি হাযজীল্লী। ঐথোন শাবিবা ওডিসীযস্না মশানা শের্থখবা ফিবোল, মশাগী শক্তম অমসুং মাগী খোঙলোয় যুবিবাটিস্কী মবমদা শীৎ নাম্না হায়দুনা পিনিলোপিনা থাজবে। মাসদা লান্না থাজবিবা ব্বাফম্না কবিনো হাযবদা মমাঙগী ব্বাফম অদুবু তুংগী ব্বাফম্না মবম ওইদুনা অচুম্বনি হাযনা লৌকম্বা অদুনি।
২। থোক্রবা যাবা ওইথোক্লীংঙাই ওইদবশিংগী মহুত্তা থোক্রবা যাদবা ওইথোক্লীংঙাই ওইদবশিং — Probable impossibilities to improbables

তারবা মতম অদুতদা ময়েক হেন্না শেংলমগদবনি। ওইবিবা ৱাফমদি, মমৈ-মকোক শন্নদবা অদুবুসু কবিনা পীবিবিবা কবিগী শুমহৎযাই অদুনা ফিজঙ মরুমদা থম্বিবি।[1]

লোন্দা-পুদা হায়বসিদি মীশক নত্ত্রগা ৱাখল হায়বসিগী মবমদা কবিমত্তা ফোঙদোবক্রুবা, থবক্লা অসুম চত্থবম্বদগী লেপথোকখিবা মতাংশিং অদুদা মবীক চুন্না শীজিন্নগদবনি। মবমদি ওন্ন-তৈনবা ৱাফম অমা ওইনা হায়লবদা, মীশক অমসুং ৱাখল হাযবসি কাহেন্না চঙ্খোলহল্লবা লোন্দা পুদানা মায়হীং কাহনবা নত্তনা অতৈ কবিসু তৌদে।

১। ওডিসী ১৩, ১১৬, থংনবশিং। আলোচকশিংগী মোত্তা ফিযসিযর্নশিংনা মখোযগী জহাত্রদু ইথাকগী ফোর্কিস হিথাংফম য়ৌবদুনা ওডিসীযস্পু লৈহ্ত্রোযদা থাংথবিবা মতমদু ফাওবদা মিৎকপ থোক্লম্লাই হাযবসি ওইবা যাদনা, মবম চাদবা ৱাফম ওইনা লৌনৈ।

## ২৫

## আলোচনাগী মীৎয়েংদগী ফোঙদোকপা য়ানিংদবশিং অমসুং পাউখুম

আলোচনাগী সমস্যাশিং অমদি মদুগী *সমাধান* কমদৌনা পুবক্কদগে হায়বদুগী মবমদা লৈবিবা বাফমশিং অদু অসুন্না পুথোক্তুনা নৈনবা যাহ।

কবিদি মতৌ তম্বা মীশক ওইবনিনা, লাইযেকপা নত্ত্রগা অতৈ কলাকাবশিংগুম্না মখাদা পীবিবা অহূমসিগী মনুংদগী তঙাযফদনা অমগী মতৌ তমগদবনি -- পোংশক অমনা হান্না ওইবম্বা নত্ত্রগা হৌজিক ওইবিবা মতৌ, পোংশক অমগী মবমদা হাযনবা নত্ত্রগা থন্নবা বাফম, নত্ত্রগা পোংশক অমনা ওইফম থোকপা মওং। ফোঙদোক্লবগী শাদোংদি লোলনি — মদু চৎনবিবা বাহৈশিং ওইবা যাই নত্ত্রগা অতাঙবা বাহে অমদি প্রমাণ-পাষ্টে ওইববসু যাই। কবিশিংনা শীজিন্নবদা ঐখোযনা অথিংবা পীদবা লোলবু শেমদোক-শাদোকপগী থবক পাযথৎপা কযাসু লে। মসিগী মথক্তা বাফম হাসিমণা অমুক্কা হাপচীন্দুনা যেংশি, মদুদি অচুম্বা হাযবসিবু পুথোকপা মতমদা শৈরেং অমসুং লৈঙাক্লোন[1] অনী অসি অচুম্বগী চপ মান্নবা থাক্লা ওন্বা যাদে হাযবিবসি শৈরেং অমসুং অতৈ কলাশিংগগী মবক্তসু যানদবা অদুওম্বনি। শৈবেংগী কলা অসিগা মশামক্তদা অশোযবা মখল অনী যাওবী — অমনা শৈবেংগী মচিদা[2] শোকপা মওংশিং, অদুগা অমনা থোকখিবশিং। কবিগুম্বদা কাবনা মতৌ তন্নবা খল্লীবা পোংশক অদু হেতনা, নতিক

১। লৈঙাক্লোন — Politics, ২। মাচ — Essence

চাদবদগী [মতৌ তস্বা মতমদনা লাল্লবা], অদু গুস্বা মতাং অদুর্দদি অশোযবদু শৈবেংদুগী মচিদা যাওববনি, পোকপদগী যাওবক্রুবনি। তৌই গুস্বসুং মহাক্কী মায়থীবগী মবমদু খনবা মতমদা লাম্না খল্লুবদগী থোবকপা মখল অমা ওইববা — হাযবদি কবিগুস্বা মহাক্কা শগোলগী মবমদা থাবদা শগোলনা খুমাও অনীমক চোংখত্তুনা কাওই হায়কববা, নত্ত্রগা অতোপ্পা খুদম অমগা অমুক হাযববদা হীদাক-লাংথক শীংথাবকপদা মচল-মযান্দা অশোযবা যাওববা, নত্ত্রগসু অতৈ হীবম অমদা সীগুস্বসি যাওবা থোক্লবদি, অশোযবদু শৈবেংদুগী মচিদা শোযবনি হাযনা লৌরোই। অসিগুস্বা মীৎযেংশিং সোমদগীনি ঐখোযনা আলোচর্কশিংনা পৃথৎলক্লিবা যানিংদবশিং অদুবু মুন্না নৈনবগা পাউখুম পীগদৌবিবসি।

অহানবা ওইনা কবি মশামক্কী কলাগা মবী লৈনবা রাফমশিংদুগী মতাংদা খন্নবসি। কবিগুস্বা মহাক্কা ওইথোকপা যাববোইদবা পোৎশক অদুবু শীংথাববদি, অবানবা তৌবগী মবাল লৈবনি। অদুবু কবিগুস্বা কলাদুগী পান্দম্ফম অদু মদুদগী ফংবা ঙম্লবদি (পান্দমফম হাযর্বদি হান্ননা পনখ্রবদুনি) — হাযবদি মদু তৌবদগী কবিগুস্বা শৈবেং অদুগী অখন্নবা শরুক অমগী নত্ত্রগা অতৈ শরুকশিংগী মগুণ অদু হেন্না পুক্লীং চিংশিন্নীংঙাই ওইহনবা ঙম্লবা অদু ওইববদি অবানবা অদুবুসু মবম পীদুনা চুমহনবা যাই। মসিগা চানবা মতাং অমা হাযবা তাববদি হেক্টরবু তান্নবগী থৌদোক অদুনি। অদুগা কবিগুস্বা শৈবেংগী কলাগী অখন্নবা নিযমশিং অদুবু কাযহন্দনা পান্দম অদু মান্নবা মওংদা, নত্ত্রগা হেন্না ফবা মওংদা ফংবা যাবা লম্বী লৈবস্বা থোক্লবদি, অবানবা অদু মবম পীদুনা চুমহনবা যাদ্রে। মবমদি শৈবেং হাযর্বসি যাবিবমখৈ অবানবা শুকযাও যাওহল্লোইদবনি।

মথংগী বাহংনা — অশোযবা অদুনা শৈবেংগী কলাগী মচি ওইবা রাফমশিং অদু শোকপনা লুববা নত্ত্রগা শোযথিবা অদুনা লুবা হেনববা? রাফমসিগা মবী লৈননা হাযববদা শক্তা ময়োমদি মচি। হৌদে হাযবা খওদবদগীদি শক্তা অদবু মান্না যেক্লবা হাযবসিনা তেন্না অমম্বা রাফম অর্মনি।

মখা তানা অমুক শাংথাবিবা অদু অশেংবা পোৎশক অদুগা চানদে হাযনা যানিংদবা ফোগন্দাক্লকপা থোক্লবদি, কবিনা মতৌ অসুম্না পাউখুম পীবকপসু যাই — 'অদু ওইববসু ঐদি মখোযনা ওইফম থোকপদু শীংথাজবনি' — সোফোক্লিসনা মহাক্তি মীওইববু যেকপদা মখোযনা ওইফম থোকপা মওং অদুদা যেকচবনি হাযখিবা অদুগুম্লদুনা। যুরিপিডিস্নদি মখোযনা ওইবিবা মওং অদুমক যেকখী। মওং অসিদা যানিংদবগী পাউখুমদু মখোযনা পীবা য়াই। অমবোমদা অমুক কবিগুস্বা খুংলাঙ্খোক অদুনা মখল অনীমকসিগী

মনুংদা অমফাও নত্ত্রবদি, কবিনা পাউখুম পীবা য়াই — 'মীনা অসুম তৌই হায়নবদুনি উৎলিবসি।' হায়রিবসি লাইশিংগী মরমদা ৱারী লীবদা হায়বা য়াই। মসিমসু ওইবা য়াই, লীরিবা ৱারীদু ময়াম্না খঙনরিবশিং অদুদগী থোইনা হেনগৎনা হাপচিনবসু নত্তে, নত্ত্রগা মদুমক ফাওবা য়ৌদবা য়ারিবনি। অমরোমদা জেনোফনিস্না মখোয়গী মবমদা হায়খিবা অদু ওইরম্বসু য়ারিবনি।[১] অদুবু মসিমসু 'ময়াম্না হায়নবা ৱাফম' হায়বদুনি। অমরোমদা অমুক, শীংথারিবা অদুনা অচুম্বা অদুদগী থোইদোক্না ফগত্তবা, অচুম্বা অদুবু ইচম-চম্না পুথোকপা মওংগী ওইবসু য়াই। মদু ওইরবা ফাওবদা অচুম্বদি ওইরি। মতাংসি খুৎলায়গী মরমদা হায়বা মতেক অসিদা য়েংশি ঃ 'চুমদ্রীং তানীংনা য়ুংদুনা থম্লি তা ময়াম।' অদুনদি মসিনা মমাঙঙৈগী চৎনবীদু ওইবা তারে; হৌজিক্না ইলিরিয়নশিংগী[২] মরক্তা চৎনবিবা অসিগুম্বনি।

মসিগী মথংদা, কনাগুম্বা অমনা হায়খিবা নত্ত্রগা পাঙথোকখিবদু লমচৎ-শাজৎকী মায়কৈদগী ফত্রা ফত্তরা হায়বসি লেপথোকপা মতমদা, হায়খিবা নত্ত্রগা তৌখিবা থবক অদুখক্কী অফ-ফত্তা অদুখক য়েংলগা তোকপা য়াদে — মদুগীসু মথক্তা কনানা কনাদা হায়খিবনো নত্ত্রগা তৌখিবনো হায়বা মীওইশিং অদু খঙদোকপদা নত্তনা, মদুগী মতাং, পাম্বৈ অমদি মরম, লোয়ননা খুদম ওইনা অমুক হায়রবদা মদু হেন্না অফবা অমা পুরক্রবরা, নত্ত্রগা হেন্না ফত্তবা অমদগী থৈদোকহৌনবা হায়খি তৌখিবরা হায়বসিসু য়েংশিনগদবনি।

অতৈ অৱবা কয়া অমসু লোল শীজিন্নবগী মতাংদা খরা মুন্না খন্থহৌবগা লোয়ননা কোকহনবা য়াই। *ওইরেয়স্ মেন প্রোটোন* হায়বসিদা অতাঙবা ৱাহৈ অমখক য়াওরিবসি খুদম অমনি। মফম অসিদা *ওইরেয়স্* হায়বা ৱাহৈ অমা হোমরনা শীজিন্নরম্লিবসি 'খচ্চর' হায়বগী মহুত্তা 'সন্ত্রি' হায়না হাযনীংবা ওইরম্বা য়ারিবনি। ডোলোন্গী মবমদা অমুক ঃ *ওস্ রঃ হ টৌই ঐডোস মেন হিএন ককোস্* 'থৌজানবিদ্রবা মহাকসে শাওং-শাদাদা'— হায়বসিদা খঙহল্লিবসি মহাক্কী শাওং অদু ফীবম চাদে হায়বদু নত্তে, মশক থীবা অদুবু তাকপনি। মরমদি ক্রিটকী মীশিংনা *য়ুঐডেস্* 'শাওং নীংথীবা' হায়বসি *য়ুপ্রোসোপোন্*

---

১। জেনোফনিস্ (৫৭০-৪৮০ খৃঃ মাঃ) না হান্না লৈবম্বা গ্রীক লাইনীংগী তোঙান-তোঙানবা শক্রোনশিং অমসুং লাইবু মীওইবগী শক্তম লৌহনবসি কন্না য়ানিংখিদে। ৱাংউবোয অসিনা লাইদি হোংবা নাইদে. অমত্তা ওইবা ফীবমদা লৈ হাযখী। ২। Illyrians — গ্রীক্কী খবা চাওখত্তবনি হাযনা লৌবাবম্বা মী কাংলুপ অমা, এথেন্সকী অৱাংদা লৈবা য়ুম্নোম্নবা লৈবাক।

'মায়থোং নীংথীজবা' হায়বগী অর্থদা শীজিন্নে। অমুকসু *জোরোটেরোন্ ডে কেরায়ই* 'খাংলৈ ময়াই কলহনবা' হায়বসি য়ুদা লুপচববশিংগী য়েংদুনা য়ুগী ময়াই কন্নবা 'য়ান্দবা' হায়বদু নত্তবদা 'খূৎলৈ থুনা হৈবা' হায়বগী অর্থদা শীজিন্নবা ওইবসু য়ারিবনি।

মফোঙদোক কয়া অমসু প্রমাণ পাম্বে ওইনা তৌই। খুদম ওইনা হোমবগী ৱাহৈ, *হাম্নোই মেন ড়া থেওই টে কাই হানেরেস, য়ুডোন্ <হাপান্টেস্> পান্নুক্সিওই*[১] হায়বসিগী মনুংদা অমবোমদা অমুকসু মহাক্না *হ টৌই হোট হেস পেডিওন্ টৌ ট্রোইকোন্ হপ্রেসৈএন, ঔলোন সুরিগ্গোন্ টে ওমাডোন্* হাযখী হায়বসিসু নীংশিংলে হায়রগা *হাপান্টেস্* 'পূম্নমক' হাযবা বাহৈ অসি প্রমাণ-পাম্বে ওইনা *পোল্লোই* 'ময়াম' হায়বসিগী মহুৎশিন্দুনা শীজিন্নরিবসি যেংশিনবা যাই; মবমদি *পান্* 'পূম্নমক' হাযবসি *পোলু* 'ময়াম' হায়বসিগী শাগেনি। অসুম হাযনা *ওইএ ড হপ্লোরোস* 'নাইতোম মহাক্তি শরুক অমত্তা য়াখিদে' হাযবসিদা *ওইএ* (নাইতোম, মদোম) হাযবসি প্রমাণ-পাম্বে ওইনা শীজিন্নবনি; মবমদি খ্বাইনা মুন্না খঙনরবা মহাক অদুবুদি অমত্তা ঙাযববা 'নাইতোম' হাযনসু কৌনবা য়াই।

অমবোমদা অমুক সমস্যা অদু খোম্বোক্কী অনেম-অরাঙ[২] অমসুং স্বব হোন্দোকপগী চাংনা[৩] কোকহনবসু যাই। মতৌ অসুম্না পাসোস্কী হিপ্পিযসনা উপায অসি শীজিন্নদুনা মখাগী পবেংশিং অসিদা য়াওবা সমস্যাশিংদু লোইশিনখি *ডীডোমেন (ডিডোমেন) ডী ওই* 'অসুম্না ঐখোযনা পীববনি মঙোন্দা',[৪] অমসুং *টৌ মেন ওউ কটাপুথেটাই*

১। 'হোজিক লাইস্ মাসু পূম্নমক তুমথুন তাম্লি অহৌ-সিদা।' মসিদা এরিস্টোটলনা লৌথোক্নুনা শীজিন্নবিনা পরেংসি হৌজিক পায়নবিবা ইলিযড অসিদা যাওবগা খজিক খবাক ওৱ্রে। মসিগীস্ মথক্তা এরিস্টোটলনা পরেং অসি ইলিযড ১০ গী মসিগী যাম্না মাম্নবা অহৌবগী পরেং অদুনি হাযনা খনবগুম্বা অমসু তৌবে, মসিমদি মহাক্না পীবিবা মখাগী পরেংসিদ হাযবিবা 'তশেংবনি যেংলুবা খুদীংদা ট্রোট মাযকৈদা, [অগামেম্ননা] ঙকখী খাঙ্গেলা হানবদা পেনে শিঙ্গা খোংবগী' অসি ইলিযড কী ১০ শুবা খণ্ডদগীনি। এরিস্টোটলনা হাযনা লিপদি অথমসিদ, পূম্নমক পু ময়ামগী ওইনা শীজিন্নবি হায়লসিনি। মবমদি ট্রোজানশিংনা হংকে মখেলগী দুগী মহৌ দুদা অচিকপা থুগাইববদি 'পূম্নমক' কনম্না তুম্না ঙমগনি - অদুনা তুম্লিবদু ময়াম অমনি, পূম্নমক নত্তে হাযবা ভাব অসিনি। — (Dorsch তা য়ুম্ফম ওইবা)। ২। খোম্বোক্কী অনেম অরাঙ — Accent'. ৩। হোন্দোকপগী চাংনা — Breathing; ৪। ইলিযড, ২, ১৫। হৌজিক্কী ৱাপাগা খৈন্নে। জিযস্না মঙগী লাইদা অগামেম্ননবু মোইথেম তৌদুনা খুদোংথীবদা তাহন্নবা পুথোক্লগা হাযখী। ডীডোমেন্ অসিবু ডিডোমেন হায়না পাদুনা হিপ্পিযসনা ৱাহৈ অসিবু ইম্পরেটিব ওইনা শীজিন্নবা ইনফিনিটিব অমা ওম্থোক্লে। 'পীবা' হাযবসি 'পীযু' হাযবদুগী নত্তবা মঙগী লাই অদুমক্না পীবা তাহন্দুনা জিযস্কী অচুম্বা চংপগী মিংচৎপুসু কল্লে। মসি খোম্বোক্তা খোল্লুম খোনয়াংনা অর্থ খেন্নহনবা মতাং অমনি।

*হোম্রো* 'মদুগী শরুক খরনা নোংদা পৎলী।'[1]

অমুকসু সমস্যা অসি ৱাহৈ পূনশীনবগী মতাংদা ওইবা য়াই, ইম্পিডোক্লিস্‌কী অসিগুম্নদুনা, *ওইস্না ডি থনেট এক্সুওন্টো, টা প্রিন্ মাথোন্ হঠানটা যোরা টে প্রিন্ কেক্রেটো,*[2] 'খঙহৌদনা ওইরকই শিনাইবা হান্নদি শিনাইদববু খঙলম্লবশিং, অমসুং ওইবকই অশেংবা হান্নদি য়ানসিন্নববশিং'। মসিদসু লেপফম তাকপগী[3] মতেংনা অরুব্বদু কোকহনবা য়াই।

নত্ত্রগা মসি অর্থ ময়েক শেংদনদগী থোবকপা ওইবসু যাই। খুদম ওইনা, *পারোক্সেকেন ডে প্লেও নুজ* 'অহীংসে হেন্না থেঙলক্লে [শকক অহুম থোকপগী অনী অদুবু অহুমগুবা শর্কক্তি লৈহৌবি'] হায়বসিদা *প্লেও* 'হেন্না' হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থ ময়েক শেংদে।

নত্ত্রগা মযাম্না ঙাংনে-শক্নবিবা লোলগী মশীজিন্না অদুনা মবম ওইদুনা সমস্যা থোকহল্লকপা ওইবসু য়াই — খুদম ওইনা হায়ববদা ঈশিং য়ানশিল্লবা যুবুসু *ওইনোস্* 'যু' হায়না অদুমক কৌনবি। অদুগা গেনিমিডপ্ জিয়সকাদমক যুসু হৈহল্লী — লাইদি যু থকপা নত্তে।[4] অসুম তৌদুনা 'অহনবা টিনগী খুবোম যাই' হায়বসিসু হায়নবী,[5] অদুগা যোৎশুবশিংবু *কালকিয়স্* হায়বদি সেঞ্জেংশুবা হায়বা মিংসিদা অসুম খঙনবী। অদুবু অসিগুম্বশিং অসি প্রমাণ-পাইহ্ ওইনা লৌরগা লৈবিবা সমস্যা অদু কোকহনবা যাই।

অমুক্কা যেংগদবা অমনা, ৱাহৈ অমগী অর্থদা অবেপ্না লৈতবা মওং শেংনরবদি, মদুবু

---

১। ইলিয়ড, ২৩ ৩২৮। হায়বিবসি মউ যানখ্রবা মশাক ঙাক্তা ঙায়হৌববা উপাল অমগী মতাংদনি। হোমবনা হায়বিননা মদু নোংদা পথদে অসিনি। মসিদি অঙকপা ৱাফম হায়বদদা তাবে। অদুবু হোমবগী ওড 'ওইদে' হায়বসিবু ওউ 'মদুগী শরুক হায়না এরিষ্টোটলনা লৌথোক্লিবা অসিগুম পাববদি নুংঙাইতবসি লেত্রে। ২। ৱাহৈ মথক মখা ওন্নবা মানবা বাহৈ পবেং অসিনা ৱাহৈগী মথং মনাওগী মতাংদা লৈগদবা মওংদুগী বাফম অদু তাকপগুম তৌবি। মসিদা যাওবিবা 'হান্নদি' হায়বসি অশেংবা' হায়বসিগা পূনগদববা (পূন্‌ফমসু থোকই অদুওইবনি মণিপুরীদদি 'ওইবম্বা হায়বা অম' শীজিন্নদ্রবদি যাদে। নত্ত্রগা 'য়ানসিন্নববশিং' হায়বসিগা পূন্‌গদববা হায়বা নাইং অমা থোকহল্লকই। বাহৈ পবে অসি ইম্পিডোক্লিস্ হায়বা ৱাংউবোয় অদুগীনি। ৩। লেপফম তাকপা -- Punctuation Butcher গী মতুংইন্না পবেং চবুন (passage) অসিগী অহৌবদা 'অকুবা অতৈস্ লেপফম তাকপগী মতেংনা লোইশিনবা যাই' হায়বনি। অদুনা 'of a sudden things became mortal that before had learnt to be immortal and things unmixed before mixed' হায়না লাক্কদৌবিবনি। হেন্না ময়েক শেংহন্নবা হন্দোকপা মতমদা Dorsch অমসুং Butcher অনীমক্কুগী লৌখত্নুনা শীজিন্নবী। ৪। লাইদি যু থকই হায়নদে — অমৃত থকইদি হায়নৈ। অদুবু পন্দুপ ২১ দা হায়খিবা মতুংইন্না থক্নবা পোৎশক অসিবু 'যু' হায়না অসুম্মক খঙনবী। ৫। গ্রীকশিংনা শীজিন্নবম্বা খুবোম যাই অসি টিন্ অমসুং কোবীনা পূন্দুনা শেম্বা সেঞ্জেং হায়বা খাত্নদুনা শাবনি। অদুবু খবা হেন্না মকওইবা টিন্‌গী মমিং লৌদুনা টিন্না ঙাক শাবগী মওংদা মমিং অসি কৌনবম্মী।

শীজিন্নরিবা অকরুবা পন্দুপ অদুদা ৱাহৈ অদুনা অর্থ কয়া থোক্লা পুরিবগে হায়বদু ঐখোয়না খন্থগদবনি। খুদম অমা পীরবদা — *টৈ রঃ সক্সেটো কালকিওন্ গক্সোস্* 'ফাজীনখি সেঞ্জেংগী তা অদুবু মফমদুদা' হায়বসিদা 'ফাজীনখি . . . মফমদুদা' হায়বসিগী অর্থ কয়ামুক থোক্লা হনবা য়াবগে হায়বদু ঐখোয়না খন্থবা য়াই।[১] গ্লাউকন্না হায়রম্বা — আলোচকশিংনা মরম চাই চাদে য়েংদনা ৱাফম অমা হান্না হেক্তা লেপথোকই,[২] অদুগা মখোয়না কবিগী মথক্তা শীরিবা মরালশিং অদুদগী মশাগী মোৎ লেপ্পবা হোৎনৈ; অমুকসু মখোয়না খল্লিবা মখৈদু কবিনা হায়খ্রবনি হায়না লৌরবা তুংদা, করিগুম্বা মখোয়না খঞ্জবা অদুগা চানদবা মতাং য়াওরক্লবদি মদু কবিগী অশোয়বনি হায়না পুথোকই — হায়বা ৱাফমসি থোক্তনবা তৌগদবনি। ইকারিয়স্কী মতাংদা য়েৎনবা অমা লৈরিবা অসিসু অসিগুম্বা মওংসিদনি। আলোচকশিংনা মহাকসি লাসীডিমোনিয়াগী মীনি হায়না লৌই। অদুনা টেলিমাকস্না লাসীডিমোন চৎলুবা মতমদা মহাক্না উনরোইদবগী মরম লৈতে, অদুবু উনরকখিদ্রিবসি করিগীনো হায়না হংনরি। মতাং অসিদদি সেফালেনিয়াগী মীওইশিংনা লৌনবা ৱাৰী অসিনা অচুম্বদু ওইবসু য়াই। মখোয়না অমুক হায়বিবদি — মখোযগী জাৎকী নিঙোল অমা ওডিসীয়স্না লৌবম্বনি, অদুগা নুপীদুবু পোক্লিবা মপাদুগী মিংনা ইকাডিয়স্ কৌবনি, ইকাবিযস্ নত্তে। অদু ওইববদি আলোচকশিংনা অশোয়বা থিবদা অচুম্বা মান্বা অমখক য়াওবিবসি শোয়খিবদগী থোবকপা ৱাফম ওইগদৌবি।

অসুন্না পুনশীন্না হায়বা তারবদা, ওইথোকপা য়াদ্রবা পোৎশক্কী হায়রিবদু কলাগী ওইবা দরকাবগী মতুংইন্না, নত্ত্রগা হেন্না অৱাংবা যথার্থ[৩]অমা পীনবগীদমক, নত্ত্রে হায়বগা ময়ান্না য়ানরবা ৱাফমগী মায়কৈদগী পুখৎলক্তুনা মৰম চায় হাযবা উৎকদবনি। কলাগী ওইবা দবকারগী মতুংইন্নদি থোক্লবা য়াবা ওইথোক্লীংঙাই ওইদবা অদুনা থোক্লবা য়াদবা

---

১। **ইলিযড**, ২০, ২৭২। মসিদা এনিযস্না শাফু লৈনা লংঙকপা তা অমা মতৌ কবম্না অকিলিস্না মাগী চুঙ্গোযনা ঙাকথোকখিবগে হাযবদু তাকপা মতা অমগী অরোইবদা লাকপা ৱাহৈনি। চুঙ্গোয অসি মথং শিংনা সনাগী মবোল অমা, সেঞ্জেংগী মবোল অনী অমসুং টিন্‌গী মবোল অনী, পূন্না মবোল মঙানা শার্বনি। হোনবনা হাযবম্লিবনা মবোল অনীসি ফাওজীম্লক্রগা সনাগী মবোলনা ফাখী হাযবনি — মসিদী খ্বাইদগী মপান ইথং-থংবো মরোলদুনি। ফাওজীনম্রবা তা অদুবু মতৌ কবম্না সনাগী মবোলনা ফাগদৌবিবনো হাযবসি হংনীংঙাইনি। মসিগী ওইবা যাবা পাউখুমদি সনা অমসুং সেঞ্জেংগী মবোল অমমম্ ফাওজীনম্রবসু লেমহৌবিবশিং, অদু লানশীনবা ঙমখিদ্রবনিনা মপাম্থংবা সনাগী মবোল অদুনা ফাদুনা থমহৌবে হাযবসি ওইফম থোকই হাযবা মোতসী পীনৈ। ২। মবম চায চাদে যেংদনা ৱাফম অমা হান্না হেক্তা লেপথোকই — 'jump at certain groundless conclusions' — Butcher, 'make unreasonable presuppositions' — Dorsch, ৩। হেন্না ৱাংবা যথার্থ — A higher reality

ওইথোক্লীংঙাই ওইবা অদুদগী হেন্না ফৈ।[১] যুক্তিসনা যেক্লস্বা মীওইবগী শক্তমশিংদুনা তাইবংপান্দা লৈববা হাযবসি থোক্লবা য়াদবগী শীংদা চনবদি যাই, অদুমকপু মখোয অদুনা লৈবকপা থোক্লবদি কযাদা ফগদবা, মবমদি ফিদম্নীংঙাই ওইববা মখোয অদুদি হাযনীংঙাই লৈত্তনা অফবা হাযবদু ওইগদৌবিবনি। 'ওইবা যাদবনি হাযবদু চুম্মী', মসিদা ঐখোযনা অমুক হাযবিবনা, 'অদুবু ওইথোক্লীংঙাই ওইদে হাযবদুনা থাক ৱাংবদি হেল্লিবনি, মবমদি ফিদম্নীংঙাই ওইবদুনা যথার্থগী মথক্তা লৈবিবনি।' ওইবা য়াদবনি হাযবা অমব্ অওইবা ওইনা উৎকে হাযববদি, অসুম হাযনা তৌবনি মদুদি হাযনা মযাম্না হাযর্নবিবা, লৌনবিবা থাজনবী অদুগী মতেংসু লৌবা তাবে। মসিদস্ নত্তনা বাফম সীমস্ লৈবিবনি — ওইবা যাদবনি হাযবদুদা ওইবা যাবগী মশক শুকযাও যাওদবদি নত্তে, মবমদি ওইবা যাদবনি হাযবা বাফমদু কবিগুস্বদা অওইবা ওন্থোবকপসু যাওদবদি নত্তে।

অমগা অমগা ককথৎনবা বাফমশিং অদুসু বানৈবোল[২] শীজিন্নদুনা ককথোক-ককশীন তৌবগা অশেংবা খঙদোকপা অদুগুম্না কৃপ্না যেংশিনগদবনি অমসুং কবিগী মথক্তা মহাক্লা হাযজখিবা বাফম অমা মথন্দা ককথৎচবে নত্ত্রগা লৌশিং চাউবা মী অমনা অচুম্বনি হাযনা লৌগদবা বাফমদু চুমদবা অমা ওইনা উহল্লে হাযনা মবাল শীদ্রিঙৈগী মমাঙদা, কবিনা হাযবিবদু ইশানা ওইবমগনি হাযনা খল্লীবদুগা পোৎশক চপ মান্নববা, মবী অমস্তদা লৈবিববা নত্ত্রগা ভাব মান্নবা ফোঙদোকপবা ফোঙদোক্তববা হাযবদ্সু কৃপ্না যেংগদবনি।

অদুম ওইনমক ওইবা যাদবদা[৩] যৃস্ফম ওইবা অমদি লমচৎ মাঙথবকপা উৎপা হাযবশিংসি দবকাব লৈতনা, শীজিন্নফম চাদনা পুশিল্লকপা থোক্লবদি মদু অবানবনি হাযবসি যান্না চুন্নবনি। মবী লৈনবা খুদম হাযবগা যৃবিপিড্রিসনা মিডিযা লিলাদা এগাযসপ্ পুশিল্লকপগী মতাংদা ওইবা যাদবা অমা শীজিন্নবিবদগী থাদোক্চাবা অমত্তা লৈ তৌবস্ লেতে অদুগা ওবেষ্টিস লিলাদা মিনিলোসনা লমচৎ হক্তা মাঙথবকখিন্দুগী ।।ন্নযম

১। With respect to the requirements of art a probable impossibility is to be preferred to a thing improbable and yet possible. – Butcher. cf. For the purposes of poetry a convincing impossibility is preferable to an unconvincing possibility, — Bywater. cf. As far as poetic effect is concerned a convincing impossibility is preferable to an unconvincing possibility. – Dorsch. শকখনা শীংদোক্তবা শক্তম অদুগী ওইনদি, শীজিন্নবনা থাজনীংঙাইদি ওইবা ওইথোকপাদ যাদবা অদু শীজিন্নবনা থাজনা ঙাই ওইদবা ওইথোকপাদ যাবা থবক চদু শীজিন্নবগী হেন্না ফৈ। (Dorsch) ২। বানৈবোল (লোনশেম) Dialectics লাইং পাউখুম গী মতেংনা বাফম অমগী অশেংবা মশক খঙদোকপা লৈনবগী থবক ৩। ওইবা যাদবদা যৃস্ফম ওইবা irrationality etc

খঙনা শীজিন্নবসু তৌখিদে।

অসুম তৌদুনা অলোচনাগী মাযকৈদগী যানিংদবা ফোঙদোবক্লবগী হৌবকফম মবম মঙা লৈ। আলোচনা তৌনবগী মবমশিং অসি ওইথোক্লীংঙাই ওইদবনা শাগৎপদগী, নত্ত্রগা ওইবা যাদবদা যুম্ফম ওইবদগী, নত্ত্রগা লমচৎ শাজৎকী মতাংদা শোকপদগী, নত্ত্রগা মশানা মশাবু ককথৎচবদগী, নত্ত্রগা কলাগী ওইনা লৈবা দবকাব অমসুং অচুম্বদুগী ওন্ন তৈনবদা লৈবদগী থোরকপনি। মসিগী পাউখুমদি থাবম তবানাথোই থক মথক্তা পীখ্রিবা অদুদগী থিবা তাবে।

## ২৬

## এপিক অমসুং ট্রেজডী চাংদম্নবা

মতৌ তম্বগী মতাংদা এপিক্তা তেনববা নত্ত্রগা ট্রেজডীনা হেনববা হাযদুনা ৱাহং অমখক হংবা যাবি। *ললিত*[১] ওইবা কলাগী মশক্তা হেন্না থাক ৱাংনা লৈববা অদুগা হেন্না থাক থাংনা লৈবিবা কলা অসিনা অবাংবা থাক্তা *দর্শক* কাঙলুপতুবু পেলহনবা ঙম্না ওইববদি, মীপুম তিংনা নুংঙাইহল্লিবা কলাগী মশক অসিদি *ললিত* ওইদ্রে, যাম্নমক *সাধারণ* ওইবগনি হায়বসি মযেক শেংনা উবা ফংলে। লিলা শান্নবিবা মী ওইশিংনসু চোং ফন্দনা খুৎ শা যাম্না শীজিন্নদুনা *অভিনয়* তৌদ্রবদি অযেংবনা উবিবোইদবা মতাওম, কান্নদবা শাথেক-খুৎথেক কথামুক হাপচিল্লী। কযা যৌদবা বাঁশী খোঙবা মখেনা (তৌবিবনা ডিস্কস লংবগী দৃশ্য) অমগা চাননা বাঁশী খোঙবা তাবকপদা, চুম্না খোংবতা নত্তনা ডিস্কস্ লংলিবনি হাযদুনা মখোয মশামক কোইচোং চোংলিবনি, অদুগা কবিগুম্বা **সিলা**[২] হাযবা লিলাদু উৎপা তাববদি কোবসকী লুচিংবা অদুবু কোযচিং চিংদুনসু চৎলী। ট্রেজডী হাযবদু অসুম হাযনা তৌবা হৌনবনি, মসিনা মখোযগী পাউখুম্নি। ঐখোযনা মতাং অসিদা লিলা শান্নবম্বা অহল্লোন কলাকারশিংনা তুংদা হৌবকপা কাংবুগী মবমদা কবি খনবগে হাযবদু পুশিল্লক্তুনা চাংদম্নবা যাই। মিন্নিস্কসনা কালিপ্পিডিস্পু তৌথোবকপা, উৎথোবকপদা কা অমা হেনমল্লী হাযদুনা 'য়োংজাও' হাযবা মমিং থোল্লম্মী, অদুগা পিণ্ডববসু সীগুম্বা মওংদা লৌনখী। অদু ওইববদি এপিক হাযবসিগী মমাঙদা ট্রেজডী অসি, লিলা যাওবা অহল্লোন কাংবুগী মমাঙদা

১। ললিত — পেন্নী ঙাই ওইবা, নাংথৌজবা ফজবা নুংশিনীঙাই ওইবা থোৎপা, ময়াম্না মিহৌনবা চঙখোনবা ২। Scylla.

নহাবোল কাংবুনা তৌবগুম্বনি। মওং অসিদগী হায়নবিবনি, মহাকাব্য হায়বসিদি অভিনয় অমুক যাওকদ্রবসু যাববা অরাংবা থাক্কী দর্শকশিং অদুগীদমক্তি, ট্রেজডী হায়বসিদি সাধারণ মীয়ামগীনি। ট্রেজডীবু নাকল অমদা ললিত ওইবা রাংলী হায়ববনিনা অনীসিগী মনুংদা মসিনা খবা হন্থবা থাক্তা লৈগনি হায়বদা তাবে।

অদুদি হৌজিক অমুক যেংলসি— অহানবমক্তদা অশোযবা পুথোক্লিবসি শৈবেংগী কলাগী মতাংদা নত্তে, অভিনয়গী কলাগী মতাংদনি। মবমদি খৃৎথেক-শাথেক হেঞ্জিনবা হায়বসি মহাকাব্য অদুবু থীবকপা মতমদসু অদুম্মক তৌবা য়াই, সোসিষ্ট্রাসস্না তৌখিবা অদুগুম্না। অমুকসু লিবিক্কী চাংযেং তৌনবদসু মসিমক থোকপা যাই, ওপুন্সিযাগী মিনার্সিথিযস হায়বদুনা তৌখিবা অদুগুম্নদুনা। মখা তাবকপদা হায়গদবা রাফমদি, থবক পূম্নমক লোয়না হেক্তা যানীংদবা উৎকদবা নত্তে — জগোয শাবা খবনা ফত্ত্রণা জগোয হায়বসি কান্নদবা, ফত্তবা পোৎশক্কী হায়কবা যাদবা অদুগুম্বনি — অদুনা ফজদে, যানিংদে হায়বা তাববসু মতিক চাদবা কলাকারশিংগী থবক অদুতবুনি। মসিনি কালিপ্পিডিস অমদি হৌজিক্কালগী মহাকুম্বা কলাকারশিংদা ময়াম্না খুদোম্বী থিন্নবিবসি — অবাংবা থাক্কী ইমুংগী নুপা ওইবীশিংগী মতৌ তমদুনা লিলা শান্নবকপদা মান্দে হায়বগীদমক্তা।[১] অমবোমদা অমক ট্রেজডীসু থবক যাওদ্রবসু এপিক্কা তৌবগুম থম্মোযদা ফাওহনবা পালহনবা ঙম্মী চুম্নগী পাবা খত্তনসু মসিগী শক্তিবু ফোংদোকই। অদুনদি অতৈ হাবম পূম্নমক্তা মসিনা কবিগুম্বা হেল্লবদি ঐখোয়না হায়নীংবদি, হায়খিবা অশোযবা অসি মশাগী কোঃজবক্লবা নত্তে।

অদুগা মথক থ বসু ওইবিবনি, মবমদি মসিদা মহাকাব্যগী মচাক পূম্নমব যাওবা - মদ্দসু নত্তনা ট্রেজডীদা এপিক্কী ছন্দ অদু ফাওবা শাজিন্নবা যাই। মসিদা অমুকসু ঈশৈ গন্ত্রগী শেবোলশিং অমসুং মিৎকী কৃষ্মে কয়া অমা মক ওইববা থৌবাংবা ওইনা লৈগন্দবিবনি। অদুগা পূম্নমক অসিনা খ্বাইদগী মযেক শেংলবা নুংঙাইবা, অপেনবা হায়বদ্ পাবিবনি। মখা তানা অমুক হায়ববদা, মসিদদি পাবা মতমদসু, উৎথোকপা মতমদসু মযেক শেংনা

১। কার্লিপ্পিডিস্ অমসুং অতৈগী অভিনয়দা অবা বা থক্কী ইমুংগী নুপী ওইবীশিংগী মতৌ ওইবদা মান্দবগী হায়বোল অসি T S Dorsch কা মত্তু ইম্ননি। ঐগী বখলদা মহাগী পানিক্কা মাগা। অসিনা হেন্না চ নৈ হায়না খল্লী। চা দম্নবা ওইনা Butcher অমসু Bywater গী শিং অসি যে বিগ্ন

Such was the fault found in Callippides, is also in others of our own day who are censured for representing degraded women — Butcher

which is the point of criticism passed on Callippides and in the present day on others that their women are not like gentlewomen — Bywater

পুক্লীংদা ফাওহনবা ঙম্বা অমা যাওবী। মসিগীসু মথক্তা তাক্লিবা পান্দম অদু কলা অসিনা অপীকপা ঙমখৈ অমগী মনুংদা ফংবা ঙম্মী। মরম অসিদগী মশা তাশীন্না পুথোবকপা পোৎশক অসিনা পাক-চাউনা শন্দোক্লিবা পোৎশক অদুদগী হেন্না নুংঙাইবা, অপেনবা পীবি। খুদম অমা ওইনা থন্নববদা, সোফোক্লিসকী **ইডিপস্** অসিবু **ইলিয়ড** কুন্না শাংবা মওংদা ইবম্বা থোক্লবা, কবি ওইবমগনি? অমুকসু যেংশি, এপিক্কী ওইবা মতৌ তম্বদদি অপূনবগী মশক[১] অসিগী অপূনবগী চাং যাম্না হই্থে। মসিদগী অসুম্মক মশানা তাজববনি মদুদি, মহাকাব্য অমমম্না ট্রেজডী কযাগী হীবম পীবিবনি। মতৌ অসুন্না কবিনা লৌখৎলিবা ৱাবী অদুগী লেঙদবা অপূনবা মশক অমা লৈহনগে হাযববদি, ৱাবীদু ককথক্তুনা তেনশীন্না লীবা তাবনি। অমবোমদা এপিক অদুদা যাওবিবা বাবীশিং অদু হাপ্তুনা হান্নগুম্না শাংনা পুথোকপা তাবগনা, শোন্দম-নাদম্বা অমদি মযাই যাওদবা হাযবদু ওইগদৌবিবনি। ঐনা <অসুম্না শাংবা অসিনা অপূনবগী মশক বাৎপা খঙহল্লী> হাযবগী অর্থদি, কবিগুম্বা শৈবেং অদুনা **ইলিয়ড** অমসুং **ওডিসীগী** মওংদা তোঙান-তোঙানবা থবক কযানা পুন্দুনা শাগৎপা ওইববদি হাযবগী পার্নলি। মবমদি অনী অসিদা মশাগী অখন্নবা শাবান লৈজবা শকক কযামুক যাওবিবনি। অদুগা শৈবেংশিং অসিমকসু সীনি হাযনীংঙাই লৈত্রবা মওংদা শাহৌ[২] মপূং ফাববনি। মখোয অমমম্না হেক য়ৌবা যাবা থাক্তু যৌনা থবক অমত্তং ওইবগী মতৌদু লৌববনি।

অদুনদি কবিগুম্বা ট্রেজডীনা এপিক শৈবেংদগী হীবম পুন্নমক্তা হেল্লবা, মদুগীসু মথক্তা, কলা অমা ওইনা মাগী অকক্লবা মথৌদাং অদু মপূং ফানা পাঙথোক্লবনিনা — হান্না হাযখ্রবদুনি, কলা খুদীংমক্কা তাজ্ঞানা ফংহল্লকপা নুংঙাইবা, পেন্নবা অদু নত্তবা, মশামক্কা চানজবা পীফম থোক্লবা নুংঙাইবা, অপেনবদু ফংহনফম থোকপনিনা — মংননা-থোক লৈতনা থোবক্লিবা বাকমদি মাগী পান্দম অদুবুসু হেন্না মপূং ফানা ফংলবা ট্রেজডী অসিনা হেনা ৱাংবা কলানি।

এবা মধে আসনা অসুম ট্রেজডী অমসং মহাকাব্যগী মরমদা পাক্লা-চাউনা হাযগদবদু হায়ব যাবা যানা লৌবা যাবে। মখোযশিং অদুদি কবি কবিনো হাযবদা, মখোযগী তোঙান তোঙাননা মথলশি অমদি শককশিং, মদুগা লোযননা মখোয খুদীংমক্কী মশীং অমসুং খেন্নবশি, শৈবেং অমবু অফবা নত্তগা কযা যৌদনা ওইহল্লিবগী মবমশিং, অদুগা আলোচকশিংনা যানিংদবগী মবমশিং অমসুং অসিগুম্বা যানিংদবশিং অসিগী পাউখুম কযা আর্সনি। ■

---

১। অপূনবগী মশক - Unity, ২। শাহৌ — Structure

# এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্সকী মরমদা নৈনবা খরা

## ১

# পোয়টিক্স ঃ মশক, হৌবকফম অমসুং মফম

### পোযটিক্স করিনো ?

শম্না হায়রবদা **পোযটিক্স** হায়বসি শৈরেংগী কলাগী মরমদা ইবম্বা লাইরিক অমনি। এরিস্টোটলনা মহাক্কী মতমদা মীওইবনা খঙলিবা পুম্নমক লোয়না খোমজীন্দুনা, মদুগীসু মথক্তা মশাগী বাখল হাপচীন্দুনা নৈনবা পামখি। মরম অসিনা অতৈ হীবর্মশিংদা তৌথিনতম সাহিত্যগী মাযকৈদসু মহাক্কী পুক্নীং থিংজিনখি। মরম অসিদগী শৈরেংগী মশক তাক্লবা হোৎনবম্মী। অদুবু **পোযটিক্স**কী খৃৎই অসি পাকন্নবগা খঙবা ঙম্মদি, এরিস্টোটলনা মসিবু লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লাংবগী মওংদা মমূৎ তাবা খৃৎই, হায়বদি নৈন খৃৎই (treatise) অমা ওইনা পুথোক্লম্বা নত্তে। মহাক্কী খৃৎই অসিগা চানবা মওং অমা হায়বা তাবর্বদি, লাইসিযমদা মহাক্কী মহৈরোয়শিংদা তম্বিবা মতমদা ঙাংনবা শেম শাবা খনা শাংবা খোংচান খৃৎই অমনি পোযটিক্স অসি। মসিগীসু মথক্তা হৌজিক ফংলিবা পোযটিক্স অসি মাগী মহৈরোয়শিংনা খোংচানহৌবা শরকশিং যাওরমবা যাবগী থাজবসু লে। চহীচা কয়া, মীরোল কয়াগী খৃথাং লাক্লক্রবা লাইরিক অসিদা অতোপ্পনা, এরিস্টোটলগী ওঙবা মচাকশিংদুদি থোইনা শোকহন্দনা, মাতং পাংবা ওইনা নত্ত্রগা হেন্না মপূং ফাহল্লীংবগী বাখলদগী পরেং চনুন খবা হাপচাল্লম্বা যাবগী অকিনসু লে। পুম্নমক অসি নাকন্দা থম্লগা এখোয়না হৌজিক লৌবা যাবা বাফর্মদি **পোযটিক্স** অসিনা খ্বাইদগী অহানবা সাহিত্যবু বাংতরোলগী মীৎযেংদগী কুপ্পা যেংদুনা, নৈনদুনা পুথোরকপা খৃৎইনি হায়বসিনি। লাইরিক অসি আলোচনাগী লাইরিক্নি। চঙশীল্লিবা আলোচনাগী মাযকৈনা শাগৈ থিবা (Genre criticism) মখলনি। হায়রিবা মখল অসিদা আলোচক্লা সাহিত্যগী খৃৎই মখলশিংগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবশিংদু থিদুনা পুথোকই। মসি তৌবদা মহাক্লা থম্লিবা পান্দমদি খৃৎই অদুগী হৌবকফম অমদি তোপ-তোপ্পা মশক থিদুনা তাকপনি। অসুম্না খৃৎই অদুনা ওইবকপগী মরম খঙদোক্লগা তু দা মদুনা হায়নীংলিবা বাফম অমসুং পাবিবা নুংঙাইবা অদু মযেক শেংনা ফংনবা মহাক্লা হোৎনৈ।

শাগৈ থিবা আলোচনা মখল অসিগী হৌবকফম অসি এরিস্টোটলনি হায়না অযাম্বনা

য়ানবে। মসিদা অচৌবা পাম্বৈ অমা ওইনিবা ইন্দক্তিব মেথড, হায়বদি পোৎশক অমদগী ময়ামগী ওইবা লিচীংবা (Principle) পুথোকপগী থবক অসি মহাক্না মপূং ফানা অমসুং মায় পাক্না **পোয়টিক্স**তা চথবা হৌখী। বাফম অসি লাকপদদি ঐখোয়না এরিস্টোটলগী বাংউবোলগী মশক অমা মহাক্কী খুৎই অসিদস্ উবা ফংই। মহাক্কী মেটাফিজিক্সনা সোক্রেটিস্ অমসুং প্লেটোগী 'আইডিয়া' অমসুং পোৎশক্কী তোঙান লৈনবা মতৌদু লৌথোকখ্রে। নাইডসকী যুডোক্সসনা পুখৎলম্বা পরীংদা এরিস্টোটলনসু পোৎ হায়বসি মচেৎ তাহনবা যাববদি লেঙদবা আইডিয়া অদুসু মশীং খণ্ডনা খায়দোকপা যাবা শরুকশিংনা শাগৎপা ওইগদবনি হায়বসি উত্তুনা, মদুমক্না মহাক্কী বাংউবোলগী মশক অমা ওইনা চৎথবকখী। **পোয়টিক্স**তা নৈনবিবা হীবম অসি শৈরেংনি -- খুৎশেমগী, যামদ্রবদা মীওইবনা খণ্ডনা উনা শেমগৎপা রাবাগী মচাক যাওবা পোৎশক অমনি। অমবোমদা এরিস্টোটলনা, হান্না খঃবম্বা অচুম্বা বাখল (Reason) হায়বসিদি লেঙদবা, মঙোন্দা কবিমত্তা চঙদবা পোৎশক্কী হায়বা মীৎয়েংদু থগাইদুনা বিজন্দসু নুংঙাইবা লৈ হায়বসি উৎলে। অসুন্না খুৎশেমগী ওইবা পোৎশক অসিগী মনুংদা লৈবিবা আইডিয়া, লেঙদবা অচুম্বা বাখল 'বিজন' অদুদগী পোৎশক অসিবু শেমগৎপা মতমদসু নুংঙাইবা যংবা ঙমই হায়বা উত্তুনা 'এস্থেটিক' হায়বদি ফজবোলগী কাঙলোন অমা শাগৎপা ঙমখী। মবম অসিদগী **পোয়টিক্স** অসিবু প্লেটোনা শৈরেং অমসুং কবিগী মায়োক্তা ইখিবা, লোয়ননা মতৌ তম্বা 'মাইমাসিস' হায়বসিগী মবমদা যানিংদবা উৎখবশিংদগী পাউখুম পীবা খুৎইনি হায়নসু লৌনৈ। মসি ওইথোক্লাংদাই ওইনা বাফমা, কুম্বাবোলগী মায়কৈদগী য়েংলগসু। **পোয়টিক্স** অসি এরিস্টোটলনা শিগদবা চাউবাক্না চহী নিপান বাংলৌঙৈদা, চাউবাক্না ৩৩০ খৃষ্ট মাঙ অদুবাইদা ইখিবনি হায়না লৌনৈ। মতমসিদা মহাক্কী লাইসিয়ম চংবা চহী মঙাম্তুক শুবে। মসিগী মমাঙদা প্লেটো মশামক লৈখিদবা চহী তবাতরেৎ হৌখবে। হায়বদি **রিপব্লিক** নচিংবা পাউসা (dialogue) শিং ইবল্লবা মতুং কাইনখৎদনি। **পোয়টিক্স** অসি এরিস্টোটলগী নুংথিল ক্লাসতা তম্বিনবা হায়দুনা মচং ওইবা বাফম মখে ইশিন্দুনা থমখিবা ওইবম্বা যাবগী থাজবা লৈ।

### গ্রীক সাহিত্যগী আলোচনাদা *পোয়টিক্স*কী মফম

আলোচনাগীদমক্তা ইবা অহানবা, ময়েক শেংবা লাইবিক অমা হায়বদু পোয়টিক্স অসিনা ওইববসু, এরিস্টোটলগী মমাঙদগী হৌনা আলোচনাগী থবক পায়খৎপদি

তৌরকখরে। এবিষ্টোফনিস্ (চাউরাক্লা ৪৫০ - ৩৮৫ খৃঃমাঃ) গী কমিক লিলাশিংদা আলোচনাগী মচাক্লা থন্না যাওই। The Clouds হায়বদুদা মতমদুগী অনৌবা মহৈ তম্বগী মওং অমা চৎথনরিবা অদুগী খুদম ওইনা সোক্রেটিস্পু লৌখত্নুনা শীদোকই। The Birds হায়বা লিলা অদুদা মাগী মতমগী লিরিক শৈবেং ইবশিংবু অদুগা The Wasps হাযবদুদনা মাগী মতমগী কমেডী ইবা অতৈবু লৌখত্নুনা নৈনবগা লোয়ননা নোক্লে। মহাক্লা য়ুরিপিডিস্ (৪৮০ - ৪০৬ খৃঃমাঃ) কৌবা ত্রেজডী ইবা কবি অদুবু মাগী অখন্নবা লক্লফম ওইনা লৌখী। মহাকপু হূম্বা থাক্কী মীশকশিং ত্রেজডীদা হাপচীল্লী হাযদুনা The Acharnians নচিংবা লিলাশিংদা এরিষ্টোফনিসনা থাদখী। The Frogs হায়বা লিলাসি এরিষ্টোফনিসকী আলোচনাগী খুদম অমা পীনরকপা তাবদা চিথবম্বা য়াদ্রবনি। মসিদা মহাক্লা য়ুবিপিডিস্ অমসুং ইস্কিলস্ অনীবু হেডিস্, হাযবদি অশি লৈবাক্তা ত্রেজডী ইবদা অথোই-অহেন তান্নহল্লী। মদুদা ডাইওনিসস্পু ৱাযেন মপু ওইনা হাপ্লে, অদুগা মখোয অনীবু মাগী মাগী লিলাদগী পবেংশিং থীনহল্লগা সেব ফলা অমদা ওলহল্লী। মহৈ ওইনা, কলাকাব অমা ওইনা লিলা ইবা মতমদা চেকশীনবা খজিক্তং ৱাৎপা মতাং যাওরবসু, নৈনরিবা হীবমদা অমসুং লৈঙাক্রোনগা মবী লৈনবা পাউতাক পীনহনবা মতমদা হেন্না চঙখোনবগীদমক, য়ুরিপিডিসতগী ইস্কিলস্না হেন্না 'লূম্বা' ত্রেজডী ইবা কবিনি হাযনা লাউথোকহল্লী। অসুম্না এরিষ্টোফনিস্কী লিলাশিংদা আলোচনাগী থবক পায়খৎপা মতমদা, নৈনরিবা হীরমশিংদু মুন্না খঙবগা লোয়ননা, য়াম্না পাকথোক-শন্দোক্লা নৈনরুবগী। মহুত্তা লৌখৎকদবা মতাং খবদং লৌখত্নুনা চানবা পরেংশিং লৌথোক্নুনা শীজিন্নে, অয়েংববু লায়না ভাব তাবা ঙমহল্লী।

আলোচনা সাহিত্যদা প্লেটোনা তম্লম্বা খুদোল অসি তশেংবদি মহাক্কী 'সোক্রেটিস পাউসাশিং' (সোক্রেটিসনা মপূং ওইবা মীশক ওইহল্লগা ৱারী-ৱাতায শানহন্দুনা নৈনবগী থবক চখহনবা মখলগী খৃৎই) ৭/৮ গী মনুংদা চোইনা চোইনা, মহাক্লা পুখৎলিবা হীরমশিং অদুগা চানবা মীৎয়েংদগী ওইনা পীরম্বা ঙাক্তনি। অদুবু ময়াম অদু শুপচীন্না লৌখৎলগা, মহাক্লা মহাক্কী ফিদম্নফম লৈবাক্তগী (ideal Republic) কবিশিংবু তাম্থোকখিগদবনি হায়বম্বসিগা মরী লৈননা শৈরেংগী আলোচনা পুখৎলম্বদু মখাগী অসুন্না উৎপা য়াই। মহাক্লা থাঙ্গৎখিবা য়ানিংদবশিংদি ঃ -

১। মাইমীসিস্কী মতুংইন্না নৌনা মহৈ তমখৎলক্লিবা অঙাংশিংনা অতোপ্পগী লমচৎ অদু লৌরক্কনি। মশাগী অফবা, অশেংবা মশক পুথোকচবা ঙম্নক্রোই। মসি ফিদম্নফম

লৈবাক্কী ঙাকশেল্লোয় (guardian) ওইদৌবিবা মখোয়গী মফমদা থোকহনবা য়াদে। মখোয়না অতোপ্পগী লমচৎ মতৌ তম্লগদৌবিবসি কবিশিংনা লিবিক শৈরেং নত্তবা. ড্রামা অমসুং এপিক্কুম্বা ইবদগীনি — খুদম ওইনা হোমব, হেসিয়ড অমসুং ট্রেজডী ইবশিং।

মতাংসিদা মখা তাদ্রিঙৈদা মাইমীসিস্কী মতাংদা শেংদোক্রুম্বা অমা চঙই। অহানবা ওইনা এবিষ্টোটলগী মমাঙদা প্লেটোনা **রিপব্লিক**, ৩,৩৪৮-৯২ দা মাইমীসিস হায়বা বাহৈসি শৈবেংগী শাওং (form) অমসুং লাপ্লোকপগী (presentation) মওং শীংথাবদা শীজিন্নখী। মসিবু **রিপব্লিক**, ১০ দা অমুক হন্না খরগা হেন্না মপূং ফানা নৈনৈ — মসিদনা মতৌ তম্বা হায়বগী মহুত্তা মীহুৎশিনবা (impersonation) হায়বগী বাহখ্লোক্তা মহাক্না শীজিন্নখী। লিরিক শৈরেংদনা কবিনা মশাগী বাফম পুথোকই। অদুবু ড্রামা নত্রগা এপিক্কী শরুক খবদদি অতোপ্পা মীগী মহুৎ শিন্দুনা বা ঙাংই — মসিবুনি প্লেটোনা মীহুৎ শিন্‌বা হায়না লৌরিবসি। ঙাকশেল্লোয়শিংনা ড্রামাদগী করিদগী অবাযবা মীশকশিংগী মতৌ তম্মক্কনি হায়বসি মাগী আকবনি। মবর্মদি অসিগুম্বা লৈবাকসিদা মশাগী মশক তশেংনা পুথোকচবা নত্তনা অতোপ্পদগী লমচৎ লৌকপ্পা যাদে। মরমদি মদুদা লৈবাক্কী অমাঙবা ওইগদবা মীশকশিংগী মতৌ লৌবকপসু য়াবিবনি।

২। শৈরেং অমসুং কলা হাযবসি মিত্রংগী মশক্নি। মাইমীসিস্কী অর্থ হেন্না পাক চাউনা লৌরগা হায়ববদা, মতৌ তমগদৌবিবসি যথার্থগীনি, অদুবু মদুদি তশেংনা মতৌ তম্বা ঙম্লবরা হায়বদি ঙমদে। মবমদি অশেংবা মশক্তি আইডিয়া (eidos) অদুতনি। পুন্নমক 'ফিদম্নফম ওইবা মশক' (ideal state) অমদগী মতৌ তমদুনা পুথোবকপা মক্তনি। উশুবনা ফমুং অমা চল্লে, লাইযেকপনা ফমুং অমা গেক্লে, কবিনা বাহৈগী মতেংনা ফমুং অমা মশক তাক্লে — অদুনদি কবিনা শীংথাবিবা পোৎশর্কসি অশেংবা 'আইডিযা' ওইনা লৈবিবা অদুদগী, হায়বদি যথার্থদগী খোঙকাপ অহূম্নক থাপ্তোবক্লে।

৩। শৈরেংদা মীওইবগী মহৌশাগী খরা হম্বুবা, ওইদবা বাখলদা য়ুম্ফম ওইবা শরুক অদুদা লায়না পালহন্‌বা ঙম্বা মতীং অমা য়াওরী। বাখলদা শোম্বুবগা শৈরেংগা হেন্না চানবনা মরম ওইদুনা, শৈরেংনা পুক্নীংগী (mind) অনেম্বা থাক অদুবু মপাঙ্গল কনখৎহল্লী। মসিনা মীওইবগী কোক্তগী অচুম্বা বাখল (reason) গী মশক মাঙল্লী।

৪। শৈরেংনা মীওইবগী লমচৎ-শাজত্তসু ফত্তবা মমি তাহল্লী। মসিনা মথক্তা হায়খিবগুম ঙাকশেল্লোয়শিংগী মহৈ তম্বদা অকায়বা থোকহনবতা নত্তনা, ড্রামাগী ওইবা শৈরেং অসি তারিবশিংগী থম্মোয়দা থুনমক চুপশীনখিদুনা মদুদা উৎলিবা অশোনবা

অমসুং অশোযবশিং অদুগী মতৌ তম্বা হৌবকই।

প্লেটোনা কাব্যশিংগী মফমদা মখাগী অসুম্না মীৎয়েং থম্লম্মী ঃ - কবিশিংবু ওজানি হায়না মযাম্না লৌনবিবসি লাল্লি। থাযনগী গ্রীসতদি ভারত্তা মহাভারত, রামায়ণনা তৌবগুম হোমরগী, হেসিযডকী মহাকাব্য, কাব্যশিংনা মতৈ তম্নবগী মচাক হন্দুনা লাবখী, অদুগা কবিশিংবু নেটব ওইনা, হাযবদি ওজাগী মথৌ পাঙথোকপা মীশকশিং ওইনা মতম কুইনদগী লৌনবকখী। মসিবু প্লেটোনা যানিংখিদে — মবমদি মখোযশিং অসিনা লোঞ্চৎ (conduct) অমসুং লমচৎ-শাজৎ (moral) কী মতাংদা থল্লিবা মীৎযেং অদু থাজনীংঙাই ওইদে। মসিদা লাইশিংবু মীওইবগী শাজৎ চৎলহনবা, নাযকশিংবু অশোনবা মতৌ উৎলহনবনাচিংবা মচাক কয়ামকম য়াওখ্রে। মথংগী মবম অমনা, প্লেটোনা মাগী *কঞ্জবোল* (Apology) হাযবা পাউসাদুদা হাযবম্বা অদুগুম্না — কবিশিংনা ইবিবসি মশাগী লৌশিংনা ইজবা নত্তে মহৌশানা পীথোকচবকপা খবগা, ওইবা যাদবা নত্তগা রাখলনা তাকপা যাদবা প্রেরণা (non rational inspiration) গনা মবম ওইদুনা ইবনি হাযর্বাসিনি। মহাক্কা মাগী *ফিদ্রস* অমসুং *আইওন* পাউসাশিংদা কাব্যশিংবু রাখল চোইববা মীশিংগা চাংদম্নবম্মী। কাব্যশিংগী রাহৈদা যাওরিবা মযেক শেংদবা (obscurity) অমসুং কক্কবা (contradictory) ওইবা মচাকশিংদুবু কনখত্তুনা নুংপান নাইবা (allegory) নি হায়না হেক্তা হাযজীনবদু (প্লেটোনা *রিপব্লিক, প্রোটাগোরস* অমসুং *আইওন্দা* যানিংদবা ফোঙদোক্লম্মী।

প্লেটোনা শাগৎলম্বা আলোচনাগী মচাকশিংদি মখাগী অসুম্না তাকপা যাই ঃ প্রেরণাবু প্লেটোনা *ফিদ্রস* তা ইবম্বগী মতুংইন্না চৎনবী (custom) অমসুং যানবা (convention) শিংদগী থরাযবু ঈশ্বরনা থৌজানবিদুনা থাদোকপিবকপা নীংখা তমহল্লকপা ওইনা লৌই। পাউসা অসিমক্তদা মহাক্কা কলা হাযবসিদা চঙদবা যাদবা মচাক অমা ওইনা 'কয়াৎশিংগী অপনবা মশক (organic unity) থমদবা যাদবগী তঙাযফদবদু পর্নখি। রাফমসি মহাক্কা *গোর্জিযস* অমসুং *রিপব্লিক* অনীমক্তসু পল্লম্মী। প্লেটোনা চৎন পথাপশিং (systems) অমসুং পাউদম্লিবা মী (point of view) গী মতাংদসু খেল্লবা মশক পুথোক্তুনা শৈবেংবু — লিরিক, ট্রেজডী অমসুং এপিক হাযনা **রিপব্লিক** তা খায়দোক্লম্মী। **লোজ** (The Laws) দা খ্বাইদগী অশেংবা ট্রেজডী হাযবদুদি খ্বাইদগী ফবা অমসুং পুকচেল চাউবা পুন্সীগী মখল অদুবু মহুৎ শিন্দুনা উথোকপা অদুনা ওইগদবনি হাযবম্মী। **রিপব্লিক** অমসুং **ফিদ্রস** অনীদা ট্রেজডীনা যাকায়হল্লিবসি মিনুংশি অমসুং

অকিবা হাযবা পুক্লীং ঈহৌ (emotion) শিং অসিনি হাযবন্মী। **ফিলেবস্** তা মহাক্লা হৌজিকস্ু খল্লবা লেপত্রিবা ত্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবগী মবমদা নৈনবন্মী. অদুগা খূৎই অসিমক্তদা কমেডীগী মবমদা অহানবা ওইনা বা খল্লবা হৌদোকখী। প্লেটোনা বেটবিক্কী মবমদস্ু পবৈলোন (theory) খবা শাগৎলন্মী।

**পোয়টিক্স** অসিবু প্লেটোগী আলোচনাগী পাউখুম অমা ওইনা লৌনবগী মতাংদা মথক্তা খবা হায়খ্রে। অদুবু মসি পাউখুম অমখক ওইনা ইচম-চম্না লৌরুবস্ু যাদ্রি। মবমদি মসিদা মাঙলমচৎকী অমদি মতমগী কর্বিশিংগী খূৎই কযাবু হকথেঙননা নৈনদুনা, মদুদগী ফল পুথোক্লগা আলোচনাগী ওইবা মিঙ্গৌগী শক্তম্ (critical terminology) অমা এবিস্টোটলনা শাগক্লনা তুংগী মীবোলগীদমক থম্বিবল্লে। নাকল অমবোমদনা প্লেটোগী মমিংমক পল্লবস্ু, মবক মবক্তা মঙোন্দা ওনশীন্দুনা পাউখুম হেক হেক পীবদৌনা হৌবা মতাংস্ু যাওবী। খুদম ওইনা, মতৌ তম্বা হাযবসিগী মতাংদা শৈরেংগী মশুগ হাযবসিদি মদুনা পীবিবা পেলহনবা অদুনা লেপকদবা নত্তে পুক্লীবু কযামুক মযেক শেংনা মতৌ তমদুনা উৎলবগে হাযবদুনা লেপকদবনি হাযবসি প্লেটোগী মোৎনি। এবিস্টোটলনা মসিগী পাউখুম ওইনা মতৌ চুম্না তম্বা হাযবসিমকস্ু পেলহন্নবগা মবন অমনি হায। প্লেটোনা, মতৌ তম্লিবা পোৎশক অদু ফজবা ওইগদবনি হাযখিবদ্ এবিস্টোটলনা তম্লক অশিবা পোৎশক্কী মতৌ তম্বদস্ু ফজনা হায়বসি লেবা যাহ হাযনা খুম্মা। প্লেটোনা নমথদুনা থমগদবা পুক্লাং ঈহৌবু যাকাযহনবগীদমক্তা শৈরেংবু শানি দবা যে ওদোকপা নতমদা এবিস্টোটলনা বাফমসিবু যাবগা লোযননা মখা অমগা অমক হংপচাল্লি — চুম্মা, শৈরেংনা পুক্লীং ঈহৌবু যাকাযহল্লী, অদবু মদু তৌবদা ফাজান্দুনা লৈবদা পক্লীং ঈহৌব মনাং মখা চমহন্দুনা মীওইবদা যাওবিবা মখোযগী চান্দু হুহল্লী। প্লেটোনা শেরেং হাযবসিদি ফিদম্লীংঙাই ওইবা অদুগী মতৌ তম্বা অমগী মতৌ তম্বনি, মদুনা যথার্থদগাদ যাম্না থাপ্না লৈখবে হাযনা হাযখী। এবিস্টোটলনা অমুক হাযবিবনা — তাইবংপানগী ওইবা অচুম্বা অমা খঙনবা নত্ত্রগা ফংনবা হোৎনবা মতমদা, কাংনা পোৎশক অমবু পুথোক্লিবা অদুনা কুম্বাবোলনা পোৎশক অমবু পুথোকপদগী হেন্না মমল লৈ হাযবসিনি। মবমদি কুম্বাবোল হাযবদুদি লেওদ্রবা থৌদোক্কী অচুম্বা অদুখক্তদা খূম্ফ ম ওইদগা পুথোকপনি, অমবোমদা শৈরেংনদি ওইথোকপা যাবা অচুম্বা, হাযবদি অবোইসা, মখা তাদ্রবা অচুম্বা অদুতা পুথোক্লবগী চিন্তা তৌদুনা লৌবিবান।

পাম্খিবা রাফম খবসিদগী **পোযটিক্স** হাযবসি ড্রামা অমা বমদোংগ ইগদগে হাযবদ্

তাক্কুনা ইবা লাইরিক নত্তে হায়বসি উবা ঙম্লে। এরিস্টোটলনা হেক পামজবস্বদি হান্না লৈবম্বা অমসুং মহাক্কী মতমগী কবিশিং অমসুং ড্রামা ইবশিংনা শীজিন্নবস্বা খ্বাইদগী ফবা উপায়শিংদু পুথোক্কুনা নৈনবা অমসুং মশক তাকপগা লোয়ননা খ্বাইদগী ফগনি হায়না খনবা পথাপ অমখক মদুগী মহৈ ওইনা থম্বা অসিনি। অদুবু বিনাসা মতমদা **পোয়টিক্স** অসিবু লেঙদ্রবা নিয়ম ওাক্কিবা লাইবিক অমদৌনা কাসলবেত্রো (Castlevetro) না ১৫৭০ দা লৌবা হৌখিবদগী মতম কুইনা অরানবা ৱাখল অসিনা লমজীংদুনা লাকখী।

হৌজিক মখা তানা পোয়টিক্সতা পীবিবা মকওইবা হীবম খবা নৈনদ্রিঙৈদা, মাঙজৌননা লাইবিক অসিদা পীব্বিবা বাফমশিং অসি কবিনো হায়বদু শন্না যেংথোকহৌসি।

## পোয়টিক্সকী বা-মচং

অহৌবমক্তদা এরিস্টোটলনা মাগী খুৎহই অসিগী মনুং চন্না পায়খৎকদবা হীবমশিংদি — শৈরেংগী মখলশিং হায়বদি এপিক, ড্রামা অমসুং লিরিক্কী মবমদা থিজিনবনি হায়না খঙহল্লী। প্লেটোনস্ মখলশিং অসি খন্ননবা পুখৎলম্মী, অদুবু এরিস্টোটলনা নেনবকপগী মওংগা মহাক্কীগা অনীসিগী মবক্তা খেন্নবা লৈখি। অহৌবগী পন্দুপ অহূমদা মতৌ তম্বা (mimesis) হায়বসিবু প্লেটোগী কোন্না ৱাহৈ অসিবু শীজিন্নবকাখিবা অর্থ অদুদা পুথোক্কুনা নেনবা হৌই। মসিগী মনুংদা শৈরেংনা মতৌ তম্লিবশিং হায়বদি মতৌ তম্লিবা মীওইশিং, মথোযগী থবকশিং অমদি মতৌ তম্বগী মওংশিং অসি খন্নদুনা তাকই। মথংগী পন্দুপ অনাদা অকবা লিরিক শেবেং অমসুং শীদোকপা শাথবা শৈবেং (Satire or lampoon) গী মবক্তা খেন্নবা অমদি, কমেডী, ট্রেজডী অমসুং এপিক্কী মবক্তা লৈবিনা খেন্নবাশিংদু পুথোকই।

তক্কশুবা পন্দুপ্তা পোয়টিক্সকী খ্বাইদগী মকওইবা হীবম ট্রেজিক ড্রামা হায়বসি নেনবা হৌই। অহানবমক্তদা ট্রেজডী কবিনো হায়বসি তাকই — "ট্রেজডীদি লায়না খন্দোকপা যাদবা, মপুং ফাবা অমসুং মশাগী চানবা শাবান নৈজবা থবক্কী মতৌ তম্বনি ।" মসিগী মখা তাবা ওইনা ট্রেজডী শাগৎলিবা শরুকশিং পুথোকই — থৌদোক খুৎশেম, মীশক, লোন্দা-পুদা, ৱাখল, মিংকী কূম্মৈ অমসুং ঈশৈ, অসুন্না থম্মী। মথংগী পন্দুপ্তুনা থৌদোক-খুৎশেম্না কোন্‌গদবা লমখৈ উৎলী। মসিগী অহৌবা, ময়ায অমসুং পোলোই নৈগদবনি হায়বসি পুথোকই। নিপানশুবা পন্দুপ্তুনা থৌদোক-খুৎশেম অদুগী কয়াৎশিংগী ওইবা অপুনবা মশক অমা লৈগদবনি হায়না খঙহল্লী। অদুগা মাপলশুবা

পন্দুপ্তা মথক্তা পুথবক্লিবা হীরমশিং অসিদগী লমফৈ ঙাইহাক চত্তুনা কুম্বারোলদগী শৈরেংনা হেন্না মমল লৈনা লৌগদবগী মরম উৎলী। মখা তাবকপদা অচম্বা অমসুং অরুবা থৌদোক-খুৎশেমশিংগী খেন্নবা মশকশিং পুথোকই। লোয়ননা আলোচনাগী তুংদসু বিনাসাঁ মতম ফাওবদা অচৌবা থৌদাং য়ারগদৌরিবা মিঙ্গৌশিং 'ফীবম থক খা ওন্নবা', 'খঙলকপা মতাং' অমসুং 'অন্নাবা নংবা' হায়বশিংসি পুথোক্তুনা খন্নবগী থবক তৌই। মথংদা ত্রেজডীদা য়াওরিবা মকুওইবা কয়াৎশিং -- প্রোলোগ, এপিসদ, এক্সোডে অমসুং কোবল ঈশৈগী মরমদা নৈনৈ। ১৩ শুবা অমসুং ১৪ শুবা পন্দুপশিংদনা ৬ শুবা পন্দুপ্তা খন্নখিবদুগা মখা তাবকপা ওইনা ত্রেজডীদা অকিবা অমসুং মিনুংশি হায়বসিগী মফম খঙদোক্লবা তৌই। মতাং অসি হৌজিক ফাওবদা য়েৎনবা লোইদ্রিবা পাখোঙ ওইনা লৈরবা শরক্লি।

মথংগী পন্দুপ অনীদা মীশক শেমগৎপগী মতাং অমসুং মসিনা ত্রেজডীদা থৌদোক-খুৎশেমগী মথংদা লেগদৌরিবগী মরমশিং অদু উৎলী। ১৬ শুবা পন্দুপ্তুনা ত্রেজডীগা চানবা খঙলকপা মতাংগী তোঙান-তোঙানবা মশর্কশিং খঙহল্লী। থ নবা পন্দুপ অনীদনা ত্রেজডী ইগদৌরিবা কবিনা ঙাক্কদবা চৎনবী নিয়ম খবা তাকই -- চেকশীন্না লিলাদু থৌরাং তৌবা, চানবা থৌদোকশিং হার্পাচিনবা, কোনস্না লৌগদবা মথোশিং অসিনচিংবা। ১৯ শুবা পন্দুপ্তুনা ৱাখল অমসুং লোন্দা-পুদা হাযবা দ্রামাগী মচার্কশিং ওইনা লৌরিবা অনীসিগী মতাংদা এরিষ্টোটলনা খন্নে।

২০, ২১ অমসুং ২২ শুবা পুন্দুপশিংদি ময়েক, খোল্লুপ, প্রমাণ পাষ্টে, চানবা লোন্দা-পুদা মসিনচিংবগী মরমদা নৈনবা ঙাক্তনি।

অরোইবদা লেমহৌবিবা পন্দুপ মবিদা এরিষ্টোটলনা এপিক্কী মতাংদা ৱাখল খল্লবা উৎলী। মসিনা কোল্লিবা লম, মসিগী থৌদোক খুৎশেম, শাগৎপা নত্তুগা শাহৌ, হীবম হায়রিবশিং অসি ত্রেজডীগী মতাংদা খন্নবদা তৌখিবগুম চেকশীন্না পুথোক্তুনা থিজিল্লি। অরোইবদা সাহিত্যগী শাগৈ অনীসিগী মবক্তা লৈরিবা খেন্নবশিং, মান্নবশিং উৎলী -- শাংবা অমসুং ছন্দদা লৈরিবা খেন্নবশিংদু তাকই। ৱারোইশিন ওইনা চাংদম্নবা অসিদগী ত্রেজডীনা মহাকাব্যদগী থাক ৱাংবা হেল্লি হায়বা ৱাফমসি পুথোরকই।

মসিনা **পোয়টিক্সকী** অশম্বা শক্তমনি। যুগ যুগকী ওইনা তোঙান তোঙানবা মীরোলশিংনা **পোয়টিক্সপু** মাগী মাগী ওইবা মওংদা ৱাহন্দোক পীনবকই। মসিনা লেঙদনা লৈরকপা অমসুং লৈখিগদবগী মরমদি যুগ শুদীংমক্কী ওইনা পোয়টিক্স অমমম দরকার

ওই। অদুনা হান্না লৈবম্লবা পোযটিক্সকী ফীবান অমদা ঐখোযগী মতম মতমগা চানবা ফীবান অমসু হাপচীন্দুনা নৌহৌনা নৈনবা অসি থবক ওইনা চৎথনবকখী। মতাং অসিদা ঐখোযগী ইথৌদি ইচম-চম্না এরিষ্টোটলনা ট্রেজডীগী মতাংদা খনগন্তুনা পুথোক্লম্বা শরুক, কযাৎশিংদু মকুওইবা খবা লৌখত্তুনা নৈনবনি।

## ২

## ট্রেজডী শাগৎলিবা শরুকশিং - ১

### শৈবেং নত্ত্রগা ট্রেজডী?

এরিষ্টোটলনা পোযটিক্স অসিদা ট্রেজডী ইনবগী নিযম অকরুবা মওংদা শেমদুনা থম্লম্মাখদে হাযবসি মমাঙগী পন্দুপ্তা ঐখোযনা থেংনখ্রে। মহাক্কী ওইনদি মমাঙদা তাবিবা পোৎশি অদু নৈনবগা খ্বাইদগী ফবা মচাকশিং অমসুং পাম্বৈশিং খন্দোক্তুনা থম্লনা মথৌ ওখে। অদুবু মসি তৌদ্রিঙৈদা মহাক্না ট্রেজডীগী হৌবকফম কাবিনো হাযবসি হান্না তাক্লম্মী। মসিগীসু মথক্তা ট্রেজডী, কমেডী, এপিক পুন্নমক শৈবেংগী শাগৈদা পুন্না থমজীন্নম্মী। হৌজিক্কী মীরোলনা ট্রেজডী হাযবগা কমদৌনা শৈবেং ওইগদৌরিবনো হায়বা বাফনসিদা খজিক্তং চমন্নবা পোকপা যাই। মবর্মদি হৌজিক ঐখোযগী মাঙদা তাবিবা ট্রেজডী অমসুং কমেডীশিং অসিবু শৈবেং নি কনম্না হাযকনি। জি সি তোংব্রাংগী ড্রামাবু শৈবেং নি হাযকরবদি নোংনীংবা পোক্নগনি। অদুবু থাগনা গ্রীকশিংগী মতমদদি ড্রামাশিং অসি শৈবেংগী মওংদা ইনবম্মী। গ্রীক্তা *poietes* হাযবগা (১) কবিওম্বা অমা শাবিবা মী, (২) ঈবম হাযদা হেক্তা শৈবেং ওইনা ইথোকপা মীওই নত্ত্রগা (৩) শৈবেং গী খুৎইদা কলা যাওনা হৌবিবা মাশক অদুবু খঙনবম্মী - - এরিষ্টোটলনা শৈবেং হাযবগা লৌবম্লিবদি অফবদা খুম্ফম ওইবা কলাগা শাগোন্নবা শৈবেংগী খুৎই অদুবুনি। হৌজিক ফাওবদা শৈবেং খক্তদা নত্তনা বারেংগী খুৎইদসু, অইবনা ঐখোযগী পুক্নীং ঈহৌবু মথুম্মবাং হৌহনবা ঙম্লবদি মাবুসু কলিগী শক্তি চেল্লি অমসুং কবিনি হাযবা মিংথোল পীনবি। মতৌ অসুম্না সেক্সপ্যবগী ড্রামাশিংনা অপাবা, অয়েংবগী পুক্নীং ঈহৌবু মতীক চানা যাকাযহনবা ঙম্মদগী মহাকপু অচৌবা লিলা ইবা অমা হাযবগী মহুত্তা অচৌবা কবি অমনি হাযনবী। অদুবু শৈবেং অমসুং বারেং অনীমক মান্ননা মফম চাউনা লোইনমক হৌজিক্তি সাহিত্যদা মফম লৈবে।

এরিষ্টোটলগী মতমদদি ইবা হাযবসিমক্তবু ছন্দ মাত্রা চানা লেংশিল্লবা শৈবেংগী খূৎই ওইনা চথনবম্মী। সোফ্রোনগী *মাইম* অদুগা প্লেটোগী *পাউসা* (dialogue) গুম্বা খবা নত্তনা, কুম্বাবোল (history), ৱাংউবোল (philosophy), মহৌশা কাঙলোন (natural science) অমসুং হীদাক-লাংথক্কী মবমদা ইবা খূৎই ফাওবা, চৎনবী অমা ওইনা শৈবেংগী মওংদা ইবসি তৌনবম্মী। বাবেংগী খূৎই অসি শুক্রে লৈবমদবদি নত্তে হাযবা তাই, মবমদি গ্রীক লোলদা অহানবা ওইনা অনাক্সিমান্দর হাযবা ৱাংউবোয (৬১১-৫৪৬ খৃঃ মাঃ) অদুনা ৬ শুবা চহীচা খৃষ্ট মাঙদা ৱাবেংগী খূৎই ইবা হৌদোকখ্রে। এরিষ্টোটল মশামক্কী খূৎইসু শৈবেং অমখক নত্তনা অতৌদি ৱাবেংদা ইবল্লিবনি। অদুবু কল্পনাদা যুম্ফম ওইদনা ইবা খূৎই অদুগী ওইনদি শৈবেং ওইনা ইদবা যাবমদে। ড্রামাসু এপিকসু শৈবেংদা ইনবম্মী। মবম অসিদগীনি ট্রেজডীবু এরিষ্টোটলনা শৈবেং হাযনা লৌবিবা অদুগা ইবিবা মীশক অদুবুনা ট্রেজডীগী কবি হাযনা কৌবির্বসি। হৌজিক্কী ওইনদি শৈবেং হাযবগা মকওইনা লিবিক শৈবেং ঙাক্তা ওইনা তৌবে। মসিগী মবম থিবা থোইনা লুনিংঙাই ওইদে — মবমদি মীওইবগী চওখৎলকপগী খোঙকাপকা কোয়নগা ফোঙদোকপগী শক্তমসু মশক ওল্লকই। অনৌবা খূৎইগী শাগৈশিং থিবা হৌবকই অমসুং মদুনা মীওইবগী ফংলকপা লৌশিংশিংবু (experience) হাপচানবদা হেন্না নুংঙাইবা অমসুং মতৌক চাবা পাএ ওইবর্বদি শৈবেংগী অতৈ খূৎইগী মফম লৌবক্তুনা অনৌবা খূৎই শাগৈশিং পুথোবকই। এরিষ্টোটলগী ৱাহৈদা হাযবগা এপিক্তগী ট্রেজডী অমসুং লেম্পুন্দগী কমেডী থোবকখিবগুম, এপিক্কী খূৎই অদুগী মহুৎ হৌজিক্তি উপন্যাসকী শাগোনা শিল্লবে। ট্রেজডী অমসুং কমেডী, ২০ শুবা শতাব্দীদা শৈবেংদা ইননবা টি এস এলিয়ট কুম্না কবি খবনা থওইনা হোৎনখিবা নত্তনা, হৌজিক ৱাবেংদা, মদুসু অযাম্বনা মতমগী চংনিবা ৱাহৈ বা তাদা ইনুবে।

## ট্রেজডীগী হৌবকফম

থাযনগী গ্রীসতা শৈবেংগী মফম অসি যেংলুবগা ট্রেজডী ইবা মীশকপু কবি হাযনা এরিষ্টোটলনা কৌবল্লিবসি ঙক্কীংঙাই ওইদ্রে। মতম অদুদা ট্রেজডী অসিনা শৈবেংগী খ্বাইদগী মপুং ফাববা পোথোক্লি হাযনসু লৌনবম্মী। পোযটিক্স অসিদা শৈবেং, এপিক অমসুং কমেডী অহুমসিগী মবক্তা খ্বাইদগী মমূৎ তানা লৌখৎলিবা হীবমদি ট্রেজডীগী মতাং অসিনি। ট্রেজডী হাযবা ৱাহৈসি গ্রীক ৱাহৈ *ত্রাগোইডিয়া* (tragoidia) দগী থোবকপনি। মসিগী অর্থনা 'হামেঙ ঈশৈ' (goat-song) হাযবনি।

অদুব বিজেন্তিয়ামদা "" নবঙ্মা গ্রীক্তদি মসিগী অর্থসি ঈশে' খক্তং হায়বম্মী। হৌজিক ডাংনবিবা গ্রীক লোলগী খাতে *ত্রাগোইডি* (tragoidi) অসিনসু 'ঈশৈ' খক্তবু শঙনহল্লী। এরিষ্টোটলগী ওইনদি পোয়টিক্স অসিদা খন্নবিবা ট্রেজডী অসিনা অকন্বা ড্রামা (serious) বু খঙনহল্লী। হায়বিবা ড্রামা অদু অবাবা নংবনা পোলোই ওইনা লোইশিনগদবনি শালসু লৈবদে। ট্রেজডীগী হৌবকফমগী মতাংদা এরিষ্টোটলনা অসুম্না পীবম্মী ঃ - মতৌ তম্মংলী শৈবং হায়বসি থোববই মসি তৌবদা কবিওম্বা খবা খণ্ডহৌবতা নত্তনা নওইবা অপেনবসু ফং। হৌবকপদা পংলেং লেশিনবগী মওংদা থোবকখিবা শৈবে সি হেন্না লুনা খন্থবা মীওইশিংনা অবাংবা থবক্কী অমদি মীওইশিংগী, অদুগা তয়া খশোয়বশিংনা হুন্থবা পাক্কী মতৌ তমদুনা ইবকই। অহানবগী খুৎই অসিদগী এপিক অদুগা অবোনবগী অসিদগীনা লেম্পুন ইবা কবিশিং থোবকই। মখা তাবা ওইনা লেম্পুন ইবগী বাখল চনবা মীশিংনা কমেডী ইবকখী অদুনা এপিক ইবগী বাখল চেনবা মীওইশিংনা ট্রেজডী হায়বসি ইবকখী। কমেডী অসি লেম্পুনগী লাকপনি হায়খ্রে মসিগী মথৌদি অযাম্বনা চৈ থাংবা, নোকুবনা ওইবম্মী সাদুব সিসীলীগী হাপকর্মসিনা অহানবা ওইনা থীদোক খুংশেম হাপটাল্লবা তুংদা এথেন্সকী ক্রেটিসনা অহানবা ওইনা *থিম* অমসুং *প্লোট* অনীসিন পুনশীনদুনা মাশক অমবু অপান্নবা নোকবা নংবা মাসমগী ওইনা তৌবা মওংদা কমেডী ইবা অসি হৌদোকখী। সেক্সপ্যারনা নোরাংবা পোকহনবগী থবক, *কোমিক* ওইবা যাবম অমা শাগৎপদা মীগী মপুক্তং নাহন্দবগী খুৎই অসি কোন্না মপুং ফাহল্লবখী।

## ট্রেজডীগী শক্তাকবা (Definition)

শৈবে ইবা হৌনবকপদগী যে লুবগসু ট্রেজডী থোবকখিবসি কুইববা মতমদগীনি। ইস্কিলসনা (৫২৫ ৪৫৬ খৃঃ মাঃ) অহানবা ওইনা লিলা কৃম্নিবা কলাকাবগী মশীং অমদগী অনী শুহনখী, সোফোক্লিসনা* (চাউবাক্লা ৪৯৬ খৃং মাঃ দা পোকখিবা) বোবসকী থৌদাং খবা হুম্থহল্লগা কলাকাব অমমুক হাপচীন্দুনা অহুম শুহল্লকখী। **পোয়টিক্সকী** ৬শুবা পন্দুপ্তা এরিষ্টোটলনা পীবম্মা ট্রেজডীগী ফাওববা শক্তাকবা (definition) অসি থেংনৈ। ট্রেজডীদি থবক্কী (action) মতৌ তম্বনি। হায়বিবা থবক অদু লাযনা খন্দোক্কে

---

* সোফোক্লিস গ্রীক লোণ্ডোনা সোফোক্লেস ইংবাজীদনা সোযোক্লীজ – ঐংখাওন এইনা হায়দোকপদা খবা নুংঙইবা দ দুনা ক্লিস হয়না থম্মনি।

হুপ্তুনা লাক্লবস্ অদুম হেক্তা চনবগী মওংনি। 'ব্রা ঙাংফম' 'speaking place' হায়নস্ খঙনবা লিলা ফম্বাক ওইরিবা মফমদু থোইনা ৱাংলমদে; মফমসিদনি কলাকারশিংনা থোক্কুনা ব্রা ঙাংলিবা থবক তৌবিবা। লিলা কূম্বা মীশিংদু চুম্নগী মীওইদগী হেনগৎনা উনবা খৌরাং কয়া তৌরম্মী। মশা থাগৎনা উনবা হায়দুনা ফি নমর্শীল্লী। বাংখৎনা উনবা হায়দুনা খুগা য়াম্না থানা থাবা, খুনীংসু হায়রপ ফজনা অদুম ৱাংবা *কোথর্নস্* হায়না খঙনাবা খোঙউপ মখল অমসু তোংলম্মী। অদুগা চুম্নগী মীওইগী মায়দা-মিত্তাদগী হেন্না চাউনা উনবা হায়দুনা মায়খুম উপ্পবম্মী; লিলাদা অমুক উপাখিবা মায়খুম অদু হোংদোকপস্ য়ারমদে।

অসুম্না মরম অহূমসিনা গ্রীক ত্রেজডীদা অকনবা শাফু কয়া পীখি। লিলা কূম্লিবা কলাকারদুগী মশাদু লোযনমক ইফা-ফার্জাল্লবনিনা মনীং তম্না লেঙ-ওৎপা, হাই-হৃম্বদা অপনবা থোকহল্লে, থবক থুনা পাযখৎহনবা য়াদ্রে; অদুগীসু মথক্তা কলাকাব অদুনা মহুৎ শিন্দুনা উর্থলিবা মীশক অদুগী শক্তোন শাগৎপস্ য়াহন্দ্রে। অদু ওইরবদি হৌজিক কবি লৈহৌখিনি? -- অনেম্বা ফম্বাক ওইবা মবম্না তোঙান-তোঙানবা মীশক্কী শক্তম লাংলিবা কলাকাবশিংদু অমুক্তদা য়াম্না থোকপা য়ারনদে। মদুগী মহুত্তা মকোক থংবা মীশকশিং (characters) অদুনা মাগী লোয়িন-খময়িন লোয়নদুনা, হেক সেংবদা তোপ-তোপ্পা হেক উগদবা মওংদা থোকপা তারকই। য়েংলিবশিংগা লিলা শান্নবিবা মীওইশিংগসু ফনা য়াম্না থাপ্পবা মরম্না অকুপ্পা অভিনয় চৎথবস্ য়াহল্লমদে। মথক কুপ্তবা, পাক-চাউখ্রবা থিয়েটবদুদা হৌজিক্কী মতমদা তৌনরিবা অসিগুম ব্রা ঙাংবদা খোম্লোক্কী অনেম-অৱাং, ৱাহৈদো থেক্তোক-থেকচীন, থুনা ঙাংগদবা মতাং, নেম্না ঙাং গদবা মতাং পূম্নমকসি কূপ্পা অয়েংবশিংনা তাবা ফংলোইদবা মরম্না শৈবেং থীবা মতমদা নত্ত্রগা হীরম অমদা মীয়ম মাঙদা থোক্কুনা ব্রা ঙাংবা মতমদা তৌনবগুম, রেটরিক্কী ওইবা ৱাঙাংদা য়ূম্ফম ওইবম্মী, ৱারী শানবদা ঙাংনে শক্লবগী মওংদা চৎথরমদে। ঐখোয়না গ্রীক ড্রামা পারম্বা মতমদা খেংনরিবা চপ চপ লেপ্পগুম তৌবা, ব্যবহারগী মওংদগী কয়া হেন্দোক্কবা, হৌজিক্কী ড্রামাদা তৌবগুম মীশক অনীগী মবক্তা নকশীন্নবগী ৱাঙাং কয়া থোইনা য়াওদবা মতৌ অসি মবম অসিদগীনি। ফীবম অসি সেক্সপ্যারগী ড্রামাশিংদা য়াম্না হোংদোরকখী। পাউসানবদা নকশীন্নবা ৱাঙাং পায়খৎপা ঙম্লকখী, ৱাঙাং-শাথেক, অভিনয়দা হেন্না কূপথবা মওংদা পাঙথোকপা ঙম্লকখী — মসি পূম্নমক অসি থিয়েটরগী য়ুমসা অদুগসু য়াম্নমক মরী লৈনবদগী থোরকপনি। ফগৎলে হায়বিবা সেক্সপ্যারগী

দ্রামাশিং অসি ফাওবদা অযেংবশিংগী থাপ্নবা, লাঙবগী চাং অসি হৌজিক্কীগা য়েংনক্ববদি ফন্না যামনা খেন্নবিবনি। মবম অসিনা মহাক্কী লিলাশিংদা 'অহৌবা উৎপা' অসি লাঙলিবা মীয়ামগী পুক্নীং হেক্তা চিংশিন্নীংঙাই ওইবা মওংদা পুথোকপা যামনা দবকাব ওইবন্মী। মণিপুবগী ওইনা শুমাঙলিলাদসু, লাঙলি নিল্লিবা ভাবোকপু লিলাবোমদা মায ওনশীনহন্দুনা পুক্নীং চিংশিন্নবা অহৌবা মতাংদা অকনবা ব্রাঙাং শীজিন্নবা, মখা তাবকপদসু যাবিবমখৈ লাউনা, হৌনা, মৃক্তুনা হায়দোকপা যাবা পাউসা (dialogue) থম্না আস তৌনে। লৈবাক্কী লৈহাওদগী হৌগৎলকপা থিযেটব (folk theatre) অমা ওইনা শুমাঙ লিলাদসু গ্রীক থিযেটবদা থাযনা মমাংঙেদা তৌনবম্বা অদুগা সাঁওম্না পীক্রবা মান্নবা অমসু লৈবি। গ্রীক ত্রেজডীগী ওইনা মখা অমুক চখববদা, কলাকাবশিংনা শেৎলি-চানিবা ফিজোলদুনা মবম ওইদুনা খুৎ শা শীজিন্নবদা চাউহাই হাযদুনা, মপূম মপূম ওইনা তৌবা শাথেক-খুৎথেক্কী মওং চৎথবা তাখী। মাযদা মাযখুম অমসু হাপ্লিবনিনা মাযখোংগী অভিনযগী বাফম অমা লৈত্রে। অদুনা মীশক অমগী শক্রোনশিং শাগৎপগী মশুগ্রা অকক্সবা মীওই অমগী মশুন অমা ফোংদোকপগী থবক ওইনা তৌবন্মী। মুক্সবনা মহাক্কী হিস্তবি ওব গ্রীক লিটবেচব দা হাযবা মতুংইন্না, লিলা যেংলিবা গ্রীকশিং অদুগী মফমদা কলাকাবশিংনা মাযখুম উপ্লিবা অদুনা কাঁবসু থোইনা অকাযবা পীবম্লোই মবমদি লিলা হৌবকপদা চেল্লবখিবা বাখলগা ইন্দুন্দ লিলাদু লাশাং শীৎনা অসুম পুথবনিনা মাযখুম্না ফোঙদোক্লিবা মযোঙদোক অদু ওঘোকলুদবসু যাই। অদুনা ইস্কিলসকী ওবেষ্টিসনা সোযোক্লিসকী অজাক্সনা নত্ত্রগা যুবিপিডিসকী মিডিযানা হৌবদগী লোইবা যাওবা মফোঙদোক অমখক অসুম শীজিন্নবম্মী হাযবসিদা ঙক্নীংঙাই ওইদে - মদু হেমলেটনা নত্ত্রগা ওথেলোনা তৌখি হাযববদি অঙকপা পোকপসু যাই।

গ্রীক ত্রেজডীদা মবমশিং অসিদগী হকথেঙননা ওনশীন্নবগী মশুত্তা অপূনবা খোঙফমদা থোবকপা, বাঙাংদা চাং লেম্না অনদি অকনবা খোন্দা খোনফমদা ঙাংবা অসি তৌনবম্মী। মদুদা থাঙ পাযদুনা লাল শোক্নহল্লুবা তাবর্বদি ভাবোক্লা যেংবদা যাগী তাগদৌবি। অতোপ্পা মকওইবিবা বাফম অমনা গ্রীক ত্রেজডীগা লাইনীং লম্বীগা থাদোক্লবা যাবমদবা অসিনি। দ্রামা শান্নবিবা মফমদু ডাইওনিসসকী লাইশঙনি হাযনা লৌগনি, অমসুং যন্ত্র পাযবা কাংবু লৈবিবা মফমদুদা লাই অসিগী মফমদা থাপখোকপা ওন্টব অমখক খ্বাই মযাম্না উনবা মওংদা থিন্দুনা হেক হেক থম্নবম্মী। ভবত মুনিগী নাট্য শাস্ত্র গী মতুংইন্নসু ব্রহ্মানা বঙ্গমঞ্চগী মযাযদা লৈবি হাযনা লৌবদগী লৈ চঙখোকপগী

থৌবম অমা তৌনি। (**নাট্য শাস্ত্র**, ৯৩ ৯৪) নাট্য শাস্ত্রদা পল্লিবা রাফমশিংগা গ্রীক ট্রেজডীদা চৎথনবম্বশিংগা মান্নবা চংগা কনাসু ডবা যংই, অদুবু মফম অসিদদি মদু পুশিন্নবোই। অসুম্না গ্রীক ট্রেজডীদা লাইনীং লম্বী হায়বদি ধম্মগী মমি হকচীন্না তাবা মবম্না হীনমসু লাইগী রাবীদা অযাম্না ওইনা তৌনবকখি। অঙকপা পোকহনগদবসু অযাম্বা খঙনববা বার্বানিন' যাদবে। অদুনা ***ট্রেজিক আইবনি*** দা অযাম্বা যুম্ফম ওইবকাখ। ট্রেজিক আইবনি হায়বদি মীশক (character) অদনাদ খঙদবা ভাবোক্লদি খঙনববা মতোন্দা তাবগদৌবিবা দম্মাগী মতাং অদুনি

## ট্রেজডীদা যাওবিবশিং

এরিস্টোটলনা ট্রেজডী শমদা থৌদোক খৃৎশেম (Plot) মীশক (Character) ওন্দা পদা (Diction), বাখল (Thought) মিৎকী কুমৈ (Spectacle) অমসু ঈশৈ (Song) যাওহ তাযবম্মা। হৌজিক মখোয়শিং অসি কাবগো হায়বদু খন্নদ্বিঙেদা ট্রেজডীদা যাখৎলা বাবা হাবমান অমসু মখোয়গা নকঙো খ্বাইদগী অফবা মখলনা কবিনো ৎ যবাসগী মতা দা এরিস্টোটলগী বাখল অদ তেলপা পুথোক্লনা যে ঁাশ।

ট্রেজডীগী হীকম থৌদোক খৃৎশেম শাগৗপ্রিঙদা মদ শাগৎলবা হাবম অমা হান্না থৌবাং তৌবা তাযবসি যাম্লমক ওঙাংযদবনি। ট্রেজডীনা *কথার্সিস* পুবক্লদৌবিবা থৌদোক-বাগোর্বাস হম্ ম্মমগী মনু দা থোকপনা মংগল লেবা হল্লি কাযবাদ মচান মনাং নপা মচা মমা মচা অসিনচি বা মও দা হাংল তংবা থোক্লব মতমদা মসিগী শাফু আস পানা হোন্নবান। হেক্লবা অমনা যেন্নবা অমগু হাৎলবা নত্রগা মবী থোক্লদবা, অমগা অমগা কানসু খন্নদবা মাওহাশিংগা মবক্তা মসি থোক্লবদি ট্রেজডীগী ওইবা শাফু অদ পানা ওনদ। হোজিকা মতমদা ট্রেজডীগী শমক যাওদে হাযনাবিবসি নকশান্নবা হমং মংগা ওইবা ফাবম লৈবক্তগা খুন্নাইগী মনুদা থৌশানদবগী অমদি তাথানবগী চাং তনগৎলকপা অসিদগীনি। গ্রীকশিংনদি খ্বাইদগা নক্লবা, নংশিনবগী মবানা পুল্লিবা মীওইশিংগা মবক্তা থোকবিবা অঁকবা অমসু মিনুশি পোকহনগদবা থৌদোকপ ট্রেজডীগা হাবম ওইনা পাযখৎনবম্মী। মদুসু অখন্নবা অচৌ অশাংগী ইমুং খবদংদগী লৌখৎলম্মা। মতম অদুদা ইমুংবু খুন্নাইগী হৌরাকফম ওইনা লৌখী। অর্থব মিলবনা হাযনগুন্নদুনা ড্রামা যেলবা ফমথবা মতমদা পুল্লিবা মাযাম অদু মমা মপা মচা মশু ওইবগী ভাব অমা পোকবকহ, অপুনবা ইমুং অমগী মাশিং ঙাক্তা ওইনা লৌবকই।

অদুবু হৌজিক্কী মতমসিদা লুবিবদি ইমুংগী মফম মাঙশীল্লকপা, হঞ্জিনফম ইমুংনি হায়বা অমা থিবা ফংলক্কুবা অসিনি। হায়বিবা থৌশানদবগী ত্রেজডী আসগী মবক্তা লৈবিবনিনা, অচৌবা ত্রেজডী অমমুক পুথোকপদা য়ানা থোক্রে। অমবোমদা ইমুন্দা থোকপা ত্রেজডীগী থৌদোক অসি বাবীদি মযাম্না খঙনববা য়াবা ওইহল্লগা চানবা মওংদা কবিনা মতাং চানা পুশিল্লকপনা ফবা হেক্লি হায়বসি এরিষ্টোটলগী মোতনা। ওইথোকপা যাবা অকি তুজুংগী থৌদোক অহমখক মহাক্না পুথোকই — যুরিপিডিসকী মিডিয়া দা তৌবগুম খঙনা খঙনা কৌগে হায়বা যাওনা পাওথোকপা, খঙনদনা পাওথোরখিবা সোফোক্লিসকী ইডিপস তা তৌখিবগুম অদুগা শহুমশুবদা ইফিজিনাইয়া দা তৌবগুম খঙনদনা হাৎননা থৌবাংলুবগা মতম চানা খঙনবকপদগী তোকপা অসিনি। হাৎকে থৌরা লুববা ভুন্দা মতম চানা খঙনবত্তন। তাবপা হায়বসিনা থাইদগী যবা হেক্লি হায়না এরিষ্টোটলনা হায়বম্মী অসিওম্না থোকখ্রবা থৌদা অমব ত্রেজডীগী হাবম ওইনা লৌখৎপগী কান্নবদি — থোকখ্রবা থৌদোব হায়বদুদি ভুদা অমুকস্ পোবকপা যাবি হায়দাসিদা তোবে। এরিষ্টোটলনা থোক্রবা যাবা হায়বদনা অশেবা থৌদোক হায়বদুদগীদি হেৎনা বাংখৎন ত্রেজডীগী হাবম অমা ওইনা শীথাখী। সেম্নপাবমকস্ মশাগী ওইবা বাবী পুথোক্নুনা শাগৎপবুদি হান্না নৈবল্লবা থোক্রবা যাবা (Probable) বা য়াশি দা যম্ফম ওইদনা মহাক্না দ্রামা অযাম্বা শীখি

**থৌদোক খৎশেম (Plot)** এরিষ্টোটলনা থৌদোক খৎশেম হায়বসিনা পুম্নমক্কুগী মকওই হায়বম্মী। মীশক শেমগৎপবুনা অনীশুবা থাক্তা মহাক্না থমগী, লোয়নবা অহানবগীসিদা শাফু কয়া পীবদুনা মীশক শাওদ্রবস্ ত্রেজডী ওইথোকপা সাই থৌদোক খৎশেম যাওদনদি ওইথোক্তে হায়বা যাওবা হায়বম্মী। এরিষ্টোটলনা থৌদোক খৎশেম 'প্লোট' হায়বসি খঙনবা ওইনা গ্রীক বাহৈ *mythos* হায়বসি শীজিন্নখি — মসিনা খঙহনবনা থায়নগী য়াবী (legend) নত্রগা চুংগী বাবী অমবু খঙহল্লা। কোন্না কোন্না অসুম শেমগৎলক্কুনা 'প্লোট' কী অর্থ অসি পীবা যাবগী থাক থৌনা পুখৎলকই। মহাক্না সাহিত্যগী মিঙ্গৌ শেম্নবা হোৎনবগী থৌবা অসিমক্কস্ পোগটিক্স অসি পাবদা যান্না নুংঙাইহল্লী হায়বসি হমফ্রি হাউসকী মীৎযেংনি। থৌদোক খৎশেমগী মতাংদা এরিষ্টোটলনা য়াফম অহুমখক হায়বম্মী - মসিগী শাবান অমা লৈবা তাই, শাহৌ অমসু লৈগদবনি অদুগা মসিনা ত্রেজডী অদমক্কী 'থবাগ' ওইগদবনি। থৌদোক খৎশেমগী শাংবা হায়বসিদি কাহেন্না শাংবা যাদ্রে, অদুনা অমুক ফম্দা মপুম অমা ওইনা অদোংবাশিংগী লোশীনবা

ঙমগদবা চাংদা শাংহনগদবনি। হৌজিক শান্নবিবা লিলাশিংদি অযাম্বনা পূং অনী নত্ত্রগা অহুমগী মনুংদা শান্নে। এরিষ্টোটলনা মহাক্কী মতমগী লিলাশিং যেংলুবগা নুমিৎনা অমুক কোযবগা মনুংদা চনবা থবক্না শাগৎপা ওইগদবনি হাযবম্মী। ত্রেজডীগী শাহৌগী মতাংদনা অহৌবা, মযায অমসুং অবোইবা লৈগদবনি হাযর্বসি মযেক শেংনা থন্নম্মী। অহৌবনা, চপ চাবা থোকহল্লক্রবা মবম্মক পীদ্রবস্, অহৌবা অদুনা মবম ওইদুনা তুংদা থবকপু মখা তাহল্লকপা ওইগদবনি। মযায হাযবসিনা মবম অমা লৈবদগী ওইবকপা, মসিনা ফলসু পুবকপা ওইগদবনি। অদুনা অবোইবা হাযবসিনা মথক্কী মবমশিংনা ওইহল্লকপা তৌইগুম্বসুং মখা তানা মহৈ অমুক থোবক্লবোইদবা মতাংদনি। মহাক্না খাযদোক্লিবা মওং অসি মুন্না যেংশিল্লবদি মহাক্না পাল্লিবদুগা ওন্ন তেননা থোক্কদবা রাফমশিংসু যাওনা। মবম লৈতনা অহৌবা অমা লৈবা হাযবসি যথার্থগী মাযকৈদগী যেংলবদি ওইথোকপা যাদনা অমনি। মবমদি শুপ্লেঙ লেওদ্রবা (absolute) হাযবা অদুমদি ঐখোযনা খঙলুবা ঙমদ্রি। অদুগা মযায অসিনা মবম অমনা থোকহল্লগা মশানা মবম ওইদুনা মখা মহে অমুক পাওনবা তাবর্বদি থৌদোক হেক খুদাংমক্কী মবম অমসুং মহৈ লৈবনিনা ত্রেজডা অদু লোইখম নাযববোই। এরিষ্টোটলনা পুনিংলিবদি রাফমসি নত্তে। ত্রেজর্ডী অমা শাগৎপদা অরেম্বা, কান্নদবা মচাকশিং, প্রমান অমদা হাযবগা পোয়োই অমগু যাওহল্লোইদবনি হাযবসি মহাক্কী অচেৎপা বাখলনি। মসিমক্না ক্লেসিকল অমসুং রোমেন্টিক ড্রামা অনীগী তোঙান-তোঙানবা মশকশিং কমদৌনা ওইবকপগে হাযবসিগী মবম অমসু ওই। এরিষ্টোটলনা থোক্লবদি যাবা ওইথোক্লাংঙাহদি ওইদবা থৌদোক অদুবুনা হেন্না মকওহ হাযবম্মী, থোক্লকনীংঙাই ওইদবা ওইথোকপদি যাবা অদুদগীদ্দি। মবম অসিদগীনি মহাক্না থৌদোক-খুৎশেমদা মবা লৈনহনবা অহৌবা, মযায অমসুং অবোইবা দবকাব লৈ হাযলিবসি। মযেংবশিংবু থাজহনবা হাযবা অমসু চৎই। অদিক্তু, শোযখিবদা শাগৎচবকপা পুম্নমক অবেম্বা তাগদৌবিবনি। অদুবু, মহাক্কী ক্লেসিকেল মীৎযেং অসিদগী হোংদোক্লগা রোমেন্তিক ড্রামাশিংদা অহৌবা অমসুং অবোইবা খক থম্বা চৎনবকই। খুদম ওইনা মার্লোগী **ডাক্তর ফোস্টস্** পনবা যাই। ২০শুবা চহীচাসিগী সামুএল বেকেট কুম্বা অইবশিংগী *ইগজিস্টেনসিযেল* ড্রামাশিং দা (existential) খুদম ওইনা **বেটিং ফোব গোডো**, মযায খক্তমক হাপ্লসু তৌনবে।

**থৌদোক-খুৎশেমগী শাবান** ঃ- মসিগী শাবান অসিদি অমুক য়েংবদা মপুং ফানা উবা ঙম্বা মখলগী ওইগদবনি। কুপ্তা কুপশ্রবা জীবদুসু মশক লাকশীনবা ঙমদে, মাইল

লীশীং অমা চাউবা জীবদুসু মশক লাকশীনবা ঙমদে। এপিক শৈবেংদি থৌদোক্কী মশীং অঙকপা ফংনা যাম্লবসু যাই। মহাভাবত, বামাযণ মহাকাব্যশিংদা য়াওবিবা থৌদোকশিংদুনা পুন্না ড্রামা অমা শাগৎপা যাবোহ। ইলিযাডকী বাবীনা ড্রামা অমা হেক্তা ওন্থোকপা যাবোই। থৌদোক খবা লৌখৎলগা চানবা মওংদা লেংশীন্দুনা, অযেংবগী মিৎ অমসুং থোপকী পাম্বৈনা লাযনা লৌশীনবা ঙমগদবা মওংদা থৌদোক খুৎশেমগী শাবান থমগদবনি। অমবোমদা ত্রেজডীগী চানবা শাবান, হাযবদি ত্রেজডী অমনা তঙাযফদনা শাংগদবসি নাযক্না থোক্লবা যাবা অমসুং তঙাযফদবা মওংদা অন্নাবদগী নুংঙাইবদবু ওইবসু, নুংঙাইবদগী অন্নাববু ওইববসু যৌবকপা ফাওবগী থবক অদু মপুং ফাহনবা ঙম্বা মওংদা শাংবা ওইগদবনি। অদুনদি হৌজিক বাফম অনী লৈবে — ভাবোক্না খঙবা ঙমগদবা শাংবগী চাং হাযবা অমা, অদুগা নাযক্কা মফমদা অফবা নত্ত্রগা ফত্তবা পোলোই পুবকপা ফাওবগী মতম কোনসিনবা ঙম্বা শাংবগী চাং। মসিদা এবিষ্টোটলনা ওইহন্নীংলিবা বাফমদি, খবা কোইথোক্লা হাযবা তাবগনা মহাক্কী theory of fragmentation of substances নত্ত্রগা inherent forms হাযনসু খঙনবা (মসিগী শম্লপ্পা বাখোলগীদমক্তা, বাহৌদোকং এবিষ্টোটলগী পূর্ণা অমসুং থবক -- হাযবদু যেংবিয়ু) মওং অদুদান। পবৈলোন (theory) অদুনা পীবিবা, অকক্লবদা ওইবংপান, তাইবংপান্দা অকক্লবা যাওবগী বাফমদু পুশিল্লকপা যাই। থৌদোক-খুৎশেমদা পুখৎকদৌবিবা বাবাদু তাইবংপানবু অকক্লবদা মশুৎ শিঞ্জিল্লকপানি। অকক্লবা অদুদা তাইবংপানগী ওইবা অপূনবা মশক অমা উবা ফংগদবনি। অদুনা শাংবগী দবকাব লৈবা অদু উৎকদৌবিবা থবক অদুগী মপূ ফাবা শক্তম অমা উৎথোকপা ঙম্না শাংবা তাবে।

**থৌদোক-খুৎশেমগী মখল ঃ** ফাবম খক-খা ওনবা *(peripetiea)* অমসুং খঙলকপা মতাং *(anagnorisis)* অনীমক যাওবা থৌদোক খুৎশেম অদুবু অকবা (complex), অদুগা মসি যাওদবা, থৌদোক (episode) শিংগনা শাগৎপা অদুবুনা অচম্বা (simple) থৌদোক-খুৎশেম হাযনা এবিষ্টোটলনা থোল্লম্মী। অহানবদা **পোবিপীটিয়া** হায়বসি কবিনো হাযবদু যেংলসি।

বাহৈ অসি বাহন্দোক্কা অশেংবা গ্রীক বাহৈগী অর্থগা অনীগী মবক্তা খবদি থৈন্নে। হম্ফ্রি হাউসকী মোত্তা *'reversal of fortune'* হায়বসিদা লাইবক্কী বাফম অমা পুশিল্লকপসি যানিংদে, মবমদি বাহৈসিগী অর্থদি *"reversal of intention"* ওইনা মহাক্না লৌই। মবম অসিনা হান্না ওইবল্লিবদুগা কোন্না ওইবক্রিবদুগা অনীসিগী মবক্তা *reverse*

.তৌবা তাযোন্নবকপা অমদি শোযদনা থাওবে, মবম অসিদগী *পেরিপীটিয়া* অসিবু 'ফীবম থক-খা ওন্‌বা' হায়না অর্থ হল্লি। রাহৈ অসিনা কন'গুম্বা অমনা অতোপ্পা অমদা কবিগুম্বা অমা থোক্লনবা শীল্লুবদা মঙোন্দা হঞ্জিন্দুনা খোক্লবগী রাখল ফোঙদোকই। মখোঙনা থোংনো মমং খিবা, মশানা থাকচবা লাংদা মশামক থুজবা হাযবা অর্থশিংসি মসিগী মনুংদা চেল্লি। ফাবম থক-খা ওনবগী থবক অসি থাজদনা থোকপা মখলগীনি। মসিনা নাযক মশামকপু, পাবিবা মীবু নত্ত্রগা তাবিবা মীবু ঙকপা পোকহল্লী। এরিষ্টোটলগী ওইনা ড্রামা অমগী মনুংদা ফীবম অমদগী মদুগী হেক ওন্ন-তৈনবা ফীবমদুদা ওহ্লোবকপা হায়বসি, থোক্লবা য়াবা নত্ত্রগা দবকাব লৈবা মওংদা থৌদোকশিংদু পুথবকপা ওইববদি, থোকহনগদৌবনি হাযবগী মোং লৈ। মসিগী খুদম ওইনা **ইডিপস** অমসুং **লিক্সিযস** ড্রামাশিং লৌখৎপা যাই। নিংথৌ ঈজিপ্তসকী মচানিপা যাখ্খেনা অর্গোসকী নিংথৌ ডানোস্‌কী মচানুপী যাখ্খে ফাদুনা লুহোংলে, লুহোংবগী অহিংদা ডানোসনা ঈনশিন্দুনা মচানুপীশিংনো মাগী মাগী নিপাশিংদুবু হাৎলে — শুপ্নগী অমখক নত্তনা — মদুদি কনানো হাযবদা লিক্সিযস মতোমদং মাগী নুপী ওইবিবী হাইপর্মেষ্ট্রানা নুংশিজবদগী মথ্বাই কলহৌবে। অদুবু থিওডেক্টিসনা ইবিবা লিলা অদুগী মওং খন্থকবগা, লিক্সিযস অমসুং হাইপর্মেষ্ট্রা অনীনা মতম খবা লোন্না লৈমিন্নদুনা মচা অমসু পোক্লবা মতুংদা ডানোস্‌না খঙলক্তুনা লিক্সিযসপু হাৎনবা পুবম্মী হাযবসি তাকই। অদুবু অর্গোসকী প্রজা মযাম্না হৌবক্তুনা ঈ থৌবাংলবা নিংথৌ অদুবু হাত্তোক্তুনা লিক্সিযসপু অর্গোসকী নিংথৌ অমসুং হাইপর্মেষ্ট্রাবু লৈমা ওইহন্দুনা পালহর্নখি। মসিদা থোক্লিবা ফীবম থক-খা ওন্নবা অসি ডানোস অমসুং লিক্সিযস অনীমক্কী মফমদা থোক্লিবনি। ট্রেজডীদা মসি যাওদবা যাদে হাযবিবসি মসিমক্তা ট্রেজডীগী খ্বাইদগী হেন্না থম্মোয শোকহন্নীংঙাই ওইবা মচাক অদু ওইববা হাযনা হংবা য়াই। অদুবু *পেবিপীটিযাদা* পুন্সীগী ট্রেজডীগী ওইবা মশক অমা, নাতৈ-চাদবা থৌওংনা থনবা মশক অমা যাওবার্বর্সিনি খ্বাইদগী মকওইবিবদি — মসিনা *ট্রেজডী ওব এববস* অমা শাগৎলিবনি। মবমদি লুকস্‌কী রাহৈদা হাযবগা, ' For the deepest tragedy is not when men are struck down by the blow of chance or fate, nor yet when they are destroyed by their enemies, but when their destruction is the work of those that wish them well, or of their unwitting hands " (Lucas/p 112)

**খঙলকপা মতাং** *(anagnorisis)* - ফীবম থক-খা ওন্নবা লাকখ্রবা মতুংদা

'খঙলকপা মতাং' — recognition, discovery, গ্রীক্তা *অনাগ্নোর্ইসিস্* হায়বসি তৎন-থানবা য়াদ্রবা মওংদা লাকই। মসিগী অর্থসি মীশক অমগী অশেংবা মশক খঙলকপগী মওংদা লৌনে। অদুবু মসিনা খঙহল্লিবশিংগী মনুংদা হান্না খঙলমদবা পোৎশক অমা, ৱাফম অমা খঙলকপা হায়বসিসু য়াওই। এরিষ্টোটলনা হায়বগী মতুংইন্না মসিগী থবক অসি অমম্বদা লৈরম্বদগী মঙাল অমা লাকপনি। অরুবা থৌদোক-খূৎশেমগী মনুংচন্না ফীবম থক-খা ওনবা অমসুং খঙলকপা মতাং অনীমকসি থংমু-নাউমু ওইনা অদুমক থোকই। খ্বাইদগী ফবা খঙলকপগী মতাংদি, **ইডিপস** তা তৌবা অদুগুম্লদুনা ফীবম থক-খা ওনবনা তুংগোন্নবা মওংদুনি। অসুম্না ৱাখলদা অরানবা লৈবগা (error of judgement) মরী লৈনবা থৌদোক-খূৎশেমদা থক-খা ওনবা অমসুং খঙলকপা মতাং হাপ্পা হায়র্বসিনা অচৌবা থৌদাং য়ারিবনি। অচম্বা থৌদোক-খূৎশেম (থৌশেম) দদি মসিগী মথৌ কয়া তাদ্রে। অমরোমদা অমুকসু থক-খা ওনববু খঙলকপা মতাংনা তুংইন্নবশিনা নুংঙাইবা নত্ত্রগা অবাবা পোলোই পুরক্লবগী মচাকসু ওইরিবনি। ত্রেজডী হাযবসি এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না লায়না খন্দোকপা য়াদবা, অরুবা 'সিরিয়স্' ওইবা থবক (action) অমগী মতৌ তম্বনিনা **ইফিজিনাইয়া** লিলাদা তৌবগুম্না পোলোইদা নায়ক নত্ত্রগা নায়িকা শিবদা লোইদ্রবসু য়াই। ১৫৭০ ফাওবদা কাসলবেত্রানোগী লাইরিক্তা (Poetica d'Aristotle Vulgarizzate et sposta) ত্রজডীগী পোলোই অসি নুংঙাইনা লোইববসু য়াই হায়বা মোত পীরম্মী। লিলা অমবু ত্রেজিক ওইহল্লিবদি মীশী-মীনাগী থৌদোক হাপ্পদুনা ঙাক নত্তে, ৱাখলদা অরানবা য়াওখিবা, ফীবমদা থক-খা ওল্লকপা অদুনা থোকহল্লকপা অরা-চৈনাখোলশিং অদুনসুনি।

**ত্রেজডীগী কয়াৎ অহুম ঃ** - অহৌবা, ময়ায় অমদি অরোইবা হায়বসিসু অরানবা, অৱাবা তাবা, *পেরিপীটিয়া* অমসুং *অনাগ্নোর্ইসিস্* খঙলকপা মতাং হায়বশিংসিগা খোঙথাং মান্ননা চৎমীন্নে। মসিনা ত্রেজডীগী মনুংগী মচাকশিংনি, অদুগা ত্রেজডীদা য়াওরিবা তোঙান-তোঙানবা কাতুপশিংনা — প্রোলোগ, এপিসোড, এক্সোডি অমসুং কোরল ঈশৈগী শরুক অসিনি। অকোনবগীসিনা অমুক হন্না পরোডি অমসুং ষ্টাসিমোন হায়না খায়দোক্লি। ত্রেজডীগী থৌদেক-খূৎশেম অসিমক্তবু ৱারী পরীংদুবু খরা হেন্না লুশিনহন্নবা হাপ্লিবা থৌদোক মতাংশিং (episode) অমসুং 'পরৈ হন্দোকপা' *এক্সোডি* হায়বসিনা অমরোমদা ডেনুমাঁ (denoument) হায়বদুগা মান্নে। ডেনুমাঁগী মমাঙদা থোক্লিবা পরৈ লৈশীনবা (complication) অসিনা লিলা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা হান্নবা থোকখ্রবনি হায়বা থৌদোকশিং অদুগা, নায়ক্কী ফীবম ওল্লমদাই ফাওবগী মমাংদা থোক্লিবা

খোঙ্গোবশিংদু না শর্ন। এক্সোড (Exode) নংগা ... নুমাং হায়বসিনা ফীবম থক খা ওন্না ... বা নত্রগা অনোইবা শকল অদু ফাওবদা যাওবি ত্দুনি।

## অপূনবা মশক অহুম

লৌকিক অপূনবা মশক অহুম (the three Unities) হায়বসি নৈনবগী মচাক অমা ওইনা ... নওনা ... ভাগা খৃঃ ... দ নিও ক্লেসীসি ... গী মতমদা কল্লম্না ... অদু কন্দরে। অশেংবাদ মসিগী নিযম অসি ১৫৭০ গী কেসলবেত্রোগী (Castlevetro) লাইবিক অদুনা থোকহল্লবখিবনি। মসি চংনবদগী মরম্না (১) অপূনবা মশক অহুম ঙাকপগী থবক্তসি এরিষ্টোটলনা নিযম অমা ওইনা থম্লম্মনি হায়বসিমগা, (২) মসি ঙাক্কুবদি দ্রামাদা উংথলিবা থবক্তুদা অয়েংবশিংনা থাজবা পোক্লোই হায়বাসমগা অনীসিদগীনি।

অপূনবা মশক অহুম হায়বদি — মফম, মতম অমসুং থবক (time, place and action) অসিনা **পোয়টিক্স** তা পীবম্না পাবমদবা ঙিদনা তুংদা লাকপা চটাচাশিংদা অচৌবা মফম অমা কল্লখী হায়বসিমদি শোযদ্রে, অদুনা সাহিত্যগী মচাক অমদি অসুম ওইদুনা লৈববনি। তশেংবদি এরিষ্টোটলনা মতমগী মতাংদা নো এগী মনুংদা, (মসিদগী খজিক খবাক হেল্লবসু যাই) থোকপা থবক্কী মতৌ তম্বনা খ্বাইদগী অফবা ওইগনি হায়বসি খক্তনি মোৎ পাবম্লিবা -- মফমগী ওইবা মশক্কী মতাংদদি পনবা ফাওবা পাল্লমদে। অদুমকপু গ্রীক থিযেটরগী ওইনদি মসি হায়নদ্রবসু মশানা তৌদবা যাদ্রবা থবক অমা হায়বদু ওইববনি। মফম অমসুং মতমগী অপূনবা মশক ঙাকপগী মরমদি মতমদুদা গ্রীক থিযেটরগী ওইনা যুখল শীজিন্নবমদে, লোযননা কোরস্ অসিমসু লেঙদনা অসুম লৈবম্মী। অদুনা মফমদা, মতমদা অহোংবা থম্বা হায়বসি হেক্তা থাজনীঙাই ওইদবা থবক অমা ওইবম্মী। তঙাযফদনা মতম খবা হৌখিবা তাকপা তাবগনা কোবিক ওড শক্তুনা মদু তাক্লগী পাম্বে ওইনবম্মী — মসি **দি পর্স্যান্স, অগামেম্নন, ইডিপস এট কোলোনস** হায়বনচিংবা লিলাশিংদা উবা ফংই। ফনা থেঙলবা মতমদা ফাওবা হোবস্না (৬৫ খৃঃ মাঃ-৮ খৃঃ মাঃ) থবক্কী অপূনবা মশক ঙাক্কদবনি হায়বসি এরিষ্টোটলনা হায়বগুম কন্না শৌগৎলম্মী।

অপূনবা মশক অহুম হায়বসিগী হৌবকফম তাকপা ওইনা এফ এল লুকসকী খৃৎইদগী লৌথোক্কুনা মখাগী অসুম্না শম্না পীবি। বিনাসাগী মতম যৌবকপদগীদি মসিগী বেবাসি লাকপা হৌবে। ট্রিসিনোগী *Poetica* অমসুং (১৫২৯ ৪৯) সিন্টিও (১৫৪৪) অনীনা মতমগী অপূনবা মশক কন্না পুশিল্লকখী। মসিবু বোবটেলীনা ১৫৪৮ দা পুং

তবানীথোইহ খক্তং শাংগদবনি হায়বা হৌরকই। এাপক্কী ৮বকপু চঙী অমা ফাওকা শাংবা যাহল্লম্মী। ১৩৬১ দা স্কালিগর্না ত্রেজডীগী থবক্কা বোনবা যাবা মতম্‌সি পুং ৬ ৎগানা ৮ ফাওবগী চাংদা অমুক হুহুহল্লে। ১৫৭০ দা কেসলবেট্রোগী লাইবক গোডনবা মতুংদগীদি মসিদগী বাখলসি লাম্মৈ চাকপওল্লা শন্দোকপা হৌবক্রম্মী।। লাখল খম্ববা মীওইনা মফম অমগী নত্ত্রগা নোংমদগী হেন্না মতম চংবা থবক্কী লিলানা থাজবা অল্লাই হায়বসিনা মতমদুগী মাঙজীন থাবা বাখল ওইবকখী। ইংলন্দগী ওইনা সিডনী এবন জোন্সন ফাওবনা মসিবু শৌগৎলম্মী, মিল্টনসু যাবম্মী। অদুব ড্রাইডন্না মসিবু থুগাইবা ওখি। ফ্রান্সতনা হান্না যাজবমদবা কোর্নেইল (Corneille) অদু যাইনখিবদগীদি মহাক যাওবা যাওনা লিলা শান্নবদা চঙগদবা মতম অদু খক্তমক লিলাগী থবক অদুনা মতম লৌগদবানি, অদুনা সহব অমগী, হায়বদি অকক্লবা মফম অমগী মনুংদা থোকপা থৌদোকশিনা শাগৎকদবনি হায়বা বাফমসিমসু পুশিল্লকখি।

ইংলন্দগী ওইনদি সেমুএল জোন্সনগী খৎইনা মশক অহুম অসিবু থুগাইবদা যাম্না অচৌবা থৌদাং যাখি। মহাক্না সেক্সপ্যাবগী মতাংদা ইবদুনা, ড্রামাদা মফম মতম অমসুং থবক অহুমসি ফনা যাম্না চানহন্দুনসু কেদৌঙেদস্ অচুম্বা অদুবু নমথাক তৌসি হায়নদি যাববোই — হায়বদি লিলাগী ফম্বাঙ্বু লিলাদা পাবিবা মফমদুনা হায়না খনবা ওল্লবা অয়েংবগী পুক্নীং অদুনা মফম অমসুং মতম হোংদোক হোংজিন তৌনদা কবিসু থাজদবা তৌবোই হায়বম্মী। মহাক্কী ওইনদি থবক্কী অপূনবা মশক অদুমৎং ডাক্কগা লোইরে হায়বা বাখলসি খনখী, সেক্সপ্যাবনসু মসিবু ঙাক্ল। চৎখী হায়বসি মহাক্না পুথোকখি। জোন্সনগী মীৎযেং অসিদা লিলাদা নত্ত্রগা লিলানা তৌবিবমখৈ তৌসনু, কবিসু খনবীকদ্রগা লোইবে হায়বা ভাবতা পুখিদুনা শৈবেংবু থৌশাদবগী ফজবোল (aesthetics of indifference) অমা ওইহল্লে। অমবোমদা অনৌবা মতমগী ঈচেল যেংনক্বা তাবগনা বর্টোল্ড ব্রেখনদি শৈবেং অসিবু তোখাইনবগী ফজবোল (aesthetics of alienation) অমা ওইনা লৌনম্মী। সেক্সপ্যাবগী ওইনসু মফম, মতমগী বাফমসি থওইনা থুগাইবগী থবক কবিসু তৌবমদে, কুম্বাবোল ড্রামা (historical plays) খবদা তঙাযফদনা তৌবা নত্তনা। মহাক্কী **হেমলেট**, **দি টেম্পেষ্ট** নচিংবা লিলাশিংনা মসিগী খুদম ওইবিবনি। এরিষ্টোটলওল্লা মফম মতম ঙাকপগী তঙায়ফদবা লৈববদি থবক্কী অপূনবা মশক ঙাকপগীসু তঙাযফদবা লৈ হায়বসি মঙোন্দসু ফাওখিবগুম তৌই। এরিষ্টোটলনা মতমগী অপূনবা মশক ঙাকপগী বাফম অমখক হৌদোক্লম্বা অসিদি মহাকাব্যদা শীজিন্নবা থবক্কা অকক্নবা মতম লৌদবদগী ইচাই

চাইনা উবা অদুগুম ট্রেজডীদসু তৌদনবা হায়দুনা থবক্কী অপূনবা মশক কায়হল্লক্কন-বগীদমক্তা পল্লম্বা ৱাফম্নি। মরমদি থবক অদু করিনো হায়বা অয়েংবনা ভাব তাবা ঙমদ্রবদি মদুনা অপেনবা পুরকপসু ঙম্লরোই, খঙহনবসু তৌররোই। কবিগী মথৌদি মপূং ফাবা থবক অমবু মতৌ তম্বা হায়লসিনি। মদু শাগৎনবা হোৎনবদা চঙলিবা থৌদোকশিংদু অমগা অমগা অসুক্কী মতিক মরী চেৎনা লৈনহন্গনদবনি — মদুদি, অমতং হেক লৌথোকউবদা মপূম অদু যুম নীংখায়বগুম হেক্তা নীংখায়রক্কদৌরিবনি। মসিদা মরুওইরিবা ৱাফম্না, এরিষ্টোটলগী ওইনদি লিলা অমা শান্নবদা মতম কয়া য়াম্না চঙগদগে হায়বগী ৱাফমসি কবিসু লৈখিদে। থোরক্লিবা সমস্যানা এরিষ্টোটলগী মতমগী অপূনবা মশক অসিগা ৱাপীদা (text) পীরিবা থবক্লা চঙগদবা মতমগা লিলা ফম্বাক্তা শান্নবদা চঙগদবা মতমগা চানহন্গদবনি হায়বগী ৱাখল অসিগা অনী অসি ইযেৎ-য়েৎশীন্নবগুম তৌবা অসিদগী অয়াম্বা থোবকপনি। মতমগী ৱাফম অসিদি **পোয়টিক্স**, পন্দুপ ৫ দা ময়েক শেংনা পীদুনা লৈববনি। হাযরিবা এবিষ্টোটলগী ৱাফম অসিগা কাসলবেট্রানোগী অপূনবা মশক্কী ৱাফমগা অনীসি থোইদোক্লা মরী লৈনদে। এপিক্কা য়েংনবদা ট্রেজডীগী ওইনা মতমগী অপূনবা মশক অমা থম্বগী ৱাফম অমা এবিষ্টোটলনা হায়রল্লিবসিদি এপিক্তদি মফম অমসুং মতমগী অকক্লবা লৈতবনিনা ট্রেজডীদদি মদ্ থোক্তনবা অকক্লবা অমা থম্বা ফৈ হায়বগী ৱাখলদনি।

মহাকাব্যদদি মদুদা য়াওরিবা মীশকশিংদুগী অকোয়বদা ৱারী কয়ামুক শাগৎপা য়াই। এবিষ্টোটলনা হাযরিবনা মীশক্লা ৱারীগী হীবম অমা ওইনা লৌবা তারবসু মদুদা থবক্কী অপূনবা মশক ঙাকপদি ঙম্লোই হাযর্বসিনি। মসি ওইদুনসু মহাক্লা হোমরবু মাগী মহাকাব্যশিংদা থবক্কী অপূনবা মশক ঙাকপা ঙম্বগীদমক্তা থাগৎলিবনি। মরমদি মুন্না য়েংশিনবা তাববদি **ইলিয়ড** অমসুং **ওডিসী** অনীনা লৌরিবা থবক্কী মতমসি থা অমা মখায়মুক্তগী মতম্নি। অমরোমদা অমুক **য়ুমিনিডিস্**, **অগামেম্নন** অসিগুম্বা লিলাশিংদা মতমগী ৱাফম অসি তুংওইনরম্বগী প্রমাণ লৈরে। হমফ্রি হাউসকী মতুংইন্না ট্রেজডীশিং অসিদা হাপ্লিবা থৌদোকশিংদু খোঙজেল যাঙনদি চেনশীল্লী হায়ববু থোকহল্লিবা থবক অদুগী মতমগী ৱাফম অমদি পাবদা চিংথরম্বগুম্বা অমা হেক হেক তৌই হাযবসিনি। মতাংসিদা পন্দুপ মঙাশুবদা য়াওরিবা 'নুমিৎকী খোঙচৎ অমুক্তা' হায়বসি চহী অমগী মতম ওইনা লৌগদবনি, পূং কুম্মরি নত্ত্রগা তরানীথোই ওইনা লৌবসি লাল্লি মরমদি নোংমগী ৱাফম অসিদি কোপর্নিকস্কী মতুংদদা লাকপনি হায়বা ৱাফমসু লৈরিবনি।

থবক্কী অপূনবা মশক অমা ঙাক্লবগী তঙায়ফদবগী মতাংদসু এরিষ্টোটলগী ৱাখল

অসি মতমদুদা শান্নরম্বা ত্রেজডীশিংদা চৎনরম্বা থৌওং খরনা লমজীংলম্বা ওইনা তৌই। হাউস্কী ৱাহৈ মতুংইন্না, অগামেম্নন লিলাদা নিংথৌ অসিনা ইরুজরীঙৈদা হাৎলবগী খোল্লাউদু "মনুংদগী" তাবা ফংহল্লী, অদুগা মতম অদুমক্তদা সোমদনা কোরস্না মদুগী পাউখুম পীবা হোৎনরী। ত্রেজডীদা থল্লিবা পান্দমদি থবক অদুবু মপুং ফানা মতৌ তম্দুনা অয়েংবশিংদা খঙহনবা হায়বসিনা ওইববনিনা, সীগুম্বা মখলগী পুক্লীং চিংথোকপা যাবা থৌওং অসি তৌরোইদবনি হায়বসি অইবশিংগী মফমদা পীবা এরিস্টোটলগী য়াম্না মরীক চুম্নবা ৱাহৈশিংনি। মরমদি হৌজিক্কী থিয়েটরশিংদা অবেঙবা স্টেজ শীজিন্নববা ফাওবদা, নত্রগা স্টেজ অদুবু ময়ায়দা খায়দোক খাযজীন তৌবা য়াহল্লবা ফাওবদা, অমদগী হেনবা থবক অমুক্তদা উৎপা হায়বসিনা অয়েংবশিংবু খরদি অস্মক চমম্লবা থোকহনগদৌরিবনি। এপিক্কী ওইনদি অসিগুম্বা অকন্নবা ফীবম অমা লৈতবনিনা অপুনবা মশক অসি থমদ্রবসু য়াই, ত্রেজডীগী ওইনদি মসি য়াম্নমক তঙায়ফদ্রবনি। অদুগা থলক্কী অপুনবসিবু ঙাকপা তারবদি মফম অমসুং মতম হায়বদুসু মশানা অদুমক লাকচবা তাবনি। লুকস্না হায়বগুম্নদুনা — ড্রামাদা ফংনা হোৎনদুনসু চপ-চানা থাজনবা পুথোকপা কবিসু ঙম্লোই, মসি হায়দুনসু কবিমত্তা থৌশাকদবসু য়াদে, মরমদি থাজদদুনা লৈনিবদু থাজহন্নবা অইবনা খরগী মখৈদি অয়েংবদা মতেং পাংশিনবা তাবনি। নাকল অনীমক্তগী খবা খবা খাঙনবা তাবনি।

## মিনুংশি অমসুং অকিবা (Pity and Fear)

ত্রেজডীনা পুক্লীং ঈহৌদা পীবা শাফুগী মবমদা পোয়টিক্স, (১৩) দা পল্লী। মসিদা মরুওইনা পল্লিবশিংদ মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বা অনীসিনি। মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বসি চৎনবকপা মফোঙদোক ওইবা যাই, মবমদি গোর্জিযসকী হেলেনি এন্কোমিয়ম (৮) দা অসুম্না পকশীন্ননা পল্লম্বা থেংনৈ হায়না হাউসনা মোত পী। অনী অসি অকবা থৌদোক-খুৎশেমগা থাদোক্কবা যাদ্রে। এরিস্টোটলনা অকিবা অমসুং মিনুংশি পোকহনবা যাবা মতাংশিংদু মযেক শেংনা মথক্কী পন্দুপ অসিদা পীরি — মিনুংশিদি নংফম থোক্তবা অৱাবা নংলরবদা পোকহল্লী, অকিবনা ঐখোয় ইশা ইশাগুম্না মীওই অমগী মফমদা দযা তারবা মতম অদুদা ফাওহল্লী। ত্রেজডীদা অকিবা অমসুং মিনুংশি হায়বসিগী মফম চাউনা লৈ। এরিস্টোটলনা অনী অসিবু মীঙোন্দা উপকাব তৌবগী মওংদা পোকপা পুক্লীং ঈহৌশিং ওইনা খক লৌবমদে — তশেংনা হায়রবদা অকিবা পোক্তবা মফমদুদা মিনুংশিসু পোক্রোই

হাযবসি মহাক্কী ৱাখলান।

মসিগী হৌফমদ ইশাগী বাখল তৌবদগীনি। মিনুংশি হাযবসি ত্রেজডীদা উরিবা মওংদুদা অবাবা হাযবদু ইশাদসু তাববা যাই হাযব' ৱাখলসি লাকপদগী পোকপা হৌই। অদুনদি মিনুংশি পোক্কদৌবিবা মীশক অদু ঐখোযগুম্বা অমদি ওইবা তারে। অমরোমদা ইশাগীদমক অকিবা পোকপা ঙমদ্রবদি মীগীদমক্তা পোকপসু ঙম্লরোই। মসি মীওই খরতগী মফমদা থোক্লম্বা যাই, অদুবু তাইবংপানগী অযাম্বা মীওইবশিংগী ওইনদি মশানা অদুম চুমজদুনা লৈববা ৱাফম্নি। অমুকসু ইশাগী অৱাবদা কা হেন্না লুপশীন্দুনা লৈববসু মীগী অৱাবা উবক্তবা মতাং লাকই, মতমদুদা অকিবা পোকপগী বাখলসু হঙ্ঘবকপা তাবনি। মযেক্কা হাযকঙবদি নুংঙাইবা, অৱাবা অদুগা অপেনবা, চৈনা হাযবশিংসি তিন্নবগী ফীবমদা (in harmony) লৈগদবনি। অদুবু ত্রেজডীদদি মদু ওইবা যাদে — মবমদি, অৱাবা নংগদৌবিবদু মবাননা নত্তবা মতাং থোক্রবা মতম অদুদদা মিনুংশি পোক্কদৌবিবনি। এরিস্টোটলনা পাম্লিবা মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকপগী ৱাখল অসি মী অমগী মফমদা নুংঙাইতবা অবাবা নংলববা মতমদুদা মঙোন্দা যাওবিবা অগবগী শকক অদু খল্লুবগা পোক্লকপা অদুনি। অসিগুম্বা পুক্নীং-ঈহৌশিং অসিবু মক ফুক্তুনা শেংদোকখিগদবা নত্তে - মসিগী মতাং অসি ***কথার্সিস্*** কী মবমদা থম্নবদা যাওবক্কনি।

মিনুংশি অমসুং অকিবা হাযবসিনা মীওইবগী পুক্নীং-ঈহৌ অতৈবু খঙনবগী, মখোযনা থোকহল্লকপা থবক খঙদোক্লবগী পাম্বৈ অমসু ওই। মসিনা অকবা থৌদোক-খুৎশেম অমগী মনুংদা অযেংবা নত্তগা অপাববু পুদুনা চৎলবনি অমসুং মীদুগী ৱাখল নাকন অমবোমদা হুমদুনা পুখিবগী মহুত্তা অতৈ ঈহৌ কযা অমসু লোযনদুনা চৎমীন্ননবগী পাঙ্গল হাপ্লিবনি। মবমদি ত্রেজডীনা তোঙান-তোঙানবা পুক্নীং-ঈহৌ কযা থোকহল্লকপা যাই, অদুবু মিনুংশি অমসুং অকিবগী ঈহৌসিগা পুন্না খম্বা মতমদা অতোপ্পা ঈহৌ অদুবুসু ফাথবা ঙম্মী। ফীবম থক-খা ওনবগী মতাং যৌবক্রবদা অমুক্কা হেন্না মীগী অৱাবদা ৱাশীনবা ঙম্বা পুক্নীংগী পাঙ্গল হেনগৎহন্দুনা অনৌবা মঙাল অমা ফংহল্লী।

৩

# ত্রেজডী শাগৎলিবা শরুকশিং - ২

## মীশক (Gk. Ethos - Character)

ত্রেজডী অসি থবক তৌরিবা মীগী মতৌ তম্বনি হায়বা এরিষ্টোটলগী মীৎয়েংসিগী মতুংইন্না মীশক (লমচৎ) অসিসু থৌদোক-খুৎশেমগী মনুং চনবা শরুক অমা ওইহল্লে। হান্নদি মীশক য়াওদনা ত্রেজডী ওইথোকপা য়াই, অদুগা থৌদোক-খুৎশেমদি য়াওগদবনি হায়বা ফাওবা হায়রবনি। এপিক অমসুং ত্রেজডী অনীমক্কী ওইনা শাগৎকদৌরিবা মীশকশিং অদু, শম্না হায়রবদা নায়ক, নায়িকা অদু চাংচৎকী মীশিংদগী হেন্না অৱাংবা থাক্তা লৈবা ওইগদবনি। অদুবু মখোয় অসি মশাদা অমকপা অমত্তা য়াওদ্রবরা, অচুম্বা লীচৎ (virtue) হায়বদু ঙাক্তা লৈরবরা হায়বদুদি নত্তে — মখোয় অসি অফবা মীওই ওইগদবনি, অফবা পান্দমগীদমক্তা অফবা মীশক চঙই; মখোয় অসি মশা-মশাগী চানবা থবক তৌগদবনি; অদুগা ফিরেপ হোংদবা হায়বদুসু ওইগদবনি। অৱাংবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিং, নিংথৌ, লৈমগুম্বা অসি এরিষ্টোটলগী ত্রেজডীগী ৱাপু (concept) অসিগা চানবা মীশকশিংনি। অদুবু মহাক্না অচৌ-অশাংতবু খন্দুনা মীচম্বু মীরায়না লৌই হায়বদি নত্তে। ৱাহং অসি অর্থর মিলর মক্না তৌখ্রবনি; মহাক্কী মোত্তা হৌজিক্কী নিংথৌ পান্দ্রবা যুগ অসিদদি মীচন্না ত্রেজডীগী নায়ক, নায়িকা ওইফম থোক্লে হায়রিবনি। অদুবু মহাক্কী ত্রেজিক হিরো ৱিলি লোমন্ মপুং ফাবা ঙমখিদে। ত্রেজডীগী মহৌশাগী শক্তম লৌরবদি মঙোন্দা শিন্নৱিবা মথৌশিংদু পায়খৎপা ঙম্নবগী মপাঙ্গল, লৌশিং লৈবা তাই — ইডিপসকুম প্লেগ থিংনবা হোৎনবা তাই, হেমলেটকুম মপাগী লমন খুন্নবা তৌবা তাই। ত্রেজিক হিরোদি হান্না লৈরম্নবা চৎনবী, নিয়ম অদুমক ঙাক্কদবা মখলগী মীওই অদু ওইগদবনি, হিংবদা থাজবা থমদুনা খুদক্কী ওইবা শহুমদা চৎখিবা য়াদে। মতাংসিদা পল্লম্বা য়াবদি এরিষ্টোটলগী নায়ক অসি ৱাখল চাউবা মীশক অমা ওইগদবনি। সেক্সপ্যারসু মসিদা থাজবা থমখি হায়বসি ইলিজবেথন যুগকী মীচমশিংবু নায়ক্কী থাক্তা পুখৎপগী মহুত্তা হান্নরা যুম্ফম থোন্দুনা লৈরবা নিংথৌকোনগী মীওইশিংগী মরক্তগী লৌখৎলম্বা অসিনা তাকই। কমেডীদসু মীশক্কী মতাংসি চপ মান্নবা ফীবমদা লৈরম্মী।

মীশক হায়বসি 'অফবা' ওইগদবনি হায়বসিনা মরম ওইদুনা ৱাখল হোংবা য়াবা তাঞ্জা লাক্রবা ফাওবদা নায়কপু মশাগী ৱা ঙাক্লা চৎলহন্নবদা মতেং পাংহল্লী। আন্টিগোনীগী মতাংদা য়েংলবসু মসি উবা ফংই — মবুং ফুমগেরা নত্ত্রগা লাঙজা-কাক্লা চাহল্লগেরা অনীগী মরক্তা অমদি তৌবা তাই। ফুম্লবা তারগনা শিবগী চৈরাক ফংগদৌরিবনি, অদুবু ফুমগে খনখী অমসুং চৈরাক্তু হরাওনা য়াখি। মসিদা নৈতিক উদ্দেশ্য (moral purpose) অদু উবা ফংলে। এরিষ্টোটলনা সীগুম্বা অফবগী মতৌসি মী খুদীংমক্তা ওইথোক্লীংঙাই লৈ হায়বদুনা নুপী ফাওবা অফবা মীশক ওইবা য়াই হায়বা ৱাখলসি ফোঙদোক্রম্মী। অফবা মীওই হায়রিবসি সনা কোনশেংদি ওইবা য়াদে; মহাকসু অচুম্বদু মীচম অমগুম উবা য়ানা য়ানা উরোইদৌবিবনি; মসিদা মী মশেলগী মান্নজবা মতৌদু উবা ফংই। ৱাফম অমনা ত্রেজডীগী মীশক খুদীংমক হেক্তা অফবা ওইবদরা হায়বা ৱাফমসি ময়েক কয়া শেংফাত্তনা লৈহৌই — অদুবু **ওরেষ্টিসকী** মতাংদা পল্লিবা মিনিলোস্‌কী লমচৎ য়েংলগদি মসিগুম্বা মীওইগীদি দবকার লৈতে হায়খিবদু নীংশিংবা য়াই। মী হাযবসি, এরিষ্টোটলগী ৱাংউরোলদা, হৌবদগী ফৎলক্তবা হায়বা করিসু লৈতে, অচুম্বা ৱাখলগী (reason) মতুংইন্না চৎলক্ত্রবা মতম অদুদা ফত্তবা হায়বদু ওইরকপনি; মরম অসিনা ফত্তবনা ফন চোংথোরকপা নত্ত্রবদি ত্রেজডীদা ফত্তবগী মশক উৎপদসু অথিংবা লৈতে।

মীশক হায়বসি মশাগা চানবা থবক তৌগদবনি অমসুং ফিরেপ হোংদবা ওইগদবনি হায়বসিনা ত্রেজডীদা য়থার্থগী মশক অমা এরিষ্টোটলনা পুশিল্লক্লবা হোৎনৈ হায়বসি তাকই। মীওইবদি মতৌ তম্বদগী হৌবকপনিনা মানা মানা চানবা ফীবমদুদা চৎকদবনি — নিপানা নিপাগী মগুণ চেনগদবনি; নুপীনা নুপীগী; কবিগুম্বদা য়াওববসু নিপাগী মওং চঙবা নিপীগী শক্তম উৎলুবা করিসু কান্নদে। অসুম্না মাগী মাগী ওইবিবা ফীবমদুদা শাগৎলকপা লেঙদবা মীশক ওইরবসু, দরকারগী মতুংইন্না, ফীবমগী মখা পোন্না অনৌবা মশক অমা লৌরকপসু য়াহনগদবনি।

ফিবেপ হোংদবা হায়বা ৱাফম অমা পুশিল্লকপা অসিনা মীশক হায়বসি দরকার অমসুং থোক্রবা য়াবগী নিয়ম মখা পোলহনগদবনি হায়বসি উৎলী। মরম অদুনা মীশক অমনা থবক অমা তৌরে, ৱাফম অমা ফোঙদোকখ্রে হায়বা তারবদি মদু মথক্কী নিয়মসিগী মখাপোন্না মশাগী লমচৎ (মীশক অদুগী) মতুংইন্না থোকচরকপা ওইহনগদবনি। অমরোমদা মীশক অদু থাক ৱাংখৎপা মীওইশিংগী মতৌ তম্বনিনা লাইয়েকপশিংনা তৌবগুম মশাগী মশক্তি হোংহন্দনা, খরগা হেন্না ফগৎপা মওংদা পুথোক্কদবনি। লোয়ননা মীশক অমনা

ওইরিবদুনা মরম ওইদুনা মহাক অদুনা করি ওইরকপা য়াবগে হায়বসিসু লেপকদবনি। খ্বাইদগী চানবা ত্রেজিক হিরোদি মরক্তা লৈবা ওইগদবনি — মপুং ফানা ফখিবসু নত্তবা, ফত্তবা থবক তৌবদা হৈনবা মীওইসু ওইদবা, অদুগা মহাক্না অৱাবা নংগদৌরিবা অদুনা অশোয়বা, অশোনবা অমা লৈখিবদগী থোরকপা ওইগদবনি।

## হমার্সিয়া (Tragic Error)

*হমার্সিয়া* অসিনা অশোয়বা অমবু খঙহল্লী — মসিনা লমচৎ-শাজৎকা মরী লৈননা অরানবা নত্ত্রগা অশোনবা অদুতবু অখন্ননা খঙহনবদি নত্তে; করিগুম্বা অচুম্বা অমা নত্ত্রগা ফীবম অমখক খঙহৌদবদগী থোরকপা অশোয়বা অদুনি। অদুনা মসিগা লমচৎ-শাজৎকা থোইনা হকথেঙননা মরী লৈনরুবগী মহুত্তা মীওই অমনা পাঙথোকখিবা নত্ত্রগা চৎথখিবা অখন্নবা অশোয়বা অমবু খঙহল্লী। নাকল অমরোমদগী য়েংলবদি অশোয়বা তৌই হায়রবনিনা লমচৎ-শাজৎকী মতাংদা অহোবা লৈবগী মশক অমবুদি য়াওফম থোকই, অদুবু তশেংবা ত্রেজডীগী অবস্থাদদি অৱাবা নংলিবা নায়ক অদুমকপু লমচৎ-শাজৎকী মায়কৈদগী নিন্দা তৌনীংঙাইদি ওইদ্রে। অশোয়বা অসি মশানা খঙনা নত্ত্রগা খঙদনা তৌখিবা ওইগনি।

ত্রেজডীদা তৌবগুম কমেডীগীসু অসিগুম্বা অশোয়বসি এরিষ্টোটলনা পুথোক্লম্মী, মদুবু *হমার্টীমা* হায়না খঙনৈ — মসিনা খঙহল্লিবনা ridiculous ওইবগী অর্থনি। অর্থ অসিদসু লমচৎ-শাজৎকী ওইবা ৱাফম করিসু য়াওদে। অদুনা *হমার্সিয়া* অসিবু মহাক্না পুথোরকপদা লমচৎ-শাজৎকা করিসু মরী লৈনদনা পুথোরকখিবনি। মরম অদুনা অফবা অমা পান্দম ওইদুনা তৌরুবা থবক্লা খল্লুরিবদুগী ওন্ন-তৈনবা ওইরক্লবদা, খল্লুরিবা ৱাখল অদুবু *হমার্সিয়া* নি হায়বসু চানফাত্তে। মরমদি মতাংদুদা, অফবনি খন্দুনা তৌরুবদা য়াদ্রেদনা হায়বগী ৱাফম অমা থোরক্কনি, অদু ওইরবদি ত্রেজডীদুগী নুংঙাইগদবা, তমগদবা হায়বা অমা লৈররোই। হমার্সিয়া পুরক্লবগী মরম ওইনা লৌনরিবা করিগুম্বা ৱাফম অমা খংঙুদবগী অশোয়বদু ওইরিবা ফীবমদুনা খঙহন্দবরা নত্ত্রগা ৱারেপ লৌবদা শোয়বদগীরা (error of judgement) হায়বসি থিবা য়ারকই।

এরিষ্টোটলগী ওইনদি *হমার্সিয়া* হায়বসি ৱারেপ লৌবদা শোয়খিবা অমনি হায়বসি ময়েক শেংনা পীরম্মে। অদুনদি মীশক অদু করিমত্তা খঙজদবা হায়বদু নত্ত্রে অদুগা মরাল লৈরে হায়না মঙোন্দা হেক্তা তাইনবসু য়াদ্রে। মহাকসি শোয়দবা ৱারেপ লৌবা ঙম্বা মীসু

ওইদ্রে, লমচৎতা হেক্তা অশোয়বা লৈরে হায়বস্ যাদ্রে। মরম অসিদগীনি এরিষ্টোটলনা মবক্তা হাইদুনা লৈবা মীশক খল্লম্মিবা। মসিমক মহাক্কী খাংউরোলগী মশক অমসু ওইরিবনি। অসিগুম্বা মীশক অসিনা মহৌশানা অহেনবা, অশোয়বা হায়বশিংসি থাদোক্তুনা মরক্তা লৈবা চাং অদুবু লৌশীল্লী। খাফম অসি মহাক্কী এথিক্স হায়বা লাইরিক্তুদা মরীক চুম্না নৈনবা মতাং অমনি। অচুম্বা লিচৎ (virtue) হায়বসি মবক্তা লৈবা অসিদা য়াওবা পোৎশক অমা ওইনা লৌই; অমরোমদা অমুকসু মহাক্কী ওইনদি অচুম্বা লিচৎ অসি লমচৎ-শাজৎ (moral) কা মরী লৈনবা পোৎশক্কী। পুক্লীংদা ফাওরকপা খাখলশিং — অশাওবা, অকিবা, মিনুংশি, অপাম্বা অসিনচিংবা অসি হেনগৎনা নত্ত্রগা খাৎনা ফাওবা য়াই — মসিদা হেনগৎপসু ফত্তে, হন্থবসু ফত্তে। অসিগুম্বা খাখলশিং অসিগী চপ চাবা মফমদি মতম চানা, মফম চানা, মীওই চানা শীজিন্নবা অসিনি। মরক্তা লৈবা হায়বসিনা (এরিষ্টোটলগী ওইনদি golden mean হায়বসি অচৌবা খাফম অমনি) অচুম্বা লিচৎকী শক্তম ওইবগুম থবক (action) হায়বসিগীসু মবক্তা লৈবা চাং অদু থিবা তাই। হৌজিক হিবো অসিসু অচুম্বা লিচৎ চৎপা মী ওইগদবনি, মবক্তা লৈবা মশক অদু থিগদবনি। অদুবু অচুম্বা লিচৎ অসিমক্লা লৌশিং হায়বদুদি ওইদে: লৌশিং তান্নবগীদমক অশোয়বা কয়া থেংনবা তাই। যাম্না অফবা মী ওইবগনা অফববু চু পায়বগুম পাযখ্রনি, ফত্তবনা ফত্তবদা। রেটরিকতা হায়রম্বা মতুং ইন্না অহেনবা (excess) অমসুং অশোযবা (defect) হাযবসিনা অবানবা লিচৎকী (vice) শক্তম্নি, অদুগা মবক্তা লৈবা হায়বসিনা অচুম্বা লিচৎকী (virtue) লম্বীনি।

অসুন্না অহেনবা অমসুং অশোযবগী মরক্তা শোয়নীং-শোয়নীং তৌদুনা লৈরবা ত্রেজিক হিরো অদু মবক্তা লৈনবা হোৎনবগী সমস্যা অমসু মাযোক্নরিবনি। অচুম্বা লিচৎ হায়বসি হৈনবীগী খাফমনি, তম্বা অমা চঙই, পোকপদগী য়াওজরকপা নত্তে। অদুনা এরিষ্টোটলনা অচুম্বা লিচৎপু খ্বাইদগী ফবা অমসুং অচুম্বা হায়বদুগী মতোন খম থেংবা চাং অদুগী মরক্তা লৈবা অমা ওইনা লৌবম্মী। হৌজিক অচুম্বা লিচৎকী মফমসি খঙদোক্লবা মতুংদা থোরক্লিবসি ত্রেজিক হিবোনা করিগীদমক্তা *হমার্সিয়া* পাঙথোক্তুনা মরক্তা লৈরম্বদগী মপান্দা অমুক থোরক্লিবনো হাযবসিনি। এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না মরক্তা লৈবগী মতাংদা অপাম্বা অমা খনবা তারক্লবদা, হায়বদি লৈফম থিবা তারকপদা নায়ক্লা থোঙফম হন্দোকপা হৌরকই। অদুগা খ্বাইদগী অফবা, অচুম্বা অদুমক ফংবা ঙমদ্রগসু হেক মথংগী অফবা, অচুম্বদু ফংনবা লাক্লে। লৌরিবা খোঙথাং অসি তঙায়ফদনা লৌদবা য়ারক্তবা মতাংদা, শাউবদগী নত্ত্রগা নীংঙমদবদগী ওইরবসু লৌরক্কদৌরিবনি। মরক্তা লৈবগী ফীবমদগী

থোবকপা, অদুগা মদুদা অমুক হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা মায পাক্তবদগী অরাবা নংবা অসিদা *হমার্সিয়া* গী রাপ্ (concept) অসি চঙলকই। হেন্না ফত্তবা অদুদগী নাম্থোক্নবা হোৎনবদা *হমার্সিয়া* লৈববা নত্ত্রগা তৌদবা যাদদুনা নত্ত্রগা খঙহৌদবদগী তৌববা হাযবসি নৈননীংঙাই ওইবা রাফম ঙাক্তনি। অনীমক ওইথোকপা যাই ঃ তৌগে হাযনা তৌবা নত্ত্রগা খঙহৌদনা তৌবা — মবমদি অসিগুম্বা থৌবম অসি তৌগে তৌবোই হাযনা খনবমক মতীক চাবনি, অদুগা মতাং মতাং অদুনা থবক অদুগী পোলোই, পঙ্খুংফম অদুস্ লেপ্পী।

অমবোমদা *হমার্সিয়া* অসিবু তেন কাপখিবদা পান্দফমদা পালহৌদবা অদুগী অর্থদসু খঙনৈ, মসিদগী লৌবগা লমচৎ-শাজৎকী ওইবা লৌশিং লৈতবা ওইনসু পুথোক্নুনা খঙনবিবনি। অসিগুম্বা লৌশিং অসিসু থবক অমসুং অকন্নবা পুক্নীং ইম্নশি (passions) কযা থেংনববা তুংদা ফংলক্কদৌবিবনি। তেন অমুক কাপ্পদা পান্দবদু হন্না হন্না কাপ্পগা পাল্লকপা যাবা অদুগুম্লদুনা, মবক্কী লম্বী অদু ফংগে হাযববদি *হমার্সিয়া* অসি চৎথফম থোক্পনি, শোযবা হাযবসি থেংনফম থোকপনি। মতৌ অসুম্না এরিষ্টোটলনা মহাক্কী এথিক্সতা চাউনা মফম পীখ্রবা, অর্থসু কুপ্না নৈনবগা পুথোকপা নত্ত্রবদি গাযনা হেক্তা ফংবা যাদবা বাহে অসিবু পৃশিল্লকখী অমসুং সাহিত্য আলোচনাগী থবক্তা বাংউবোলগা তৎন থানবা যাদ্রবা মবী লৈ হাযবসি উৎলম্মী। মাযকে অমবোমদগী যেংলুববদি, এরিষ্টোটলগী এথিক্সকী বাফম ঙাকসু নত্তনা *হমার্সিযা* অসিনা মীওইবগী লৌশিং তান্নবগী মচবীৎ অমা উৎলী।

## রাখল (Dianoia)

থৌদোক খূৎশেম অমসুং মীশক্কী হেক মথংদা রাখল (Thought) হাযর্বাস লাকই। মসিসু মতৌ তম্বা যাবা পোৎশিংগী মতৌ তম্লগা ওইলকপনি। ত্রেজডীদা হীবম্থু থবক্তা ওম্থোক্নুনা উৎলে। থবক্তদি মদু তৌগদবা মীওই চঙই — হাযবিবা মীওইশিং অসিগাসু লমচৎ, রাখল যাওবা, চেন্নজবা হাযবসি এশানা তাবনি। অমবোমদা অমুকসু থবক হাযবসি ওইহনবদা মীশক অমসুং রাখল হাযবশিংসি যাওবিবনি। এরিষ্টোটলগী মতৃংইন্না থবকপু থৌদোক-খূৎশেম্না লিলাদা পুথোকএ — থৌদোক-খূৎশেম হাযবসি থৌদোক মগাম্না (incidents, episodes) লেংশিন্দুনা শাগৎপনি, মীশক্না থবক তৌবিবাশ দুদা লমচৎ শাজৎকী ওইবা মশক অমা পীবিবনি। রাখল হাযর্বাসনা মখোযনা বাফম অমা পুথোক্তুনা ঙাংন-শক্নবিবা পুম্নমক্তা, অচুম্বা অমা পুথোক্নুনা উৎপা খুদীংদা ইচঙবা চুঙদুনা লৈনবা

পোৎশক্লি। মীশকশিং অদুগী য়ানিংবা য়ানিংদবগী মোতশিং অদুনা ৱাখলগী ৱাপু (concept) অমা করিসু পীবা তৌদে, অদুবু মতাংগা চানবা মফোঙদোক অদুদি দরকার লৈ, লোয়ননা থবক তৌরিবশিংদুগী নুংদা চৎথরিবা ৱাখলগী থৌরমশিং অদুদি মখোয়না পায়খৎলিবা থবকশিংদুগা শাগোন্ননা চৎকদবনি হায়বসি এরিষ্টোটলগী অপাম্বনি।

## লোন্দা-পুদা (Lexeos) অমসুং ঈশৈ (Melody)

ট্রেজডীগী শরুক তরুক্কী মনুংদা লোন্দা-পুদা অমসুং ঈশৈনা মরি অসুং মঙাশুবা মফম কল্লি। মখোয় অসিদি মতৌ তম্বগী মওং মতৌদগী থোরকপা শরুকশিংনি। এরিষ্টোটলনা ছন্দ (rhythm) অসিবুদি ট্রেজডীগী তোখাইবা শরুক অমা ওইনা থল্লমদে। ছন্দগা ঈশৈগা পূল্লগা শৈরেং থোরকই, অদুগা লোল য়াওদবা শৈহেকপু মহাক্লা ঈশৈগী থাক্তা থম্বা পাল্লমদে। লোন্দা-পুদা অসি মতৌ তম্নবগী উপাইশিংগী মনুংদা অথোইবনি। যন্ত্র ঈশৈ অমসুং জগোই হায়বসিনা লোলগী মতাংদা নুংঙাইবা পীহন্নবা মতেং পাংবা পোৎশকশিং ওইনা থল্লম্মী। ৱাফমসি হৌজিক্কী মতমসিদদি চানবা ৱাৎলবনি। মরমদি লোলদা ঈশৈ-নোংমাইগী মতেং অমুক য়াওরুদ্রবসু মাগী মাগী ফোঙদোকপা ঙস্বগী চাংদা ফোঙদোল্লবগী মতম হায়বদু হৌজিকসিনি। শৈরেংগী মতাংদনা লোলগী চেকশীনবা অসুম হেনগৎলক্লি; অদুনা শৈরেংনা কাঙলোনগী অচুম্বা অমা ফোঙদোক্লবসু শৈরেংদুদা য়াওরিবা ৱাখল অদুবুদি কাঙলোনগী মীৎয়েংদগী য়েংনরিবা মতম্নি হৌজিকসিনা।

এরিষ্টোটল মশামক্কী ওইনদি, হৌজিক মতমগী লোলগী মতাংদা থিজিল্লিবা মীওইশিংগা মান্নবা ৱাখল লৈরম্মী। লোল হায়বসি খুন্নাইগী থৌদোক (social phenomenon) অমনি হায়বসি মহাক শোয়দনা য়ানীংগনি; মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি মহাক অসি নোআম চোমস্কিদগীদি (Noam Chomsky) ফর্ডনান্দ সোসরগা (Ferdinand Saussure) হেন্না নকশীন্নবা হেল্লি হায়বা য়াই। মীয়ামগী থাক্তা লৈবা মীওইশিংনা মীয়ামগী লোল শীজিন্নরবসু, মথক্তা নত্ত্রগা মখাগী থাক্তা লৈবা কাংবুনা খরা থৈদোকপা লোন্দা-পুদা শীজিয়ৈ। মসিদা কবিশিং অসি মনুং চল্লি — মখোয়বু প্রমাণ-পাম্বৈ (metaphor) অমসুং metonymy গুম্বা লোল শীজিন্নবগী মওংশিংনা মতেং পাংই। মহাক্কী ওইনদি লিলাদা লোলনা অরোইবা ওইগদবনি হায়বা করিসু লৈরমদে। কবিনা থবক্তা হেন্না শাফু পী। অদুবু লোলনা থবক্কা খুৎশম্নদুনা পুরক্নীংবা ফলদু তানবা হোৎনগদবনি হায়না মহাক্লা হায়রম্মী। ৱা ঙাক্তা পংঙাংদা ঙাংলুবগী থোইদোক্লা কান্নবা লৈতে, মদু থবক্কী মতেংনা উৎথোক্লবদি।

ৱাখল অসোমদগী য়েংলুরবদি মহাক্কী মীৎয়েংদি Speech-act theory গী মায়কৈদা চঙশিল্লকই হায়বা য়াই। অদুনা হোমরগী মতাংদা নৈনরকপদা হোমরনা হায়রিবদু থৌদাবা ওইরবসু হায়জবা ওইরবসু করিসু কায়দে হায়দোকপা ঙমখি। মরমদি Speech-act অসিনা অমনি অদুগা শৈরেংনা অতোপ্পা কলা মখল অমনি।

শৈরেংদা শীজিন্নবা লোন্দা-পুদা হায়বদুদি ময়েক শেংগদবনি হায়বসি মহাক্কী মোতনী। মদু ওইরবদি মীশক্কা লমচৎ-শাজৎকী ময়ায় লম্বী অদু য়ৌনবা চৎপদা মসিনা মতেং হায়বদু ওইদৌরিবনি। অদুবু মসি য়ৌবগী লম্বীসিদা ময়েক শেংবা হায়বদুতনসু য়ারক্তে, মীয়ামগী লোন্দগী খরা খেন্নবা লোল অমা শাগৎলকফম থোকই — মদুদা নৌনা থোকপা ৱাহৈ, শেমগৎপা ৱাহৈ, তেনশীনহনবা, শাংদোকহনবা, প্রমাণ-পাঙ্গৈ কয়া অসি য়াওগদবনি। শৈরেংগী লোলদি খঙনদুনা লৈরবা ৱাফমদুবু খরা খেন্নবা মওংদা ফোঙদোকপদা লৈ হায়বা রশিয়ন ফোর্মেলিষ্টশিংগসু মসোমদগী য়েংলুরবদি ফনা নকশীন্নরি।

ঈশৈ হায়বসিসু নুংঙাইহন্নবগী মচাক অমনি। মরম অসিনা এরিষ্টোটলনা ত্রেজডীগী শরুক খরদা যন্ত্র ঈশৈনা মতেং পাংহনগদবনি হায়রম্মী। কোরসনা শীজিন্নরিবা মওং অদুদা, শৈরেং ওইনা লেংলবা খৃৎই অদুনা চীং-লেম্বা হেল্লি হায়বসি মহাক্কা চেৎনা থাজে— এলিয়টসু মীৎয়েং অসিবু য়াখি। অদুবু নাকল অমরোমদা অমুক শৈরেংদা রেটরিক শীজিন্নবা হায়বসিনা মীবু হকথেংননা য়াহনবগী থবক করিসু তৌদে, চুম্নগী ৱানৈরোলগী থৌওং (dialectical process) অমখক চৎথবতনি। অদুনা এরিষ্টোটলনা কোরসকী শরুক সিবু শৈরেংদা পুনশীনহনবা পাম্লম্মী—মরমদি কোরসনা লমচৎ-শাজৎকী মরমদা শন্দোক্লা অমুক হায়রুদ্রবসু, অয়েংবশিংনা অসুম্মক মশাগী মপুকথোক্লা মদুবু লৌশীনবা ঙমজে হায়না মহাক্কা ফোঙদোক্লম্মী।

## কোরস্ (Chorus)

গ্রীক ত্রেজডীদা কোরস্ হায়বসি য়াম্না ঙক্কা থোকপা পোৎচং অমনি। ত্রেজডী অসিমকসু কোরসতগী থোরকখিবনি। অহানবদা কোরস অসি লাইগা মরী লৈনবা হবাউ-কুম্মৈদা ঈশৈ শকপা, মায়খুম উপ্পা নিপা কাংবু অমা ওইনা থোরকখি। ড্রামাদা মসিনা শরুক অমা ওইনা লাক্লবা মতমদা,কোরসকী শক্তমসু খরা খবা পীকশীল্লকখি। ইস্কিলস্কী ড্রামদদি কোরসসু থবক হায়বদি লিলাগী থবক অদু হকথেংননা পাঙথোকমিন্নৈ।

সোফোক্লিসকীদনা পাউদম্বা ওইনা লৈ, অদুগা য়ুরিপিডিসকীদনা লিরিক্কী মচাক অমা ওইনা লৈ। গ্রীক ত্রেজডীগী শাহৌ খরা তেন্না লৌখৎলগা কোরসকী চন্নফম য়েংবা য়াই। অহানবদা প্রোলোগ পায়খৎলী — মসিদা মোনোলোগ নত্ত্রগা ডায়লোগ পায়খত্তুনা ৱারম খঙহল্লী, মথংদা পরোড়ে লাকই — মসিগী মতাংসিদা কোরস চঙলক্তুনা ঈশৈ, ওড শক্তুনা ত্রেজডীগী মমি তাহনবা হৌই, অহুমশুবদা এপিসোড লৈ — মসি থৌদোকশিংনি, অয়াম্বনা মরি নত্ত্রগা মঙা শুনৈ, অদুগা থৌদোক অমগা অমগা কোরসনা শকপা ষ্টাসিমোন হায়না খঙনবা ওড শক্তুনা খল্লী, অদুগা লিলা খরদনা এপিসোড অসি *কোমোস্*না শিনবা য়াই — মসিদদি কোরস অমসুং কলাকারশিং পুন্না অৱা-তেংথামিন্নে; অদুগা মরিশুবদা এক্সোডস্ লৈ — মসি কোরসনা অরোইবা ওড অমা শক্তুনা জগোয় হেক শারবা মতুংগী শরুক্কি ঃ মসিদা পাউ পুবা মীনা পাউ তল্লবা অমসুং ড্যুস্ এক্স মেকিনাগী শরুক য়াওই। অকোনবগী শরুক অসিমদি য়ুরিপিডিসনা অখন্ননা শীজিন্নরম্বা মচাক্কি।

কোরস অসি মতৌ অসুন্না হৌবদগী লোয়বা ফাওবা লেঙদনা লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা লিলাদা থবক্কী অপূনবা মশক থমদবা য়ারক্তে; মসিগী মখা পোন্না মফম অমসুং মতমগী অপূনবা মশকসু অসুম্মক ঙাকপা তারম্মী।

### মিৎকী কূপ্মৈ (Spectacle)

মসিনা ত্রেজডীগী তরুকশুবা অমসুং অরোইবা শরুক্কি। মসিসু মতৌ তম্বগী মওং মতৌদগী থোরকপনি। ইরিবা মওংদুদা, শেমগৎলিবা মীশকশিংনা চপ চানা তৌবগী মওংদা, হায়বদি দ্রামাগী মওংদা ওইনা কবিনা ৱারী অমা লীরবনিনা লিলা অমবু অমুক উৎলুবগী কান্নবদি লৈত্রবনি। অদুমকপু মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকহনবগী থবক অসি মিৎকী কূপ্মৈনা থোকহনবা য়াই — মসিমকসু এরিষ্টোটলগী ওইনদি থৌদোকশিংবু শাগৎলিবা মওং অদুমক্কা অসুম্মক পোকহনবা য়াই হায়রম্মী। মিৎকী কূপ্মৈগী মপ্রান তাংদনা অয়েংবগী পুক্নীংদা মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকহনবা হায়বসিনা হেন্না থাক ৱাংই অমসুং কবি অমগী অৱাংবা মগুণবু তাকই হায়না মহাক্কা ইরম্মী। লিলা অদুমক য়েংলুদ্রবসু থৌদোক-খূৎশেমগী কলাতনা দ্রামাদু কনাগুম্বনা পারুবদা মশাদা অকি-তুজুংবা অমদি মিনুংশি হেক্তা ফাওহনবা ঙম্বা ওইগদবনি হায়না মহাক্কা হায়রম্মী; খুদম ওইনা ইডিপস অসি মহাক্কা পৰ্দ্দি। অদুবু মিৎকী কূপ্মৈনা পুথোক্লবা হোৎনরবদি কলাগী পোৎথোক ওইররোই হায়না মহাক্কা হায়খী।

## ৪

## কথার্সিস্ (Catharsis)

আলোচক কয়ানা ট্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবা নম্ব্রগা মসিনা পুক্নীং-ঈহৌবু হৌদোকপগী মতাংদা মোত কয়ামুক পীনৈ। লুকস্না পীবস্বা মোত অসি অযাম্বনা য়ানৈ। মহাক্কী মতুংইন্না, কথার্সিস হেক হায়বগা অযাম্বনা মিনুংশি অমসুং অকিবা অনীসিত্তবু খন্নবা ওইনা তৌই, অদুবু এরিষ্টোটলনা হায়বিল্লিবসি কুপ্না যেংশিনবা মতমদা "by pity and fear producing the relief of *these* emotions" হায়বমদে, "the relief of *such* emotions" হায়বদি "of emotions of that sort" হায়বগী অর্থদা শীজিন্নবম্মী হায়না পুথোবকই। মহাক্কী মোত অসি হমফ্রি হাউসনসু য়ানীংই। মবম অদুনা 'পুক্নীং ঈহৌশিং অসিবু' নত্তবা 'অসিগুম্বা পুক্নীং ঈহৌশিং' হায়বসিনা খঙহল্লিবসি মখল অনীসিতা নট্রে, — অরাবা, শোম্বুবা, যেংথীবা, হম্বুনা খনবা, মবাল শীবা—পুম্নমক মসিগী মনুং চনবা যাই হায়না লৌফম থোকই।

কমেডীনা মীগী অশোযবা থিনিংবগী, নোক্নীংবগী রাখলবু মযেং তাহনবগুম, ট্রেজডীদা মিনুংশি অমদি অকিবগুম্বা পুক্নীং ঈহৌশিংবু অযেংবগী মফমদগী লৌথোকখি হায়বা বাফম অসি খন্নবদা লোইবা নাইদবা রাফম অমা ওইনা লাকখি। কথার্সিস্ অসিনা Purification শেংদোকপা হায়বা অর্থ অসি খঙহনবদগীদি Purgation অহেনবা লৌথোকপা হায়বা অর্থ অসিবু খঙহল্লী হায়বনা হেন্না চানবগী বাফমসি হৌজিক্তি অযাম্বনা য়ানবে। কথার্সিস হায়বগী Purgation হায়বা অর্থ অমা পীরিবসি লায়েংবগী মায়কৈদগী থোরকপনি অহেনবা লৌথোকপবুস মসিনা খঙনহল্লী অসুম্না লৌথোকপবা ... দা ... মামবা (*ek symmetria*) মশক শামা ... কদোকপনি অদনা কথার্সিস হায়বগী অকনবা মখল ইহৌশিং (passion) অসিবু শেংদোকনা হেন্না অসেংবা থাক্তা পুথোকপী হায়বা নত্তে। মাওঙ ... মশাদগী অসি "অর্থ" অকনবা বাখলশিং অসিন লৌথোকখী হায়বস্ না ... । মসিনা খঙহল্লিবদি মী অমগী মপুক্নীংদা লৈরম্লিবা অকনবা মখল ইহৌনগী চাংদু মান্নবা ... । অমদা খঙনহল্লী হায়বা বাফম অসিনি। ট্রেজডীনা থোকহল্লিবা কথার্সিসকী মখল অসি ম... অসিদা ... দগী হৌনা এরিষ্টোটলনা খন্দুনা লাক্লবনি হায়বসি মহাক্কী পোলিটিক্স কৌবা লাইরিক অদুদা মিনুংশি অমসুং অকিবা, লোযননা কথার্সিসকী বাফম পল্লম্বসিনা তাকই। মসিদা অকনবা

ৱাখলগী ইঙ্গুন লৈরবা মীওইশিংবু যন্ত্র খোংবগী মখোলনা, ঈশৈ নোংমাইনা হান্নগী ফীবমদা লায়েঙদুনা কথার্সিস্ তৌরুরবগুম হঞ্জিলহল্লি হায়না পল্লম্মী। অসুম্না তাইবংমীদা চেল্লিবা অকনবা পুক্নীং ইঙ্গনবু মদুমক পোকহনবা ওস্না উপায়শিংনা, খুদম ওইনা হায়নবদা ট্রেজডীনা হৌদোকপগা লোয়ননা অহেনবা শরুক অদু লৌথোক্নুনা মান্নবা চাং অমদা থম্মী।

এরিষ্টোটলনা মাগী গুরু প্লেটোনা শৈরেং অমসুং কবিগী মথক্তা থাঙ্গৎলম্বা ৱাকৎ অদুগী পাউখুম ওইনা মশাগী ওইবা সাহিত্যগী আলোচনা অমা শাগৎপগী ৱাফমসি শল্লপ্না শক্তাক অসিগী অহৌবা পন্দুপ্তা পীখ্রে। কথার্সিসকী ৱাফম অসিসু মদুগী পাউখুম অমা ওইনা লৌবা য়াই। মহাক্না পুখৎলল্লিবা কথার্সিস অসি শৈরেংগী মতাংদদি প্রমাণ-পাছে ওইনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ অমা ওইনা ঐখোয়না লৌবা তাবনি। অদুগা ঈশৈ-নোংমাইগী অমদি লায়েঙবগী ওইবা কথার্সিসকী ৱাফমশিং থোবক্লিবসি নাকন্দা থম্ফ ম থোকই। অচম্বা পাউখুম অমা ওইনা কথার্সিস্ হায়বসিনা অকনবা ৱাখল ঈহৌগী অহেনবা শককশিংদু লৌথোকখ্রগা মরক্কী চাং অমদা থম্মী হায়বা ৱারোল অসিতনা পেনথোকপা য়ারক্তে। মরমদি এরিষ্টোটলনা পুক্নীং ঈহৌবু (emotion) ৱাখলগা মৰী লৈনহল্লম্মী। টি এস এলিয়টনা মসিবু ৱাখলগী মপান্না ফংহল্লকপনি হায়বা অদুগুম্না লৌখিদে। মহাক্কী মীৎযেংদা, অকক্সবা পোৎশক অমদা মশক লৌরক্লিভৈ মমাঙদগী হৌনা ময়ামগী ওইবা মতৌ হায়বসিদি লৈজরম্লবনি। করিগুম্বা সামান্য ওইবা ৱাখল অমনা অকক্সবা ফীবম অমবু খঙবা ঙম্লক্তুবা মতমদা ট্রেজিক হিরো অদুগী মপুক্নীংদা অশাউবনচিংবা পুক্নীং ঈহৌ কয়া কয়া থোকহল্লকই; মদুবু মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকপগী পাম্বৈনা য়েংলিবশিংগী থম্মোয় যৌহল্লকই। মাযকৈ অসোমদগী য়েংবা মতমদা এরিষ্টোটলনা কথার্সিস্‌কী ৱাফম পুথোক্লে হায়রগা থম্মোয়গী ওইবা ঈহৌশিংবু করিনা য়াকায়হল্লিবনো অমসুং কমদৌনা অমুক মদুবু হন্থহল্লিবনো হায়বসিগী হৌরকফম থিনবা হোৎনরী। অসুম্না হৌরকফম থিবগী খোঙজং অসি চঙশীল্লুবা তারবদি পর্গেটিব থিওবী অসিনা ৱাফম অনীখক খঙহল্লকই, মদুদি — পুক্নীং ঈহৌবু য়াকায়হল্লবা মতুংদা অহেনবা শকক্তু মতোমদা পাথোকচরকই. অদুদি সীগুম্বা মওংদা চৎথবিবা অহেনবা লৌথোকপগী খবক অদু মিনুংশি অমসুং কিবা হাযবসিগী মতাংদা খক্তং ওইরগনি।

মসিগী অশোযবা অসিবু চুমথোক্নবগীদমক্তা হমফ্রি হাউসনা 'পর্গেসন' গী মহুত্তা 'প্যুরিফিকেসন' হায়বসি পুশিল্লকপা পামখী। অহেনবা লৌথোকপদা নত্তনা শেংদোকপগী থবক অমসু চৎথরী হায়না কথার্সিসকী মবমদা পুথোক্লিবা কাংবু অসিনা ইংগ্রাম বাইৱাটরগী "Catharsis of *such* emotions" হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইরকখী। হন্দোক্লিবা মওং অসিনা

শেংদোকহৌদ্রবদি অমাঙবা থোকহল্লগদৌরিবা পুক্লীং ঈহৌশিং অদুগী মহুৎ শিনবা ওইনা মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বা অনীসিবু পুথোক্লবা হোৎনৈ। পর্গেটিব থিওরীগী ওইনা এরিষ্টোটল মশামক্কী লাইরিক **পোলিটিক্স** হায়বদুদা য়ুম্ফম ওইবগুম প্যুরিফিকেসন থিওরীবু য়ানিংবা মীওইশিংনা মহাক্কী **নিকোমাকিয়ন এথিক্স** হায়বা লাইরিক অদুবু উঙাম থাদুনা শীজিন্নে। হাউসকী ব্রাফম অসিদগী হন্দোক্লগা অমুক য়েংবা য়ারিবনা, মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বসিনা পাম্বৈ ওইরগা অতৈ পুক্লীং ঈহৌশিংবুসু অয়েংবা নত্ত্রগা অতাবশিংনা খঙনবা হোৎনৈ হায়বসিনি। অদুনদি কথার্সিস্ হায়বসি মান্নবা মখলগী পুক্লীং ঈহৌ-শিংগী ঙাক্তা ওইনি হায়নীংঙাই লৈত্রে, মান্নদবশিংগীসু ওইবা য়ারে। অমরোমদা মিনুংশি অমসুং অকিবা অনীসিতনা সাহিত্যগী থোঙদা ফংবা, অতৈ পুক্লীং ঈহৌশিংগা পাউ ফাওননবগী লম্বীনি হায়না লৌরবসু থোইনা কায়দে। লম্বী অসি ফাওনরবা তুংদদি অয়েংবা/অতাবগা ত্রেজিক হিরোগা নত্ত্রগা ত্রেজডীগী ওইবা থবক অদুগা মরী থন্নবা হৌরে। নায়ক্লা মবক্কী লম্বী থিরকপা মতমদা অয়েংবা/অতাবসু অদুম্মক লোয়নদুনা চৎলিবনি। অদুনা মহাক্লা মরক্কী নত্ত্রগা ময়ায় ওইবা লম্বীসি থিরকপদা নাকল অমদা নত্ত্রগা অমদা চঙশীনখিদুনা, অরানবা রারেপ লৌরকপা মতমদা, অদুনা মরম ওইদুনা অন্নাবা তারকপা মতমদা য়েংলিবা নত্ত্রগা তারিবশিংগী থম্মোয়দসু মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকপা হৌরকই।

আলোচক খরনা অমুক, খুদম পীরবদা Gerald F. Else না করিগুম্বা অনৌবা অমা তম্লকপা, খঙলকপগী নুংঙাইবগা (the pleasures of learning) কথার্সিস্কা পূনশীন্নবা হোৎনবসু য়াওই। Else না পীবা কথার্সিস্কী অনুবাদ অদুনা য়ুম্ফম ওইদুনা লিওন গোল্ডন্না Clarification theory হায়বা অমমুক পুথোক্লবা লাক্লখি। মীৎয়েং অসিদদি অয়েংবগী ব্রাফম তোখাইনা থল্লগা ত্রেজডীগী মচাক হল্লিবা থৌদোক-ব্রাথোকশিংদুদা চঙশীনবা হৌই। মখোয়না হায়রিবদি কথার্সিস্ অদু মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বদুনা পোকহল্লকপা নত্তে, মিনুংশি পোক্লীংঙাই অমদি কিনীংঙাই ওইরবা থৌদোকশিং অদুনা অসিগুম্বা থৌদোকশিং অদুমক্কী কথার্সিস্ চৎখে হায়বসিনি। অদুবু মিনুংশি অমসুং অকিবা হায়বসিদি অসিগুম্বা থৌদোকশিংনা হেক্তমক থোকহনবনি হায়রগদি অরানবা তাগনি। মসিদি নায়ক ওইরিবদুনা থোরক্লিবা ব্রাফমদু মশাগী মবুদ্ধি, মরৌশিংনা লৌশীনবা, ময়েক শেংনা খঙলক্লবা মতম অদুদা থোরক্কদৌরিবনি। মহাক্লা খঙলক্লিবা অদুগা থবক ওইনা হকথেংনক্লবদগী খঙলকপা লমচৎ-শাজৎকী ওইবা লৌশিং অদুগা অনীসি পূনশীল্লবা মতমদুদা ত্রেজিক অবস্থা অদু ময়েক শেঙলক্কদৌরিবনি। অদুনা মতম অমত্তদা নায়ক্লা মশাগী অশোয়বগী

মরমদা চমম্লবা লৈরস্বদু ভাব তারকপা অমসুং অয়েংবেশিংনসু শোয়রবা থৌদৌশিংদুগী মরমদা অশেংবা খঙলকপা হায়বসি অমুক্তদা পুন্না চৎথবা কায়দে। থৌদোকশিংতনা কথার্সিস্ অসি থোরক্লবগী মরম্নি হায়রুবা য়াদে, মরমদি অরুবা থৌদোক-খুৎশেমদা য়াওরিবা হমার্সিয়া, অরাবা নংবা, পেরিপীটিয়া অমদি অনাগনোরইসিস হায়বা পূন্নমক অসিসু খনবদা য়াওগদবনি। মরম অসিনা অপূনবা মীৎয়েং অমদা য়েংলবদি কথার্সিস্ হায়রগা অহেনবা অকনবা ৱাখল ইহুনবু লৌথোক্লুনা পুক্নীংগী ঈহৌবু খল চানা থম্নবা মরক্কী থাক নত্ত্রগা লম্বী অমদা অমুক হল্লকপা অদুবু খঙনগনি। অসিগুম্না খল অমা থম্বা অসি অনৌবা করিগুম্বা খরা খঙলকপগী নুংঙাইবা অদুদগী মখা তানা থোরকপা ৱাফম অমনি।

## ত্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবা

এরিষ্টোটলগী ওইনদি নুংঙাইবা পীবা হায়বসিনা ত্রেজডীগী মপূং ওইবা থবক্তি, মদুদা কান্নবা ফঙলকপা নত্ত্রগা খঙলকপা হায়বদুদি য়াওরবসু কায়দবা, অদুগা য়াওবা তারগসু মদুদা হেন্না পুক্নীং থিংজিল্লুদ্রবসু য়াবা পোৎশক অমনি। মরমদি নুংঙাইবা ফংবা অসিদা কান্নবা ফংলকপা (learning) মসি মশানা য়াওরে। মরিশুবা পন্দুপকী হৌরকপদা মতৌ তম্বা হায়বসি মীওইবগী ওইনা মহৌশানা য়াওজরক্লবনি অমসুং মতৌ তম্ববু উরুবগা পুন্নমক্তা নুংঙাইবা পোকপা হায়বসি হৌনশানি হায়বা ৱাফমসি মহাক্লা হায়খ্রে। মরম অসিনা য়েংবদা নুংঙাইতবা পোৎশকমক ওইজরবসু, অতোনবা শা-ঙাসু ওইসনু, থৱায় য়াওদ্রবা মীগী হকচাংসু ওইসনু, মরীক চুন্না কলা য়াওনা উৎথোক্লবদি মদুদসু নুংঙাইবা ফংগনি। অশিবা শা-ঙা নত্ত্রগা মী অশিবা ফাওবা মরীক চুন্না মতৌ-তম্লবদি মদুদা নুংঙাইবা ফংগনি হায়বা ৱাফমসিমসু কন্না নৈনরিবা ৱাফম্নি। আলোচক কয়ানা ৱাফম অসিবু অর্থ হন্নবা হোৎনরী। হেগল (Hegel) না খনবগুম ব্যৎচরনসু কথার্সিস্না নুংঙাইতবা মচাক মখৈদু মাঙহনবা নত্তে, কবিনা মাগী কলাগী খুৎশেম্না ৱাখল, পুক্নীংবু পীরিবা পোৎশক অদুগী মায়কৈরোমদা সহানুভূতি পোকহল্লকপনি হায়রম্মী। হেগলগী কলাগী মীৎয়েংদসু থৱায়না য়েংবা নুংঙাইতবা পোৎশক অমবু হেন্না পেন্ননীংঙাই ওইবা শক্তম অমা ওইহন্নবা অমুক হন্না শাগৎপগী থবক তৌই হায়না লৌই। কলাকারনা অচম্বা, ওইরিবা মশক অদুদা ফিদম্নীংঙাই মশকশিং হাপচীন্দুনা নৌনা শেমগৎলী। অমরোমদা হমফ্রি হাউসনা কবিনা শীজিন্নরিবা পোৎশক, মাধ্যম অদুদা হেন্না মরুওইবা মীৎয়েং থম্লম্মী। অদুনা ত্রেজডীনা পীরিবা নুংঙাইবা অসি থৌদোক-খুৎশেম অমসুং কলাগী পোথোক অদুবু অমত্তা ওইবা

মশক অমা পীদুনা (organic unity) শাগৎলিবা মওং অদুদগী থোরকই হায়না মহাক্না লৌই। মসিনা কান্ট (Kant) কী ৱাংউরোলগা হেন্না চাশীন্নবা মীৎয়েংনি। অদুবু এরিষ্টোটলনদি থবক্কী অপুনবা মশকপু ৱাংনা থাংগৎলবসু কান্টকী মতৌগুম্না মহৌশাগী শক্তম্বু *কোজ এন্দ ইফেক্ট* না মরম ওইদুনা শেভোক ফাত্তোক্লবা য়াদবা অমত্তা ওইবা শক্তম অমদা শাগৎকদবনি হায়বগী ৱাখলদি উৎলমদে। মহাক্কী ওইনদি অমত্তা ওইবা শক্তম অমা পীবগী মহুত্তা পরীং অমদা চৎথরম্বা ৱারীবু নায়ক্কী হমার্সিয়া পুথোক্তুনা ঈচেল থৈদোক থৈজীন তৌরিবনি। অসুম্না নায়ক্না অৱাবদু নংলুরবা তুংদা লৌশিং লাকপা, জ্ঞান তারকপা মতমদুদা অয়েংবদসু, অতাবদসু নুংঙাইবা পীরিবনি। এলডর ওলসন, ও.বি. হার্দিসনগুম্বা নিও-এরিষ্টোটলিয়ন শিংগী মোতনা নুংঙাইবা, পেলহনবা (pleaure) হায়বসিনা মতৌ তম্বা হায়বসিগী মরিগুবা মওংনি হায়না পী। মোতসিগী মতুংইন্না কলাগী পোৎশক অমখক পুথোকপদা, পীনিংলিবা নুংঙাইবা অদু কবিনা মাগী পোথোক অদুবু শেমগৎপদা শীজিন্নরিবা উপায়, পান্দম অমসুং মতৌ তম্বগী মওং মতৌ অদু শেমগৎপগা লোয়ননা পুন্না শেমগৎমিন্নখ্রবনি হায়না লৌই।

নাকল অমরোমদা এরিষ্টোটলনা হায়রম্বা ত্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবগী মশক অসি অপুনবা মীৎয়েং অমদগী য়েংদদুনা চোইনা য়েংবসু য়াওনৈ। মখোয়দুনা মহাক্কী খৃৎইমক্তদা য়ূম্ফম ওইরবসু মনুংগী ৱাখল অদুগা ইশম-শন্নদবা ৱাফম কয়াসু শাগৎলকপা য়াওই। খুদম ওইনা হায়রবদা হম্বা শা-ঙা, অশিবা হকচাংগী ৱাফম অসি য়েংলুরগা এরিষ্টোটলনা ত্রেজডীগী নুংঙাইবা অসি সেডীষ্টিক ওইবা (Sadistic) মীৎয়েং অমদগী শাগৎলম্মী হায়না লৌগদৌরী। নন্-এরিষ্টোটলিয়ন কাংলুপকী সোপেনহোৱর (Schopenhaur), শেগল (Schegel), বর্ক (Burke) অসিনচিংবা আলোচকশিংনা মথক্কী মওং অসিদা লৌখী। সোপেনহোবরগী মতুং ইন্না ত্রেজডীনা পুন্সীগী তরায়থোকপা য়াদবা, অৱাবনা থল্লবা মশক অদু পুথোক্তুনা উৎলী, অসুম্না হিংবা হায়বসিগী কান্নদবা মতৌ অদু উৎপগী থবক তৌই। শেগলনা খরদং হোংদোক্লগা মহাক্কী মোত পী। ত্রেজডীদা ঐখোয়না ঐখোয়গী লায়বক্তা মশক উদবা *বিধি* অমখক লোত্তুনা লৈরিবদু খঙহল্লী; অসুম্না খঙহনবা অসিনা পুক্নীংবু থেমজিনবা, ৱাখল থম্মোয় চাউখৎহনবগী থবক অমসু তৌরি। বর্কনা অমুক ত্রেজডীদা মীওইবদগী হেন্না চাউবা শক্তম লৈবা, মতিক-মগুণ লৈরবা, অচুম্বা লিচৎ চৎলবা মীওইশিংবু উবা ফংলুবদা ঐখোযদা পীরকপা নুংঙাইবা অদুবু ত্রেজডীগী নুংঙাইবনি হায়না তাকখী। মরমদি নায়ক্না অৱাবা নংবদা মহাক্না, য়েংলিবগা অমত্তা ওইশিন্নদুনা অৱাংবা থাক অমদা হাইগৎলকপগা লোয়ননা অপেনবা ফংই হায়না মহাক্না লৌরম্মী। নোংপোক্কী পোয়টিক্সকী মায়কৈদগী য়েংবা মওমদা

ভরত মুণিনা পীবশ্বা মতুংইন্না ট্রেজডীনা পীরিবা নুংঙাইবসি রসদা য়ুম্ফম ওইখি।

ট্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবসিগী মরমসি অয়াম্বনা মবম অনীসিদগী ওইনা লৌনৈ — পুক্নীং ঈহৌ ঈংথরকপদগী থোরকপা অমা নত্ত্রগা য়থার্থগী মশক লাকশীনহনবা ঙম্বদগী ওইবা অমা। নিও এরিষ্টোটেলিয়ন কাংলুপকী ব্যৃৎচর, হাউস অমসুং কাংবুনা অহানবগী মীৎযেং অসি লৌশীল্লি অদুগা নন-এরিষ্টোটলিয়নশিংনা অকোনবগী অসিবু ট্রেজডীনা নুংঙাইবা পীবগী মবম ওইনা থম্লি।এরিষ্টোটলিয়নশিংনা ট্রেজডীনা পীবা নুংঙাইববু কথার্সিসকা পুনশীন্নদুনা চয়েৎনবা অমা থোকহল্লী। মসি তশেংনা য়েংলুরবদি মখোয়না এরিষ্টোটলবু প্লেটোগী মফমদা পুক্নীং ঈহৌগী মতাংদা পাউখুম পীবা ওইনা ঙাক লৌরুবদগী থোরকপনি হায়না থনবসু যাই।পুক্নীং ঈহৌ ময়াই কাহনবগীদমক্তা প্লেটোনা নিন্দা তৌখিবদু এরিষ্টোটলনা অমুক ময়াই কাহল্লবা তুংদা ঈংথহনবগী থবকসু তৌই হায়না পাউখুম পীখি। অদুবু এরিষ্টোটলগী পাউখুম অসিগী মনুংদা ***থিওরী ওব ইনহরেন্ট ফোর্মস্*** নত্ত্রগা ***ফ্রেগমেন্টেসন ওব সবষ্টেনসেস্*** হায়বা মহাক্কী পবৈলোন (theory) অদুগী মচাকসু য়াওরিবনি। থিওরী অসিগী মতাংদা মথক্তা পীবিবা এরিষ্টোটলগী পুন্সী য়েংবীয়ু।

'অদুনদি শৈরেংনা পীবিবা নুংঙাইবা অসি খঙহনবদা লৈরে। অহৌবদা নায়ক্না খঙবা বাৎপদগী মিনুংশি অমসুং অকিবা, লোয়ননা অতৈ পুক্নীং ঈহৌ (emotion) কয়া অমসু ময়াই কারকই। মিনুংশি, অকিবা অনীসিনা নায়ক্কী পুক্নীংদা য়াকাইরক্লিবা অতৈ পুক্নীং ঈহৌ পুন্নমক্না অমত্তা ওইশিন্ননবগী লম্বী অমা নায়ক অমসুং অয়েংবা/অতাবা অনীগী মরক্তা পুবকপা ঙম্মী, অদুনা মখোযসিনা ট্রেজডীগী ওইনা খ্বাইদগী মরুওইবা পুক্নীং ঈহৌশিংনি। কবিগুম্বা অমা খঙলকপদা লৈবা নুংঙাইবগী রাফমসি এরিষ্টোটলনা **পোয়টিক্স**, ৪ দা ময়েক শেংনা পল্লি। কবিগুম্বা খরা খঙলকপা হায়বসিনা রাংউরোয়তগী রাফম নত্তনা মানা মানা ঙমজবা মওংদা খঙবগী থবক তৌরিবা মীওইবা পুন্নমক্কী ওইনসু নুংঙাইবনি। খুদম ওইনা অয়েকপা লাই অমা উকবদা নুংঙাইবা পোক্লিবসি করিগুম্বা খরা তমশিনবা ফংবগী, খঙলকপগী মরমদগীসুনি। অমরোমদা অমুক এরিষ্টোটলগী মেটফিজিক্সকী মতুংইন্না মীপুম তিংনা খঙনীংই; অসিগুম্বা খঙনীংবগী অপাম্বা অমসুং খঙনীংলিবা পোৎশক্তুগী লৌশিং লাকপা মতমদা নুংঙাইবা, পেনবা হায়বসি ফংলিবনি। অসিগুম্বা খঙবা, ফাওবা ঙম্বগী ইন্দ্রিয়শিংনা পীবা নুংঙাইবা অসিবু, কোন্না এলিয়টনা *'sensuous apprehension of thought'* হায়না কৌরগদৌরিবা মওংদুদা এরিষ্টোটলনা ট্রেজডীনা পীবা নুংঙাইবা অসিবু খরগা হেন্না পামজনা লৌখী। অদুননি হন্থবা জীব, অশিবা মশা উবা ফাওবদা নুংঙাইবা পোকহল্লিবসি, মরমদি উবা

হায়বসিনা অতৈ কয়াৎশিংনা পীবা ঙম্বা অদুদগীদি হেন্না মনুং যৌনা চঙশীন্দুনা অশেংবা মশক, অর্থ অদু পুথোক্তুনা পীবা ঙম্মী। এরিষ্টোটলনসু উবা হায়বসিনা খঙহনবতা নত্তনা, পোৎ অমগা অমগগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবশিং, অদুসু তাকপা ঙম্মী হায়না শীংথাবম্মী। খেন্নবা পুথোকপা ঙম্নিবসিসু তম্বা, খঙবগী থৌবম অমনি হায়না লৌবা যাই। অদুনা নায়ক্তা মশানা মশাবু ওৎচবদগী নত্ত্রগা নীংখাযববা শক্তম উবদগী *সেডীজম* গী ওইবা নুংঙাইবা ফংই হায়না লৌব্বা য়াদে — মী অতৈগী নুংঙাইবা অমদি চৈনাখোল অনীমক্তা শরুক যাবা ঙম্বদগী ফংলকপা নুংঙাইবা অদুনা খ্বাইদগী অচৌবা মবল্লি হায়না লৌগনি।

## ৫
## এরিষ্টোটলগী মীথয়েংদা কমেডী

কমেডীগী মবমদদি এরিষ্টোটলনা মপুং ফানা হায়বমদ্রে হায়বসি যানববা ঋাফান্ন। মহাক্কী খুৎইশিংদা চোইনা চোইনা কমেডীগী মতাংদা খবা পল্লম্বসিমক তৌবমদ্রগদি এরিষ্টোটল অমসুং কমেডীগী ঋাফমসি থাদোক্লম্বা যাববনি। অদুম ওইনমক তেল্লবসু তেন্না মহাক্তা পুখৎলম্বা ঋাফম খবা অসিনা যুম্ফম ওইবগা এরিষ্টোটলনা কমেডীগী মবমদা কনম্বা মীথয়েং পল্লম্বগে হায়বদু নৈনবা যাই। অহানবদা মবী লৈনবা ঋাফমশিংদু কনি কাবনো ঙাথবা য়েংলশি। **পোয়টিক্সকী** পন্দুপ ৩ অমসুং ৪ শুবদা কমেডীগী থৌবকফমগী মতাংদা মহাক্তা পনবা হৌবে। মসিমক্তা মতমদুগী অফংবা কমেডীশিংগী মতাংদা মহাক্তা পুগা নিজিল্লম্মী হায়বসি তাক্লবনি। মথংদা পন্দুপ ৫ গী হৌবকপদা নোক্নাংঙাই ওইবা (ridiculous) হায়বসিগী মতাংদা তেন্তক্তা নৈনবি। মসিনা কমেডীগী মবমদা মখা তানা অমুকসু খল্লবক্তুনবগুম নীংহল্লি। অদুদগী অমুক পন্দুপ ৬ কী অহৌবদা কমেডীগী মতাংদা কোন্না খম্নবকাখিগনি হায়দুনা ইঙ্গিৎ পীবল্লবা মতুংদা থবক ওইনদি পাযখৎলকখিদ্রে।

এরিষ্টোটলগী মবমদা নৈনবশিংনা, মকওইনা ডাইওজিনিস ল্যাবটিয়সনা এরিষ্টোটলনা An Enquiry into Poetic Art কৌবা খুৎই লাইরিক অমা ভোল্যুম অনি থোক্লাইনম্মী হায়। মসিমক্তি **পোয়টিক্স** অসি ওইগদৌবিবনি। অদুগা অনীশুবা ভোল্যুম অমা থেংনবগী ঋাফমদি চীনবুংদা পঙহায হায়নবা নত্তনা লেত্রে। অনীশুবা ভোল্যুম অসিদা কমেডীগী মবমদা পল্লমগনি হায়বগী থাজবী অসি জোন ড্রাইদন্ন। মাগী An Essay of Dramatic

Poesy দা ফোঙদোকই। অমবোমদা Tractatus Coislinianus কৌবা লাইবিক অমদা অমুক কমেডীগী থিওরীগী মরমদা পল্লম্বা অদুদগী প্রোফেসর লেন কুপরনা মাগী An Aristotelian Theory of Comedy কৌবা লাইবিক অদুগী মচাক শাগৎলকখি। অদুবু মমাঙগী লাইবিক অসি কনানা করম্বা মতমদা ইখিবনো হাযবা খঙদবতা নত্তনা চানগদবা য়েংদুনা ৱাহৈ-ৱাতা খরা শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌরগা হান্নগী পোয়টিক্স অদুমক ইচম চম্না পুথোবকপনি। অদুনা এরিষ্টোটল শাবা কনাগুম্বনা শেমগৎলম্বা খুৎইনি হায়বদা হায়মনবা থোক্রবোই।

কমেডীগী মবমদা এরিষ্টোটলনা মাগী লাইরিক Ethics হাযবা অদুদসু কমেডীদা মীবু চৈবা থাংবা, শীদোকপা, মীগী অশোয়বদা খুদোংচাবা লৌদুনা করেম-কথাযনবগী থবক তৌবসি যাবমদে। কমেডীগী মরমদা খন্ন-নৈনবকপা মতমদা, প্লেটোগী মিংসু ঐখোয়না পন্দনা যাবক্তে। মহাক্কী Philebus অমদি Republic কৌবা লাইবিকশিংদা প্লেটোনসু কমেডীগী মতাংদা মশাগী মোত পীবম্মী। প্লেটোনা শৈবেংবু পামখিদবা অদুগী পাউখুম অমা এরিষ্টোটলনা পোয়টিক্সতা পীনবা হোৎনখিবা অসিগুম প্লেটোগী কমেডীগী ৱাবোলবুসু এরিষ্টোটলনা পাউখুম পীনবা হোৎনখি।

এরিষ্টোটলনা পোয়টিক্সতা ৱাফম কযামুকপু মথং মথং অস্ম খস্তোক্লম্লগা ট্রেজডী অসিনা খ্বাযদগী অৱাংবা থাক্কী খুৎইনি হাযবা ৱাফম অসিদা যৌনকখি। মতাংসি যৌবকপদা, হাযবদি ট্রেজডীগী থাক যৌবকপদা মীওইবগী মশাদা যাওজবিবা তাইবংপানগী ওইবা মশক অদু পুথোক্লবা হোৎনৈ হায়র্নসি মহাক্কী মোংনি। অসিগুম্বা তাইবংপানগী ওইবা মশক (universal element) অসিনা মবম ওইদুনা ফিদম্লফম ওইবা মশক অদু থোবকই ফিদম্লফম ওইবা (ideal) হায়বসি মচি ওইবা অফবা শবক অদুখক্তমক লৌখৎপা, মরী লৈনদনা, চপ চাদ্রবা ওইবা শককশিং অদনা লৌথোকখিবা অসিনুস খঙনৈ। খদম ওইনা অফবা হায়বা মওং অমা অনগা মশাদা যাওনা লাওনা অতৈ শকোন কযানা কুপশিন্দুনা থম্বানিনা পাক উবা যা যে। হদুগ অমবোমদা অফবগী শাক্লা ত্রেয়া লৈভনা মীশাব অদুগী মফমদি মসি লোংকশিন্দনা খ্বসু চম্ম থোক্তে। অদুগুম্দা অফবা মগুণ অদুনা লাঙলোমদা অসুম পুখৎলকপা, মদুগা মবা লৈনদনা অতৈ মশকশি অদুনা নাকল অমদা থৈদোক্লুনা থমখিবা অসিদগী ফিদম্লফম ওইবা হায়র্নদি পোযটিক্সকী ওইনা হায়বগা 'য়ুনিভর্সেল' ওইবা হায়নদু থোনক্লিবনি।

অমবোমদা ফিদম্লফম ওইবা হাযবসি অতোপ্পা মওং অমদা অমুক পুথোকপসু যাবি। কবিগুম্বা পোৎশক অমবু মদুগী অথীবা, ফজদবা, মগুন মশক, মচাক পুম্নমক নাথৈদ্না

থমম্রগা ফজবা, অরেম্বা মতাং অমখক লৌখৎলগা ফিদম্নফম ওইবা থাক্তা পুখৎপা যাই। যথার্থগী থাক্তা ওইরিবা মশক্তু নত্তবা হেন্না মপুং ফাবা, পুক্লীং চিংশিন্নিংঙায় ওইবা মশক পুথোরকপগী ৱাফমসি লাকপা মতমদা ট্রেজিক হিরোগী লমচৎ অদু অমকপা লৈতবা মখলগী ওইবা তারকই। অদুবু এরিষ্টোটলগী থিওরীদদি ট্রেজিক হিরো অদু অমকপা লৈতবা লমচৎ চেনবা মীশক ওইগদবনি হায়বা লৈতে। অদুগা মশাগী অশোয়বা, অশোনবশিং অদুবু নাথৈদুনা থমখিগদবনি হায়বসু লৈতে। তমথীরবা শাজৎ চৎপা চরিত্রশিংসু এরিষ্টোটলগী ট্রেজডীগী মনুংদা থম্বা য়াই। অদুমকপু ফিদম্নফম ওইবা চবিত্রবু শাগৎকে হায়বলদি খ্বাইদগী চীংলেম্বা, অৱাংবা থাক্তা কলাগী চৎন-পথাপ মনুংদা শেমগৎপা তারকই। অদু ওইরবদি মীওইবগী অপঙবা মতৌ, নাপল, হেন্নজিনবা মতৌ, অশোয়বা শাজৎ কয়াদা মতৌশানা যৃস্মম ওইবা কমেডীদি মায়কৈ অসোমদগী য়েংলবদি তাইবংপানগী মচি ওইবা পোৎশক্ত পুথোকপা হায়বদি ফিদম্নফম ওইবা হায়বদু উৎপা ঙস্মম থোক্কে। এরিষ্টোটলনা মতৌ অসুম্না ট্রেজডী অমসুং কমেডী অনীগী ওইবা 'য়ুনিভর্সেলিটি' গী মশক ময়েক শেংনা থিন্দুনা তাক্লমদে। অদুবু খুৎই অনীমক অসিগী মান্নবা মথৌ (common function) অদুবুদি পুথোক্তুনা উৎলম্মী।

অহানবদা কমেডীসু ট্রেজডীগী মতৌগুম্না মতৌ তম্নদগী হৌবকপনি। ট্রেজডীনা অৱাংবা, হেন্না লুশিনবা থৌদোক, হৈরম, হেন্না ফবা (better) চবিত্রশিংগী মতৌ তম্মী। কমেডীদদি খরা হস্থবা, লাযথোকপা অমসুং নোক্নীংঙাই ওইবা থৌদোক, হৌবম, হস্থবা নৎত্রগা হেন্না ফত্তবা (worse) চরিত্রশিংগী মতৌ তম্মী। মহাক্না পৃন্নমক্তগী ট্রেজডীবু ৱাংনা থাঙ্গৎখিবগী মরমদি মসিনা ঐখোযদা তম্বিবগী থবক তৌবদগীনি। এরিষ্টোটলনা চরিত্রশিংবু হেন্না ফবা, ফত্তবা হাযনা পল্লম্বা অসিনা লমচৎ শাজৎকী ৱাফম অমদি পৃশিল্লকই। অদুমওইনমক, হেন্না ফত্তবা চরিত্রশিংবু লমচৎ-শাজৎ (moral) য়াওদবা ওইনদি মহাক্না লৌখিদে। মী খুদীংমক্তা অফবগী শরুক লোইনা য়াওই হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। নৃপী নত্ত্রগা মীনায় ফাওবদসু অফবগী মগুণ চেল্লি হায়রম্মী। কমেডীগী চবিত্রশিংদি মশাদা চেঞ্জরিবা হেন্না ফবগী মগুণ অদু খঙজদ্রিবা, মদুগী মায়কৈদা চঙশীন্নবা হোৎনবিবশিংনি। অদুবু মশাগী অফবা মগুণ অদুগী মরমদা খস্থরুবা তৌদ্রবা, শেম্বা থোক্ত্রবা চরিত্রশিংসু লৈতবা নত্তে। কবিশিংনা মখোয়বু থায়না মমাঙঙৈদা সেটায়বগী পাম্বৈনা মশক উর্খখি। তশেংবসু কমেডীদি সেটায়রদগী হৌরকখিবনি। চৈনবা, হুন্নবগী থবক কয়া কবিশিংনা তৌনরম্মী। হেগেনোন, থাসোস, নিকোকেরিস—মখোয়শিং অসি পেরোডী ইবা

কবিশিংনি হায়না এরিষ্টোটলনা হায়রম্মী। এরিষ্টোফেনিসকী মমিং চৎলে হায়রিবা কমেডীশিং অসিদসু সেটায়রগী ঈচেল চেল্লিবনি। এরিষ্টোটলগী মীৎয়েংদদি লমচৎ-শাজৎকী রাফমসি পুশিল্লকপা তৌদনা, নোক্নীংঙাই ওইবা (ridiculous) মচাক অদুতবু খঙ্গত্তুনা উৎপা মতমদা অয়েংবগী থম্মোয় নাহন্দবা, চৈনাখোল পীদবা নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা কমেডীগী অশেংবা মশক থোরক্কনি। মবম অসিদগী এরিষ্টোটলগী মায়কৈদগী পুখৎলক্লিবা কমেডীগী থিওরী অসিদা নোক্নীংঙাই ওইবা অমসুং চৈনাখোল পীদবা (painless) হায়বা রাহৈ অনীসি য়াম্না মরু ওইরকই।

এরিষ্টোটলনা ত্রেজডীবু হমার্সিয়া (hamartia) না থোকহল্লি হায়না লৌবগুম কমেডীবু হমার্টেমা (hamartema) না থোকহল্লি হায়। মহাক্না হায়বদি কমেডী অসি হেন্না ফত্তবা মীগী মতৌ তম্বনি, তৌবদবু মসি হায়দুনসু মী অদুগী অশোয়বা নত্ত্রগা মবাল খুদীংমক্কী মতৌ হেক্তা তমগদবা নত্তে, অমখক্তংগী তমগদবনি। মদুদি করিনো হায়বদা অথীবা (ugly) হায়বদুগী শাগৈ মনুং চল্লিবা নোক্নীংঙাই ওইবা হায়বদুগী মতৌ তমগদবনি। নোক্নীংঙাই ওইবা হায়বদি মীঙোন্দা চৈনাখোল নত্ত্রগা অমাঙ অতাদি থোকহন্দবা অশোয়বা, অরানবা নৎত্রগা শকওই-লালুপ চাদবা (deformity) অদুবুনি হায়না মহাক্না শন্দোক্না তাকই। প্রোফেসর লেন কূপর (Lane Cooper) না কমেডীদসু অশাউবা নৎত্রগা যেংথিবনচিংবা অপনবা পীনিংঙাই ওইবা পুক্নীং-ঈহৌশিংবু কথার্শিশ তৌই হায়খি। অদুবু মদুদা করিগুম্বা চবিত্রশিং অদুনা অশাউবা, য়েংথীবা নৎত্রগা নোক্কনবগী মওং-মতৌ ফাওবা মশাদা ঈরোযনববদি মীঙোন্দা অকায়বা, নুংঙাইতবা পোকহনগনি। মবমদি মখোয় সিনিক (cynic) ওইবা চবিত্রশিং ওইবক্কদৌরিবনি। অদুগা এরিষ্টোটলনদি মীঙোন্দা চৈনাখোল পীবা হায়বসি য়ারমদে। অসুম্না কমেডীদা চৈ থাংবগী থবক তৌবসু মহাক্না য়াখিদে। গ্রীক কমেডী অসি অরিবা কমেডী, অমদি অনৌবা কমেডী হায়না অনী থোক্না খায়দোক্নে। এরিষ্টোটলনা নৈনখিবদি অহানবগী অসিনি। মহাক্না থিজিল্লুবদা ফংলকখিবা ফল অসি অনৌবা কমেডীগী অইবশিংদদি তশেংনা কান্নফম থোকপনি। অদুম ওইনমক, মখোয়গী খুৎইদসু সেটায়রগী মশক্তি অসুম্মক য়াওখি।

অদুনদি এরিষ্টোটলনা পামজরম্বা কমেডীগী মশক অদু অইবশিংনা মতম পুন্নমক্তা ইনবা ঙম্লে হাযবদি য়াদ্রি। মহাক্না তত্তুনা কমেডীদি মীঙোন্দা চৈনাখোল পীরোইদবনি হায়রম্বসিনা মসিদা সেটা য়রগী মফম লৈতে, অমদি সমাজবু শেমদোক শাদোক্কবগীদমক্তা পায়খৎপা খুৎই নত্তে হায়বসি ময়েক শেংনা তাকই। অদুমওইনমক মীৎয়েং অসি লৌরবসু,

এরিষ্টোটলগী কমেডীদি সমাজগী মাযোক্তা লৈবা খুৎই অমদি নত্তে। মহাক্না পুন্সী অমসুং সমাজ অনীমক্তা কমেডীগী মফম পীবমখি। মহাক্না পুন্সী হাযবসি থবক অমসুং পোথাবা অনীমক দবকাব লৈবনিনা হবাও-কৃম্মে, পুক্নীং ঙাইহাক নুংঙাই থোকপা অসিসু চঙই হাযবসি যারম্মী। অসুন্না থবক অমসুং হবাউ তযাম্বা অনীগী তিন্ন-খোৎনবা অসিদা হাযফম থোকপা অমসুং তাফম থোকপা খবসু লৈ হাযবসিসু মহাক্না যাখি।

কমেডীনা মকওইরিবসু অসিগুম্বা পুন্সীদা তিন্ন-খোৎনবা অসিদনি। অদুবু সাহিত্যদা লাকপদদি চাং (mean) অমদা থম্বগী মগুন্তা হেঞ্জিনখিবা নত্ত্রগা ৱাৎলহনবা অসি থোক্কল্লি। মসিবুদি মহাক্না যানিংখিদে। হমার্টেমা হাযবসি হমার্সিযাগুম ৱাখলগী বিচাবদা শোযবা (error of judgement) অদু নত্ত্রে, যেংবদা নুংঙাইতবা (unseemly) অদুদগী থোবকপনি -- অর্থাবা, মওং-মবিন তাদবা অদোমদা মসিগী মশক উথোবকই। চাং থম্বা ঙম্বা মশক অদুদি তুং মাঙ যেংনা ৱা ঙাঙবা, পাইবক্কী লৌশিং লৈবা (tactful or ready witted) ওইগদবনি। ফাগী তৌবা শাবা মীনা নোক্নবগীদা খন্দুনা অৱাংবা লোনচৎ চৎপা মীওইশিং না হাযবোইদবা, তানিংলোইদবা ৱাফম কযা ঙাঙই। হাযনি হাযবোয খঙদবা মীশক্তুনা মীগী অশোযবা থিদুনতা লৈ, কান্নবা কবিসু হৌদোবক্তে। অনীমক অসিনা কমেডী ওইবা যাদে। অদুনা হমার্টেমাগী অর্থসি নোকফম থোকপা, হবাওফম থোকপা অদুদগী হেন্না মীওইবন নোকইবা, হবাওবিবা অদুদা লৈ হাযবদা তাবে। সাহিত্যগী খুৎইদদি কবিগুম্বদা মাওইবগী শাগোন্নজববা নোক্নীংবগী মতৌগী ফীবমদু (comic situation) পুথোবকপা উথোবকপসু যাওই। মতমদুদা হেঞ্জিনখিবা নৎত্রগা তাথখিবা থোবকপা যাই। অদুগা চাং কাযহন্দনা, নক্না চৎলিবা মীশকশিং অদুদি অনী শুহ — পাইবক্কী লৌশিং লৈবা অমসুং ঈকাহ থীগনবা শার্বাশিং-অহানবগীসিনা হাযগদবা ৱাফমশিং তুং-মাঙ যেংনা ঙাঙই, অকোনবগীসিনা হাযগদবা ৱাফমদু ওইবিবা অদুদগী হন্থনা, পীকশিন্না পুথোকই। এরিষ্টোটলগী মীৎযেংদা কমেডীগী ওইনা পাইবক্কী লৌশিং লৈবা, মীগী থম্মোয নাহন্দনা, হবাও তয়াম্বা মওংদা ৱার্যা বাতায চথনবা ঙম্বা মীশকশিং অসি চঙই। মাসদগী হেঞ্জিনখিবা নৎত্রগা হাইথখিবশিং অদুনা ফাগী তৌবা (humorous) অমসুং হাযনি হাযবোয খঙদবা (boor) মীওইশিং ওই। ফাগী তৌবা মীওইসিসু মখল অনী থোকই — ফাগীদু নুংঙাইজবদগী তৌবা অমা নৎত্রগা কবিগুমবা কান্নবা খবগীদমক তৌবা। মশাগী কান্নবগীদমক ফাগী তৌবা, ফাগীদা শেন্দোং তানবা চবিত্র অদুবুদি এবিষ্টোটলনা যানিংখিদে। মবমদি মদুনা মী অতৈদা নুংঙাই তবা থোকহল্লি। হাযনি-হাযবোয খঙদবশিং অদুদি থোইদোকনা মশাগী কান্নবা যেংদুনা তৌবা

নত্তবনিনা মহাক্লা থোইনা য়ানিংদবা উৎখিদে। মখোয় অসিদগী ইকায় থীগনবা শাবা, মচেক্লা য়ৈদুনা ঙাঙবা (ironist) শিং অসিসু থোরকই।

মসিনি এরিষ্টোটলনা পীরম্লিবা কোমিক চরিত্রশিংগী মখল। মসিদা পাইরক্কী লৌশিং (wit), ফাগী (humour), মচেক্লা য়ৈবা (irony), ফোংনা চৈবা (invective), পাইরক্কী - লৌশিং মালহনবা (mock -wit) অমদি পাইরক্কী লৌশিং শাশিন্নবা (false wit) পুন্নমক শুরে। অদুবু মহাক্লা পামজবদি অতো প্পা মীবু মথ্বায় নাহন্দবা, পুক্লীংদা চৈনাখোল পীদবা মখলগী কমেডী, মদুগুম্বা চরিত্র অদুনি। মসিদগী মওং অমদা লম্ফে চৎনখিদুনা মাগী তুংদা হৌরকখিবা কমেডীগী থিওরী নৈনবশিংনা কমেডীনা, সেটায়র ওইরবসু চৈনাখোল পীবগা লোয়ননা নুংঙাইবসু পী হায়বা ৱাফম পুথোরকখি। তশেংবদি এরিষ্টোটলগী কমেডীগী পান্দমদি হৌজিক ফাওবদা চপ চানা ফংদ্রি।

অরোইবদা খ্বাইদগী শীংথানবা য়ারবা কমেডী ইবশিংনা ফাওবা সেটায়রগী ইথিন্দগী নাম্থোকপা ঙম্মদ্রিবা অসিগী মরম অসি য়েংশিনবা য়াই। মসিগী হৌববফম অসি কমেডী হৌরকপগা য়াম্না নকন্না লৈরে। ৪ শুবা পন্দুপ্তা এরিষ্টোটলনা শৈরেং হৌরকপগী মতাং নৈনবদা কবি কবিদুগী হৈনবা, লমচৎ, ৱাখলগী মতুংইন্না হেন্না অৱাংবা থাক্কী মীওই, থবকশিংগী মতৌ তম্বা কবি কাঙলুপ অমা; অদুগা হন্থবা থাক্কী মীওই, থবকশিংগী মতৌ তম্বা অমা— অসুম্না কবি মখল অনী, খুৎই মখল অনী থোরকখি হায়না ময়েক শেংনা পাল্লি। অকোনবগী কাঙবুসিনা ইবা শৈরেংশিংদু চৈ- থাংবদগী হৌরকখি। মখোয়না আইএম্বিক ছন্দ শীজিন্নরকখি। মরমদি মখোয়না অমগা অমগা চৈনবগী (আইএম্ব হায়বদি "ঐনা আক্রমন তৌই" হায়বনি) আইএম্বশিং অদুদা শীজিন্নরিবা ছন্দ অদুমক আইএম্বিক হায়না খঙনরকখিবনি। অদুনদি চৈনবগী মনুংদা শীদোকপা, সেটায়র অসিসু য়াওরে। অদুবু চৈ-থাংনবা অমদি কোনথংদা থোরকখিবা মওং নাইরবা কমেডী অনীগী মরক্তা তাইনফম ওইখিবদি, হৌজিক্তি ফংদ্রবা হোমরগী **মার্গাইট** কৌবা খুৎই অদুনি হায়না এরিষ্টোটলনা পীরি। মসিদা হোমরনা চৈ-থাংনবগী শক্তম নত্তবা, নোক্লীংঙাই ওইবগী মশক অমসুং ফীবম অদু শং-শংনা মীৎমাঙদা উহনবা ঙমখি হায়না এরিষ্টোটলনা শীংথারি। মসিমক্তি এরিষ্টোটলনা পামজবসু - নোক্লীংঙায় ওইবা মশক্তু চৈনাখোল পোকহন্দনা উথোকপা। ■

# মতেং লৌবা লাইরিকশিং

১ । S. H. Butcher : *Aristotle's Theory of Poetry and Fine Art, With a Critical Text Translation of The Poetics*, Kalyani Publishers, New Delhi - Ludhiana, 1993.

২ । Ed. Betty Radice : *Classical Literary Criticism*, Tr. T.S. Dorsch, Penguin Books, 1997.

৩ । Ed. Justin D. Kaplan : *The Pocket Aristotle*, (The Poetics - Tr. Ingram Bywater), ed. W. D. Ross, The Pocket Library, New York, 1958.

৪ । Ed. William Handy & Max Westbrook : *Twentieth Century Criticism, The Major Statements* (The Poetics - Tr. Leon Golden), Light & Life Publishers, New Delhi, 1976.

৫ । Alexei Losev & Aza Takho-Godi : *Aristotle*, Progress Publishers, Moscow, 1990.

৬ । Lascelles Abercrombie : *Principles of Literary Criticism*, Vora & Co., Publishers Private LTD., Bombay, 1977.

৭ । Humphry House : *Aristotle's Poetics, A Course of Eight Lectures*, Lyall Book Depot., Chandigarh, 1965.

৮ । F. L. Lucas : *Tragedy, Serious Drama in Relation to Aristotle's Poetics*, Radha Publishing House, Calcutta, —

৯ । S. L. Paul : *Aristotle's Poetics and Its Modern Relevance*, Harman Publishing House, New Delhi, 1988.

১০ । Wimsatt & Brooks : *Literary Criticism, A Short History*, Oxford & IBH Publishing Co., New Delhi, 1974.

১১ । Gavin Betts and Alan Henry : *Ancient Greek* (Teach Yourself Books), Hodder and Stoughton, Suffolk, 1989.

১২ । চন্দোকপা ঃ শ্রী সুরচান্দ শর্ম্মা, ভরতকী নাট্যশাস্ত্র (অহানবা তাংখায়), মণিপুর স্টেট কলা একাডেমি, ইম্ফাল, ১৯৮৫.

১৩ । R. A . Scott-James, *The Making of Literature*, Secker & Warburg, London, 1970.

১৪ । W. H. Hudson, *An Introduction To The Study Of Literature*, Kalyani Publishers, Ludhiana, 1947.

## এরিষ্টোটলগী মরুওইবা খূৎইশিং




লৈবগী মরমদা (On Being)
Metaphysics, লাইরিক ১৩
Physics, লাইরিক ৮
On the Heavens
On Beginning and Perishing, লাইরিক ২

ন্যায় শাস্ত্র (Logic-the "Organon)
Categories
On Interpretation
Prior Analytics
Posterior Analtics
Topics (অরোইবা শরুকমখৈ On Sophistical Refutations হায়না থোন্দুনা তোঙান্না ফোঙনবসু য়াওই।)

পুক্নীং কাঙলোন (Psychology)
On the Soul

লমচৎলোন (Ethics)
Nicomachean Ethics, লাইরিক ১০
Eudemian Ethics
Magna Moralia

কলা (Art)
Poetics
Rhetoric, লাইরিক ৩

লৈবাক ঙাক্লোন (Politics)
Politics, লাইরিক ৮

কুম্থারোল (History)
The Athenian Constitution (লৈবাক অমা ওইনা এথেন্সকী মরমদা)

মহৌশা কাঙলোন (Natural Sciences)
Meteorologics (নুংশিৎ কুয়োমগী থৌদোকশিংগী মরমদা)
On The Parts Of Animals, লাইরিক ৪
On The Movement Of Animals
On The Generation Of Animals
Historia Animalium

সাহিত্য খুদীংমক পোয়টিক্সকী দরকার লৈ। এরিস্টোটলগী পোয়টিক্স অসি শৈরেংগী কলাগী মবমদা ঙসিদগী চহী লীশীং অমী হেনবগী মমাঙদা ইবম্বা লাইরিক্নি। ঙসিদি মসি মালেমগী মরল ওইহৌরে। লাইরিক অসিদা এরিস্টোটলনা হংলম্বা ৱাহং কযাদি ঙসি ফাওবদা পাউখুম খুম্নবগী লোইবা নাইদ্রি। মতৌ তম্নগী মতাং, থৌদোক-খৃৎশেম অসিনচিংবগী মরমদা লাকখিবা ৱাহং কয়া ঙসিসু অসুম্মক মরী লৈনরি। এরিস্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেংগী কলা) হায়বসি নৈনবগী শকক য়াওনা অমসুং এরিস্টোটলগী পুন্সী অমসুং থবক্কী মবমদ। ৱাহৌদোক অমা যাওনা ফোঙবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি এস ঐচ ব্যুৎচরনা গ্রীক্তগী হন্দোকপা পোয়টিক্সতা মপুং ওইনা যুম্ফম ওইবগা অতৈ হন্দোকপা লাইরিক খরগসু তানদুনা, চাংদম্নবনচিংবা তৌদুনা অকুবা অমসুং অশেম্বা ৱাহৈ কযাগী মতাংদা ফুট নোট পীদুনা অপাবশিংনা নৈনবদা নুংঙাইনবা মওংদা পুথোকপনি।

হন্দোকলিবা বি এস রাজকুমার কবি অমসুং আলোচক ওইনা সাহিত্যগী লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লিবা মীশক অমনি। মণাক হৌজিক রাই কে কলেজ, ৱাংজিংগী ইংরাজী বিভাগতা সেনিয়র লেকচরর ওইনা থবক পুরি।



রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ
নম্বোল